

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৬
অফোঙবা ঃ সলাম সুমিলানা
আর এস ইম্ফালগীদমক ফোঙবা
মমল ঃ লুপা ৯৫



নম্ফম ঃ এম আর প্রিন্টর্স,
সগোলবন্দ মোইরাং লৈবক মচিন, ইম্ফাল।

চনৈনরবা লমদমসিগী খোঙচৎসিদা
মরাল নৈতনা
চংহাৎ চংহাৎ হাৎপিখ্রবা
চমজরবা থরায়রেলশিংগী মফমদা
থম্মোই শেংনা কচ্চরি ।

# তৌবীমলগীদমক

ব্রারীসিদা য়াওরিবা টিপাইমুক্কী শাগৎলিবা
ব্রারীগী শরু পোলাং খুদিংমক সনসম
কুঞ্জবিহারি সিংহ, মোংশাঙ্গৈনা লীবীরকখিবনি।
মসিগীদমক থোইদোক হেন্দোকপা তৌবীমল
খঙবা উচ্চরি। মসিদা নংতনা ঐগী মরুপ
মপাংশিংনা ব্রারীসিবু পাবীদুনা পুক্নীং
থৌগৎপীরকখিবগীদমক অমসুং ইয়াম্বা ককচিংতাবম
জয়ানন্দ শর্ম্মনা মওং কয়াদা ইতেং পাংবীরকপগী অমদি
এম আর প্রিন্টর্স কী মীওইশিংনা ঐগী অইবা কয়াবু
লাইরিক ওইনা ওইহনবীবগীদমক কাউঙম্লরোইদবা
লমন তোনশিলহৌরনি।

পূম্নমকসিগী মথক্তা ব্রারীসিগী ওইরিবা
ফিভমসিদা পুক্নীং থৌগৎপীখিবা অমসুং
মরু তকপীখিবা ঐগী ওঝা শ্রী বীরেন
(নোংথোম্বম শ্রীবীরেন) বু মশাগী ফিভম
পূম্নমক থাদোক্তুনা লাইরিকসিদা পুক্নীং
লূপশিনখিবগীদমক থম্মোয় শেংনা
তৌবীমল খঙবা উচ্চরি।

# চুখিবা ৱা

অনৌবা মণিপুরগী লোন্দা ৱারী লাইরিক ইনরকপা মতমদা ৱারী মপূম অমতৈ ৱারীনা হেন্না পান্না ইনরম্মী। পামসু পান্নরম্মী। ঙসিসু পান্নরম্বা য়াই। অদুবু মপূম অমৈ ৱারী, লাইরিক ফোঙলকপৈ চাং য়াম্না হন্থরে। য়াম্না লিক্লা লিক্লা, লিরি লিরি পুথোক্লরক্লি। করি ফিভম্না মসি ওইরকখিবনো খঙদে। মতম অমদি পান্নরম্মী। তশেংনা পান্নরম্মী। ঐসু পাখি। 'মাধবী' ওক্লখি। মসি ওইক্লরুবৈনি কাঞ্চিপুর য়ৌনা খোঙনা চেনখিবদু। লৈকাই য়াম্না কোয়বা ইমান্নবা অমনা লম্বী চিংখি। ঐনা অঙাঙগুম তুং ইনখি। সাইকল তোংবা হৈরবনি। সাইকন্দা চৎপা য়াই। অদুবু ইমা পাবুংনা মখোয় য়াওদ্রবদি সাইকন্দা চৎহন্দে। খোঙনা চৎখি। চীংখোঙ য়ৌনসু চঙলুদে। মণিপুরদসু অসুক ফজবা মফম লৈ পুক্লীংদা খনখি। লবুক্কা তাইনবা অরোইবা য়ুম্লোন পরেং অমদৈ লেপ্তুনা য়েংখি। ফজে। তশেংনা ফজেবো।

মতমদু, থৱান লাংবন লোন্নবা থানি। ফৌনানা চগুংননা, শংত্রিক শংত্রিক লবুক ফুন্না য়ুংখৎপা মতম, ইশং শংনা ৱাংখৎলিবা চীংশাং পরেংগী মনা পুংলবা উপালশিংগী মরক্তা অরিবা কোনুংগী মঙ্গরবা শক্তম্না মতম অমৈ মশক তাক্লি। অদুগুম্লবা মশক্তুনা কাঞ্চিপুরগী ফজবসি মমল নাইদনা উহনখি। ফজবা পোৎশক হায়বসিদি মতম খুদিংদা শৈথাবতনা ৱাৎলগদবনি। হঞ্জিন হঞ্জিন য়েংবনা পেলহনবা ঙম্লোই। অসুম য়েংনীংহনখি। থম্মোয়দা চুশিনহনখি। হঞ্জিন্দুনা মাধবী পাখি। মশিং খঙদনা পাখি। অদুক য়াম্না মচু শংজিনখিবা ৱারী অমা, মতমদুদা ঐ থেংনখিদে। খঙহৌদনা ৱারী ইনীংখি। ঐসু ঐনা পামজবা বারী অমা শোয়দনা ইগনি। পুক্লীংদা কয়াবক লেপথোকখি। শোয়দনা ইগনি। সুম খনখি।

খনবা অমসুং থবক অনীসিগী খেন্নবসি মঙ অমসুং তাইবঙ অনীগী শন্নদ্রবা মশক্তুনি। খেন্নরিবনা, অনীসিগী নক্লবা লম্বীদা য়েংলুবা তারবদি অমনা অমদৈ খায়দোকপা য়াদ্রবা মশক্তুনি। ঐঙোন্দসু মতম কুইনা অনীসিগী শমজিন্নবা য়াদ্রবা মশক্ত পুথোক্তুনা লৈরুবা তুং, কলেজগী পুন্সি লোইরমদাই ইখঙ খঙহৌদনা কন্না তিন্নবকখি। তিন্নবা কুইদ্রিবৈ হৌনবী কন্না তিন্নরকখি। ঙাইহাক্তা থানখিদে। লৈই কয়া চিংলকই। খোবিলোন কযা, চেজম কয়াদা খোৎখি। মপুং ফারকই। থৱায হাপ্লগে খন্দুনা, লাইবিক নম্ফম কয়াদা পুখি। অদুগুম্লবা মফমদুনা ঐবু থাজবীবা খরা বাৎপগা, ঐনা থবায যাওবা খরা ৱাৎপগা, অনীসি পাদুনা মথৱায়মক্তি হাপ্লা

ঙমদনা, লাইফত্তবা ওনবগুম মশাগী অশেংবা মশক উখোকহনবা ঙমখিদে। মতম্না ঐবুদি লেপ্তনা ইনখিবনা উপু মনুংদা অশিবগুম তুমখি। ঙসিসু হৌগৎলক্ত্রি।

মখোয অহুম মবিদু তশেংনা শিথ্রব্রা ? মতম্না কবি হায়বকখিগনি ? পুন্নমক অমতা খল্লুব্দ্রে। ঐ ইশামকসু হান্নে ওইবম্বা ফিভমদৈ হোংলক্রে। অশাংবা ব্বাবী ইগে খল্লুদ্রে। ইবসু ইব্দ্রে। অশাংবা, ব্বাবী অমৈ মপুমদা ইথৌলাংলম্বে তাব পুন্নমক মতৎ মতৎ তৎখ্রে। মতমদুই ব্বাখলদু অমুক হল্লক্লবা অতোপ্পা তাব অমনমুক শম্বা তাখি। তৎখ্রসনু। ঐঙোনদা অতেন অশাংগী থোইদোকপা খেন্নবা অমা ইবিবা বাবীশিংদা খেন্নবা থল্লুদ্রে। অনীমক বাবী ঙাক্তনি। তেনবা অমসুং শাংবৈ তোঙান তোঙানবা মব্দ হুন্দুনা চাব শেল্লুদে।

ঐনা খল্লি। বাবী হাযবসি পীবিবা পাউজেল অমসুং পুথবক্লিবা বাপু, ব্বাবী পবিংশিংনা চপ মান্নববা মওংদা ইথিল পীবা ঙাক্তনি। যেংশিনগদবদি মদুদা কযাম যান্না বাবীশিংদুগা চুশিন্ননি নৎত্রগা চাশিন্নবি হাযবসিনি। তেনবা অমসুং শাংবা. বাহৈ বাতাশিং অদুদি চুম্নতৈ বাবী পবিংদু তাননবা শেম্বা মচাক অমতনি। মসিমক্লনি, ফজববা ব্বাবীগী বাহৈ বাতাশিং অমদি বাবীদুমক খাযদোক্তুনা থমখ্রগা তেনবা নৎত্রগা শাংববু ইচম চম্না লৌনীংবৈ বাখল অমা ঐঙোন্দা কন্না ফাওবক্লিবসি। তশেংনা, বাবীনবু ফজববা, বাখল্লোন্নবু ফিদম্নীংঙাই ওইববা লাহোক্লিবা বাবীদুমক্তি, বাবীদু ওইবকপদা কযাম ফজহল্লি, ফজহন্দে হাযদুনা যেংগদবা মচাক অমতনি। অতৈ অতোপ্পা মওং অমা কৈদা লৈতে হাযনীংলিবা। অইবশিংনা, মখোয মখোযগী বাবী শাগৎত্রিঙৈদা, নৎত্রগা মসিমদি ইবগে খন্দ্রিঙৈদা মদুবু ফোঙদোক্লনবগী মই অমা শাগৎলি হাযবসি ঐ থাজদে। বাবীগী যুম্ফম অমসুং বাখল্লোন্দা হেন্না অইবশিংনা পুক্লীং থিংজল্লি হাযবসি ঐনা থাজে। মখোযনা মখোযগী ব্বাখলশিংবু ফোঙদোকপা ঙম্নবা অনৌ অনৌবা মখলগী মফোঙদোক শিজিন্নবকপদি হৌনশানি। অনৌবা নত্তে। অইবা কন্নানবু ইবগী মওংতমক খন্দুনা ইবমগনি। মসিমদি ঐ খল্লুবা ঙমদে।

ঐনা পাম্মী বাবীদি বাবী ওইনা নৈনবা। ফজবা ফজদবা যেংশিন্দুনা অইবশিংনা ইজবিবা মওংশিংদা কযাম যান্না পবিং তাবিবগে যেংশিনবা ঐনা পামজে। শাংবা নৎত্রগা তেনবা থাদুনা, কবিগুম্বা কাংলোন অমতনা বাবী অচুম চুমদ পীবা ঐ পামজদে। মসিমক বাবীগী মচাক নত্তে। তোঙাল তোঙাল্লবা বাখল্লোন কযাগী, থাজবা ইবগী কাংলোন কযা লৈবমগনি। মদু পুন্নমক বাবী লাইবক্তুমক পাবিঙৈদা নৎত্রগা ব্বাবীদুনা পীবকপা ইথিল ওইব্দবদি যাবোই। ব্বাবী পবিংগী শন্নবা-শন্নদবা কযা চুশিন্নবা মশকশিংদা হেন্না পকশিন্দুনা অইবশিংনা পুথোকপা ঙল্লবদি ইবিবা মশক অদুমক অইবগী মায পাক্লব্নি। মসিনা ঐঙোন্দা, ব্বাবী অমগী শাংবা তেনবনা থোইদোক হেন্দোকপা মশক অমা তোঙান্না থমখিদে। অতেনবা বাবী হৈনবকখি। অশাংবা মপুম অমৈ বাবী অমুক ইথখিগে খল্লুদ্রে।

থাজখিদে। য়াম্না থাজদনা ঐগী অরোইবা লাইরিক, ৱারীশিংগী পুনশিনবা "মমি অমসু" ফোঙদোকপৈ থৌরমদা ময়াই তাংবল লেঙশিনবীখিবা ওজা লোংজম জয়চন্দ্র সিংহনা অশাংবা ৱারী, মপুম অমৈ লাইরিক ইননবা ফোঙদোরকপদৈ, ঐসু অশাংবা ৱারী ইদুনা হৌজিক্কি ফিভমসিদা কয়া য়াম্না মায় পাকপগে য়েংনীংলকই। চিংনবসু চিংনৈ হৌজিকপু ৱারী অশাংবা পানীংবৈ ৱাখল পোকখিগদ্রা ? ৱাখলদা কন্না ফাওরকখি, পাবীনবা নৈখিগদ্রা ? চিংন চিংননা লাইরিক্কী মবমদা ৱা তুপখিবা ওজা নহাকপম অরুনাদা হংজখি। "হৌজিকপু ৱারী অশাংবা পাবীননবা মী থোরকখিগদ্রা ? ৱারীগী ৱানি। পাননবদি কৈদৌঙৈ মী ৱাৎলোই" হায়বৈ পাউখুমদুনা ৱারীসি ইরুবৈ খ্বাইদৈ চাউরবা মরমনি। য়ুমদা হন্দুনা মচাক থিখি। ইননবা শরু পোলাং চনখৎখি। উচন চাননি-চানরোই খন্দনা মখল মথেলগী উখুন তানখি। তঙবা পোম্বা কয়া মোহ্নোকখি। কায়বা কুৎপা কয়া মেনশিনখি। থম্মোয়না পামজবা মওংদা থম্বা পামখি। নুংশিহন্নীংখি।

মী অমা ওইনা, ঐখোয় মী ওইরি। ওইরকখি। শাহৌ মথং-মথং শেমদুনা শমথরকখি। মীরোল অমনা চুরম্বা মৈ, মীরোল অমদা ঙাকহৌদুনা শমথ-শমথনা মগুন ঙাক্লি হিংলম্বগী।

হিংহৌননবা পোৎথি পোৎকুম থিদুনা, শমজিন্নরি ঙবাং ঙসি। থীনা থীনা শমজিনবা খুদিংমক নীংশিংবা ওইনা চোংথোরক্রবদা ঐখোয়সিবু মমল য়াওরকখিগদ্রা য়াম্না চিংনখি। হৌজিক্তি, ঐনা ঐবু মমল কাহনগদবা, ঐখোযনা ঐখোয়গী শক্তম য়োকখৎকদবা মতম্নি। মসিবু ঐখোয় ঙমখিগদ্রা ? কয়ারক হংজখি। ৱাহংশিংসিনা মপুং ওইনা শাগৎপা ৱাবীশিংসি পূনশিন্দুনা শেম্বা ৱাবী অমা ইবগে খন্দুনা লেপখিবা খোঙফম অমদৈ ৱারীসি হৌখিবনি। অদুবু কদোমদা ফৈখ্রগা, কদাযদা, কবম্বা মফমদা লেপখি খঙহৌদে। ইবদি লোইশিনখ্রে। অসুন্না অপাবশিংগী মফমদা শিন্নজবা তাখি। অদুবু ৱারীসিগী লেপফম অমদি অপাবশিংনসু থম্বীরক্কনি হায়বগী আশাসিতমক ঙাইদুনা ঙসিসু খোহফমসিদা লেপ্লি।

*অইবা*

মঙ মঙবগী হৈনবী ঐগী লৈতে। অদুবু মঙ মঙবীরক্লনু হায়বসিমদি খক য়াদে। মফম খঙদবা মঙ অমা নৎত্রগা অমা হেক্তা লাকই। পুন্সিগী ওইবা ৱা কয়াবু মফম খঙদ্রবা মওং অমদা মঙ কয়াশিংনা করেম্লে। মসিগীদমক ঐ করি তৌগনি ? ৱাহংসিনা, ৱা ওইনা লাকপা খুদিংগী ঐ তৌফম খঙদবা মওংদা লৈতাহন্দে। মঙলাক্লবা হায়বদু মসিরা ? খনফম খঙলকত্রবা মতমদা হেক হেক খল্লি। হৌবদগী লোইবা ফাওবা ঐসি চিংথোক্তুনা মরী মরী য়েংনীংই। লমগী, ৱাখলগী চয়েৎনবা অমতা য়াওদনা ঐ লৈরম্লবা ঐসিসু ঐ ওইরমদবা য়াই।

সুগ খঙ্গরুরগা ঐ ঈশ্বর ফাবা পাম্লকই। কমদৌনা ঈশ্বরসি ফাসিগে ? হৌজিক হিংলিবা মওংসিদি থৌরি চিংবীগী মতৌগুম মানা ঐবু চিংলি। করিগী মানা ঐবু অসুম্না অসুম চিংলিবা ? খন্না খন্না অসুম চিংলি। মরক অমদি ঐসু, মাবু য়াম্না থাজরম্মী, মাগীদমক ঐ লৈরুদ্রে। মঙোন্দা ঐ শিন্নথোকখি। ইশাগী থৌ অমা হেক লৈতবমখৈ, ঐ পীথোকখি। থৌ অমতা তৌরুদ্রে। মথৌ লৈতবা মী অমগুম ঐ তূম্লুরে। থাজদনা। চীং, পাৎ, তুরেল, লমসিগা শকখঙননবা শাংনা শাংনা চৎমিন্নখিবা ইমান্নবা, খঙহৌদনা লৌশিনবীখি। ঐ নোংদোন য়েংদুনা লৈখি। মসিবু অহাঙ্ব্রা ? লৈচিন নোংফাই কয়া মওং মরিল নাইদনা পাইননবা শেম্লম্লিব্রা ? নোংদোনগী অথসিবু করিনো ? মা ঐ চৎমিন্নখিবা মফমশিংসিনা করিগী লেঙ্দনা লৈরি ? ঐবু থৱায় মচাসিগীদমক, থম্মোয়দা করি অমুক নৌনা কোনখিসিগে ? অপাকপা অতিয়াই মখাসিদা ঐনা চেনখি নিংতম্না। নোংদোন্না করম লৈখিবা ? ঐ উখিদে। অশিবা থৱায়শিংনা মসিবু উরমগদ্রা ?

মানা শিখিবা চহীদু ঐ নীংশিংদ্রে। কমদৌনা শিখি ? মসিসু ঐ খঙদে। শিখি। মসিখক্তনি ঐনা খঙবা। মসিসু অশি পাউজেল পুবা চেবাওদু লাক্লমদ্রবা, ঐ মসিসু খঙলমদবা য়াই। পাউজেন্দগী পীরিবা অর্থদুনা ঐগী থম্মোয়দা য়ৈহনখি। পুন্সিদা পুন্সিগী অথসি খঙদ্রবসু ঐ অশিবদুমদি খঙহৌবা ফবনি। খঙহৌদবা অদুগীদমক ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে। মতম খরদং ওইরবসু ডাক্তরদা

লৈরম্মী হায়নৈ। মদুমক খণ্ডহৌদ্রবগী ঐ বাখণ্ডদবা তাখি। "মরুপ ! নঙ ঐবুদি বারৌগনু। নঙদি ঐঙোন্দা য়াম্না নকখিবনি। ঐগী থবক্লা ঐখোয়নীগী নক্লবা মশক্তু শাগৎপা ঙমখিদ্রবসু, ঐনা ঐবুদি খঙজে। তশেংনা ঐ নঙবুদি নুংশি। নুংশি লমনগীদমক ঐগী থম্মোয়না ঙসি ঐবুসু বারৌজরিবনি। নঙনসু মসিগী মথক্তা ঐবু অমুক বারৌবা তারগদি ঐগী থম্মোয়সে লৈফম 'মা মুক কৈদা লৈরোই নঙনা বারৌনীংবা ফন্না লৈদুনসু ঐবুদি বারৌবীরগনু। পুন্সিদা সুম থোকউ তন্নমদুনা তমখ্রবনি খন্না, শাউনীংবা কয়া লৈরবসু অশাউবা পুম্বা মওং অমদা থৈদোক্পীয়ু। ঐসু ইদোম চৈনাসি খাংবা তন্নগে। মসিমক্লা নঙগী ঐগী মহৌশাই মরীদু থৈদোকপা ওইন্দি থোকহনগুমসি।"

ঐগী পুক্লীং থেমখি। ইশানা ইশাবু মসিদা অয়া-য়াদ পীখিবদি নত্তে। য়াথোকপসু ঙম্লোই। পেনখিদ্রবা, নীংঙমখিদ্রবা, বা অসি পুক্লীং চমথোক্লবা ওইনা সুম থৈদোকচখিবনি। মসিনা নীংঙমদ্রবা মৈহৌ অসিগী লৈহৌরিবা মৈচাক অসিবু মতম চুপ্পগী থৈদোকপা ওইথোকখিগদ্রা ?

মাদি ইংবনি।

ইতপ তপ্পনি।

শাউগনদবনি।

কলেজ তল্লিঙৈদা নোংমতা শাউখিদে। ঐনা মফম খঙদনা শাউননবা তৌখি। শৈরেং পামিন্নবদা, অর্থ শেরান্না হঙ্জিনখি। মা নোক্লকই। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংখি।

'এহ ! মদুবু চুল্লিব্রা ?' থাজদনা হংলকই।

'কৈনো ? মসিদি শৈরেংনি। ঐ ঐনা চানগদবা মওংদা অর্থ হনবা য়াই মসিদা পুমচুম চুম্বা অমদি লৈত্তে।'

'মদু ওইরগসু, মী খুদিংদা চুশিন্নহনবা অর্থ অমদি লৈফম থোক্তব্রা ?

'লৈরম্বা য়াই। মদুবু কনানা হনবা অর্থবু খ্বাইদগী চুশিন্নবা অথনি হায়না লৌগনি ? হল্লিবা অর্থ খুদিংমক চানবা অথনি খন্দুনা হন্নরিবা ঙাক্তনি।'

'নঙগী অর্থ মহন্দুদি, শৈরেংসিনা শুকহায় হায়দবা অর্থ হেক্তো হঙ্জিনবনি।'

বারীদি মখল মখানি। পরেং চানা ঙসি লেংশিল্লকপা'সিদা মতমদুই বাখলদু থোক্লকউ য়াদবনা অতোপ্পা অমনি। খঙহৌদবা মিকুপ কয়াদদি, নুংশিখ্রবা বাখল কয়া হেক হেক লাকই। মওং মরিল নাইদ্রবসু অরাকপা খুদিংমক ঙসিদি ইরগে। মসি নঙগীদমক্লি। বা অসিনা ফন্না ঐগী ওইদুনসু, ইরিবসি নঙগীদমক্লি। নঙগীদমক ইরিবনি।

শিবে ! শিখ্রে হাযবনা মীওইবগী অরোইবা ওইবসি য়াব্রা ? ঐ য়ানীংদে।

য়ানীংদবসিনা অশিববুদি হল্লকহন্দবা য়াই। ঐনসু মাবুদি খক হল্লকহনবা ঙম্লোই। অদুবুনে, মীওইববু লৌশিল্লিবা মাগী মথক্তদি, পেন্দবগী ৱাকৎ পরেং অমদি থাঙ্গৎলবনি। মসিগী ৱাকথসি ইচম চম্বা মানবদি য়াই। অদুবু মসি, নুং ফাওরবা তাইবঙগী তেংথানি। অফবা, মীনুংশি লৈবা, থম্মোয় পানবা মীশিংনদি মসি খক তাদবা ঙম্লোই। শোয়দনা তাগনি। মীওইববু নুংশিবা মীনদি, মীওইবশিংগী থম্মোয়বু খক থুগাইরোইদবনি। তাইবঙপানগী খনবা মীনা, তাইবঙগী অৱা পোৎলুম পুননবা খনবা খক হৌনদে।

শিগ্রে হায়দুনা, অশিবা মাগী মীচং চংদুনা ৱাসি হায়বা নত্তে। ৱাহনগে কপহনগে খন্দুনা মীওইববু শেম্বদি লাল্লি। য়াইফখিবশিং, মীওইবগীদমক য়াইফনবা থৌনিবীরম্বা মীওইবা কয়া কাউঙমদনা, মতম চুপ্পগী নীংশিংনরিবা মীওইবনি। সমাজগী,মীওইবগী ঙমখে য়াখোক্তুনা অৱা পোলোই অমনা ঐখোয়বু লোইশিনবীবদি, মসিগীদমক অচুম অরান থিদনা মাগী মগুন থাগৎপা ঐ য়ানীংদে। লাই ওইরবসু মগুন হুহুনগদবনি।

ঐনা পাম্মী। ঐগী অফ নুংঙাইদা লুপচখিবা মীওইশিংবু নুংঙাইহনবা। ঐনসু মাগী অফ নুংঙাইদা লুপচহৌবা। মহাকসু ঐগী অফ নুংঙাইদা লুপচখিবনি।

'নঙনা হয়েং করিগুম্বা, অচৌবা অইবা অমা ওইরক্লবদি নঙ, ঐবু নীংশিবীরক্কদ্রা ?'

'ঐ নঙবুদি কৈদৌঙৈ কাউররোই। ঐনা অচৌবা অইবা অমা ওইবগী মঙদি অমুক্তা মঙখিদ্রি। ঙসি ঐনা ইরিবস্সিু ঐগীদমক ইরিবনি।'

'মদু মতম্মা য়ারক্লোই। থবক অমা তৌবা তারবদি মদুগী মহয় অমদি শোয়দনা লৈগনি। মদুই মথক্তা, নঙনা ইরিবা মওংসি ঐঙোন্দা করিনো অমা ফাওরি।'

'মদুদি অইবনা নত্তে নঙনা ঐ নুংশিরুবগী খুদম্নি।'

'লোন য়াওদনা মীওইবদা করি পাউনো তমগদবা ?'

'মদুবু মসিগা মান্নব্রা ?'

'মান্নে। নুংশিরবদি নুংশিবনা তৌরিবা খুদিংমক নুংশিবা ঙাক্তনি।'

'ঐদি নঙ, শুক্কুং নুংশিদে।

'নুংশিদবা !' মমিৎ লংথোবকখি। ইনখৎলক্লিঙৈ মতমদদি নুংশিববু য়াম্না লুম্না খন্নখি। ইকাই খুম্নখি। নুংশিববু কনানা মীরাইবগে ?

ঐগী ৱানি। ৱাবীসি ঐনা ইবিবনি। থম্মোয় হায়দুনা মীওইবদা করিগুম্বা অমা

থৱায়গুম য়াওরিবনি। মসিনা মীওইবদা, মীওইবগী পাউ তম্বদা অচান মীরাই নাইগনু হায়বা য়াদে। থম্মোয়গা নক্লবা মাগী পাউনা ঐগী ৱা হায়বা মতমদা পুম্নমক্কী মাঙ থাদুনা লাকই। মসি তাইবঙপান্নি। মীওইবগী ফজরবা তাইবঙপান অমা য়েঙ্গে হায়রবদি মসি খাইদোক্লবা য়ারোই। ঐগী মিথয়েংদা ঐসু ফজহনবা তঙাইফদে।

'নঙসি মরৈদং হে।'

'ঐদি পুক্লীংদা ফাওরকপা ৱা চুম্না ফোঙদোকচবা হৈ হায়বদি ঐ খঙজে। মরৈ তৌই হায়বদি খঙজদে।'

'মদুনি মরৈ হায়দু।'

'ৱারী শানবসি মরৈ ওইরে। ঐ খঙহৌরে । কাউররোই।' ৱাহৈসিদা মাগী অশাউবী হায়বদু ওইরুরমাল্লে। মা শাউরকই। ঐবু মানা শাউননবা ৱা হায়রুরব্রা ? করিগীদমক শাউরিবনো ?

মাগী ৱা কয়া পুক্লীংদা চুদুনা লৈহৌরিবা ঐনা, মা শিখিবদা ঐ ৱাফম থোক্তব্রা ? শিখিবা নত্তে। খরদং লাপ্না খুন হোংখিবদা, অহিংবগী ফিভম কায়নবগী কপ্পরিবনি। শিখিবগী ৱাদি কবি ওইফম থোকই ? ৱাবা হৌনৈ। অশি অচঙবু চোই-চাং ওন্দুনা শান্নরিবা, নৎত্রগা থৌদোক ৱাথোক ওইনা মীওইবদা শকখঙনহল্লিবা কনা লৈরম্বা তারবদি ঐ মাবু শাপ তৌবা পাম্মী। করি শাপ তৌসিগে ? ঐনা তৌবা শাপ শোয়দনা পানগদ্রা ? করি অহেনবা শক্তি লৈরবগে ঐগী শাপ তৌননবা ?

ঐ মঙ মঙবা হেনমল্লে। শক্তি পাল্লে। ইচম চম্বা ঐনা, ঐগী অঙম্বা তৌবা ঙম্বা থবক্তগী হেন্না ঐ তৌবা পাল্লে। নুংশিবদি লৈমিন্নরম্বগী খুদম্নি। লৈমিন্নরম্বা খুদিংমক নুংশিবৈ নুংশিবা ঙাক্তনি। মাগী ৱা ইবা যাই। অহেনবা, ঐনা ঙম্লোইদবা থবক্তি ঐ খনফম থোক্তে। থম্মোয়দগী থোরকপা ৱাতমক ঐ ইবা য়াই। ইগাদবনি।

কোইমিন্নখিবা, মা ঐ মফম কয়াদা মফম খঙদনা চৎখিবগী ৱা, ঐঙোন্দা ঙসিসু উরি। মদুসু অশিবগী মশক্লি। লাপ্না চৎখিবৈ অহাংবা থম্মোয়নি। সংসারসিদা হিংলিবা মীওইবনা মা মানা তৌরুবা থবক্কী তুংইন্না তোঙান তোঙানবা ফল ফংনরি। ফল খুদিংমক থবক্কী মহয় ওইবা তারবদি, শিবা হায়বসিসু পোক্লকপগী মহয ওইবা তাবিব্রা ?

ঐ য়ানীংদে।

করিনা য়ানীংগনি ?

ঐনা যানীংবা কযাদু মীনা   অমুক  যানীংখিগদ্রা ?
সংসাবগী অমতা ওইগাদবা যানীংবসি কবিনো ?

নুংথিল অমা, যাম্না কুইনা তূম্লুই। কবি মঙ মঙখিবা খঙদে। তূম্বা মতমদা মঙ কযা মঙগন্দে। অযাম্বা মতমদা অশিবগুম তূম্মী। কনাগুম্বা অমনা ঐবু কন্না কন্না কৌবকই। ঐ হৌগত্তবা যাদদুনা হৌগৎলুবদদি, মী অমা ঐবু উনবা লাক্লম্মী। থোক্লগা যেংলুবদা, শকখঙনদবা নুপা অনী ঐ উনবনি হাযদুনা লেপ্লগা লৈবম্মী। ঐ ইঙক ঙকই। ঙকপগী থৌদোক থোকপসি ইশাগী ওইবা ব্রাহ্মন অমা লৈত্রগসু, থোক্লিবা থৌদোক অদুনা লোইশিল্লকপদা যাম্না নুংঙাই। খুদক্তা খল্লুবা বাখল কযানা মফম খঙদনা কবেম্নে।

'কনা উনবীগদবা ?' ইঙক ঙক্লা হংখি। কৈদৌগদবা লৈবে ? বাহংসি ঐগী হৈনবীনি। মদুই মথক্তা, শকখঙদবশিং'দুদা কবি হাযগদবনো খঙদে। শুকখঙ খঙনদবা মীদা বা হাযবসিবু কবিনা বাহৌ ওইগাদগে ? অসুম্না খল্লুববদি ব্রাবী শাবা হৌবসিসু অরুবা পোফম অমনি।

'ঐখোয জযনা থাবকপনি।' মখোযদি কবিসু নৎতবগুম ইবাই লাইনা, যাংনা হাযবকই।

'জয হাযবদি        ' ঐনা কবিসু খঙদনা হংখি।

'এম এল এ   .   ?' যাম্না মমিং চৎপা বাজনীতিব্রালা অমৈ মমিং পল্লকপদা ঐ ইঙক ঙকই। অদুক থাজদবা বা অদুই ঐনা হংখি, 'মানদি কৈগী ?'

'চন্দ্রনদি খোংবান মচা অমা শেংননবা থবক অমৈ ডিঃ ওঃ অমা পীবকপনি।' ব্রাহৈসি হাযনা হাযনা চে অমা পুথোবকই। 'তু মসিনি।' মখা তাবদুনা চেদুমক ঐঙোন্দা লানশিল্লকখি। কবিনো খন্দুনা ঐসু চেদু পারুই। মখোযনা হাযবিবা ব্রাদু অবানবা মচেৎ অমতা যাওদে। মসিদা লাল্লিবসি শিজিন্নফমদুনি। চে মচেৎ হাযজবতনি। অকনবা থবায অমৈ চপ চাবববা, খোনফম যাওববনি। শিংলি নাউবি থোক্তুনা লাউববিবনি। লাক্লোই অমগী চপ চাবা মঙম তাল্লকলিবনি। ঐবু চে অসিনা পীবিবা অকনবা শক্তি অসি যাওবব্রা ? শক্তি লৈববা মীওই কযানা লৈবাকসিদা অকি তুজুং পোকহনবৈ ব্রা কযা ঐ তৎতনা তাখ্রে। ঐ মদুই শক্তিদু লৈবব্রা ?

'মসিবু কনাদা ইবক        ?'

'তামোগী মিংবু        ?'

'মিংবুদি চুম্মী। মসিদি অঙম্বা অমৈ মফমদা পী-নবগুম ইবি। ঐদি ইচম চম্বা মীনি। অদুননি ঐনা খঞ্জান্নবিবসি।'

'হায়রিবসিবু . . . ?'

'নখোয়না থিরক্লিবসি ইঞ্জিনিয়ার অমা নৎত্রা ?'

'উম !'

'ঐদি ইঞ্জিনিয়ারসু নত্তে। ইচম চম্বা মীনি। লাইরিক তম্বা লোইবদসু ঙাইরি। থবক অমতা পায়দে। মীশক শোয়দনা ওন্নরমগনি।'

'তামো ! মফম অম্বাইদদি তামোগা মিং মান্নবা, থৌ ঙম্বা মী অমগদি লৈ লাকপ্রা ?' মমৈদা মখোয়সু ৱাখল খল্লক্রুমাল্লে, ৱাহংসি হংলকই।

'মনীংদা অমদি লৈগুম তৌবনি। ওইরমগদ্রা হায়দি খঙজদে।'

'মদু ওইরম্বা তারে। অমুক্তা চৎচরুখিগে।' হায়রল্লগা চৎখি।

ঙাইহাক্তং নুংঙাইনা তুমজগদবা নুমিৎতু, মফম খঙদবা লৈবাক্কী তিল অমনা ইমাঙ মাঙহনখি। নুংথিল তুম্বা ফবসু নত্তে। মাঙজসনু। মসিনা ঐঙোন্দা করি অৱাবা পীরিবগে ? মদু অৱাবা পীদে হায়বা য়াব্রা ? মাঙগে মাঙউ। তোঙ্গে তোঙউ। ঐঙোন্দা য়েৎখাইবা অমনি। মতম মাঙহল্লিবনি। ঙসি ঐ মতমবু কমদৌনা শিজিন্নরিবগে ? মতম মাঙহল্লি হায়বা তারবদি মসিগী ৱাহংসিসু তঙাইফদনা হঙ্গদবনি। মমাঙদা থেংনখিবা নীংঙমদবা অদুমদি ঐ কাউররোই। নোংমা নুমিৎ অমদসু মদু লাক্তবা ওইরসনু। শিথ্রসনু। মদুমক অমুক হন্না ঐগী মাংদা থোক্কহনবীরগনু।

খঙবদা য়াম্না নুংঙাইতে। চনৈননা শেল্লবা তাইবঙপান অমদা ঐখোয় কয়ানা য়ুল্লিংদবগুম ঙসিসু হিংলিব্রা ? শারিবা য়ুমশিংসিগী মনুংদা অশিবগী থৌদোক অমা নৎত্রগা অমদি শোয়দনা থোক্লমগনি। অহিংবশিংগীদমক অখন্ননা খুদোল তন্নন্নবা অশিবনি। শিদবা অমুক য়াররোই। মপা, মপু নৎত্রগসু মথৌ, অমা নৎত্রগা অমদি শিথ্রবনি হিংমিন্নরিবশিংগী মরক্তে। ধর্ম অমৈ ৱা, ঐনা তাই। অৱা অনা, চৈথেংলক্তে খাংবা ঙমদ্রবা ইতিহাসকী ৱা ঐ পারে। অকন অথৌ লোইনা শিখি। ঐখোয়বু শেম্বীবা কনানো অমা লৈরম্বা তারবদি, ঐখোই মীকপশিংসি য়েংননবা তাইবঙসিদা ঐখোয়বু থারক্লিব্রা ? তেংথাসি য়েংলগা নঙ কয়াম নুংঙাইগে ? ঐদি নঙ নুংঙাইনবদি হিংনীংদবনি। ঐনা ঐগীদমক হিংবা পাম্মী। মী কনাগসু য়েৎশিন্নদুনা ঐ চয়েৎননীংদে।

লৈবাকসিদদি য়েৎশিন্নে। মীশিংনা, ঐগীনা, লনাই ৱা কয়ানা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাং কয়া মুল্লি। অপূনবগী ওইগদবা মান-চাং নাইতোম নাইতোমগী য়ুম্ফম থোন্দুনা তোক্লি। মসিদবু হায়খিগদ্রা, মীওইবগী তাইবঙপান ? মসিদি য়ুল্লিংখ্রবশিংগী য়ুম্নি। য়ুল্লিংবা ঙমদ্রবশিং তপ্না তপ্না তাইবংদগী ইথোরক্লি। ৱাখল মচাসি খনবদা, ৱাসি অসুম অসুম চাউথোরক্লে। ঐদি লৈবাক্কী ৱা হায়সি

13759 / Man



শুকয়াও য়াওনীংদে। ঐগী পুক্নীং ইহুল, মঙোন্দা তাশিনখিবা কাউঙমদ্রবা থৌদোকশিংসিবু খাইদোকপা ঙম্লবা, নৎত্রগসু ঙসি লিশাং শিংনা হিংলকপগী থৌরম কয়াগা য়েৎশিন্নরিবসি, য়েৎশিন্নরমদ্রবা ঐ লৈবাকসিবুদি পুমকাউ কাউথোকপা ঙমগনি। মসিদা, ঙসিদি ঐগী হিংফম ওইরুবা, পোক্লকপদগী মশীং লাকঙমদ্রবা থৌদোকশিংনা হৈজিনখ্রবসিনা ঐঙোন্দা মাগী ৱাখলসি মতম খুদিংদা কাওথোকপা ঙমদনা লৈরি।

ঙসি ঐনা হিংলক্লিবা চহীসিদা য়েংলগদি, ঐগী মরুপ্তু খঙনবা কুইখিদে হায়বা তাই, মরৈ য়াম্না তোইনা য়েৎনৈ।

'ঐনা হায়বদি . . . ?'

'ফজনা হায়য়ু।'

'নঙনা হায়বসি ঐ সুকয়া য়ানীংদে।'

'য়ানীংদে হায়বদি মী খুদিংমক হৈ। জ্ঞান তাহনগদবা ৱাদি মদু নত্তে। য়ানীংদ্রিবদু খুদমগা কোন্ননা ময়েক শেংনা হায়বদুনি। মদুনি ঐনা তানীংলিবদি।'

'অনৌবা পোৎ, নঙনা মমুৎ তানা খঙদ্রিবা পোৎশক অমা পুশিল্লকপবু নঙনা ফৈ ফত্তে হায়দুনা কমদৌনা হায়রিবনো? মদুদি নঙগী ৱায়েন নত্তে। ভাবনা শাবনি।'

'ঐসু মদু হায়বদি নত্তে। নঙসু মীনা হায়বসি খরদি তাবা ফবনি।'

'অদুদি নঙনা করি হায়রিবা?'

'লমসিদা অনৌবা পোৎ অমা পুশিনবা হায়বসি, পুশিন্দ্রিঙৈগী মমাঙদা লমদমসিগা পোৎশক অদুগা কয়া য়াম্না চাশিন্নগদগে হায়বসি খন্থবা চঙই হায়বনি। পোৎসিবু শারিবা কাংবু অদুনদি য়োনশিন্নবা মতম খুদিংদা হোৎনরক্কনি। মখোয়দি শেন্দোং ফংলিবনিনা, শেন্দোংগী ৱাখল খনবা তাবনি। লমসিদা লৈরিবশিংনদি লমসিগী খনফম থোকই হায়বনি।'

'হান্নদি নঙ অদুমাইনা হায়দে।'

'মহায় মান্নদবগী ৱানি। হায়বদি হায়।'

ঐখোয়নীগী মরৈ হায়দু মসিনি। অদুবু অদুম য়ানৈ। মরৈনা ঙমহন্নখিদুনা ঐখোয়নী খক খৎনখিদে। হৌজিক্তি মীশিংসি য়াম্না খৎননীংবগুম তৌই।

অঙাঙ ওইরিঙৈ, ঐখোয় খৎনদে। খৎনবনা মীওইবগী মশক লেপ্পী হায়বসি ঐখোয় য়ানীংদে। লৈবাক অমৈ অকনবা উৎননবা লৈবাক অমদা লান তৌশিনবৈ ইতিহাস, ঐখোয় পারকই। লান ঙম্বা লৈবাকপু অকনবা লৈবাক অমনি হায়দুনা তম্বীবা ঐ য়ানীংদে। য়াম্না কারাম্বা, মীপোৎ পাম্বা লম ওইনা শকখঙবীগদবনি।

মসিনা অকনবা ওইনা তম্বীদুনা থৌনা হাপচিল্লবদি, অঙাঙশিংদা অকন অরিং তম্বীদুনা খৎননীংবগী ঈথিল পোকহনবগুম থোক্কনি। তৌবৈদি মসি লনাই ৱানি। কৈকান্নবা ?

মাদি পাল্লম্বনি। অকন অরিং শীংবা পাল্লমবনি। শীংনবা কল্লি। ঙম্নবা হোৎনৈ। ঙম্নবা হোৎনবদা ফবদি, মমান্নবসিংগা মহে মশিং হিদান্নবা মতমদা শিজিন্নবতনি। মসিননি মানা শান্নববুসু য়াম্না পামখিবৈ মরম। মীথোই মীহেনবা পামদ্রবা মীদু মী নত্তে। লৌশিং শিজিন্নবা হৈত্রবা মীনি। মীওইবদি লৌশিং শিজিন্নগদবনি। লৌশিং শিজিন্নবৈনি মী হায়বিসি। নৎত্রবদি মীওইবসু জিবনি। মসিবু মী খুদিংমক য়ারগদবা ৱারা ?

নঙদি মীগী ৱা য়াম্না খঙবনি। নঙ লৈরল্লবদি ৱাসি ঐ নঙোন্দা শোয়দনা হঙ্গনি। ঐনা খনখি। পুন্সি তঙ্খাই অমতা চৎপা হৌরি। শিবগী পুংজা য়ৌরক্কদবা য়াম্না ৱাৎলি। হৌজিক ঐখোয় নহানি। তৌবগীদি মহাক অহলদি শাগনবনি। পুন্সিবু মশক মুন্না খঙবদুনা অহলসু শাবা ঙল্লিবনি। থৌওং খঙদবা মীনা পুন্সিগী মরমদা থক মমুৎ তানা ঙাংবা ঙম্লোই। অহল হায়বসি থৌ থেংনরক্লবা কয়াদুবুনি।

কলেজদা ঐ টি সার্ট অমা লিৎলগা চৎখি। (অয়াম্বা মতমদা ঐ অদুগুম্বা ফুবিৎ খক লিত্তে)। মতমদু বিঃ এ তম্বা মতম্নি। মহাক ঐবু য়েংলদুনা খজিক্তুং নোক্লকই। 'কৈদৌরে ?' মাগী মওংদুদা ঐ করিনো ৱাখল অমা খন্দুনা হংখি। মতৌদু করিনো অমা খল্লে হায়বা ঐ খঙই।

'নঙনা অঙাঙগা শারদুনা, টি সার্টকা লিৎলকপসি উবদা ঐদি নোক্লীংই।'

' নঙবু অহল্লনে ?' ঐসু হংখি।

'ঐখোয়বু অঙাঙনি হায়খিগদ্রা ?'

'অদুদি নঙ চহী কয়া শুরে ?' ঐগী ৱাহংসিদা মহাক শাউরং নরংনবগুম তৌখি। ঐদি হংখি, 'ঐখোয়বু নুপী থিরব্রা ?'

'কনানা নুপী থিরে হায়রগে ?'

'তো অদুনি। নুপী থিদ্রিমখৈ অঙাঙনি। চাক চাদ্রিখৈ, অয়ুক্লি। ঐ অহল ওইদ্রি।' ঐগী ৱাদুদা মা তুমিন লৈখি। ঐগী ৱাদু শোয়রব্রা ?মাগী অহন শাবদুনা, থুনা অহনগী থৌ তৌহন্দুনা, মনুং মতম চাদ্রিঙৈ, তাইবঙ কুম্মৈ মপুম ফাদ্রিঙৈ, তাইবঙপান থাদোকখিব্রা ?

অশিবগী ৱাসি হেক খঙ্গরুবদা তাইবঙদা মীওইববু লৌথোক লৌশিন শান্নরিবা মঙোন্দা ৱাহং কয়া হংনিংলি। মানা ঙমখিবৈ মসিদা ঐ লেপহৌবা

য়াই। মাগী অপাম্বা কুন্দো মপুম ফাননবা, ঐগী অপাম্বে মায়য়োক্তা মানা তৌনীংবা কয়া মথং মথং তৌরকখিবদি ঐ খঙদে। মসিবু পুক্লীংনা য়াবদি শুকঙম ঙম্লোই। মরীবু শেম্মীংলে অমুক শেম, থদৎকে অমুক থদৎ, মসিদবু কবম্বা ব্বাহন্না মসিগী ব্বাহন পীদুনা য়ানবা ব্বা হায়গনি ? মসিগুম্লবা পুকচেল লেপ্তবা মাগী ব্বাদা ঐখোয়না তুংইন্নবা হায়বসি, ঐখোয়গীসু অরেপ্পা অমা লৈতে হায়বসি উখোকচবা নৎতনা অতোপ্পা অমা লৈতে। মসিদি মীগী ব্বা ওইবদা ইকাইনীংঙাই মশক্লি। ঐ মসিদি য়াবা শুকঙম ঙম্লোই।

মীসি মীগী ওইখ্রে। মীওইবগী ওইবা মী তাংলে। হৌখ্রবা নুংগী যুগতা লৈরম্বা মীশিংদু কমদৌবমগনি ? শাহিং চাবা থেংননবা, শা তাম্লুনবা অপুনবৈ মশক অমা লৈরমগদ্রা ? নৎত্রগা চাওখৎপৈ ৱাদা যাম্না নাইতোম তারিবা মওংসি মতমদুদৈ অদুম লৈরমগদ্রা ? হৌজিক্তি ঐখোয়গী ৱা পুম্বা ঐগী ওইহৌনবা কন্না হোৎনরি।

ডাক্তবনা হকচাং ফত্তে ৱাখল যাম্না খনগনু হায। ঐঙোন্দা মফম খঙদবা লাইহৌ মচিৎ মচিৎ তৌই। খঙহৌদনা হুমাং পাখৎলি। কম্নম কুইনা ঐ হিংখিগনি ? ঐগী হকচাংসিগী ৱানি ঐনা হিংবা হাযগদৌরিবসি। তৌবগীদি ঐঙোন্দে হেন্না শাফবা কযা দোম তুদুনা শিনরি। শাংনা হিংখিগে খনবা তাববদি শিবগী ৱা খনখিবোইদবনি। শিনীংদে। হিংননবা পোক্লকপা মীওইপোক্লি। হিংদুনা সুম লৈনীংই।

'বাবা নশা ফত্তে। বাখল কয়া খনগনু হায়দুনা ডাক্তবনা হাযরকপদু . . .।'

'ৱাখলবু ঐনা খনগে হায়দুনা খনব্রা ? মথন্তা থোকচরকপনি।

'অদুবু খন্দনবা হোৎনদুনা নুংঙাইনা লৈবা য়াদ্রা ?'

'ইবেম্মা। মদু কমদৌবনো খঙদে। ৱাখল অমা নৎত্রগা অমা হেক্তা লাকই। মী অমগা ৱারী শান্নখ্রবদি অতোপ্পনি। ৱাখলবুদি কনানসু খক থিংবা ঙম্লোই।'

'ৱাখল খন্দবা শুকঙম ঙম্লরোইদবা . . .।'

'মসিসু লাইনা মখল অমরা খঙদে। মতোমতা লাকই।'

'বাবাসু মওং অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা ৱাখল খন্দনবা হোৎনবীয়ু। সে। চা থকখিসি।'

মহাক অয়ুক্কী চা পীবা লাক্লম্মী।

চা ! ঐখোয়সি মহৌশা চা থক্লমব্রা ? ঐগী ইপা ইপুগী ৱাদা চাগী ৱা, ঐ কয়া থেংনদে। মমাংঙৈ চীন লৈবাক্তা চা অমসুং শিঙ্ককী মমিং চৎলম্মী, মীরৈবাক

মচাশিংনা চা মীহৌদুনা লৈবাক তুম্না মাঙননবা থৌওং চৎথগী ৱারী হৌজিকসু লাইরিক কয়াদা য়াওরি। লমদমদুদা অকিবৈ মমি তারি। ঐগী লমদা চান ৱারীগী পাক চাউহন্নবৈ ৱা হায়রকপা, ৱাখল থৈদোকনবা ৱাখন খনবা তাগনি। অয়ুক হায়বসি নোংমৈ অহৌবা ৱানি। অহৌবদৈ হৌনা মহৌশাই চৎন লোনচৎ শীংনরবা ঐখোয়না ঐখোই চৎনবীগী ৱা ঙাওই। ফিজেৎ ফিরাংদা তাইনৈ। মীমাঙদা উৎলকদা লংখাইগদবগী অকন অরিং শিংই। মসিবু ঐ থাজসিরা ? মখোয়শিংদুবু কয়া য়াম্না লমসিগীদমক খনলমগদগে ?

মহৌশাই ফিভম ঙাকপা তারবদি ঐ হিরম অমতদা ঙাকপা হাযবসি ঐ য়ানীংদে। মদুদি ঙাকহল্লিবা মীশিংদু ঙাকহল্লিবশিংগী উশিলনি হাযবসি ঐগী থাজবনি। মীওই কাংলুপ অমৈ ৱাবু মীওই খরখক্তা ইঙ্খোকপদি হেনমল্লি। মসিদি চৎনলোনচৎ নত্তে। ঐখোয়গী চৎনরোলদা চাউরবা য়ুমশা কৈশা লৈবম্মী। হৌজিক্তা শারিবা য়ুম অমতা চৎনরোল ঙাকপগী য়ুমশা শানদে। অনৌবা চৎনবীনা লৈফম কোন্নদবৈ চৈরকসিদা পোফম মাঙহনবা, কান্নদবা মখন্নি খন্নৈ। কান্নদবা ৱানি। কন্না কন্না ঙাঙ শকই। অনৌবা নমুনা পুথোক্লে। হৌজিক্কী ৱাদা থাজববা মীওইশিংনা থাইনগী ৱাবী লীববু মহৌশাই চৎনবোল ঙাকপা কৌবা য়াগদ্রা ?

ইচানুপীনা ঐবু ৱাখল খনগনু হায়রম্বনি। ৱাখল খন্দনবা চা পীবদুনা চেকশিন ৱা কয়া হায়রম্বনি। ৱাখলদি হেন্না হেন্না চঙলক্লি। ঐগী, মীগী ৱা কয়ানা ঐঙোন্দা ঙাল্লি। ৱাখলসি লাকপা তারবদি নাক য়েৎ, তুং মাং য়েংবা ৱা ঙাক্তা লাকপা ফবনি। ঐসিবু . . . ঐসিবু হৌজিক করি ওইরবগে ?

চা ! ইচানুপী ? মহাক হৌজিক মপুং মরৈ ফাগৎলকপদা ঙায়রি। মাতগী ওইবা মফম অমদি লৈত্রি। হিংবগী ৱাসি মঙোন্দা করিনি হায়না লৌরমগনি। হৌজিক হৌজিক্তি মাগী ৱা ঐনা পূম্নমক শুপ্লিবনি। ঐ অমা ঙসি সংসাবদৈ চৎখিবা হাযবসি ঐগী ৱা নত্তে। হিংহৌরিবা কয়াই ফিভম শেমদোকপনি। মহাক পু - পাং শুদবী ওইহৌগদৌরিবনি। মসিনা হিংলিবা পুন্সিদা মহৌশাগুম লৈহনবদি খক য়ারোই।

‘ৱাখল খল্লুরনু হায়রগা অসুম খল্লি।’ মহাক কবম্বা মতমদা লাকখিবনো খঙহৌদে। ৱাসিমক হায়রকই।

‘ঐবু ৱাখল খল্লি হায়বদি কমদৌনা খঙঙি ?’ ঐসু হংখি।

‘চা থকউ হায়দুনা চা থনম্লগা, চাদি পায়দনা অসুম উংদুনা লৈরবদি ৱাখল খন্দে হায়বা কমদৌনা য়াগনি ?’

‘ফৰেনে ! নঙবু চহী কয়া শুরবগে ?’ মাই ৱাখল থৈদোক্লবা ওহ্না ঐনা হাযখি।

'ওসিদং চহী খংহং হংলক্লিবা করিগীনো ?'

'ইচাসি ওসিদি লৈশাবী খংফা ফারন্নে।'

'ঐবো !' ইখং খংবগুম ঐঙোন্দা খুবাক্না থার থারদুনা পাউখুম পীরকই।

'উম ! নঙবুনি।' ঐসু লক্লখি।

'নোংমসিদা লৈশাবী খংফা ফারক্লিবা !' মমিৎ লাওখোক্তুনা অহংনবগুম য়েংলকই।

নুংশিবনা য়োক্লিবা ইমুং অমৈ ৱারীদা, লাপ্নখিবা হায়বসি য়াম্না চাউরবা লাক্লেং অমনি। মসিদি হিংমিন্নবগী য়াম্না ওন্ন তৈনরবা মরীনি। অমনা অমৈ মরী শাগৎনদুনা, অপুনবা মশক অমনা পুনশিল্লিবনি ইমুং অমা হায়বসি। ৱাখলদা ময়ি চৎহনবা য়াদে। অমনা অমদা ৱাহায়বী শান্নদুনা অমগা অমগা থেন্নবদু মরী ওইবা য়ারোই। মদুদি মীওইবগী ৱাখল্লোন থুগাইবদুনি। মসিনা চিংনহল্লি। চিংনবদি খৎনবগী মরু হুনহন্নবতনি। মানা কৈদৌঙৈ মীওইববু অমুক তাইশন্নবগী থবক্তি খক তৌররোই।

'ইচা লৈশাবী ফারে হায়সি নহানখৈ খঙলুদে।'

'চো ! ঐ লৈশাবী ফানীংদ্রি।'

'লৈশাবীবু ফানীংলগা ফাবা, ফানীংদ্রগা তোকপা য়াব্রা ? মাদি অপাম পামদ খনবা য়াদবা, মতম্না পুরকপা খুদোলনি।'

'তশেংনা ঐবু লৈশাবী মচা ফারব্রা ?' মহাক য়াম্না চাউজরবৈ মওংদা লৈদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকই। ৱাহৈদুনা মহাকপু, মহাক অমা ওহোকই হায়দবা ওমদে। ঐগী ৱাহৈগী অর্থনা মাগী থম্মোয় অমা শেমখ্রব্রা ?

'ঐ ইমাদা তাক্লুনি।' ইকাইবগুম, নুংঙাইগুম চেন্তক চেন্তক মহাক চৎখি। মাগী অদুগুম্নবা মশক অদু ঐ অমুক কাউবা ওমগনি থাজদে। হেন্না চঙশিন্না য়েংনীংখি। য়েংখি।

করি নুমিত্তা ফগাদবনো খঙদে। হকচাংসি অসুম খিরুম খিরুম তৌরি। মসিবু অসুম্না অসুম তৌরগদ্রা ? ফরগদ্রা খল্লি। অমুক হেক্তা হৌরকই। কয়াম কুইনা অসুম্না অসুম হকচাংসি চিফেৎ চিফেৎ নাখিগনি ? ঐঙোন্দা মসিনা চল্লিবা পাউখোংসিবু করিনো ? ঐনসু মসি ফোঙননবা কয়ারক থিরিবনি। থিবা ওমদ্রি। খল্লিবা ৱাখলগা য়াম্না তাইওন্নরবগুম খন্দবা ওমদে। করি থোক্কদৌরিবা ?

মীশিংনা খন্নরিবা ৱাখলগা, ঐনা খঞ্জবগা খেন্নবা খরা লৈ। হৌজিক্কী পুন্সিসিদা ঐগী পুন্সিসি, থওইনা ঐ পুখিগে খল্লুদে। পুক্নীংগী, থম্মোয়গী, থৱায়গী অপাম্বা কযাদা ঐ শরুক যানা য়ানা, তপ্না তপ্না পঙ্কুং য়ৌরগে হায়বসি ঐগী

খঞ্জবনি। অদুবু ঙমদে। মীওইবগী থৌ, চৎনবীগী রা, পূম্নমকসি ঐঙোন্দে খাইদোকপা য়াদ্রবা রা ওইনা থোবকই। ইশাগী ফিভম্না ঐসি খংফা ফাজিল্লকই। মসিদৈ নাম্বোক্লবা রাখল মথং মথং খল্লকপদা কোক মচাসি মফম খঙদনা ঙাওহল্লি। ঐবু অসুম্না অসুম ফাহল্লগদ্রা ? কমদৌনা নাম্বোকনি ?

'অঙাঙদা করি রা অমুক হায়রুরবগে ?' থাজদনা মমা লাক্কুনা ঐঙোন্দা রাহংসিমক হংলকই।

'কৈসু হায়দেনা।'

'অঙাঙনদি পাউ অমা তন্নকই।'

মদুবু পাউরা ? পুন্সিগী মিকুপ অমদা খঙহৌদনা ফাওরকপা রাহৈ মচা অমনি। রাহৈদুদা য়াওবি, পুন্সিগী মরীদা থুপখিগদবা চৎনবীগী রা অমা, মরী অদুনা হান্নৈ মরীদৈ তোপখিগদবা শক্তম। মদুনা মরী ওইনা লৈরগসু, ফিভমদি শোয়দনা কায়রগনি। ফিভমদুদদি ইশানা ইশাবু মায়থিহনবা নৎতনা অতোপ্পা ফিভম অমতা লৈতে। হিংবা হাযবসিদি অপাম্বদু ফোঙদোক্কদবনি। অপাম্বা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবদি পুন্সিসি পুন্সিনি খক হায়নীংদে। অদুবু পুন্সিসি চৎনবীনা, নমশিল্লে। অপাম্বা ফোঙদোকপা ঙমহন্দ্রে। ঐ ঐগী অপাম্বে মাযোক্তা হিংবা তাবি। ঐগী নিংতম্ববু বন্দি থল্লবা ফিভমসিগী রা ঐ তাগদ্রা ? মসিগী মতুং ইন্দুনা, ঐগী নিংতম্বদৈ বন্দিনা হেন্না চাউরবা মওংসিদা ঐ হিংখিগদ্রা ?

ঐগী তম্পাক্তা, নঙন্দা মাগী ওইনফম ওইরকখিবনি। অহিং কযা লেপ্তুনা কপ্লক্লবদা, মাগী মীকপ্তু ফননবা ঐনা কযারক থেমখ্রবনি। মাদি কপখি। থেম্বা ঙমখিদে। অপাম্বা খঙদ্রিবা মহাক্কী অপাম্বা থিননবা হোৎনবদা থবক অমা ওইখি। মীগী অপাম্ববু মশানা ফোঙদোকত্রিঙৈদা করম্না থিগনি ? ইশাগী ফাওবকপা রাখল মথং মথং থিদুনা মাগীদমক ঐ কাউজখিবনি। ঙসিদি মাগীসু, মাগী ওইজবা রাখল অমদা মশাবু ঐঙোন্দে চিংথোকখ্রে। মা নাবৈ অহিং তূমখিদবা, অসুম কপখিবৈ মাবু পমদুনা মিকুপ অমতা তূমখিদবা ঐসি মাই কনা অমুক ওইরক্কদবা ! মাবু কমদৌগদগে চিংনবতনা নোং ঙানখিবৈ অহিং, মদুবু মা খঙলমগদ্রা ? মদুনা শাগৎখিবনি নুংশিবৈ চেৎলবা মবী অমা। ঙসিদি মরীদু তৎকদবৈ দাকফম লৈবা হৌরক্লব্রা ?

'অঙাঙদু লৈশাবী মচা ফাবক্লে।'

'অঙাঙদা অদুগুম্লবা রা হাযবীগনু।' ঐগী রাহৈদু য়াম্না হাযহন্নীংদবৈ মওংদা মমানা হায়বকই।

'তশেংনা অঙাঙসি লৈশাবী ফারক্লে।'

'ইনখৎলক্লিবা অঙাঙদা অদুগুম্লবা রাখল পোকহন্নবীগনু। শেন্নান্নবা রাখল

অমা পোকখিবা থোক্লবদি, নীংঙমদবা অমা শোয়দনা লাক্কনি।'

নীংঙমদবা ! তৌরিবা আশাগী ওন্নতৈনবা ৱাখল ! মসিদা ময়ামগী ওইবা ৱা অমা মফম খণ্ডদনা লৈবগুম উই। লৈবাক অমা, সমাজ অমা হায়বসি, মফম খণ্ডদবা নিয়ম অমনা মতম খুদিংদা পুন্দুনা থল্লবনি। মসিদা য়াওরি চৎনবী কয়া। ঐসু চৎনবী কয়ানা য়োমদুনা চাউরকপনি। চৎনবী হায়বসিসু শেমগে হায়দুনা শেমখিবদি ওইরমদবা য়াই। মসিনা মফম মতম অমদা মফম খণ্ডদনা লাকখ্রবসু, ঐখোয়বু হেক য়াহনখিবা নুমিৎ অদুদৈ মাতগী ওইবা তোঙাল্লবা মফম অমা মালেমদা কনবা হৌখ্রবনি। লম অদুগী শাহৌদা মফম খণ্ডদনা তিল্লরবনি। মাবু তঙাইফদনা ইকাইখুম্নবা তারকই। ইপারোল, ইপুরোলগী অচৌবা মপুলাই অমা হাপ্তুনা মখোয়গী, চুমথরকপা মচুম্না ঐখোয় য়াংলেন শরু ওইবা তারকই। ঐবু মসিদা কয়াম য়াম্না চঙশিল্লিবগে ?

অবেম্মা ! অপিশক, নঙনা ঙসি লৈশাবী মচা ফারকপসি ঐঙোন্দা পুক্নীং য়াম্না নুংশিহল্লি। পুন্সিদা অমুক নঙবু ইথাদৈ মুনখিগনি হায়বসি ঐনা আশা খক তৌদবনি। অদুবু ঙসিদি নহাক ইথাদৈ মুনখ্রগদ্রা চিংনদবা ঙমদে। লোনচৎ, নঙসে য়েক্লবা নত্তে। ঐখোয়গীনি। অদুবুনে, থৱায়গা চাশিন্নবা ঙমদ্রবা মতমদদি নঙবুসু নিন্দা তৌবা পাল্লকই। ঐগী পুন্সিদা মাবু, নুংশিনা য়াম্না নুংশিনা থম্বা পাম্মী। করিগীদমক ঐনা ঙসি চৎনবীবু, তোঙাল্লবা খল অমদা থাঙজ্বুনা ওনবা পাল্লক্লিবনো ? মসিনা পুন্সিগা পুন্সিগগী মরক্তা চিংলিবা মরীসিবু কয়াম য়াম্না নকশিন্নহনবা নৎত্রগা লাপথোকহনবদা মতেং পাংগনি ? ৱাখলসিনা সমাজগী ফিরেপ হোংহনবা ঙমগদ্রা ?

ঐনা হোৎনখি, ঐ হাপচিন্নবা। ইতম্বাক্তা থাঙৎখি। ৱারী লীখি। থাইনা ইধৌনা লীরম্বা ৱারী, শুথাং মথং মথংগী মরী লৈহৌনবা লীখি। ফুনাক মপান্দা ঐখোয় ময়াম ফমদুনা তারকখিবা ইধৌগী ৱারীদু হন্না ইচুম তাহনখি। ৱারী তানা তানা ইচিন ইনাওশিং, নুমিৎ অমা শান্নরুবৈ মোৎলবা খোঙ খুৎ হাম্নবা ফুঙ্গাদা থাঙৎলিবা ঈশিং শাবা ঙাইখিবনি। অলু লৌখি। মৈ য়াইনা য়াইনা অলু অশাবা ফুঙ্গাদৈ হন্দুনা মকু খোক খোক্তুনা চাখি। অশাবা অলুনা ভৌ পোকপমখৈ, লৈ পোকপমখৈ চাবা অলুগী মহাওদু কাউবা ঙমদ্রি। করম্না কাউবা ঙমগনি, পুন্সি কয়াই মৈহৌরোল য়াওরবা ৱারীনি। অসুম নীংশিংবা পাল্লি। ওন্নক্লিবা মতমগী য়াওন্দা ঐগী ৱাখল য়াওনা ওনবা ঙমদ্রি। ওহৈরগা কায়খিগদ্রা কিরি। মমিদু ঙসিসু লৈরিব্রা ? ঐগী পিক্লিবা অঙাংশিংদা য়েংলি। মখোয় শান্নদে। লাইখি শান্নদে। কুইন্ ভিক্তোরিয়াসু চহী ১৪ শুরকপা মতম ফাওবদা লাইখি ১৩২ শান্নখিবনি। ঙসিগী অঙাংশিংনা শান্নদে। কাম্বিন শান্নদে।

উরাউবী মাঙখ্রে। কে কু লোৎপীদি শান্নরি। য়াম্মা হেন্নদুম লোৎকল্লি।

'অপে ! অপে ! ঐনা কৌই। কনাসু খুল্লক্তে। হৌজিক্তা খাইদা শান্নরম্বদাই, কদায়দা চৎখ্রবা ?' 'অপেচা ! অপেচা ! ' হৌনা কৌরুই। তাদবগুম কনাসু খুল্লক্তে। নুংশা থি। হৌজিকপু কদায় চৎলমগনি ? মমাঙ পুখ্রিদা তারমগদ্রা ? লমজাওদা মফম খঙদনা চৎলমগদ্রা ? ইপা পাখৎলি। ' অঙাঙ লৈতেনে। কদায় চৎখ্রবা ?' পাখৎনা হংলুই।

'বাবা ! কনানো থিরিববু ?' ময়া ইহি হিগাৎলদুনা ফৈজুপ মনুংদৈ লিখোরকই।

'নঙদি অদুদা কৈদৌরল্লিবা ?'

'ব্রারী লীবীদবৈ লোৎলিনি।'

'অদুগা কৈগী ব্রাবী লীবীবদনা তানীংদে হায়রিবা ?'

'বাবাদি লাইখুৎশাংবীনা করিগী অঙাঙ চাথোকহল্লি ?'

'ব্রারীনি। ব্রারীদদি য়াই।'

'অদোইস্যু। মদু ঐ পামদে। অঙাঙদি চাউদ্রিফাও হিংহনগদবনি।'

হিংহনগদবনি। লৈবাক অমবু লৈবাক ওইননবা অঙাঙদি হিংহনগদবনি। লৈবাক অমৈ লৈহাওদা অঙাঙবু মপুম ফানা হিংহনবৈ ব্রা য়াওদ্রবা, লৈবাক অদু লৈবাক ওইদ্রবনি। মুৎকদবা কুইদ্রবনি। হৌজিক্কী অঙাঙদি, লৈবাক্কী ব্রা নত্তে। হাৎপা তুপ্পগী মঙ মঙবনি মখোয়না পাল্লিবা। মখোয়না পাম্মী নোংমৈ। অকনবা শাবৈ মশান্নদা শান্নবা। শান্নপোৎ য়োনফমদা লাইথি য়োন্দ্রে। মীওইববু নুংশিবা তম্বীবা, মীনুংশি য়োকখৎপৈ, হিংমিন্নবৈ মশক মপুং ফানা তম্বীগদবা লাইথি য়োন্দ্রে। ঈখেংলক্তা মীওইবা কয়াই পুন্সি পিখম্নহনখিবা, হাৎপা তুপ্পে লিংজেনতমক লৈহনবা ঙম্বা নোংমৈবুদি য়োল্লি। মসিদি মী হাৎপৈ ইতিহাস লাক্লবা মচাক্লি। মসিবু তুংগী মীরোন্দা করি পাউজেন পীগদগে ? মীবোল মীরোল শমথহৌনবা করিনা মরী ওইহৌগনি ?

'নঙবু ব্রারীদু সুকপাম পামদ্রব্রা ?'

'পামদে। অঙাঙ চাবৈ ব্রারীবু অঙাঙনা পামগদ্রা ? ব্রারীদু তারুবৈ ঐবুসু চাবা লাক্লবদি কমদৌনি ? ঐ য়াম্মা কি।'

' নঙবু ব্রারী লীয়ু হায়দুনা ঐঙোন্দা লীহল্লগা হেক হেক তাদাইনে।'

'মদুদি ঐ নাকোং মেনবী শান্নরিবনি।' ঙসিদি অঙাঙশিংসি য়াম্মা শিংলে। শান্নবসু মখল মথেলগী মওংদা শান্নরে। শান্ননবদি মখল মথেলনি। ঐসু অঙাঙ ওইরিঙৈদা মখল মথেলগী মওং কয়াদা শান্নরকই। অদুবু হৌজিক্কদি মান্নদে। উরাওবী শান্নরকই। শ্বর শান্নবা তম্বা, হকচাং শেংবৈ খুদম উৎননবা মশান্ননি।

য়াম্না নুংঙাই। মীতৈশিংনা শিরমদাইদা থরায়বু নোংম্না নিনী ফাদুনা থনম্মী। মসি অহলশিংদুনা শ্বর শান্নবা হৈবননি হায়নৈ। কয়াম য়াম্না চুম্বা হায়দুদি খঙদে।

ইধৌ অহল ওইরক্লে। মাঙগী পুন্সিনা তুংগী পুন্সিবু উশিন্দুনা শমজিল্লক্লে। হৌখি হায়দুনা লোইখিগদবা মীওইপোক্লি। করিসু নৎতবা, ঈ মরী ওইরুবৈ নুংশিবা মাদি করিসু নত্তে। লৈবাক্কী মী ওইরবা, শিহন্নীংখিদ্রবা, মশাগী ওইবা করিসু লৈহৌদবা মী কয়াসু মফম খঙদনা লেপলৌ লৌখ্রবনি। লৈবাক পুম্বা ৱাখি মাগীদমক । অদুবু করিসু তৌবা ঙমদে। মসিবুনি তাইবঙপান। তাইবঙপানগী ওইরবা মরমচৎ মসিনি। মী লোইনা কোইচেন চেন্নখি। মরী মতা মথং মথং, মরী মরী লাকই।

হো ! ইধৌ।

হো ! ইধৌ।

মথং মথং কপ্পরকই।

খঙহৌদনা মরক অমদা, ইধৌ জ্ঞান খংলাক লাকই, ‘কৈদৌরে ? অদুম্না ইনাক্তা করিগী লাংলিবনো ? লাংগনু। হকচাং নুংঙাইতে।’ য়াম্না থাজদবা অদুগুম্লবা ৱা ইধৌনা হায়রকপা মওংদুদা ময়াম লাংলম্বা পুম্নমক ইংথনৈ। শ্বব কম্না হোন্নদে। পুমচিক চিকই। তৌফম খঙনদে। অচিকপদা তৌফম খঙদবদি অনৌবা নত্তে। শ্বর হন্দোকপদা ময়ামসু হন্দোক্লে। ৱা অমতসু লেপ্পা ঙম্নদে। থম্মোয়দা লৈরিবা, ফুল্লিবা ৱাবু করম খংফুক ফুক্কনি ? ঙাঙলিবা ৱাসি কয়াম কুইনা ঙাঙখিগনি ? শোক্সরিবা হকচাংসি অমুক কনখৎলকখিগদ্রা ? কয়াম কুইনা হিংখিগনি ? অহল ওইরক্লবা কয়াদি শিবনা মথৌদাংনি। শিরো । শিরো হায়বদি শুকহায় হায়নীংদে। শিহন্নীংদে।

‘ঙসিদি তৎনমাক্লে। নখোয় লোইনা নয়ুম নয়ুমদা হনখ্রো। শগোলশেন নুমিৎসিদা নয়ুম থাদোকপা ফত্তে। হয়েং ঙন্তা ঙন্তানা লাকউ। ঐ তুমিন ঙাইহাক্তা পোথাখিগে।’

নোংঙাল্লগা ইধৌ লাইরৈপাক তমখি। নুমিৎ মশক খঙনা চৎখি। কনানা হায়, খোইদৌৱা শান্নরমনি। অরোইবা পুংফম খনখিবা মওংদু কলক্লে। অঙাঙদা শ্বর শান্নবা তম্বীবা ফত্তবা নত্তে। পুন্সি খোঙচৎ অমদা তঙাইফদবা পুংফম অমা অরোইবদা লাক্কনি।

ঙসিদি নোংমৈনি। অশোনবা কাংবুশিংগী অকন অরিং শিংননবা নোংমৈ। দাং ! খুৎশেমগী অপিকপা পোৎশক অমগা মীওইবা অমগী খ্বাইদগী মরু ওইরবা

থৱায়গা শিন্নহন্নবা শান্নপোৎ নোংমৈ, অকনবা, মথৌনা লৈবা, মতিক মগুন চাউরবা মীনা পায়রবদি মফম খুদিং ইকাইখুম্নরমগাদবনি। মমল খণ্ডদবা কয়ানা, থৱায়গী ইকাইখুম্নবা য়াওদনা থৌরম কয়া তৌরকপদৈ ঙসিদি মীওইবা কয়ানা কয়াদা মিপাইন্নরিবা ? মসিগী পাউ অমতনা ঙসিদি ঐখোয়বু নুংঙাইহন্দে। থৱায়বু লৌরগা পায়দুনা কনানা শান্নবগে ? করিদা শিজিন্নখিবগে ? মফম কদায়দা লৈগে খণ্ডদবা, করিসু উদবা পোৎশক্তু লৌরগা কনাগী নুংঙাইনবনো ? কললক কঞ্জাওবা কোক্লনবা, মরাল অমৈ থৱায়বু লৌরগা মপুক্লীংদা নুংঙাই অসিরা ? নৎত্রগা অতোপ্পা মাবু য়ানীংদবা মীওইশিংবু কিহল্লি অসিরা ? ৱাহল্লোক অনীমক ঐঙোন্দা য়ানীংদে। অদুবু মতমসিগী অঙাঙশিংনা থৱায় মুন্নবগীদমক শারিবা পোৎশকসি অসুক পাল্লিবা করিগীনো ?

মহৌশাই মীশিদা শিখিবা মাইদমক ঐ ৱাই। হিংথৎ থৎখিবা, মফম খণ্ডহনখিদ্রবা থৱায় কয়াইদমক্তি করি ওইরমগনি ? করিনো থৱায়শিংদুনা চৎখিবদা থম্মোয়দা ফাওহৌগদবসি ? অশিববু খুদোল তল্লিবা মখোয় কয়াসু নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মতমগী খুদোলদা চপ মান্নবা ফিভম অমা মায়য়োক্লরুগনি। অঙাঙ ওইরিঙৈগী লাইরিক্তা ঐনা পারকই, "ৱাতোন্না ৱাংলগা ক্বাক্লা ফমদেকই। লীন্না চিকত্রিবা মীনা লীনগী মন্থ খঙদে।"

অঙাঙ ওইরিঙৈগী ৱা ? কয়াদা নুংঙাইখ্রবা !

শান্নরকই,

শে শে শেবোতি

নঙগা ঐগা কাওনসি

কনানা ঙমগে য়েংনসি

. . .   . . .   . . .

মশিং খণ্ডদনা শান্নরকই। ইথক থোংবশিংনা শান্নবা তম্বী। শান্নরিবদুগী অর্থদি খণ্ডখিদে। অর্থ খণ্ডদবদুনদুম হেন্না নুংঙাই। পুক্সিসি অর্থদা য়েংলবদি ঐ তূমদুনা লৈনীংই। শিবক্লনবগীদমক করি থবক শুনীংগনি ? নোংমা নোংমা হৌখি। খঙ্থরুদবা ইচানুপীগী ফিভম মাইথোং লৈশাবী পুংকক চাউবকপৈ মশক শকফম য়ৌরক্লে। ফিভমসিদৈ হযেং করি কবম, তম্বা ঙল্লক্লুরোই। ইপা ইপুই অরোনবা পাউ পীরম্বা মশান্না, ঙসিদি শান্নখিদ্রে। "তোং তোং তোংদোম্বী, নোম নোম শেগাইতোং", অর্থ থোকত্রবা পাউখোংনা ঐগী শুমাংদা তা-তাদুনা লৈরি। অশিবা কয়ানসু মীওইবগী য়ান্না কান্নরবা অর্থ কয়াদি হনবনি। পুক্লীংদা থম্মোয়দা লেপ্পা ঙমদ্রবা ৱা কয়া পুনশিনখিবনি। অৱাবৈ মশক অমনা পুনশিল্লবসু

মাগী তোঙাল্লবা মরী অমদি লৈহল্লি। ঐখোয় শুমাংসিদা ঐখোই খ্বাইদে মরুওইবা লনগে অমদি মাঙখিবা তারিমাগ্নে। লনগৈশিংসি ঙসিদি ঐ অমুক য়েংশিল্লুবা ঙম্লরোই।

'বাবা চা হৌজিকফাওবা থকত্রিব্রা ?'

'থক্রেনা।' য়াউম অনী অহুমদি চিংখ্রবনি।

'থক্লগা চাদি পীক থম্না য়াওরি।' মমানা কোল-লিক চামথোক চামশিন তৌরিঙেদা য়াওহৌনবা হায়দুনা গ্লাস লৌবা থারক্লিমাগ্নে।

'চা ! ঐ থকপদি থকখ্রবনি।'

'কনানা অমুক চা হৈজিনবীরল্লিবনো ?' ঙাঙবা শকপা য়াম্না হৈরে। হৌজিক্কী অঙাঙশিংসি য়াম্না শিংলে।

'খঙদ্রে। ঐ শুন চৎলমাগ্নে।'

'বাবাসি . . . । ৰাখল খনগনু হায়রগা . . . । চাসিবু অমুক থকখিগদ্রা ?'

'য়ারেদা। থক্লরোই।

'পোৎ য়াম্না মাঙহল্লি ঐখোই বাবাসি।'

মমানা হেক হেক হায়বা ৰাঙাঙ্দু মাসু চিন্ফা পুরিমাগ্নে। ঐ নুংঙাই। পোৎ মাঙহন্দবা হায়বসি য়ুমগী ঙাক নত্তনা লৈবাক্কী ওইনসু কাম্নগনি। অরেম্বদা হুন্দোকপা হায়বসি করম্বা ৰাহন্না কাম্নবগী মরম পীগনি ? অদুবু মীতৈদি লেমহন্দবা য়াদে। লেমহন্নবদা চৎনবীগী লেমজবা মফম অমা কনশিন্দুনা ঐখোই থোপ্তা য়ৈরি। লুদা তোংদা পকহল্লি।

'চা কপ্তুবু ঐ লোইনা থকখিদ্রব্রা ?'

হৌজিক্কী থবক্তা হৌজিক হৌজিক ঐ জ্ঞান মাঙবা হৌরক্লব্রা ? ঐগী ফিভমসি ঐ মমুৎ তানা খঙনবা হোৎনবা তঙাইফদে। অসুম্বা অসুম তৌবা তারবদি ঐ কয়াম কুইনা হিংখিগনি ?

'হোরেলদি তুম্লরোইদো।' শোঙ্খাংননা ঐ তাননবা মমানা য়াম্না হায়নীংবা ৰাফম্না হায়বা ঙমদ্রবগুম হায়রকই। ৰাখল য়াম্না খনবা নুমিৎসি অহিং কয়া তুম্বা য়াদে। খনখিবা ৰাখল খুদিংমক হুঞ্জিল হুঞ্জিল হুম্লক্তুনা ওৎলৈ। খনবা হৌখ্রগসু, ৰাখলসি লেপ্পা য়াদনা মফম খঙদবা ময়াম অমা মরী মরী লাকই। ঐগী মওংসিদা ইচানুপীনা করি পাউ তমশিল্লুরবনো খঙদে। মাগী ৰাহৈদুনা ঐঙোন্দসু মফম খঙদবা, চনৈনবা মওং অমদি লৈবগুম তৌই। অহিংদা তুম্বা য়াদবৈ চৈনা খাংবদু, মমানা কাম্বল খজিক্তং থাঙ্গৎলদুনা, ঐঙোন্দা মমায় ওনশিন্দুনা য়েংলগা লৈগনি। মাসু তুম্লোই। অহিং তুমদবৈ ৰাবদি . . . । অহিং

হায়বসি তৃপ্পনবনি। অসিগী অৱাবসি ইতোমক্তী নত্তে। হৈনবীনা পুন্সিদা তিনশিনখিদুনা অর্থ ওইনা শন্দোকশ্রবদা মসিনা অমুক পুরিবা অথসি মখল অমনি। শক্রোনসু উরিবা, খঙলিবসিক্কা কৈদৌঙৈ খক লোইদে। মসি খঙখিদবা কনাদি খঙখিদবা য়াই। খঙশ্রবা কনানদি মসিগী মরুমদগী নাথৈবা অমুক পাল্লোই।

'অহিংসু কমদৌনা লেনবীগে হায়রিবনো ?' য়াম্মা তুকথনা ৱাহংসিমক হংলকই।

'ঐগী হকচাংসিনা ঐঙোন্দা করি পাউখোং চল্লিবনো খঙদে।'

'অদুগুল্লবা ফিভম'মা লৈরে খঙবা তারবদি ইশানসু খরদি চেকশিনবীবা ফবনি।' ৱাহৈসি হায়বা লোইরকপদা ঐঙোন্দা হান্না য়েংলম্বা মিৎয়েং অদুমক লৈখাদা য়েংখি। ফনা কুইরবনি মা ঐ য়ুমসিদা পুন্না লৈমিন্নরক্লিবা। অদুমকপু লৈনখিবা মরীগী মশক অমদি হোংঙমদনা লৈরি। দ্রোদ্রা খোন্দানবনা মসিমদি অসুম থুগাইবা ঙমদ্রি। নুপা নুপীগী মরী হায়বসি, মতম্না, ফিভম্না, থুগাইবা ঙমগদবা লৈতে। মসিদি মহৌশাই ওইবা মশক অমনি।

'চাক লোইরে। চাক চাবী . . . ?'

'হৌজিকপু চাক লোইরবা . . . ?'

'থেঙলবনি। ৱাখলদা সুম উংখিদুনা মতমসি ইচৎ চৎত্রবোই নীংবনি। চাক্তি ইংবু ইংলম্লনি।'

'চা থকখিবা কুইখিদ্রি।'

'চা থকপবু অদুক কুইনা থকপীরিবদু করিগীনো ? লোইবু লোইশিনবীখিব্রা ?

'ফরে। চাক চারুবসি। চাক লামখৎলক্রে।' মহাক অহংনবা মিৎয়েং অমদি য়েংলকই। তপ্না চৎলিবা মতম্না মীওইবদা লৈথেৎ মথং মথং হাপ্লকই। ইখঙ খঙনা হৌখিবশিংবু লাপ্পা ইহ্লোকখি। অপিকপা লৈমায় অমদা নীংশিংবনা নীঙমদ লেপহৌই। নীংশিংবসি লাইনা অমরা ? ৱাহং নঙসু ঙাইহাক্তা পোত্থাখো। ঐসু ঙাইহাক্তা পোত্থাখিগে।

থাইনদি মী শিবসি য়াম্না কিনবম্মী। অশিবৈ ইমুংদা অকিবনা নঙ্করক্তনবা, লৈকাইগী, অরাপ্পে মরী মতা কয়া লাক্তুনা মৈরিংবা হায়দুনা লেক্লরম্মী। ঙসিদি কদায় মৈরিংবৈ ব্রা ? মী শিবদা থোইনা কিবা পোক্লরকত্রে। অশিবৈ পাউনা মকোক মকোক্তা হাপ্তুনা নুমিৎ খুদিং পাউ ফোঙনরক্লে। মতমসি য়াম্না ওক্লে। শিববু শান্নব্রা ?

ঐখোয়দি কিখি। ইথৌসি শিরগদ্রা ? মশা য়াম্না শোক্লে। মহাক মশানা মশাগী মফি মরোল পংলোইদা লোইশিল্লি। মাগী ওইজরবা মপোৎ মরলদু কনানা পুখিনি হায়দুনা মদোম কিরিবনো খঙদে। কনানসু মাগী মপোত্তু মুল্লুগদবা লৈতে। তোইনা হায়, 'ঐবু কৌরক্লে। ঐবু কৌরক্লে।'

'কৈদৌরে হায়বা ?'' ইমানা ইপা পাখৎনা হংই।

'ঐবু অরাপ্পা লমদম অমদা কৌরক্লে

'কনাননো কৌরক্লিববু।' ইমানা তপ্না হংখি। মিৎলুদা পিগী ইরা চেঙ্করকই। ব্রাহৈসিদবু করি কপ্নীংঙাই লৈরিবগে ?

'তু ! ননেমসি লাক্লে কুইরবনি উনখিদবা। ঐ চৎলগে।'

'পাবুংসি কুইগদবা মান্দ্রে ।' ইমানা পাবুংদা ওনশিন্দুনা তপ্না হায়খি। 'শঙদবা য়াররোই।'

'করি তৌববগে অদুবু ?' পাবুংনা ইতিং তিংনা হংই।

'মশা শোঙ্জিল্লক্লবা, নারিঙৈদা অশিবনা অহিংববু কৌরক্লবদি কুইগন্দে হায়নৈ। চেকশিন্দবা য়াদে। অহল অমা লৈবসি পুক্লীং লুম্বনি। অদুবু কুইগদবা মান্দ্রে।'

'পুংফমসিদা মদু খল্লুরনু।' পাবুংনা হায়খি। হায়জবতনি মখজাই চাউরুং অনীদা মিৎলুগী পিবাংদি লেপ্তুনা চেঙ্বগুম উবি। অরোইবা খোঙচৎকী ব্রা, ব্রা অসিনা তুপ্লমদাইদা কনানবু নুংঙাইগনি। মাগী ব্রাদি ব্রারুরসনু হায়বা পাউনি। অহল ওইসনু, অঙাঙ ওইসুনু, অশি লমদমনা তানশিল্লক্লবা, খূৎ পায়দুনা চিংলক্লবা

মতমদা কনানসু হরাও তয়াম্না লৈখোকপা থক গুল্লোই। মাগী লাইবক্তি মিৎলু পিরাংগী মচল অমা ওইরবনি।

'ইথৌ! ইথৌ!' ঐনা কপহৌই।

ইতপ তম্না ইথৌনা হায়রকই। 'গুসিসি শগোলশেন নখ্রা'

'ইরাই ওইরমাললে।' ইমানা খুমখি।

'ইরাই ওইরবদি য়াম্না ফরে।' ইথৌনা তাইবঙ থাদোকখিবা নুমিৎ অদু ইরাইনি। অহল্লদুনা মদুতা গাইদুনা লৈরম্বা মাল্লি। নুমিৎতুনা মাগী শিম্থা গুরম্বে অরোইবা পুংফম্নি। থবায়না শান্নরম্বে নিংতম্বা নুমিৎনি।

নীংশিংলকই, নুমিৎ অমা। অবোক্পা তাইবঙপান থাদোকখিবে নুমিত্তু নীংশিংহনখি। ইথৌ ফোঙবদি ফোঙদোক্তনা য়াম্না কপখি। হিংবে নুংঙাইবা মচেৎ অমতা য়াওদ্রবগুম নুংশুক নুংজানননা লেনবগুম তৌই। মাগী থবায়সি অবোকী থবায় মীরেলগা লোয়ননা সংসারদে খোঙদোই হনখ্রমাল্লে। তাইবঙ লোনচৎকী শাহম য়েংলুরগদি অবোক্পা কোম্না থুপফম থোকপনি। চহী খেন্নখ্রবা মখোয়নীগী পুন্সিনি। চিখোন নাওখোম্না নুপী ওইবীশিংনা পুন্সিবু খোমজিম্নবনি। অদুবু মরাইবক্তা তমলমদ্রে। অবোক্পা শিম্থা হানখ্রে। মসিগীদমক মচি মচিদা ইথৌনা হেক হেক মখোন থোক্তনা পিরাং শিন্থে। মমৌনা চেকশিন্না তৌজবা শেবা মহাক পেনখিদে। কৈদে পেনগনি? অপেনবা হায়বসিদি থবায়না তারবতদা লাকপা পুক্নীং ইথন্নি। থবায়গা শিন্নগদবনি। থবায়গী মমি তা শিল্লুবা ঙমদ্রবা মফমদদি কদায়দে অপেনবনা নপাশিল্লুগনি? মসিদদি কৈদৌঙে অপেনবনা থক বাইরোই। লাইবক্তো ময়ি অমতং হেল্লেন্নবদি ফগদবনি। পামজবা পুম্বা থুংলমগদবনি।

মতম অমদা ফি শাবা হৈবগীদমক মমিং চৎলম্মী তবোপ। হান্না মমিং অমা থোল্লন্নবসু, ইনখৎলকপা মতমদা বুপ বুপ লাওনা মপোপ মতাং ফজে হায়দুনা তবোপ কৌখিবনি। লৈকাইদা ফজবে মমিং চথলি। লৈকাইদতা নত্তে, লৈগী লৈনমবু মালংবনা হেক শিথলিখে পুবগুম, থম্মোয়বু হেক পাল্লবা, নুংশিববু পুদুনা চথলি। চিন্থাং য়েহল্লি। থম্মোয় অমদে থম্মোয় অমদা পাউ তমখি। লোইখিদে। খুন অমৈ বাদা নত্তে। লৈবাক পুম্বে বা ওইরুই। ফজবনি মী অমা নীতা নত্তে য়েংবা হৈবা লোইনমক্লি। য়েংবা লাকখি। তিকি মৈ চাকহনখি। ফৈজোম শেৎপা কয়া, পামজবা মকাদা হিদাক থকপা লাকখি। চেপথ চেপথ অরোনবা মিথয়েংদা তবোপ্পু য়েংজে। সাইকল তোংবা, ফৈজোম শেৎপা, শানানবা

কয়া মগুিলা খিংদুনা, থোঙ্গাল মশক খণ্ডনা চঙলকই। পাউ লোইনা তানমাম্লে। কদায় কদায়দৈনো মফম খণ্ডদবা মতমগী পাখংনা কোইচাই চাইরে। সাইকল তোংবা কয়া ঙম্মদবা মতম্নি। মতমদুদা তোংবা সাইকল ঙসিগী সুম্বসু নত্তে, বিলাৎকী সাইকলনি। মতমদু সাইকল অমা তোংদুনা কা অমা চিন্দা উমখ্রবদি লোইরে।

অবোক্লা ৱারী লীরম্মী।

'পাখং ইনববু মতমদুগী অহল লমম্না চৈদ্রা ?' ঐনা হংখি।

'কৈদৌ চৈরুনি। মদুদি মতমদুগী চৎনবীনি।'

'চৎনবীসি য়াম্না মঙাও থীরম্বা জাৎনি।' ঐনা হায়খি।

'থিদা অঙাওবসিদি। চৎনবীদি কৈদৈ মঙাও থীগনি। ময়াম য়ানরবা ৱাদুনি, চৎনবী হায়সিদি।'

'মদুদি য়াম্না হায় রোমান্সকী ৱানিনে।

'হায় মান্স হায়বু করিনো ?'

'য়াম্না নুংঙাইরবা নুংশি নুংঙলগী ৱানি হায়বনিদা।'

'মচোনপাক নাইদেদা, মসি অঙাঙসি।' শাউনীংগুম, নুংঙাইগুম নোক্লগা মখা তারকই, 'নুংশিনবৈদি ইপা ইপুশিংগীসু ৱারী লৈরিসিনি। খম্বা থোইবীগী, হাওবা কোনুগী নুংশি ৱারীশিংসি ঐনা মানা হৌদোক্লুবদি নত্তেদনা লাই হাক্তকীসু নুংশিরবা নুংশিনবগী ৱারী লৈরি।'

চুম্মী ! নুংশিনবৈ ৱারী, আ মৈহৌরোলদৈ ঙসিফাও লেপ্তুনা লীনরি। নোংপোকনিংথৌ পাহোইবী, লাই হাক্তকী ৱারীবু লমসিদা খণ্ডবা কনা লৈ ? শঙং শাজত্তা খজিক্তনি হোংদোকপা নুংশিনবদি নুংশিনবনি। হৌজিকসু নুংশিনবৈ অর্থ থায়নদৈ হোংদোক্ত্রি। মীওইবৈ পুকচেলদা তাইঙম্নবা মশক অমদি মরক মরক্তা উৎলকপগুম তৌরকপা মশক য়াওদবা নত্তে।

তিকি চাকপা লাকখিবা ময়ামদুই মরক্তা নঙ নধৌদুসু অমনি। মতমদু লাঙবা চৎনদে। য়া য়া হিগক্তুনা লাঙনখিদে। ইমা ইপা পু পাং শুনা য়ুমদা লৈরিবনি। মথোই কারকপৈ লম হেনখ্রবা কয়ানা, হায়বা ইনবদৈ ইম্লবা মওংদা মখোয় লোইনা লাকখি। চঙলকপা মতমদা, লাম্না থোঙ্গালদা খুরুম থনমদুনা, লৈবাক মচা তাবা তান্নে। ঐনা ফি শাই, মাঙ্গোল নাকথদা থারিবা ফক তম্না লাকই। ফিদা শেমদুনা, ফৈজোম তপ্না শেম্লগা নিংথিনা ফমথে। ফি শাবা তোক্তুনা হিদাক হানখি। খুদোং ফান্নবা শেম্মী।

'পাম্বা পামদবা লোইনমক খুদোং শেমব্রা ?'

'শেম্মী। কলক য়েংথি, অপাম পামদনা মীওইবগী মশকপু খক তোখাই

তাহনখিদে। ইনুংদা নুংশিনৈ। পাম্বা পামদবনা থম্মোয়তগী মশক ওইহল্লি। মীওইবে মশক্কা ইতোপ তোপ্পী।'

খুদোং পুথোকখি।

'করিনো শকহেনবি ? খুদোং শেম্বা হৈত্রিব্রা ?' লোরপ তৌবা তিকি খুদোং মথক থংনা হাপ্পুবে শাউরপ তাবা খোঙ্গোক্তা হায়রকই। লারৈ লৌখত্তুনা মদোম শুরু শুরু নৈখি।

ফমহন্নীংদে হায়দি খঙদ শারদনা, করি চাগে হায়জ শারিনো ? পুক্লীংদা খনখি। পুক্লীংগী ব্রা য়াওরবা, খুদোং মৈচাক্লি। ইচম চম্বা মৈচাক নত্তে। শাক্কি শাফোঙহল্লিবা, নুজাই থম্মোয় লকালক্তা ইরিবা নীংজ পরৈ লিশাংনি।

ফি শারি। ফিবুম শেম্নবা লাক্লরি। মল্লক্লবা, নুমিদাংব্রাইরমগী মঙান্দা লংলাশিং তপ্পা তপ্পা ফেল্লি। থম্মোয় তপ্পা তপ্পা থেল্লি। তৎপা তাবগী লংলাশিংনা ফিবুমশিংদা তাহনগদবা মমিশিং লৈতনবা হোৎনরি। থম্মোয় খোন্না চাক্লক্লিবা ইখৌ লাংবে ইনিল ব্রানা থেম্নবা হোৎনরি। মিৎ চোইথোক্লবা য়াদে, শোয়দুনা লংলা তৎখিনি। না শিংহৌদবা য়াদে, থম্মোয় ইহুল মাঙখিনি। নুংশি লিরি তৎখিনি।

'ফিশাখোলসে ওঙ্গোক্লা চুমখ্রে।' ব্রা ঙাঙবা হৌরে হায়দুনা হেক খুল্লুবা য়াবা নত্তে। অহলশিং য়ুমদা লৈবিবনি। অহেনবা ব্রা, অকায়বা লমচৎ য়েংলি। নুংশিবদি ব্রাগী নত্তে। শক্কী নত্তে। পুন্নমক্তগী হেনবা সংসার অমৈ ব্রা য়াওরিবনি। মাগী সংসারদা চঙখ্রবদি পুন্সি অসিমক ফিদা থাদোকখ্রবনি। কায়নবা থুংনবনা ফিদা অসিদি কৈদৌঙৈ মুনবা ঙম্লোই। থুপখ্রবা পুক্লীংগী অইংবা মনম থম্মোয়দা পুরিবনি।

মতমদুই খুদোং লান্নখিবা, মৈখু চিংমিন্নখিবা পুন্সিশিংদুনা উখিবা পুন্সি, হিংমিন্ননবা শেমখিবা লম্বীদু য়াম্না নুংঙাইখি। ঙসিগী লম্বীসিগা মান্নদে। মীওইবগী শাউবা, কপ্পা, নোকপবু অনৌব্রা ? পুন্সি শেম্বদা মাগী মফমদি য়াওখ্রবনি। খৎনবে চৈনবে অরোইবা ব্রাখে, মুক্লানা ওইখি। ফি শেম্নদুনা, লেং লেং কোন্নদুনা শাউনখ্রবা অনী নক্লখ্রবা মফম অমনা শৈদিন্নহল্লি। মুক্লা ঙমবনা অঙম্বা শকই। মীতৈনা পাম্মী লিংজেল, থৌনা। ইতিহাসকী থৌদোক্তা লৈঙাক মুনখ্রবা, লোইচনখিবা বৃটিসপু মীতৈনা মী ওইনা উখিদে। অনীশুবা লাঞ্জাওদা হৈ শিংলবা, নাইতোম লাম্মীগী থৌনা উৎখিবা, জপানশিংবু অহনশিংনা শোন্নরম্মী। শা লান্দা শাথৌবা পাম্বা ইপা ইপুশিং, থাংগী থাংলোন, তাগী থৌশারোল, মসিমক্লনি তাইবঙদা ঙসিসু খঙনরিবা। মসি থৌনানি। শিববু থৌনাদা হাপ্পুনা শান্নখিবা ইপা ইপুশিংগী পুন্সিরোলনি। ঙসিদি মালেমগী হুন্নক্লিবা

শৎমদা, খরা থৈদোক থৈজিল লৈরগসু, পুন্সিরোল অসিমক পুমথা থাদোক্লে হায়বদি অরানবা খরা লৈরি। পুন্সিগী লৈমায়দা মশি খরা খরদি লৈচেন্নদুনা লৈরি।

অবোকীসু থৌনা লৈ। পামজবদা থঙ্বায় লুপখি। অঙম্বা কয়া লাকখিবে থৌশাখিদে। মসিদি থম্মোয়গী বানি। বারীগী বা নত্তে। থম্মোয়বু অঙম্বনা শুদংগা ওমরা ?

মশা নাপ্পবা পাখং কয়া, কিশাকোন্দা তবোপ তবোমা লৈনৌ হনবা তবোপকী মনাক্তা ফম্নি। কিদোন চিংখত্নুনা শেংপা নাকন অনীদা হাইগত্নুনা ইনবা কি মতমদুগী লৈশাবী কিশেংনি। কয়াদা পকচরবা ? য়ুম পানবৈ মতম চারবা ইনখংলকপা মতমদা কিশাকোন্দা ফবদি থম্মোয় থারিবনি। খোঙবু থিরিবনি। মশক মতৌ চঙখোনবা, থোইরূপ চৎচবা পাখং লাকখি। খুরুম লাপ্পা শুমাং মতোন্দা থনমদুনা চংলকপৈ মশক য়েংলি। ভক্তি মতৌ শেন্নরি। মমাক খনবৈ পরিক্ষা মমা মপাসু য়াওরিবনি। কিন্দা থাদ্রিঙৈ নোল্লুক্লা লৈগনি। থারবা কিন্দা মচি খজিক লেঙদুনা ফমগনি। তবোকসু কিন্দা থাখি। মসিদি থম্মোয়গী বা নত্তে। থৌনি। নুজা ওইনা পোক্লুবৈ, শিঙ্গা ওইনা লাক্লবনি। মীওইবগী মশক ওইরবনি। মথোই কাই থোইবনা, "ঐগুম্বদবু মাগুম্বনা কিন্দা থাবা ফংজবদি মরাইবক থম্বাল শাৎলবনি।" শিঙ্গা লেপ্তুনা তবোপ, খুদোং হানখি। মৈ মুবা মুদবা হিদাক পুথোরকই। তিকি মৈচাক্লা শাক্কিনি, নিঙোল পাইমা কিশিগী।

থোইনা হরাওই। অদুনিদনা নুজা হায়সিদি। য়ুম্নাক শাগে লিংদ্রিঙৈ, পঙ্গৌ কাদা লৈরিঙৈ, তুংগী য়াকা য়েংগনি। পোগী পোরম য়াংকনি। লাক্কদবৈ খনগনি। হিংবা হায়বা মশকসি বাতাদবু লাইবনি। লমশাং অমৈ খোঙচৎনি। খোঙবু মতা শেমদুনা, খুজেং পালোয় লোয়ননা চৎননবা তরেৎ তরা খনগনি। লম্ফাংলবা তাইবঙগী খোঙচৎ কৈদা শোইখিনি। পুক্লীং মকা হন্দোকচে। হরাও মথোই শংদুনা, মৈচাক লাক্ল খুদোংদু চিনচুপ চানা চুপ্তুনা, মতা চানা চিংলুঙৈ, মৈরু মাদি য়াওরমদ মৈথু পুন্না লাক্তুনা। থিঙেল থবাক ফুল্লখি। অহু, অহু, মায়কৈ শরাই খঙদনা, হাবা ফুনবৈ চৈনাদো থাংঙ মদনা থাংজেদো।

'ইবেম্মে থম্মোয়সে করি থম্মোয় কৌবগে ? পাখং ঐবু হাৎলগা করি তোংজ লৈদুনা, লাইরমলেন লম্বী য়েংজরো, করি থৌগী তাকপিরি ?' ফুনবা হাবা ফরকঙৈ, পাখঙ মানা পাউমেনজে।

'পাইমা পীবুক, ফাথবীয়ু। বারৌ পারৌ তৌবীনু। পরে কিশি থাংবীনু। বাখল থেনবী নুজানা, অকাউ পরেনদুনা মৈতান মৈরু বাৎহৌবা, নুজা ঐগী ইরালনি। পুকচেল চাওবা পাখংনা তুরে ঈরে তেংথোকনা, নুজা ওইবী ঐহাকপু,

কনা নত্তে খন্দুনা খোইখা লিনখা থাবীনু। অবানবা খিবিক ঙাকপীযু।'

ব্রা ! নুংশিবমগনি মতমদু। মতমদুই ব্রা কযানা ঙসি অসে মীবোনগী চহন- লোনচৎ শেন্নন্নিবনি। অব্রা নুংঙাই খুলং ঈশৈগী ইংথববা শৈহেক, অব্রাই অখুমগী পেঞ্জববা ব্রা কযা, কবিগী নুংঙাইবোই ? মতমগী ব্রাওথবক্লবা কুচুনা তপ্না তপ্না থেংদুনা। মতমদুগী ঈশৈশিং মচু ওনখ্রে হাযবসু, পুক্লীংদা মদুই শেংলবা নুংঙাই মমি অমা লৈ হাযবসিদি শেংলবনি। তাখ্রিদ্রে, মতম অমৈ যুল্লক, খুল্লক, খুবক হাংদ নিল্লম্বা পেনাই শৈহেক, খোংজোম পর্ব্ব, মোইবাং পর্ব্ব। সুব কযানা নিল্লম্বা শৈহেকশিং, লমদমসিগী শৈদিন্দা শাগৎখিবা ওইবগসু, চৎখ্রে মৈহৌবোলবু পুদুনা। শিখ্রব্রা খল্লি। লমদমসিগী ওইবা শৈবম শন্দোকপনা তাল্লি। নখোয হিংখো। মুৎখিনু। ঙসিসু পূন্না সুম লৈমিন্নখিসি। শিখিনু।

শিখিনু। লৈমিন্নখিসি। ইধৌ নঙ হিংখো। নহাকথক্তগী শমথবকপনি ঐখোযগী পুন্সি পাবোল পুবোল হাযদুনা। নঙনা তিনশিনবা তম্বীবা সংসাবগী চৎনবীসি, ঐখোয মমুৎ তানা খঙদ্রে। তম্বীখো মখা তাথনা ঙসিসু, উনা উনা শিখিবা নঙগী নওংদা ঐনা, মানা, ঐখোযনা খাম্বা ঙমখিদে। ঐখোয মিৎলমদগী তপ্না তপ্না মাঙখি। সংসাবগী নিযম অমদি তম্বীবম্মী। মসিনি তাইবঙপান। অহিংবশিংনা চাউথোকচবিবা তাইবঙপানগী খোঙজঙ অশিবশিংগীদমক্কি। অহিংবা ওইবিবা পূম্নমক্কী অবোইবা ব্রা। ঐদি কৈদৌঙৈদা অবোইবা বাগী, অবোইবা খোঙ্গোক খক তানীংদে। ঐ খক তানীংদে।

'বাজি বাজি'ইমানা কপ্পি। থম্মোয কনবা কনানা কনাগী অবাববু খক যেংবীবোই খঙনা খঙনা ইমানা কপখি। কপ্তবা যাদে। মতম কুইনা লৈমীন্নবৈ মবীনি। মখোন থোক্তনা পাবুংসু শুৎ শুৎ কপখি। কমদৌনা হুল্লকপা পুক্লীংগী শাহুম্নো। খঙদে। পুক্লীংদা কপ্পীংবা ফাওবকই।

ঐসু কপখি, 'ইধৌ ! ইধৌ !

ফুনাক মপানগী বাবী কনানা লিবীগনি ? মীনুংশি কযাতনা থল্লবা, লৌশিংগী পুকৈ ওইববা চাকঙাই বাবীশিংদে। ইধৌনা পুখ্রগদ্রা ? হৌদোংনা ঙা মকোক চাবমদবৈ তিক্রি হোৎতুনা, নুংঙাইবা মশান্ন কনাগা শান্নহৌগনি ? হবাওবা, নুংঙাইববা পুক্লীংগী ফিভম তম্বীবদি, ইধৌ নঙতনি। খষ্টরুবগা পুক্লীং অসুম নুংশিবকই।

ইধৌ ! ইধৌ !

শান্নমিন্নখিবা ষন তোংবীগী মশান্না। কাউবা লৈববোই কৈদৌঙৈ। মসি নুংঙাইখিবদুগী ঙাক নৎতনা, চাউববা পুক্লীংগী ফিভম অমা যাওহনখি। মানা

ঐবু থেমখিবা, লৌশিংগী পুকৈ য়েংহনবনি। ঐ নীংশিংলি, ঐগী থম্মোয় খুদুম চনখিবদু, ইথৌগী পাক্লবা মনঙ্গল অদুদা নীংঙাইদনা তোংখি। হৌনা নোকই। ইমা পাবুংনা শিথ শিথ নোকখি। হৌজিক্তা কপ্লম্বা মওংদু নীংশিংদুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংখি। অঙাংগী পুন্সিনি। নুংশিবীবনা মহুৎ শিনজল্লকপদা অঙাংগীদি তোঙাল্লবা মশক অমা লৈতে। চপ মান্নে। অঙাংনা পামজবদি নুংশিবনি। থাগৎপীবনি। পোৎ খুদিংমক নুংশিবা, অপাম্বনা মহুৎ শিন্দুনা পুক্লীং ইহন্দা ওহোকপনি। নুংশিববু নম্ফুন্দা অকিবনা মহুৎ শিনজিলহনবা নত্তে। ঙসিদি অকিবনা লোন্দিন্নবগী মহুৎ শিনজনবসি লৈবাক্কী ৱা ওইরক্রে। মীওইবগী হক লৈখাই তাদ্রে। হক মিহৌজবা কয়ানা মুনা মুনা য়েংজবতা মঙাইরে। হিংবদি হক্তা তাংগদবনি।

ঙসিদি মীওইবনা পান্নিবসি তশেংনা হক্কি। হিংববু কনানা তান্নবগে ? থৱায়না তাল্লদ্রবসু হিংবদি মতম খুদিংগী অসুম্মক পীরি। মীওইবনা কবিগুম্বা নৌনা হিংবগী ৱা হায়বা তারবদি মদু অনৌবা মিৎয়েং অমদা হিংবগী হক তানবনি। হিংমিন্নবে পান্দম লাকপনি। মীফা মীপুন্না মীওইবগী পুন্সি ওহোকপা ঙসিগী ওইবা খুন্নাইগী ৱা কনানসু পান্নদে। মদু হিংবদা পুন্সিগী মশক ওইনা তিনশিনবা নত্তে। অকিবা শক্তম ওইনা ফাওহনখিবনি। ফা পুন্দুনা ৱাখল ওহোকপৈ চৎনবী তরাহুমদোইশুবা শব্দাপ্তিদা চৎনবল্লবসু ঙসিদি মলেমদৈ পুমুৎ মুৎথৎখিবা ফরবনি। মীওইবনা পাম্মী মী ওইবা। অঙাঙনা পাম্মী নুংশিবীবা। ঐ ঐগী ওইজরিবা মশকশিং, ঐগী খঞ্জবা মীশিংনা পুক্লীং খঙনা নুংশিবীবা অঙাঙনা পাম্মী।

ঐসু পামখি। ইথৌনা ঐবু লুনা তৌবীখি। ঐগী অপাম্বা কয়াদা কনখত্তুনা অঙাঙ ওইবৈ মশক য়েংখি। মহাক চৎখ্রে। ঐ ঐ ওইজবৈ মশক অদুদা থম্মোয় পুবা ঙমখিদে। মহাক শিবা নুমিৎতা মফম খঙদবা মী কয়া লাকখি। থবক কয়া তৌরম্মী। শুমাং থেলোং ৱাই তৈথোকখি। নুপী কয়ানা ইমুং শেংদোকই। ইমুং মনুংগী ফত্তবা কয়া * হনুবীনা তকথোরকখি। মী চিক্লা লৈহন্দে। অমা নৎত্রগা অমা শঙ্দুনা লৈ। মৈরিংবশিংনা ঐখোয়বু থাদোক্তে।

শিববু য়াম্না কিনরম্মী। অহিংদা তম্নগনি খন্নে। আত্মনা হকচাং পোলাংসি থাদোকখ্রবসু, মানা হান্না লৈরম্বা মওংশিং খুদক্তা কাউবা ঙমদে। মানা লৈরম্বা মফম, হৈনখিবা মশকশিংদু অমুক থিরকখিগনি। শাহুম লাংলনি। কন্না থাজনৈ। অদুগুল্লবা শাহুমশিংদুনা লৈমিন্নরিবশিং কয়াসু কাউবা ঙমদনা কৌরকই। অশিলমদম তান্না পুননবা হোৎনৈ। কয়া অমসু পুখি। অশিবা কয়া মরী চৎহল্লি। মরী চৎখিগদবা অশিবৈ মশক শঙলিংবশিংনা শঙলি। অশিববু ঙাক্লি। পুন্সিগী

* শুমজিৎপু ফজবা লোন্দাদা হনুবী কৌনৈ।

শিল্থা অশিবা নত্তে। অশিবদৈ কল্লি। হিংম্নিন্নবৈ চেৎলবা শক্তম অমা ফুমদুনা থল্লি মীওইবদা। ঙসি অপুনবদা শাগৎপা পুন্সি কয়াই ইচেলদু লেপ্পব্রা ? মফুৎ মফুৎ হোরবা শক্তম অমনা লমদম সিগী মশক ওইরক্লব্রা ?

মী লাক্লখি। অমা ! অনী ! মথং মথং, লাকপা মতমদা মথন মথন্তা লাকখিবা নত্তে। মশা মশানা পায়রকই, মখূৎ চাবা খূৎলাই, মৈ থারুনবা শিং। হিঙ্খোল মতোন্দা হৌবা হৈক্রেং পাম্বী তন্না য়ানখি। উ পুরকই। অপাকপা, উপাক্লা অশিবা হাপ্পনবা কু শেম্মী। মসি হিংলম্বা লমদমসিগী অরোইবা মীওই পুম্নমক্কী থৌনি। ইবোই লোইবা খোঙচৎনি। ধর্মগী অবোইবা পঙ্খেংদা মীওইবা মশানা মী লাই অনীগী পাউ পুবিবা মৈদা শিন্নদুনা তাইবঙ পোং ওইবা হকচাংগী মঙম লোইশিল্লি। হিংহৌরিবা কয়াদা অহাংবৈ থৌ তৌহল্লি। মসিনি, নংনা পানবা তাইবঙপান। তাইবঙপানগী চৎনবী। ঐনা মীনা শেল্লুবা যাদ্রবা চৎনবীনি। তাইবঙপান হাযবৈ অর্থদুবু মসিবা ? যানবদা ঙাইহিরবা হৈক্রেংনা শিংখন তরেৎ শেমদুনা, নমু তাইবঙ হাকচাং মৈ চুখি। উৎ ওলহনখি।

ইধৌ ! ইধৌ। অহিংবা ঐনা কৌই। অব্রাবৈ শিং যাংদুনা লৈহৌই।

মাইবা লেক্তুনা লৈ। কৈদৌঙৈদা মাইবনা ইধৌগী হকচাংবু থাদোকখিদে। ঈশৈ শকপশিং কৌদুনা নোংগাবোল ইংনা শকহনখি। থাইনগী লাইখন তাবা যুমশা মওংদা, খাঙঙেনফমদা, শুমাং মথৌবুঙগী মৈবম ওইবা শরুক্তা অশিশঙ খল্লি। মাঙ্গোল নাকথ মাযখল খল্লি। সুপ্নতে ব্রাগী মখোঙ মবিতনি মথক ইনা কুপ্পি। কা অমৈ শঙনি। অঙৌবা ফিনা অশিশঙগী মাযকৈ অহুম খাবি।

ইধৌগী অশিবা শামু হকচাংনা শঙদু অহুম্লক কোইদুনা থোঙ্ঙাবেলগী মফমদা চেং লৈ কত্তুনা থৌনিখি। ময়ুংদা ব্রাচেৎ তবেৎনা ফৈদুনা মায়থফী ফিবোল অহুম থাবগা ইধৌবু পুক্সিগী তুমহনখি। ফিঙৌনা খুমজিল্লি। ব্রাংলেন পুং য়ৈদুনা মীওই মরিনা মংফম যৌনা পুখি। উচুক তরুক যুংবা, লাম্বা অহুমগী চুরুক্তা কু থম্মী।

পুংফমসি য়ৌরবদা কনানা কনাই থম্মোয়বু খাম্বা ঙমগনি ? মিৎলুদা পৈবিবা পিশিং লৈমায় য়ৌনা চেঙ্গুরকই। অব্রা চৈথেংলক্তা অকিবগী শক্তম্না পুক্নীং পূম্বা ফাজিল্লকই।

ব্রারী লীরম্মী।

কিনরম্মীদা।

মীশিংসি য়াম্না কিনরম্মী।

কবিনো কিনরম্মীববু ?

পুলিসপু য়াম্না কিনরম্মী। মী ফাবা লাকপদা, পুলিস অমতং ব্বাকোক পায়দুনা লাক্কনি। হুরান চিঙ্কি তৌবা কাংবুশিংগী মিং পরেং অমতং পুরক্তুনা পাথোক্কনি। মখোয়শিংসিগী মরাল মথং মথং হায়দুনা, মখোয়শিংসি মরালগী মতুং ইন্না ফারবনি হায়গনি। কনানসু মসিদা য়েত্তে। লোইনমক মশা মশাই মরালগী মতুং ইন্না থোরকই। মী খুদিংদা মশাই মশক অমমম পুদুনা লাক্কই। ব্বাচৎ ব্বানোম্বে সংসার'মা কৈদৌঙৈ খক লিংখত্তুনা থমদে। ঙকই। ঙসিসিনা ঙরাংদৈ পুমতোপ তোপ্লকপসিদা য়াম্না ঙকই। অনৌবা মশক অমা পাইতু অমদৈ পুথোরকপদু মঙাই। য়াম্না খেন্নরে। মতমদুদি অরানবা তৌবা কয়া থেংনদে হায়দুনা ইধৌনা তল্লম্মী। মদুই প্রমান চাইনরোলগী ব্বারী লীদুনা তাহল্লমই। ওইদবা ঙাঙলুবৈ লাইনা মশক খঙদবনা নাদুনা শিখিবৈ ব্বারী, ঙসিদি ব্বারী লাইরিক্কী ব্বারীনি। তাবদা নুংঙাইবা শেমজিল্লবা থোক্কুম উরি। মতমগী অহোংবনা মতম অমৈ স্না লনগৈ পূম্নমক পুখ্রে । পাম্মু পাম্মুরবা কয়া শিখ্রে। চুম্মী। অশিবনা ওইগাদবনি অহিংবৈ পঙ্গুং। পঙ্গুংগীদমক তেংথাবদি নত্তে। শিহন্নীংদবা কয়া শিখিবৈ পুক্নীংদা তৎতনা কাইহৌরবা কয়াই ব্বারীনি, ব্বারী অসিমক্তি। অশিববু কিখিবা ব্বারীশিং লেপখ্রবদা, অশিববু করম কিরুনি। অশিবৈ অকিববু মাঙখ্রবদি হাৎপবুদি করম কিরুনি। শান্নবা মখল অমা ওইরকপা তাবনি।

য়াম্না কিরকই। ঐর্দি য়াম্না কিরকই। জুনিয়র হায় স্কুল অমদা তল্লি। মণিপুরগী য়াম্না লিরবা স্কুলনি, পেটুগ্রু স্কুল। শিংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা, মমিং চৎনা লৈরম্মী। চহী খরগী মমাংদা ফক্লাং ইহো হোনা লৈরম্বা থেংনৈ। যাম্না নুংশি। মতম অমৈ মশক মমিং নাইরবা মীওই কয়ান মসিদৈ মৈচম ওইদুনা মঙাল নাইনা পুথোকখ্রবনি। মাগী পিক্তক তৌবা লম্পাক অসিদনি ঐখোয়না কোইচেন চেনখিবা। মমাং থংবা তুরেল মপান অসিদৈনি। ঙাইহাক পোখানবা থোরকপদা বোরোই খুন্দুনা চাখিবদু। খোঙ হাম্নীংবৈ অব্বাবা হন্দোকখিবদু মফমসিদনি। পবিক্ষাদা ব্বাহং শিঞ্জিন্দুনা পাউখুম অমতা ইরমদনা অঙাংগী অপংবা উৎখিবদুসু স্কুল অসিদনি। মফম খঙদ্রবা পুঙ্গিগী হৌমিন্নরকপা থৌদোক কয়া, কাশিং অসিদা ময়েক য়াওদনা ইশনখ্রবনি। ইশিনখ্রিবশিংসে লমলানবা কনা অমনদি হেক পাবা ঙমখিদবা য়াই। ইমিন্নখিবশিং 'দূগী থম্মোয়দদি উরুবা খুদিংগী ময়েক শেংলক্কনি।

ঐখোয় হৌন হৌনদুনা, পূন্না স্কুলসিদা লাকখি। যাম্না কি। মতমদু সনা থৎপা চৎলি হায়নৈ অহল লমন্না । অঙাংশিংবু কবোক পীজদুনা থেম্মী। য়াম্না লুনা তৌবা শাদুনা অঙাঙদুবু নুংঙাইহল্লি। অরোইবদা কাটি পুথোক্তুনা

সনা চপ্পী। সনা চপ্পে ব্বা কন্না হাযনৈ। অঙাঙ অমত্তা মথন্তা খক কৈথেন চৎনখিদে। অদুম ওইনমক স্না থৎখিবৈ ব্বা অমতা মতমদুদা তাখিদে। কিবদি যাম্না কিখি। কিননবা অহনশিংনা অকিবৈ ব্বাদু থওইনা হায়খিব্রা খঙদে। অকিবদুনা ঐখোয পূম্বা, অঙাঙদা অঙাঙ ওইহনখি। যাম্না কিখি।

অমুক্কা হেন্না কিহল্লি। তুবেন্দা মী তাদুনা শিখিবৈ, মী মযাম পবেং শানা লাউ লাউদুনা চৎখিবৈ খোঙচৎ অমনা হেন্না কিহনখি। জয জয আত্ম শান্তিগী জয। লাউড স্পিকবগী খোঞ্জেন শিজিন্নদুনা মী মযাম মবী মবী চৎখি। যাম্না কিখি। শিখিবৈ লাউবিবা ব্বাদু তাবগা, অচৎ অওক্লা নুংঙাইতনা চৎনৈ। মমিত্তে পি তানখি। মী অমা শিবৈ বা হকচিন্না লৌনবম্মী। থম্মোয কযা মপান্দা পুথোক্নে। ঙসিদি সনা হুবানবসু ফোঙনা চৎলে। মতম অমদা চিনবুংদং যৈবম্বা বাখল তাইবঙদা ফোঙনা মমি তাববে। মী হাৎপৈ খোল্লাও, মাইকৈ খঙদনা চাক্লকপা লাম্মেগী মতৌগুম শন্দোবক্নে। লৈবক খুল্লক্তা লাম্মেগী তাঙ্গোইনা মুত্তক মুশুক মুনা তাবগুম অশিবনা শন্দোবক্নে। অকিবা মাঙখ্রে। লাইনুংশিং চংলে। মতা অমা তৌবে। লৈবাকসি কদোম থোক্লগদবা ? লাইওইখ্রবা ঐখোয ইপা ইপুশিংদুনা কবিগুম্বা মফম অমদা লৈবমদুনা উবম্বা থোক্লবদি মপুক্লীংদা কবি ফাওবমগনি ? মসিমদি কনাসু খল্লম্লোই। ঐবু মসি খন্দবা ফব্রা ? মফম খঙদে।

মফম খঙদনা চৎনখি। এল পি তল্লিঙৈগী মতমদু মফম খঙদ চৎহনখি। মযাম কবিনো খঙদনা পংশাদা শান্নে। ঐখোয মবক্তা খবা চাউবা যাওদবদি নত্তে। হৃদুবু মখোযসু ঐখোযগা চপ মান্ননা লাংই। অমনা হৌদোক্লকপা বাদা ফৈ যত্তে খল্লদে। অপাম্বনা মাঙ থাববা পুল্মিনি। পামজবৈ সংসাব অমদা লুপ্তুনা লৈ। মফম খঙদে। মফম খঙদনা ঐখোয মযাম মবী মবী চেনখি। কনানো অমনা মাঙ থাই। মবী মবী অসুম চেনখি। অসুম চেনখি। মোইবাংখোম যৌবকপদা কনানো অমনা খুদাংদা তাপ ফাবকই। ইখং খংনা মুন্না যেংলুই। পাবুংগী মম'ন্নবা অমা ওইবম্মী।

কদাযদনো ?' বাহংসিদা হেন্না খংখি।

'খঙদে।' ইপঙ পঙনা খুমখি।

খঙদ্রগা কৈদৌনা মবী মবী চৎলিবা ?' বাহংসিদা হেন্না কিবদুনা ইমান্নবা অমদা হংখি, 'ইবোমচা। ঐখোযনা চৎলিবসিবু কদাযদনো ?' ঐগী বাহংগী পাউখুম মা খঙলম্মী, লৈকং থবোই নৌবনি। গতমদু নৌবাকসিদা লৈকং থবোই অমতা উবমদে। লৈকং থবোইগী বাবী শাবদা লৈবাকসি পূমঙক ঙক্লবম্মী। ম ই বাবীদা শান্নে। যাম্না পান্নবম্মী। অঙাঙশিংনা থবোইদু উবগা হুবাওজে।

করম্বা থরোইনো য়াম্না য়েংনিংখি। লৈবাকসিদা উখিবা থরোইশিংদি ঈশিংদা লৈবা ঙাক্তনি। লৈকং থরোই লৈ হায়বদা কনানসু য়ানীংখিদে।

'নঙনা থরোইগীদমক লমজাওসিদা লাক্লিবসি, গাড়ীনা থেংলবদি কমদৌনি ?'

ঐ তুমিন লৈখি। ৱাহংদুদা ঐ করিসু খুম্বা ঙমখিদে। মতমদুই ৱা অমনা অহন্না হায়বা ৱাদা মথক কাদুনা চিঙ্খক্তা খুম্বা চৎনখিদে। লানবা চুম্বা খঙদে। চৎনরমদে। চৎনবা চৎনদবৈ ৱাদসু নৎতনা অহলবুসু য়াম্না লুনা, কিনা চৎনরম্মী। হায়খ্রগা লোইরে। মচিন চৎপা মী ঙাক্ত নি মতমদুই অহলশিংদু। ৱা পূন্নমক শুপ্না ঙাংবা ঙম্মী।

'চৎলো । নয়ুমদা হল্লো।' ৱাসি, ঐনা ঙসাইদৈ ইমান্নবা কয়াই মতুং ইন্দুনা হুমাং তাবমখৈ লাকপৈ অর্থ করিনো ? অর্থ খঙদনা ইথন্তা য়ুম য়ৌননবা হনবা তাখি। মদুনা ঐগী সমাজগী চৎনবী ওইখি। নীংঙমদ নীংঙমদা অতনবা খোঙথাংদা ইয়ুম মাইকৈ পাংবা তারে। ঙসাইদি চেল্লকখিবনি। হৌজিক্না অতনবৈ খোঙথাংদা, খ্বাইদৈ তপ্না মওংনি। ঐ লৈকং থরোই উররোইদ্রা ? থাজদনা নোং ঙানবদা লৈকাইগী ইমান্নবা অমনা ঐগীসু লৈকং থরোই অমা পুবীরকই হায়দুনা পীরকখি। মদুদা ঐনা হরাওখিবসি, পৃথিবীগী ৱাহৈ অমতনা মদুই নুংঙাইবদুমক ফোঙদোকপা ওইথোক্লোই। ফোঙদোকপতনা চিংথরগদবা পুক্নীংগী ৱা, ৱা অদু করম্না লোৎপদি ওইথোক্কনি। ওইথোক্লোই। চাং তাদুনতা লৈরগদবা ফোঙদোকপৈ ৱা অদুবুদি হায়খি।

হরাওখি। চৎপা য়েংখি। মকোই কমদৌনা থিন্দোকই ? করম্না শরুগী কুয়োম্মুংদা লৈবা মশা পুথোরক্তুনা চৎলি ? মিনিৎ অমদা কয়াম শাংনা চৎপা ঙম্মী। ৱাখলসু খনখি। ইকং কংলবা লৈকংসিদা চোৎলি মাল্লিবা মানা চৎলিবসি খৌগংনরমগদ্রা ? খনবমখৈ খল্লুরগা মাংখিগনি খন্দুনা মকুগী কুয়োম মচি অমা হুৎলগা লং লেংলগা ফাদুনা থমখি। ইমান্নবশিংদা উৎখি। 'ঐগী লৈকং থবোইনি য়েংউ। থরোইসি উজরব্রা ? মচুসি অঙাংবা মওংদা করিনো অমা তৌদ্রা ?'

'য়াম্না ফজে।' ইমান্নবনা হায়খি।

'ফজবনি।' ঐনা পোংনা, চাউনা খুমখি।

'নঙদি কদায়দৈ লৌরকই।' পাম্না অমদি খঙনীংনা য়েংলিবা কয়াদুনা হংলকই।

'শরক অচৌবা গাড়ী অচৌবগা য়াম্না চৎপদুদা শাংনা চৎলগা লৌরুবনি। মী কৈসু ফংনবা নত্তে।' শরক মম্নিংগা অমতা খঙদনা ঐসু হেন্না পোংনা খুমখি।

'অতৈ লৈহৈদ্রব্রা ?'

'লৈহৌদ্রে।' ঐনা হেক্তা হায়জিনখি। 'তু য়াম্না তপ্না চৎপনি।'

মযাম কলক্লখি। অদুবু কুইখিদে। খরা লৈরগা লৈকং থরোইগী লৈকং থরোইনা পিক থল্লকই। লাই তিনগী সিজিন্ননবা মনা, লাকোই শেন্ননবা লফু কয়াদা কারম্মী। লৈকং থরোইনা কারমলবা লফুদুমদি শোয়দনা মনা তুমশিল্লকনি। পাম্বীদু শিখিগনি। লফুদতা নত্তে। মানা কাবম্বা পাম্বী কয়াসু অদুম্না হাৎখি। ইশ্বোল কোইবা য়াখিদে। মানা মশীং কয়া হাৎখি। অহল লমন্না অউ অউবা থরোই হাৎখি। ঙসিদি মদুই থরোইদু কযা উখিদ্রে।

ঐনা করিগীদমক থরোইগী ৱারী ইরিবা ? ঐগী ইরমগী ৱাদি ইদ্রদুনা থরোইগী ৱাবী ইবিবসি মীনা পাবীখিগদ্রা ? শিখি। নহা অহনশিংনা পাক্তক্লনা তুমখি। মথং মথং তুমখিবদা ঐনা পামজপ্লবা, তুংগী মীরোলদা শুথাং মথাং খাইদনা তম্নগদবনি খনবা কয়া য়াওখি। ঐনা খন্দোকপা ঙমদে। মতমসি, মতুং ইন্না ইন্না মমাঙঙৈদৈ থৈরকই। মসিমদি ঐসু উখি। উনা উনা চৎখি। ঐনা লৈকং থবোইগী মোন্দ্রংদা লৈহৌই। মসিনি লৈকংথরোই হাযদু।

মফুৎ মফুৎ হোরে মীতৈ পাখং। পুন্সিসি পুন্সি ওইদ্রে। লৌতাংশঙ অসিদা মপুন্সি কখোক্লবা, পুন্সিগী অৱা অনা কাউথোক্তুনা, লাক্লিবা পূন্নমক পুন্সিনি খন্না লৌশিল্লবা পুন্সিনি। মীতৈ পাখং! মীতৈ পাখং! মশক হেক খঙদেদা। লাক্লিবসি কনানো? থৱায় পাল্লকপৈ, হিংননবা হোৎনজববু লানবা লৈখিগদ্রা? কপ্পি। পুন্সি অমা চৎখিবৈ মীওই কয়ানা তেংথাবদি, পুন্সিদু হল্লক্লবা নত্তে। পান্মুনা থমজবা পোৎশক অমা চৎখিবৈ অৱাবা ফোঙদোকপনি। নক্লবম্বা কযাই মমিনা থম্মোয়বু মফম খঙদা নৌহনবনি। তেংথাজবনি। কপচবনি।

মমানা কপ্পি।

মচন্নুপীনা কপ্পি।

মরী মতাশিংনা কপ্পি।

খঙনা চান্নবশিংনা কপ্পি।

পুন্সিশিংনা কপ্পি।

মীওইবনা পুন্সিগী অরোইবা ওইনা পীবিবা মিৎকী পিনি। মতমসিদদি অৱা অনা পূন্নমক তঙাইফদনা তাইবঙ মপুদা শিন্নরি। কয়াদা নুংশিখ্রবা মীতৈ পাখং! নঙ অমা ঐগা নক্লখিবৈ, পুক্লিং ইহুলদা লুপশিন্নখিবা পুন্সিগী শরুকশিং অদুদি ঐহাক কৈদৌঙৈ খক কাউররোই। মদুমক্তা মতমশিংদুগী পুন্সিদা মথোই হাপখিবনি। মমল লৈহনখিবনি। মতমদুদা ঐদি হাযখি, 'ঐদি লম খুদিংমক ঐগী লন্নি। লম অমতৈ বানা ঐবুদি খক অচান মীবাই নাইহন্নীংদে। ইবম মীবম খাইদোক্তুনা মহৌশাই খুদোলদা, ঐখোয় মীওইবনা অশাউবৈ কযাং অমুক যাৎলোইদবনি।'

'মদুনা হাযবা, হাযবদুনি।'

'হাযবা নত্তে। অশেংবনি।'

'অদুবু নঙনা থুংলুগদবা, লম অমৈ মীশিংদুনসু, চপ মান্নবা মওংদা, মনুং মপান নাইদনা মদু হাযবক্দ্রা?'

'মদুদি মীশিংদুই ৱানি। ঐ খঙদে।'

'মদুদনি নঙগী ৱাশিংদুনা অর্থ থোকত্রিবসি।'

'ঐসু নঙগী ৱাদু য়ানীংদে।'

'অকাসতা পাইরিবা প্লেনসিসু নঙগীরা ?'

'মদুদি করি ৱাতানো ?'

'মীনা মীবু খঙবীদ্রবসু, পুন্নমক মরী লৈনৈ হায়না লৌবা তারবদি, মসিসু খনবদা করিসু কায়দে।'

মসি য়ৌরকপদদি ঐ তুমিন লৈরে। মসিদা ৱা হায়নরুবা য়াররোই। করিগুম্বা হায়রুবা তারগদি মরে শোয়দনা তারগনি। ঐ মাগা মরে থওইনা শাংনা য়েৎনবা তল্লি। লমসিদা থৱায় কৎচবা, আশা য়াম্না তৌজবা মীওইনি। মাগী ৱাখলদা য়ানীংদবনা অতোপ্পনি। পুন্নান লাল্লি হায়বদি ঐ হায়বা ঙমদে। ঐগীসু তোঙাল্লবা ৱাখল অমা লৈজবা মীনি। ঐখোয়নীগী ৱাখলদা খেন্নবা খরদি লৈ। মদুই মথক্তা মরেদুনা লৈবাক্কী ওইরুবসু য়ারোই। মরে তৌরবনিনা ফাগী ফাগীদৈ থম্মোয় য়াওরকনি। থম্মোয় য়াওরক্লগদি শোয়দনা শাউনরকপা তাবনি। মা ঐদি য়াম্না হকচিন্নরিবা মরুপ্নি। অমনা অমৈ পুন্সিরোলদা মতেং পীনরিবনি। করিসু নৎতবা থৌদোক অমদা শাউনরুবা য়াবা নত্তে।

'ফৈ। মীওইবদি মশাগী ওইবা ৱাখল লৈনগদবনি। মদুতা নত্তনা মদু হায়দোকপদসু কৈদৌঙৈ কিরোইদবনি। ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লনবা হোৎনগদবনি।'

'নঙসু মদুদি খঙলক্লব্রা ?'

মাগী ৱাহংদু ঐ ঙকচান্নখি। করি অর্থদা মসি হায়রক্লিবনো ? মাই ৱাখলদু ৱাহংসিদা করি শন্দোক্লিবগে ? পামজবা ৱাখল শন্দোকপদা ঐ য়াই। লমসিগী ৱা অমা য়াওবা ৱাঙাঙ মাগী লৈ। মসিদা ঐ য়েত্তে। মীতৈগী থৌনা থাদোক্তুনা মদু তৌবদা ঐ হরাওই। ৱাহংসিদদি মদুমক ঐ উবা ঙমদে।

নোংমা য়াম্না থাজদনা পাখং লাকখি। ঐবু কৌরে। মদু নুমিদাংনি। ঐ তাখিদে। ঐদি ঙন্না, ঙন্না তূম্মী। মতমদু ঐ তূমথরুরে। খঙহৌদনা যুমথক কুপ্লিবা জিঙ্খদা নুং থারকই। ঐ খংপ্রেক খংই। তূম্বা তনহৌ হৌগত্তুনা অঙাঙ ঙাওশিন্নবা ফুরুগে খন্না হৌগৎলগা য়েংলুবদদি, পাখং ওইরম্মী। শাউসু শাউনীংই। করি অরুবা থবক ওইরমগদগে চিংসু চিংনৈ। শকফম হনজিন্দুনা হংখি, 'কৈদৌরে ?'

'তরুনিদু পাখং অমগা সিমিত্রিদা ফম্মিন্নহৌই হায়দুনা ঙসি ঐঙোন্দা মী অমনা তল্লকই।' য়াম্না থম্মোয় শোক্লবা মী অমগুম পাখংনা ঐঙোন্দা তল্লকখি। থাজখিদে।

'অদুবু কৈদৌরবগে ?' ঐসু হংখি।

'কৈনো ? কৈদৌরবগে হায়ববু কৈনো ?' মহাক শাউনা মখা তারকই, 'মীশিংসি য়াম্না অফাও শারে। থম্মোয় পান্দবা নঙনা থম্মোয়গী ব্রা করম খঙগনি।'

'ঐবু থম্মোয় পান্দব্রা ?'

'পান্দে। অদুনবু তম্ফাম্নানা থম্মোয় নিরকপদা নঙনা থম্মোয়গী ওইবা ব্রা অমতসু হায়খিদ্রিবদুনি। মদুদি নুংগী থবক্নি। মদুমক্তা নঙ থম্মোয়গী ব্রারী শান্নবা পামদে হায়বা ঐ খঙলবনি। অদুবু ঐ মসি শাগে হায়দুনা শারিবনি। নুং ওল্লিবা থম্মোয়দু অমুক্তং হৌদোক্কে হায়বসি ঐ লেপ্পলবনি।'

'অস ! নঙসিদি . . . ?'

'করিগী অস ! ব্রা হায়নীংঙাই লৈত্রগা অস ঐ য়াদে। লোজিক য়াওদবা ব্রানা অফাও শাবদি অঙাওবৈ ব্রানি।'

'নঙ শাউরমাক্লে।'

'শাউদে। নঙগুম্বনা শাউননবা হায়বদা শাউবীগদবা মী, ঐ নত্তে। ব্রা ঙাঙবদা ব্রাখল খঙ্বা তম্বীগে তৌবনি।'

'মদুবুদি ফরেনে। তরুনিনা সিমিত্রিদা নুপা অমগা ফম্মিন্নহৌই হায়বদুবু নঙ উরুরব্রা ?'

'উরুরগবু ঐনা নঙোন্দা মীনা তম্লকপৈ পাউ ওইনা তম্লগদ্রা ?'

'অদুনবু হায়বনি। নঙনা থাজগদবসি তরুনিরা ? নংত্রগা পাউ পীররিবা মীদুরা ?' ঐগী ব্রাহংদা মহাক তুমিন লৈখি। ব্রাখল অরুবা অমা খনখিবা মাল্লি। য়াম্না থাজদনা, তপ্না হায়রকখি, 'মদুমসু খঙ্বা চঙলি। মদু হান্না থিদোকখিগদবা !' য়াম্না তন্না তুমিন লৈখি। মতুং তাবনা মতুং তাবৈ ব্রানি।

'চুম্মী। মদু থিদোকখিগদবনি।'

'অদুদি হৌজিক নঙ তুল্লুরো। ঐসু ইংনা চংখ্রগে।'

'হৌজিকপু থেঙদ্রিব্রা ?'

'থেঙলে। অদুনবু তুল্লুরো হায়বিসিনি।'

'অথেঙবসিদা নঙবু য়ুমদা হুনবা নুংঙাইখিগদ্রা ? নঙ খঙলমদবা য়াই। হৌজিকসি অহিং নোংয়াই য়ৌরবনি। হুনগদৌরিবা মফমদু . . . ।'

অহিং য়ৌরক্লবদি মফম খুদিং ইশুক শুকপা ঙাক্তনি। মদুই মথক্তা চীং অমা লানখিগদৌরিবনি। ইরোইশেনবা চীং লান্দুনা লমদেং তান্না চংখিগদৌরিবনি। সাইকল অমবুদি য়াওরি। চীং লাম্লোকফম লুব্রাংলৈ তুরেল অসি হায়নরিবনি। মরক অমদি অচুম্বনি খঙদে, অরানবনি খঙদে। * ইবুঘৌ

* কনাগুম্বশিংনা কৈবু ইবুঘৌ কৌনৈ।

থোকই। হেক হেক ইরুজদুনা লৈরম্মী। ইরাং লাংদুনা উবদা মওং অমনি। কৈ অমনা তুরেলদুদা ইরুজদুনা লৈরম্বা থোক্লবদি, অহিংদুদা উরুরিবা মীদু করি ওইনি? লুবাংলে তুরেলসিসু অচম্বা তুরেল নত্তে হায়নৈ। লাইরেল মরিলনি। লাছোক্লগা থম্মাপোকপী, খুদৈবন্দ, লোইনমক মরিল মক্তনি। মরী মরী মবুক্লা শিংথিবৈ মফম লৈ হায়নরিবনি। মী ময়াম্মা কিনৈ। কিনা কিনা চৎনৈ। মরিলশিংসি নুংথিল তাল্লক্তসু কয়া চৎনদে। নুমিৎ য়ুংবদা, শুক য়াঙ্কোক ওল্লি থাজনবী লৈ। লাই খুদিংদৈ অথোইবা লাইরেলনি। কিনবৈ থাক্তা পুমলোই লোইরবা কিনবনি। তৌবৈদি কিবসি পাঙদে হায়নৈ। মী ওইবৈ লিংজেন্দা য়েংলবদি মীকিথিনি। পাঙদবা মীনি। পাঙদবা মীদি মী নত্তে। কিবসু মফম চানা হিংহল্লবদি অদুম ফৈ। লাইনীংবা কয়ানা পাপ কিরুবৈ নত্তবা থবক তৌনদে। মথং মপোক্তা তোঙ্খরুনি খন্দুনা মপোকসিমৈ কর্ম তৌই। মসিসু অকিববু অর্থ ফজহনবৈ খুদম মচা অমনি।

ঙসিদি কিবৈ থাক য়াম্মা হঙ্খরে। ৱারী শানদ্রে। মাসু কিদ্রব্রা খঙদে। ইচম চম্মা খুল্লকই, 'চৎখ্রগে।'

'অহিংসিদা ফত্তে লেকখ্রো হায়রগা।'

'হয়েং অয়ুক অরুবা থবক অমা লৈ। লেকখিবা য়াদ্রে।' ইচম চম্মা খুল্লকই। লম্বীগী নাক য়েত্তা হৌবা খোংনাং, শরক য়ৌনা মশা হাইথবা লুবাংলৈ তুরেল মনাক্কী ৱাখল খল্লুবদা ঐ শ্বাই শ্বাই পাখৎলি। শম য়ুংখৎকে তৌই। ঐদি মদু নুমিৎ য়ুংবদসু কিখি। মদুই মথক্তা, তৌ হৌবা অমনবা খোংদো . . .। খোংদুদা করি লৈরমগনি? মফম খঙদনা অহিংদুদা করিগুম্বা অমা ফোঙ ফাওগৎলক্লবদি কৈদৌনি? মদুনা উবেনবীমক হেক ওইরল্লবসু ঐ পাখৎপনা শম-না চপ চপ য়ুংখৎলক্কনি।

'হৌজিকপু নঙ তশেংনা হেক চৎলগদ্রা?' য়াম্মা য়ানীংদবা ৱাখল অমগা লোয়ননা ঐনা হংখি।

'নঙনবু মফমদু শকখঙদবৈ কিরুবনি। ঐগদি মুন্না খঙনখ্রবা মফম্নি। কিনীংঙাই করিসু লৈতে।'

'মদু ওইরগসু, অমম্বসিদা নথন্তা হনবা নুংঙাইরোই।'

'নঙসি ৱা য়ামখ্রে।'

মহাক চৎখি। অকিবা মচেৎ অমতা য়াওখিদে। মদুমক্লনি মতোমতা লৌতাংশঙ অদুদা লৈবা ঙমখিবৈ মরমসু। নৎত্রগদবু, মথন্তা কনানা লমন্নাংদুদা লৈবা ঙমগনি? লৌ ঙাকপনি হায়দুনা, মহৈ মরোংগী অচৌবা ইথিল অমা লৈদুনসু মদুদা মথন্তা লৈবা ঙমবদি হৌনদে। মদুদি তৌগে য়াওনা তৌরবা,

পান্দম অমা য়াওরবা থৌ অমনি। মানদি হায়, 'কিবা হায়বসি পুক্নীংগী ফিভম অমনি। পুক্নীংবু লোই চক্লবা মহাক অদুদি কেদৌঙৈদা অকিবগী চন্দ্রবা ফিভমদুমদি খক মায়য়োক্লবা হৌনদে।' মাই ৱাখলসি চুমলম্বা য়াই। অদুবু কিরক্লবা মতমদুদা করি ৱাখলনো চঙলুগদবা ?

ঙসিদি মীওইবৈ তাইবঙপানসিদা মহাক অমুক হন্না উবা ফংলরোই। পুন্সিগী ৱানা, অহাঙবা মালঙদা বোল অকাম্বী অমা কায়খিবগুম, কান্নদ্রবা লবর মচেৎ অমা লেমহৌবগুম, মচেৎ মচেৎ হোরবা হকচাং পোলাং অমা ওইনা মাগী হকচাংদু তাদুনা লৈখি। মতমগা লৈনরম্বা মীওইবৈ মরী, হকচাংগী শহুম ওইহনখি। মচাকশিংদুনা মাবু অমুক হান্নে মওংদুবুদি পুরকপা য়াররোই।

'মীতৈনা হৈবদি মতম মাঙহনবদনি।'

'মীতৈ পাখংনা মদু হায়বা হৌনদে।'

'করিগী ? মদুনা করম্বা ৱাখলনো ?'

'মশাবু মশানা ফত্তে হায়জবসি, মশানা মশাবু পেঞ্জদবৈ মশক অমনি। মীদি মা মানা তৌজরিবা থবক অদু মশক খঙজগদবনি।'

'মসিসু মশানা মশাবু খঙজরকপৈ ৱা অমনি। মশানা মশাবু খঙজরকপা হায়বসিদৈ হেন্না ফবা মওং'মা সংসারসিদা লৈতে। নঙসু, নঙ নশাবু খঙজনবা হোৎনৌ। কয়াম য়াম্না পুন্সিসি অনৌবা মঙাল অমা পুবকপগে হাযবদু খঙগনি।'

ফজরবা ৱা কযা হায়রম্মী। মাবু মীনা ৱা কয়া ঙাঙগন্দে হায়বা ঐ য়ানীংদে। ঙাঙননবা পানবা চীনবান্দা কনাসু অথিংবা পীনদে। তৌবতবু খোঙ্গোক্কী চান্নবা খোঙ্গোক্তনা ওক্লে হায়দুনি। মাগী ৱা ঐ ফজনা খঙই। মিৎয়েং পান্দম লৈ। মসি ঐগী ৱা ঙাক নৎতনা, মাগা নক্লরুবা কয়াসু শোযদনা খঙগনি। অহানবা থেংবদা মরৈ কল্লি হায়দবা মী খক লৈরোই। ঐসু মসি চপ চানা খল্লম্মী। মহাক মশানদি খক য়াদে। মবৈ তৌদে। ৱাখল খঙদোক্লনবা ৱারী শান্নবনি হায়। মসিনা কদায়ফাওবা চুল্লিবা ঐ খঙদে।

'করিগীনো নঙনা, ইচম চম্না ৱাবী শাজরকপদুদা অদুক কন্না মরৈ তৌরুরিদুবু ? শাউনীংলম্লোইদ্রা ?'

'করিগী শাউগদৌরিবনো ? মাই ৱাখলদু মপূম ফানা ফোঙদোকহনবৈ হবাওরমগনি। মীওইবদি অমগা অমগা ৱাখল ফোঙদোক্লদ্রবদি কমদৌনা লৈমিন্নগনি ?'

'মরৈ তৌশনববু ৱাখল ফোঙদোক্লব্রা?'

'মদুবু মরৈরা ? মহাক মশানা খঙজরিবা হিরমদুদা কয়া য়াম্না মমুৎ তানা খঙলে, জ্ঞান লৈবে অমদি মানা হাযনীংলিবা কযা চপ চাবা মওংদা হায়হনবনি। মসিবু লাম্লব্রা ?'

ৱাখলসি খরদি তোপ্পী হায়ববু পুল্লান লাক্লি হায়রুবদি য়াদে। করিনো মফম খঙদনা য়ানীংগুম তৌবা ফিদম অমদি মসিদা ফুল্লি। অসিগুম্নবা মশক অসিননি মাই ৱা অসিনা মীমাঙ য়ৌরুবদা, চন্নফম অমা হেক হেক লৈবগুম উরিবসি। নৎত্রগদি কনানসু মসি তারম্নরোইদবনি। খঙন চান্নবা, নুংশিনবৈ ৱা হায়সি য়ানগদবা ৱাখল পরিং অমৈ মশক য়াওরবা ৱা ঙাক্তনি। অতোপ্পা নত্তে। করিগুম্বা ঐ ঐনা ঙাঙলিবা, ৱা নৎত্রগা থবক্কা ইশাই ইশক উৎথোকপা ঙম্দ্রবদি মদু কাম্দ্রবা মশক হায়দুনি।

থবক অমদি তান্নরম্মী। সরকারগী থবক অমা তৌননবা কন্না হোৎনরম্মী। মতমদু ঐখোয় বিঃ এঃ লোইরক্রে। লমসিগী মী অয়াম্বা বিঃ এঃ লোইরগদি, লাইরিক তম্বা লোইরবগুম খন্নবা মতম্নি। মদুনা অৱাংবা শিক্ষা ফংলবগুম পেল্লোক্লে। থবক তৌননবা মখল মখাই উপায় তৌরুরগা, হৈনদ্রে হায়দুনা তুমিন ফমখি। মাই মওংদু লাইগ নীংখিগদবা মাল্লি। মীওইবদা মশা মশানা মশাই পান্দম ৱাখল লৌথোকখিবা ঐ, মী কয়া থেংনখ্রে। মখোয়দু মশানা মশাই নাপ থাবা ঙমজদ্রবা মীগুম ঐ খনখি। মাসু তৌরক্দ্রা কি। ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে। অহিংবা হায়বসিদি হিংলিবৈ মওং মতৌদুনা মশাই মশক উৎকদবনি হায়রসি ঐগী থাজবনি।

থবক কন্না থিরম্লবা মানা, নোংমা য়াম্না থাজদ্রবা মওংদা লৌ উরে হায়দুনা লাকখি। কুইরবা মৈহৌরোলগী শিন্‌ফম ওইদুনসু হৌজিক্কী অনৌবা মীরোন্নদি খরা খোইজঙনদ্রবা, অদুগা অমুকসু কৈদৌঙৈ থাদোক্‌পা য়াররোইদবা শিনফম্নি। ঐঙোন্দদি মদুসু ফনা নুংঙাইহনখি। অমুক্কা হেন্না নুংঙাইরিবনা, ৱাহৈশিংদু হায়দোরকপা মতমদা, মশাদা নাপল অমা য়াওনা হায়রকখিবদুনি। মীওইবগী মশক হায়রিবসি মদুমক্তি। মশানা তৌজরিবা থবক অদুগীদমক মহাক, মশা মশানা চাউথোকপা ঙমজগদবনি। মদুতদা শিন্‌ফমদুগী মহয় চাগনি।

'হন্দক্তি মওং য়েংবনি। মথং চহীদদি লমদুদা অনৌবা মশক অমা থোকহন্নবা শোয়দনা হোৎনগনি।'

'অনৌবা, তমখৎলক্লিবা মওংদুনা মদুবু ঙমগদ্রা '?'

'মদুদি ঐগী থৌনাদা লৈরে। থৌনা হায়বসিদি চিনসিনা হায়গদবা নত্তে। থবক্কা উৎকদবনি।'

'ঐসু নঙগী নওংদু য়েংবা ওইনা, নঙগী লৌতাংশঙদুদা নোংমা শোয়দনা লাক্কনি।'

'চিংজিন্দদি লাক্কনু।'

'মদুদদি কৈদৌববা ?'

'ফজরোই। য়েংবা নুংঙাইরোই। ঐনা তৌজরিবা থবকসি কয়াম মহয় য়ানবগে হায়বদু য়েংনীংলবদি পোইনুদা লাক্কদবনি। পোইনুদদি পুম্নমক খঙগনি।'

'নঙগী থবক মতৌদুনি ঐনা খঙনীংলিবদি। মহয়দু নত্তে।'

'য়ারে। য়ারে। নঙ য়ারক্রে।'

'করিনো য়ারক্লিববু ?'

'কমদৌনা ফজরবা মওংদা মী থাজদবে ৱাঙাঙ ঙাঙগদগে হায়বদু নঙ খঙলক্রে। মদু খঙলক্লবদি মী ওইরক্লগদবনি। মসিননি ঐনা নঙবু য়ারে হায়রিবসি।'

পুন্সিনি খন্দুনা শিনফমদু মচু তানা পায়খৎলকই। তৌথোরকপা থবক খুদিংমক মশক পানখি। তোঙাল্লবা শক্তম চোংথোরকই। মদুতদা থাজে, শিনফম হায়বসি মীওইবে থৱায়না মথৱায় হাপকদবনি। মথৱায় পাল্লক্লবদি ইকাইখুম্নবা ফংগনি। মাসু হাপখি। লৈজবা পাঙ্গলনা লৌশিংতনা, শিনফমগী অর্থ থোকহন্‌খি। য়াম্না ফজরকখি। ইঙ্গুম চঙলক্লবা লাংবনগী থারোইদা, মানা লেক লেক লাওরবা ফৌনাশিংনা মালংগী ঈথক ঈপোমদা তাংথক নাইহন্‌খিবা, জগোয় শারকপা কয়াদা পুক্নীং ইংনীংঙাইনো ? অদুগুম্লবা নৌরবা জগোয়গী অমগা অমগা কোন্নদুনা ঈরাঙ লৈমবু মালেমদা উৎলকপা উরবদি কনানসু মাই লৈথোক্তুনা লৈবা ঙম্লোই। তশেংনা শংবান্নরবা মচুশিংগী থেক খোইরবা মওংদু য়েংলিমখৈ পেনবা নাইখিদে।

অসিগুম্লবা মতমসিদা চীংমাইশিংগী ফজবদি শিংথাবে লোইবা নাইদে হায়নরিবনি। মদুইসু মথক্তা, মীতৈগী অরিবা ইতিহাসকী মচাক মথুম হন্দোকপা ঙমদখৈ লৈরবা লাঙ্গোল চীঙ্গোলগী হাইথরকপা নাপোমদুদা, য়েংলবদি অমুক্ক হেন্না পুক্নীং লুম্মী। মফমসিদনি মহারাজ পাইখোম্বে মংফম। মীওইবনা কিনবা, মীশি চাদবা, লমশি শিবশিংগী মফম খঙদবা মং কয়া লৈরি। মঙারক কানবী, মিংসি পল্লকপদা খঙই, মমাংঙৈ পুৱারীশিংগা য়াম্না নক্লবা মরী অমা লৈবি। ঙসি মীতৈনা লৈরিবা মফম অসিসু লাঙ্গোল নিংথৌনা লৈরিবা খুভমসিগী অৱাংলোমদা হাইথরক্লিবা নাপোম্নি। নাপোম অসিদনি লুৱাং চনু তরুক্না হাওকু পাখং তরুক্কী শোয়দা ঙা লৈবা চৎখি। নুমিত্তুদা ঙা অমতা ফাদদুনা লিশাং শিংনা ঙা ফাবা ঙাইদুনা, ফাগী জোগাই তৌরিঙৈ নুংথিল মমৈ ওইরক্তুনা ময়ুম থোঙ্গাল য়ৌনা হল্লকপা, ময়ুম য়ৌবদা অহিং মমৈ ওইরকখি। মবুং মৌপ্পাশিং কয়ানা য়ৈ চৈদুনা তাম্বোকপদে, ময়ুম ময়ুমদগী থোক্তুনা অহিং চুপ্পা ঙাঙনখিবা ৱাগী মরক্তা হন্না অমুক উননবা, থানখিবৈ পুংফম ঙাইদুনা লৈখি। হাওকু পাখং

তরুক্কা থাখিবা পুংফম কায়রবদা অপাম নুংশি থুংনদনা, পাখং তরুক্কা নুরা তরুকপু তান্নখিবৈ নুংশিরবা ৱারী অমনা শৈফম ওইদুনা লৈরি। য়েলহৌঙৈ ৱারীশিংগী মথক্তা অনৌবা হানৌশিং থিঙ্গত্তুনা কয়াদা লুম লুম লাওনা, পুক্নীং লুমহন্নিবা মাগী লৌতাংশঙসিবু ?

মফম খঙদবা উচেক কয়া পাইরকই। মহৌশাই মশক্তি মহৌশানা ইনোৎ হাপ্লবৈ মশক্নি। অকনবা মালংনা মরক মরক্তা মঙাও থীরবা শাহুম হুন্নকই। ইংলবা মতমসিদা হেন্না ইংহনখি। পাখৎলি। নোংমা য়াম্না তমথীরবা মঙাও থীরবা নোংলৈ অমা লাক্তুনা লৌতাংশঙ সিবু পুমহুম হুমদোকখিবসু কনানা খঙবা।

'নঙগী লৌতাংশঙসিদি য়াম্না নুংঙাই।'

'নুংঙাইনি নঙদি . . . !'

'সিবু নুংঙাইত্রা ?'

'নোংমখক লাকপা নঙনা নুংঙাই নুংঙাইতবা খঙগদ্রা ? মদুদি খুদক্তা ফাওরকপা, পিক্লবা পুক্নীংগী ইহুল মচা অমতনি।

'অদুবু মসি নুংঙাইতে হায়গদ্রা ?'

'অহিং অমা মপুম ফানা লেক্লবদি মদু শোয়দনা খঙগনি। চীংগী হরিনা খোংলকপা মতমদা চীংগী চিকখ্রবা মফমসে, মদুতদা লাংবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। মদুদি কয়াম নুংঙাইনি।'

'মদুমদি ঐ হৈনগদবা মান্দে।'

'মদুনি সহর মচাইৱা। মীঙোন্দা থাগৎশন্নগনি। অশেংবা থৌনা লাক্লবদি চেন্নবা হোৎনগনি। মদু ঐ য়ানীংদে।'

'ঐনা মসিদা লেক্লগা কৈদৌনদগে ?'

'কৈদৌবা, কৈদৌদবা হায়ববু লেককদৌরিবা, নুংঙাইরিবদুনি।'

'এহ . . . !' অতৈ ৱা অমা হায়রুরবদি ঐ শোয়দনা লাম্লক্লগনি। মখা তানীংঙাই লৈত্রবা ৱানি মাই ৱাসি। মানগা লৌথুপ লৌকোই লৈত্রে। মফম খঙদনা ৱা হায়রক্দ্রা ঐ চিংনৈ। অসিগুম্লবা তাঞ্জাসিদদি তুমিন লৈবদে হেন্না ফবা অমা লৈত্রে।

নঙবু ঐখোয়দা করেম্নবা লাকখিব্রা ? ঐ নুংঙাইতে। মীতৈ পাখং, নঙ ! নঙ নীংশিলুবা খুদিংগী পুক্নীংদা চখৈ অমা হেক হেক চিংলকই। কলকপৈ, শাউনীংবৈ পুক্নীংনা পুরৈ। শাউরুরগা কৈদৌনদোইবা ? মমানা য়াম্না ৱাজখিবনি। কদোম থোক্লগদবা ঐখোয় পাখংসে ? মপানদি কয়া থৌশাদবগুম তৌই। নুপানি।

মরাইবক হায়বসি মশানা শেমজসনু। অদুনি অদানি হায়দুনা পুন্সীবু থৈরুবা য়াগদ্রা ? যুগ থৈননবা হোৎনখিবা নিংথৌ, নিংথৌরেল কয়া যুগ থৈবা ঙমদনা সনা লৈবাক অসিদা মপুন্সি লোমখি। হোগাইবী থোকখি। খোংনাং হোগাইবী মিঙ্গৌখি। মৈদিংঙু চরাইরোংবগী পুন্সিসু অদুগুন্নবা পুন্সি অমনি। পুন্সিবু করিগা তাইশন্নবা য়াবগে ? পুন্সিদি পুন্সিনি।

মমানদি য়াদে। নুপা মথন্তনি। পুন্সিনি হায়দুনবু লৈকুৎ লৈরাইদা ওক্লুগদ্রা ? ফিভম খরদি শেম্ফম থোকই। হিংলুরবনিনা হিংহৌননবা ৱাখল খনগদবনি। নৎত্রগদি শা ঙাগা তাইবঙ মীওইবগা করিদা খেন্নরিবগে ?

'ইবুংঙো ! নঙদি কদায়দগীনো ?'

'ইমা শিংজমৈদগীনি ।'

'মতম অমদি শিংজমৈ কৈথেল চাউনা কারম্বনি। ঐখোয় শোরোক কৈথেলসু চাউরম্মী। ঐখোই ইনেমদি নম্বোলদৈ ঙা তিক্তুনা য়োল্লম্লিবনি। কল্লমখ্রেদা ঐখোই ইনেমদো।'

'মদুবু কৈনা চৎলম্বগে ইমা ?'

'খোঙনা চৎলম্লিবনিনে। মতমদুদদি হৌজিক্কুম গাড়ী লৈপ্যোৎ নত্তে।

'য়াম্না ৱারমগনি মতমদু।'

'মদু ঙাক্তনিদা। মদুদসু অমুক ফৌ চেং কোকথোংনদুনা পুরিবনি।'

'ষণগাড়ী শিজিন্নরম্মী·হায়দাইনে।'

'মদুদি থুমোক অমনীগী ৱাদা নত্তে। মপোৎ ফাখ্রবৈ ৱানি। অতৈদি কোকথোং ঙাক্তনি। হৌজিক্কুম য়ুমদসু শম-শা য়াবা নত্তে। অহল লমন য়ানবসু অমুক হোৎনরিবনি। অমাং অশেংসু কনখ্রবা। হৌজিক্কী থোক্ল থোক্লবা নহা অহল ইতাও তাউনবসি নত্তে। হোংলক্লিবা মওংসিদা ইচা অমখক য়াওজবসি খঙদ্রেদা ইবুংঙো।' মসি হায়বগা তুমিন লৈখি। 'ৱারম্মীদা ! ইনেমদুসু য়াম্না ৱাখি। য়ুমসি ওইনবা পানবদা, য়ুমসিগী মীকোক খুদিং ফৌ শুরিবনি। শিংজমৈদা পুদুনা চেঙচোই য়োল্লুরিবনি। কোকথোংনদুনা পুবা চেংশিংদু . . . ওম্ব্রোক্লা য়ামখ্রবনি। ঈশিং ঈনৌ মতমদসু ঙা য়োক্লি। য়ুম পুবসি তুরেল লৈঙোইদগী হেন্না কুপ্পি হায়নরল্লিবনি।' হায়রগা ইমা মমিৎ উইশিনখি।

'মতমদু ইমা য়াম্না ৱারম্নি।'

'ৱাখি। হৌজিক্লা নখোয় কৈদৌহৌগদগে খনবদা অমুক্কসু ৱারি।'

'ঐখোয়বু কৈদৌরবগে ?'

'কৈদৌগে হায়বা নত্তে। ৱাজরগসু মতমদুদি মী ফরম্মী। হৌজিক্তি মীশিংসি মওং অমা তৌনরে। ইচাসি মিংসু পাখং কৌশিল্লে। ঐ পাখৎলি। ঐখোয়না

ৱারকপৈ হায়রুরগা ইচাশিংসু ৱাহল্লীংদ্রে। হৌজিক নখোয়, নখোয় ওইনা হিংজবৈ ৱাতনি। ঐখোয়দদি চাউরবা আশানি। অশাশিংসি লেম্মা মাঙখিগদ্রা কি।'

চুম্মী। মসি খ্বাইদৈ শেংলবা ৱানি। হিংবদা শাগৎপা পুন্সিগী ৱাদা মসিদি ককনীংঙাই লৈত্রবা ৱানি। হিংলিবা থৱায় খুদিংগী মফম লৈরগদি মমলসু লৈবা তাবনি। তঙাইফদনা অদুগুম্লবা মমলশিংদুদি থিবা তাবনি। কান্নফম লৈহনগদবনি। কান্নবা য়াওদ্রবা পুন্সিরোলগী ৱাবু কনানা তানীংগনি? ঐখোয় পূম্নমক পূন্না হিংমিন্নরবদি অমদা নৎত্রগা অমদা হিংবগী পোৎলম য়েহ্লোক্কদবনি। ঐখোয়গী ধর্মনা য়েহ্লোক্লি, হিংমিন্নবৈ অতপ্পা শক্লোন কয়া। নুংশিননা হিংমিন্নবৈ পাউজেল পীরি। অমনা অমবু য়েৎখাই থিনগাইদনবা পাপ পূণ্যগী মরমদা লাউরি। তুংলমচৎ অমা লৈহৌনবৈ পান্দম থল্লি। পান্দমসি য়াওনদ্রবদি মীসি মী ওইদ্রবনি। লাইগী ৱারী লীরবসু অরেম্বনি। মতমদুদদি মীনা মী ওইনা হিংননবগী লম্বী থিরুবা কান্নররোই।

হিংবদি মায়থীহনগদবা নত্তে। পুন্সিরোলগী মপূং ওইবা পোৎশকশিংগা শমজিন্নগদবনি। চপখায়রক্লিবা মপান্থোংগী শরুক্কা ঐবু নক্কৎহন্দুনা, পুন্সিগী শাহৌগা লোয়ননা শাগৎলিবা ইশাগী পানদম্বুদি নমশিলহল্লোইদবনি। ঐখোয়না হৌজিক হিংলিবসি করিগীদমক্লো? অপিকপা ৱাহংসি য়াম্না চাউখৎহনগদবনি। মসিনা পুন্সিবু মশক ফজনা তাক্লনবা হোৎনগদবনি। পুন্সিদি পুন্সি অসুম ওইরগসু ইমানা থল্লিবা পুন্সিসিদি মীতৈনা পামজরিবা ৱাখলসিদৈ খরদি হল্লবগুম তৌই। থৌ অমগীদমক পূকচেল তিংখোকপা নত্তে। মশকসিদা মখোয়নীগী মতৌসি তাইওন্নবগুম তৌরি। হিংববু মশক থোকহন্নবা হোৎনবদা লম্বীদি তরাইথোকপৈ ৱা অমা য়াওরবগুম উরি। মসি মীতৈদদি লৈতে।

মশানা পামজবা মমিসি লাকত্রিঙৈ পাখং শিরে। মশাই আশানা মপূম ফাদ্রিঙৈ লমখাংদা হিংথৎ থৎখ্রে। থাজদে। লুৱাং পুন্সি নিনবা চীঙ্গোলসিদা খঙহৌদনা পুন্সি অমা শিংকুপ শাহল্লে। মফমসিদা লৈরিবা লাইফমগী শিনাইদ্রবা ৱারীশিং, মাগী নাপোম ওইনা হাইথরিবা চীংশাংসিদা মগুন ঙাকপীখিদ্রে। মীরোলসিনা লৌরিবা থৌদাংসিবু করিনো? আশা লৈখিবা, মিৎয়েং শানখিবা, মাগী পুন্সিবু অসুম্না লোইশিল্লগা কনানা পেনগনি? নীংঙমদবৈ মৈচাক্তনি হাপ্লিবা। মিংয়েংশিংদু নীংশিংবনা নীংঙমদবৈ মৈচাক্তনি হাপ্লিবা।

কলেজনি। মশক মতৌ ফজরবী ওঝা ব্রজেশ্বরিনা লাইরিক তাক্লি। গ্রামারনি। অতৈ অতৈগী ক্লাস ছাত্র মশীং য়ামজদ্রবসু, ব্রজেশ্বরিগী ক্লাসতি মীনা পীক থল্লি। মাগী মাইথোংগী ফিভম য়েংবা নুংঙাই। ঙাঙথোরকপা ৱাঙাঙ কয়া, মতমগী

ঈথে য়াওই। মমিংনে মনানে ছাত্রশিংগী মপুক্লীং ঈথক থকথলি। রুশেম্না হায় লিপস্টিক থাবদি ওঝা নুপীনা শিজিন্নবনা পকচৈ। ছাত্রগী মপুক্লীং চিংশন্দুনা থুনা জ্ঞান তাগনি হায়বৈ ৱাখল্লোন্দু চুশিন্নব্রা খল্লি। মচু মখল তৈবা মাইথোংদো য়েংনীংহল্লি। মচিনবান কাথোরকপদা কুত্তুক তৌবা মওংদু, ঙাংশং ঙাংবা চিনবান্দগী থোরকপা ৱাহৈগো পুন্না ঙাইগদবৈ ছাত্র খুদিং মমিং কুপ্পদে। মদুদা অমুক নোক্তুনা মমিংকা খৎলক্লবদি, ছাত্রশিং পুন্নমক মশা মশাই ৱাগ অমমুক হাপকৎচদুনা য়েংবগুম তৌই। ওঝাদা নকশিন্নজরগা পেঞ্জবা ছাত্রশিংদি পুমঙাওনি। পুক্লীং ঈহুল পুন্নমক পীশল্লি। খন্থরগা হেল্লা নুংঙাই। তাক্লিবা পারাদা পুক্লীং লুপশল্লি। মথং মথং ওঝাসু তাকই। পংচুত্রসনগী মশক খঙনবা হোৎনরি। তৌবেদি মাগী মখোল নুংশিবদু তাবনা, লাইরিক্তা মপুক্লীং চঙশিনবদে খরদি হেনবগুম তৌই। তাকপমখে তাক্লগা, অহংনবা ৱাহংগী খুদম অমা পীননবা হায়রকই। ৱাহংদুদা ময়াম তুমিন লৈনৈ। ৱা কয়া ঙাওনরক্তে।

'নখোয় খঙদ্রব্রা ?'

'খঙডি।' মরক্তে অমনা খুল্লকই।

'খঙলদি হায়রোদনা।' ওঝানা তকশিল্লি।

'ওঝাই মিং করি কৌগে ?' পীরিবা খুদমদুদা ওঝা নোক্লকই। মদু লক্লবগুম্বৈ মশক অমা য়াওশিনখিব্রা ? খুল্লক্লিবা পাউখুমদুদা ছাত্র অমতা মমিং পৈনখিদে। মাবু মুন্না য়েংদুনা লৈনখি। 'নখোয় খুদম পীবা য়াম্না হৈরে। য়ারে।' ফজনা পাউখুম পীরকখি। লক্লশিল্লিবা ৱাহং ফজনা লৈথোকখি। য়াম্না হৈ শিংলবা মওং অমৈ মরীদা ৱাখল মচা মচাশিং থুপচনখি। পাখংনা য়াম্না শাউখি। মচোমপাক নাইদে। ফরবসু ফৎত্রবসু ঐখোয়বু তম্বীরিবা ওঝানি। মলেমগী জ্ঞান পীরিবনি। ইকাইখুম্নবা খরদি থম্ফম থোকই।

'মদুদা নঙনা শাউরগা কৈদৌননি ?' ঐনা হংখি।

'কৈদৌবা নত্তে। য়ানীংদবা হায়বসিদি য়ানীংদবনি। মসিদি খুন্নাইগী ৱানি। পিশক পিক্লিঙৈদে তম্বীরক্লবা নহা অহলগী ওইবা চৎনরোলগী ৱানি। ঐখোযগী চৎনরোলবু ঐখোয়না কৈদৌঙৈ খক তরাইনা লৌরোইদবনি। খুন্নাইগী ৱাঙুরোল শিংনববু নহাক য়ানীংব্রা ? মসিনা হান্নৈ লৈজরম্লবা, ফজরবা চৎনরোলদা কয়াম কায়রক্কনি নহাক খঙলব্রা ? ঙসিদি মসিগী শক্তমদা কায়রকপা কয়াদু নঙ ঐনা খঙদবা য়াই। মতুং তারকপৈ ৱাদদি তম্বা ঙমহন্দ্রবনি। মসিবু ঐখোয়না ঙাইহাক নুংঙ ইবগা শিন্নথোকপা চুমদে। তুংগীদমকসু খরদি খনগদবনি। মহাক য়াম্না শাউখি। থেম্নবা য়াখিদে। ফনা কন্না থেম্নবা হোৎনরবসু, থেম্বদি শুকঙম ঙমখিদে।

'নঙসু ইচম চম্মা খরদি খন্দোকপা ফে।'

'ইচম চম্বা ৱাফমদা ইচম চমথোক্লগদবনি। ঐখোয়গী ওইবা ইপোৎ ইরলবু থুগাইরগা ইচম চম্বদি কদায়দৈ য়াগনি ?'

'মসি থুগাইরব্রা ?'

'মসিবু থুগাইবা হৌরক্লিবা মওংদু নৎত্রা ?'

ৱাঙাঙ্‌দু ঙাঙন ঙাঙনরগা অসুম চুম্বা মাল্লকখি। পিশক পিকপা, অপিকপনা অহৌবা ওইরগা, মরোল মরোল ননশিনখিবা লনগৈশিংগী মরুওইবা মরমশিংনা লংজিন ওইনা চিংথোরক্লিবা মাগী ৱাখলসি, কমদৌনা লাল্লি হায়রুগনি। মসিননি চাউরবা চৎনরোনগী ঈথৈফম ওইরুগদৌরিবসি। ঐসু মসি থাজবা তাই। করিসু লৈতনা খল্লম্বা ৱাখল কয়ানা, অর্থগী শাংলবা চিংথোকফম লৈতবমখৈ চিংথোকপা য়ারবা শকফম অমা থোরকই। মাগী ৱাখলদুদা ঐবুসু তপ্না তপ্না উঙশিলহনখি।

'নঙ লেপ্লব্রা ?'

'লেপ্লে।'

'লৌ উরগে চপ চানা লেপ্লেনে।'

'লেপ্লবুদি নত্তে। তৌফম থোকপা থৌদাংনি হায়না খল্লকপনি।'

'মসিনা করম্বা . . . ?'

'ঐগী ইরমসি উরবা নৎত্রা ? য়েংথোকখিবদা উরিবা চীংশিংসি নৎতবা অতৈদি লবুক ঙাক্তনি। মসিবু ইকোক কোক্লা অসুম লৈহনগদ্রা ? ঙসি হেনগৎলক্লিবা মীশিং অসিনা চিঙ্গাকপুদি হেন্না হেন্না মরু ওইরক্লি। মীশিংসিগী মশিং অসিগা পানরুবদি হান্না থোক্লল্লিবা পোথোক্তে শরুক অহুম হেন্না থোকহনগদবনি। মসিবু অসুম কোক্লা থম্বা হায়বসি চুল্লিব্রা ? নৎত্রগা মহৌশাই শক্তম য়োক্লিবনি খন্দুনা হরাওগদ্রা ? মদুইসু মথক্তা মীওইবৈ শিজিন্নবা পীরক্লিবা খোঙ খূৎসি ঐখোয় মতম কুইনা পংথহন্নবা শীল্লে। মসি ঐ পামদে। অহিংবশিংদি অহিংবশিংগী ওইবা মশক অমদি শাগৎকদবনি। মহৌশাবু ইকাই খুম্ন-খুম্ননা মীওইবগী ৱাখল লাকশিনগদবনি।'

'নঙগী ৱারেপসি ঐ জ্ঞান তাদে।'

'হিংববু ইকাইখুম্নরবদি চঙশিল চঙশিল্লগা ৱাখল লাকখিগনি।'

'মদুবু হিংবৈ ৱারা ?' ঐবু অপিকপা জ্ঞান তাদ্রিবা অঙাঙগুম হায়রকপা মওংদুদা শাউনীংলপ খুমখি।

'নঙ শাউরমাল্লে। ঐদি শাউননবদি হায়খিদবনি। ঐখোয় ৱাখলগী ইরৈদা অসুম উঙশিন্দুনা লৈরে। মদুদি মোন্দ্রং চৎলবা, শক্তি অমৈ থৌজাল ঙাইদুনা

লৈবগা অম্মানি। মীওইবৈ অশেংবা মশক মচুদা শেম্বা নত্তে। মদুগুম্নবা মওংদু নঙ ঐগী মহিংসিদা শিন্নথোকপা হায়বদু ঐহাক পামদ্রে। মসিমক্তা হৌজিক হিংলিবা মহিংসিগী ওইরিবা অহিংবৈ মশক অমা কন্না শাগৎপা ঐহাক তঙাইফদে। মসিমক নঙসু খঙহনবা পাম্মী। অদুবু ঐগী ৱাহৈদুদা নঙ শাউরমাল্লে। নঙ খরা ৱারৌরব্রা ?'

'ৱারৌদেদা। ঐদি করিগুম্বা খরা তৌদুনা মিৎয়েং অমা য়েংলবগুম ৱারৌগে তৌরম্রবনি। অদুবু খঙলে।'

'করি খঙলিবা ?'

'থবক্তা মাই লৈশীন্দুনা লৈবা মীশিংদদি, ৱাহৈসিসু মদুগা মান্নবা লোন শিজিন্নৈ হায়বসি ঐহাক খঙলে।' মাই মওংদুদা চানগদবা ৱা অমনা ঐসু খুমখি। ঐগী ৱাহৈদুদা মহাক ঐবু শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি। ঐ নীংশিংদুনা লৈহৌই। নীংশিংলুরগা নীংঙল্লক্তে।

নোংমা হংলুই।

'তরুনিদু কমদৌখ্রবগে ?'

'খঙদে। নুপা অমগা তোইনা রেষ্টুরা চঙলমাল্লে। হৌজিক্তা রেষ্টুরা চংবা হায়বসি মীনা ফজনা লৌনদে হায়বসি মা খঙদ্রব্রা খঙদে। হিংবদা পূম্নমক্কী বা শুপহন্নবা ঐ মাবুদি মদুসু খঙহনবা পাম্বনি।' য়াম্না থাজদবা মওং অমদা পাউখুম পীরকখি। মমাঙদা মানা তৌখিবা মওংদুগা য়াম্না থাজখিদে। নুমিত্তুদদি ঐ কিখি। নুমিদাংদুদা ঐ হৌদোক্তুনা য়াম্না খাংঙমদবৈ ৱা হায়রখিবা, অহিংদুদা ময়ুমদা হনখিবদু ঐঙোন্দা তরাই তরাইনা খনবা ঙমহন্দে। ঐবু হৌজিক মাই পাউখুমসি থাজখিগদ্রা ?

'নুংশিনরিবনি হায়দুনা নঙবু য়াম্না তৌরম্বদাইনে।'

'ঐনদি নুংশি। নুংশিববু নুংশি হায়বনি। নুংশিদবা মীদবু ঐ নুংশি হায়রুগদ্রা ?'

'অদুগা মাই ৱারীদা মী নপ্পক্লিবদুনা কৈদৌরবা ?'

'মদুনা ঐগী ৱা নত্তেদনা। মাগী ৱানি। থম্মোয় হায়বসি খুৎ চঙদুনা হিংলুবা য়াবা নত্তে। মসিগী ওন্নতৈনবদা হৌজিক্কী মওংসিদদি কৈমতা থাজবা য়াদে। তৌবৈদি থাজদবসু য়াদে। থাজগদবনি। মসিনা ওইথোক্তবা লৈহন্দ্রে। ফিদম পূম্নমক লৈখা তাহল্লি। ফিদমসু শেম্বা, লৈখাসু তাহনবা, ঙকই। মসিবুদি মীওইবা ওইবৈ ঙম্বনি। অতোপ্প জীব অমতনা মসি ঙম্নোই।'

' নুংশিবসি হৌজিক্তি ফাগী তারব্রা ? মাই মওংদুমক ঐঙোন্দা য়ানীংবা

খরা ৱাৎতুনা খজিক্তং থৈরপ্পা হংখি।

'মদুদি হৌজিক্তে ৱা নত্তে। আ থাইনঙৈ, মমাংঙৈদৈ তৌদুনা লাক্লবনি। করম্বা নুপীজা ওইবীনা মথম্মোয়দা নুংশিজবৈ, মতিং ফুদোক্তুনা পাম্মু মকা য়ৌখ্রবগে ? ফনা নুংশিনদুনসু মমা মপাই পোরৈ তুংইন্দুনা খোঙকাপ ইন্নন থাংখিবা ঙাক্তনি। ঐগী ৱাসি নঙ থাজদবা য়াই। অদুবু হাওরং লৈরং শাফবী, হাওবা কোনু ৱারী তারগদি শোয়দনা খঙগনি। নুংশিবদি য়াম্না নুংশি। পাখং লৈশানা পুকচেল লেপচরবসু য়োকপীরকপৈ মায়োক্তা পুক্নীং ইহুল চঙখিদে। অপাম কানা হেনখিবা পুন্সিগী ৱা ময়েক শেংনা উই। ঙসি মদুমক লৈত্রগসু, ওন্নক্লিবা মতমগী পোরৈ তুংইন্না মমা মপাই পুকচেল খরা হোংলগসু পুন্সিবুদি থাজনবা ঙম্নরকত্রে। ঙসিদি হিংলিবসি পুন্সিগী অর্থদা নত্তে। খূৎ তুংবুন্না লেপশিন্নরগা কান্নবদা খূৎপায় চেৎনা পায়হৌনবা তিংথোরক্লবা খূৎশাশিংনি। হৌজিক ফজনা হিংগে হায়রবদি মসিমসু খঙবা তঙাইফদে। ঐসু মানা তৌজনীংবা তৌবদা করিসু হায়ররোই।'

'নঙ মাবু শুকখন খল্লররোইদ্রা ?'

'খনবদি খনখিনি। ৱাখলসিনা হেক লৈরিমখৈ মাবু থাদোক্লে হায়বদি য়াগদবা মান্দে।'

'নুংশিবদি নুংশিদ্রব্রা ?'

'নুংশিরি।'

'অদুদি কৈদৌরবা ?'

'নুংশিবনা কৈদৌরুনি। নুংশিবদি নুংশিবনি। মসিদবু অতোপ্পা করি অমা চঙহল্লুগনি ?'

মাই ৱাসিবু ঐ য়ারসিরা ?

তরুনিবু মানা পামজবদি অঙকপনি। মিৎয়েং মচা অমখক য়েংলকপৈ, য়েংলকই হায়দুনা নুমিৎ চুপ্পা অমা মমান্নবা থেংনবমখৈ ৱারী তৌখি। মাই মওংদু, পৃথিবীদা খ্বাইদৈ চাউবা মনা অমা ফংবগা চপ মান্নখি। ঙসিদি মদু পূন্নমক্কী মায়োক্তা কয়াদা ইংথরিবা। মসিদবু ঐনা থাজগদবসি করিনো ? হৌজিক্কী মতৌসিদা ঐনা মাবু থাজরুবা তারগদি, মীওইবসি ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ৱাখলনা, অপুনবা অমনা পুবগুম চপ মান্ননা লৌবা তাবনি। মদুদি ঐ য়ানীংদে।

'নঙগী নুংশিবসি, নুংশিবৈ মশক 'মা ওইরমাল্লে।' ঐসু হায়খি।

'নুংশি হায়দুনা শা ঙাগী লিচৎ চৎপবু নুংশিবা কৌব্রা ? মদুদি ঐ য়ানীংদে। মীওইবদি অশোনবশিংবু মতেং পাংনদুনা য়োক্কদবনি। মদুতদা সমাজ হায়বদু লিংগদবনি। নৎত্রগদি মীসু শিরবনি। সমাজসু লৈত্রবনি। নুংশিবদি য়োকপনি

ফংনবা তানবা ওইরমদ্রে। হৌজিক ঐ মসি ফজনা খঙলে। ছান্নদি খঙলমদে। ঐসু কল্লকপনা মাঙ থাদুনা নুংশিববু ইকাইখুম্নবা ঙম্নমদে। হৌজিক্তি নুংশিবসি ফজনা য়োক্কে খল্লক্রে। য়োকপা তারগদি নুংশিবনা পামজরিবদু তঙাইফদনা ঙাক্নদবনি। মসিগী ওন্নতৈনবদা য়েংলুবা তারগদি কলকপা তাগনি। ঐ হৌজিক, মানা পামজবা থবক্তু তঙাইফদনা চাওখৎহনবা তাবনি। মসি তৌবা তারবদি মানা পামজরিবা কয়াদু থুংহনবা হায়বসি ঐগী থৌ ওইরকই। থৌসি পাংথোক্কে লেপ্লে। ঐগী নুংশিবসু মসিদা ময়েক শেংনা ফোঙহৌরগনি।'

'মদুবু নুংশিব্রা ?'

' নুংশিবৈ মশকসি মসিদা লেপ্লগা য়েংবা তারবদি য়াম্না ফজরবা মশক অমা থোরকই। অহানবা থেংনবৈ, মশকসি মরিং মরাংনা উবা য়াই। থাঙ্গৈশেংনা নুংশিবৈ মশক অমা থোরকপদি মসিদনা হেল্লি হায়বসি থেংনরবা তুংদা শোয়দনা খঙগনি। মাবুসু মসি ঐ খঙহনবা পাম্মী।'

অশোনববু য়োকখৎপা, অপুনবৈ নুংশিবা মশক অমা য়েছোক্লবা কন্না হোৎনরিবা মহাক ঙসিদি তাইবঙপান থাদোকখ্রে। মহৌশাই মীশি নৎতবা অমদা মহাক শিরে। ঙসিদি মীওইবসু শিপ্রগদ্রা ? ঐ চিংনৈ। বাহৈসি ঐগী মরুপ্লি হায়দুনা হায়বা নত্তে। মীতৈ পাখং নঙবু অদুম্না অদুম পুন্সি লোইরগদ্রা ?

ইমানা কপ্পি।

ইচন্নুপিনা কপ্পি।

নুপা নুপী, মথন মথন্তা পোকপনি। মীতৈ জগোয়গী মশক, উরুরগা, তাণ্ডলক্লে হায়দুনা জগোয় শাহনখি। অরিবা ঈশৈশিংসি মাঙখ্রগনি খন্দুনা খুলং ঈশৈ শকহনখি। মমানদি ঈশৈ শকপীশিংসি কয়া পামজদে হায়দুনা য়াজদবনি। মীতৈনা মখোন ফৈ। ফজবদি মীপুম তিংনা চাং য়েংহনগদবনি হায়দুনা ঈশৈ শকহনখি।

তশেংবদি মতমদো, মণিপুরদা মতম ঈশৈনা মরা তারক্লবা মতম্নি। লৈরক কোনশাং খুদিংদা দ্রামাগী ইনোৎ লাকখি। ঈহৌ অমা ওইনা কন্না হৌরকই, লমদেংদসু শান্নখি "খোংজোম লান।" দ্রামাগী ঈচেলদা ঈশৈ অমা য়াওখি। খুনুং ঈশৈগী অতপ্পা শুর অমদা শক্কদবা ঈশৈনি। লৈকাইনা ইবেম্মবু ঈশৈদু শকহনসি। মাই মখোলসু ফৈ। হৌদোক্লরকই। লীলা তৌবশিংনা কন্নমক হায়বা ঙমদ্রসু হায়বদি হায়রকই। পাখংসু শকহনসি হায়খি। মমানা পাম্বা বাৎলগসু পাখংনা য়াখি। থিংবা ঙমখিদে। ইবেম্মনা ঈশৈদু শকখি। ঈশৈ তম্বদা হুমাং কাংখি। মমিং চৎপা চৎতবা, ঈশৈ হৈবা হৈতবা মীওই কয়ানা মওং মখল কয়াদা ঈশৈদু তম্বী। অদু তৌগদবনি । অদা তৌগদবনি। মথং

মথং তাকপীখি। চোম্না য়াদে। অহানবনি হায়দুনা চাং তাহল্লোইদবনি। ময়ামদুই মওংদা জ্ঞান মাঙদুনা পুক্লীং খজিক থৈরকপদা, পাখংনা শাউই। অহল লমন্দা তৌহৈদবা লিচথনি। নঙগীদমক হায়বনি। পুন্নমক্না তাল্লিবসি নঙগী ফম্নবনি। নঙনা অদুম তৌরবদি কনানা নঙোন্দা তাক্লীংগনি ?

ইংথখি। রাফমসিনা য়াম্না ইংথহনখি। মতোমতা পোকপৈ কেথোক মৌথোকপা পুন্নমক পুন্মাঙ মাঙহনখি। নোম্লুকপনা মাই মরমচং ওইহনখি। ভক্তিদা য়ুমফম ওইরকই। মসিনি মীতৈগী তাইবঙপান। তাইবঙপান অসিদা মমিং পাঙলকপা মীতৈনা মসিতবু থোইদাজে। মীতৈগী ফজরুরিবসিসু মসিদনি। লানবা খঙদে। চুম্বা খঙদে। ফজবদি ফজে। হিংববু মসিগী ঈচেলসিদা তিনশিল্লি। লম অতৈনা মসিগী ফজবসি উজবা ফংদ্রবসু মীতৈদি মসিদা ঈরোয়নদুনা লাক্লবনি। মসিমক খজিক কায়রকপদা, মীতৈনা হায়নৈ, মপা মপু জাৎ নাইরম্লোই। মহাকথকীদমক লাইরম্লেন্দা তিনশিনখ্রবা মপা মপুশিংবু লৈখা ফংনা চিংথরি। চিংথবসিসু চৎনবী ওইহল্লি। মসিগী নুংশিখ্রবা চৎনবীসিসু পাখংনা অদুক্কী মতিক পামজরম্মী। ঙাকপা ঙাক্তবসু মাবু শকখঙলুবা কয়ানদি শোয়দনা খঙগনি।

অদুবু শিরে। হৌজিক্তি কনানা মাই মচন্নুপীবু ঙাক শেনবীগনি ? মানা য়ুমফম থোল্লম্বা খুনুং ঈশৈদু মখা তাথদুনা মথোল কানা শাগৎখিগদ্রা ? রাহংসি ঐঙোন্দা ঙসিদি কন্না হংলক্লি। পাখংগী থরায় হান্নৈ ফিভমদু ঙাক্লনবা মহাক শেল্লকখিগদ্রা ? করম্বা ফিভম অমদা মহাকপু থাদোকপা তারি ? মতমদু লৌরোক পম্বানি। শৌগ্রিনা মপান শাবা মতম, অপিকপা অচৌবা, অরাঙ অনেম খায়দনা চপ মান্ননা, মখোক্তে মতোন তোলেন য়ৌনা মপান শারে। মমাঙ মনীং, খা রাংদা হৌরিবা য়েহৌ মপান্না উরি রারিনা শিৎলকপা নুংশিৎশিংদা তেরা পাইবীগী মতৌগুম কোইপাই কোইপাই পাইরক্লে। মতমসিদনি চীংগী নাপোমদা, কাংথক শানা লৌ মরক্তা শাবা লৌতাংশঙ অদুনা অমুবা তাঙ্গোই ওন্দুনা তারিবসি। মসিদা নৎতনা খাওহৌদবা লৌশিংনা মৈনা তুম্না চাকখিবৈ মখোক ইমু ইমু মুনা মৈখাক ওইনা লেপ্লি। মসিগা তাইনবা মফম খরদা ফৌ মৈ চাকখিবৈ কবোক পোক্তুনা, ভৌশোক ভৌনা কবোক পাল্লি। মফম খরদনা কবোক চাইখিবগুম পাক্তক্লনা তারি। ঙরাংতনি লেক লেক লাওনা লৈহৌবদু। ঙসিদি মফম অয়াম্বদা লৈরিবা, করিসু তৌদবা পাম্বীশিংদুসু মায়কৈ খঙদনা নৈথেকপৈ, মফম খঙদনা তুরে। তাইবঙ মীগী মীখুৎ ফংনা চঙবদা, মহৌশাবু তাথিখৈ গুৎপৈ খুদম্মক্তনি মফমদুদা তারিবসি।

অয়ুক্তা লৌ কুল্লকপা খুদিংমক পুলিসনা থিংখি। অঙনবদৈ হান্না কুল্লম্বা

কয়াসু, ঙসিদি লৌ কুম্বা য়াররোই। থুনা কাখৎলু। মফম খঙদ লাকপা পুলিসশিংনা তানখৎলি। খুঙ্গাশিংনা মওং অমনি থন্নখি। করি থোক্লগদবা, মপুক্লীংদা চিংনৈ। মায়কৈ খঙদনা পুলিসশিং ফুজল্লকই। মশা মশানা তোংলকপা গাড়ী লাপ্না থন্নমদুনা মখোঙ মখোঙনা ফনা শাংনা চঙখি। লালশিংনবৈ মওংনি। যেন্নবা ফাগদবৈ মওংনি। চেনখিগনি মতাগুম ঙাক্লি। মহু চাউবা কনা মফমদুদা লৈবিবগে ? মফম খঙদবা অমদা লৈরি। খুন পূন্নমক কিনখি। কমদৌনি ? কৈদৌবৈনো ? ব্বাহং অমতা নত্তে, মফম খঙদনা হংনৈ। অচম্বা খুঙ্গাশিংনি, ব্বাহং ফনা হংনদুনসু খঙবা ঙম্মদে। খুনসিদা মদুনা অহানবনি। মমাংদা অসিগুম্বা মওংসি অমুক্তা থোকখিদ্রি।

নোংমৈ মখোন য়াম্না তাখি।

অহৌবা মখোল পুথোকখি।

নোংমৈ মখোলগী মতুংদা করি করিনো লাউবৈ মখোল, মফম খঙদনা তাখি।

লাউরিবদু করিনো ?

খুঙ্গাশিংনা মুন্না তাখি।

লালহৌবা নহারোল পূন্নমক, খুৎলাই থাদোক্কুনা পুলিসতা চঙজৌ। অহৌবা খোঞ্জেলনি। করি তৌখিবনো খঙনখিদে। লাউবিবা খোঞ্জেলগী মতুংদসু, মফম খঙদনা নোংমৈ কাপ্লে মখোল তাই। ফনা কুইনা কাপখি। মফম খঙদবা অকিবা মখোল থোকই। কলক পেনবৈ ব্বা কয়া য়াওবকই। পেন্না পেন্না ঙাংই। লাউ খোংই। করিনো অমা শোয়দনা থোক্লল্লগনি।

অঙনবা অয়ুক, চিকথরক্লবদা খুঙ্গাশিংনা মফমদু কবি থোকখিবনো য়েংলুবদদি, নোংমৈ মকুনা মফম খঙদনা পাল্লবা, মহুৎ মহুৎ হোরবা অশিবা হকচাং অমা, মৈনা কাকুম কাকুম চাকখিবৈ ফিভমদা লৈরম্মী। মদু অতৈ কনাই হকচাং নৎখিদে। মীতৈ পাখংগী থব্বায় যাওদ্রবা হকচাংনি। শক্তমদু, মথং অয়ুক অঙনবৈ পাউচেদা মযেক শেংনা ঐনা উখি। মদু মীতৈ পাখংগী মশক্লি হায়বা ঐ খঙই। মাগী শক্তম্না ঐগী মিৎপু কৈদৌঙৈ নমথাক তৌবা ঙম্লোই। ব্বাহং লাকখি।

করম্বা মতমদৈ মাবু লালহৌবা ওইখিবগে ?

কবম্না মাবু লালহৌবা ওলহল্লিবনো ?

ঐনা মাবুদি মদুকী মতিক মুন্না খঙখিবনি। ঐনা খঙখিবা পূম্বা লানবা তারিব্রা ? নৎত্রগা শিববা মতুংদা মীওইবগী মশক পূম্বা ওঞ্জোকপা অনৌবা যুগ

অমা লাক্লব্রা ? খঙদে। হিংবু হিংলবদি অনৌবা কয়া থেংনরকপা য়াই। মখল মথেলগী তাইবঙপালনি। লুরিবদি ঐ থাজবা ঙমদ্রিবসিনি।

হোই। মহাক অণ্ডনবা পামখি। লানহৌবদি নত্তে। পুন্সিগী মশক্তা অনৌবা শক্তমদা মমাংঙৈ চৎনবী তিনশিন্দুনা, অনৌবা মীরোলগী অর্থ হন্নবা হোৎনরম্মী। অদুবু লালহৌবা য়াওই হায়বদি কনানসু থাজবা ঙম্মদে। ঐসু থাজরোই। লৈবাক মীয়াম্নসু য়ারোই। মরৈকাইনা থাজদে। মমান্নবা পূন্নমক্লা ৱাফমসিদ য়াবা ঙমদে। পুলিসনদি কন্না হায়রি। থাজবৈ ওন্নতৈনবা মায়কৈদা কন্না লম ওনশিল্লকই। ওইবা ওইদবা হায়রিবসি থাজৌ। পুন্সিবু অসুক তমথিব্রা ? মাগী অশেংবা মরাল হায়রগদি, অকিবা য়াওদনা লমসিদা মশক থোকপা থবক অমা তৌগনি খনখিবা ৱাখলদুমক্লি। মদু মাই খ্বাইদৈ চাউরবা মরান্নি। মদুমক্কনি ঙসি থাজদ্রবা থৌদোকসি থোক্লিবা।

মসিবু ঐখোয় থাজরগদ্রা ?

মমানা কপ্পি।

মচন্নুপীনা কপ্পি।

পুন্সি কয়ানা কপ্পি।

শিরিবা মীশিসি য়ানীংদে।

ঐখোয়দা পীবীয়ু হিংলকপৈ, হিংনীংনবা থৌনা। মহৌশাই খুদোলদা অশিববু, ফনা খুদোল তন্নমদুনসু থম্মোয়গী ৱাহন্নদদি অশিবৈ মমি মুৎথৎপিয়ু। ঐখোয়না পাম্মী, মীওইবৈ ৱা। পুন্সিনা শন্দোকখিগদবা পুন্সিশিংগী ৱা ঐখোয়না পাম্মী। মীওইবশিংনা থিরিবসু মদুনি। মসিদা থাজরবা কয়ানা, থাজববু মিৎকী পি ওম্থোক্তুনা মিৎলুদা পৈশিনবা খক পামদে। পুন্সিগী ৱাহন্থোক্তি চুম্না হনবীয়ু। পুন্সিদা থাজবা থমহনসি। ঐখোয়না পাম্মী থাজবা।

ঙসিদি লেঙলে। য়োংনাউ ময়াম্না পান থাখিবদৈ ইরমদমসি পুমলেঙ লেঙলে। অহন্না থাজবা পান্না পান্দোং ফাদুনা চাজরল্লবদি ঐখোয় ঙসি করিসু লেঙলল্লোই। হৌজিক্তি হেন্তাং থিগদবা মতম্নি। হেন্তাক ! হেন্তাক। মীতৈ হেন্তাক, মীতৈ ঐখোয়তনা চাজবা মচল কয়াই চীঙ্গাক, হৌজিক ঐখোয থিবা তারি।

হেন্তাক !

হেন্তাক !

মীতৈগী অরিবা চিঙ্গাক, হেন্তাক থিগদবা মতম্নি। মতমদুদদি ৱারীসে খঙখিদে। নুংঙাইরবা মচনতমক থিবা অঙাংগী পুন্সিনি। মসিনা ৱাহৌদু খঙখিদে। হন্নুবা হন্নুবৈ নুংশিৎ খাইনবদা নোকখি। শিথ শিথ নোকখি। ইধৌনা লীবীবা ৱারীদা য়াম্না নুংঙাইহনখি। চীং, পাৎ, তুরেলগী ৱারীদা পুক্নীং লুপখি। লৈরক কোনশাং অপুম্বা খোং ঙাক্তনি। মী অয়াম্বা ঙা ফানৈ। খুরা অমুনা ঙা মখুন খঙবদি হায়নরিবনি। মফমসি ঙা অসুক লৈরমগনি। মদুসু ঙাক্রানি। ঙামুনি। উকাবীনি। মশীং থাদুনা হায়বা ঙম্মী। লানবা য়াওই। অদুবু পংখেন খেন্নদে।

অঙাঙ অহন থিদনা ঙা ফানৈ। কুম অমৈ ঙা ফাদুনা, লৈরৌ শেমদুনা অচৌবা চফুদা মখুম চেৎনা খুমদুনা, মথক্তা লৈবাক তৈশিন্দুনা থম্নরম্মী। চহীগী ঙা ফংনরকত্রবা মতমদা মখুম কাইদুনা, কাই কাইদুনা চানৈ। মদুগী তোঙাল্লবা মহাও অমা থোকই। মদুই মহাওদু হৌজিক্কী ঙানকা শোক্তে হায়দুনা ইধৌনা অহল ওইরক্লবদা শোল্লম্মী। মতমদো খুঁদে শেৎনৈ। নখোয় সাহেপকী মতৌগুম খোঙগ্রাও ঐখোয়দা চৎনদে। মাংই। শন্নবা য়াদে। উবদা মিৎ লৈথোক্লে। য়েরুম চাবা, মফম মরাঙ খঙদবা মখোয় মপোৎ উবদা দাউ য়াদে। মসিবু থাঙ্গৈশেংনা হেক খনখিব্রা ? খঙদে। মানবদি মাল্লি। ৱা অমা ঐঙোন্দা পানখি।

'নঙনা ঐগী লাইসি ঙসিদি মাংথোক্লে।'

'ঐদি মাংথোক্তে । ইধৌনা থবক মথং মথং তৌরকপদা ৱারক্লগনি খন্দুনা

লাই খুরুম্নফমসিদা থাংদোকপীবনি।'

'মফম খঙদবা, লাইহিরিক তম্বা নঙনা ঐগী লাইপোৎ পায়বা য়াব্রা ? মদুনি মাংবা হায়রিবসি।'

চুম্মী। পাবুংনা লাইহিরিক তম্বা হৌগৎলকপা মতমদদি তম্লিবা লাইহিরিক পূম্নমক মপান্দা থনম্মী। মদুতা নৎতনা তম্বা চৎলুবৈ মতমদা শেৎলু চারুবা পূম্নমক ফি হোংদোক্তুনা ইমুংদা চঙই। মীতৈনা কোরাশিংবু তাথীবসি অদুক্কী মতিক তাথী। অদুম্নদি ওইরবদা, কোরাদি মীতৈবু ব্রায়েম্লিবনি। মসিদি অঙম্বৈ মওং নত্তে। লিংজেনগী মশক অমা মদুদা লোত্তুনা লৈরি। ঐগী ইপা ইপুশিংদুই পুন্সিরোলসি অতোপ্পা পুন্সিরোল অমনি।

লীচৈ অকোনবীদু পায়রকই। মশা ফনা শোল্লবনি। লীচৈবু পায়রবদি অদুম কনখৎলকই। 'নপা থাঙ্গে মচা, লাই মাংথোকপা নঙ খঙগনি। করিনা শেংদোক্কনি। খঙলোইদ্রদো নঙ ?' ঐ তৌফম খঙখিদে । ইধৌদি লীচৈ হাইরক্কদৌবগুম তৌরি। মতৌদুদা ইমানা মমিৎ উইশল্লি। ইধৌগী মীফু থীবা হায়নরিবনি। কনানসু মাবু খাম্বা ঙমদে। পাবুংসু তুমিন লৈ। খঙহৌদনা চিন্দা লাকখি, 'ইধৌ ! ঐ লাল্লে। ঐ লাল্লে।' হাইগৎলম্বা লীচৈ তপ্না পায়শিনখি। থায়নৈ চৎনবীনি, মরাল য়াজরবা মীওইশিংবু ঙাকপিবা হায়বসি। পিক্লিঙৈ মতমদৈ মসি লূ তোংদা চঙখিনবা অহল লমন্না তম্বী। চৎনরোল শেম্মী। মরাল য়াথোকপসিসু লিংজেল মখল অমনি। ঙাকপিবনা অমুক্ক হেনবা লীংজেন্নি। লোনচৎসি কন্না ঙাক্লবা হোৎনৈ।

ফজরম্মীদা।

য়াম্না ফজরম্মী।

ইধৌনা তত্তনা শোল্লি। লমচৎ য়াম্না ফজরম্মী। অমগা অমগগী মরক্তা নুংশি শক্তম ফুমদুনা লৈরম্মী। ফজবতা উরক্লবা অহন্না লমচৎ খজিক কায়রক্লবদা মমিৎ উইশিনখি থাংবা ঙমদ্রবগুম। পুন্সিগী শক্তমদা, লমসিগী মশক্তা শিংনরক্লে খল্লি। থাংবা ঙমজদে।

তশেংনা মাই লাইপোত্তু থাংদোকপদা, ইরুজথোক্তুনা, তরু তরুবা ফিশেং শেৎতুনা থাংদোকচৈ। অমোৎপা য়াদে। প্রেমদা লুপ্পী। রাধা কৃষ্ণগী ভক্তিদা ঙাওরবা প্রেম্নি। মখোয়গী মশক লৈজদনা পুমঙাও ঙাওরবৈ মওংনি। মতমদু মীরোল অমনি। ধর্মনা পূম্নমক শুপ্পবা মওংনি। ঙসিগী মীরোলদা পিরিবা ধর্মগী ব্রাহয়োক অসিনা মতমদুদৈ পুমতোপ তোপ্পী। মতমদুদি খৎনবা চৈনবসু প্রেমদা ওয়োকপা ঙম্লবা মতম্নি। আত্মবু আত্মনা ইকাইখুম্নে। মীওইবদা অর্থ থম্মী।

মাংবা শেংবা, থৌ অমা ওইনা লৈরম্মী। লাইশিংবু য়াম্না চাউহল্লম্মী। লাইনীংলিবনি হায়দুনা, পুক্নীং চঙনা মপুক্নীং চোইথোক্লবা তম্মী। কুইনা তৌরিবা মওংদা লুপশিন্ননবা হোৎনৈ। ঈশ্বরগা য়াম্না নকশিলহল্লি। ব্রাখল মচেৎ অমতা চোইথোক্তনবা হোৎনৈ। ইরুজথোক্তুনা শেংনা ব্রাইরম শিত্তোক্তুনা, তৈথোক্লবা নাল্লবা মফমদা লাইপোৎ থাংদোরক্কনি। লাইগী মিং য়াওরবা মন্ত্রশিং তপ্না তপ্না থিদুনা লাইপোক্তগী লাই মথং মথং পুথোক্তুনা ফিশেং থারগা অমমমতা ওইনা লাইশংদু ফি মথক্তা থমগনি। খূউখুদক কুন্দুনা, জগোঈ শার শারদুনা, কোকথক্তা খুজেং অনী লয়দুনা, মপি তানা কপ্লকই। মখোঙ মখূৎ শাংনা তিংথোক্তুনা খুরুম্মী। মশাবু মশানা ঈশ্বরদা কথোক্লবৈ মওংনি। মমি ফাও লৈহৌদবৈ মশক্লি।

মসিনা য়াম্না কলহল্লম্মী। লাই থাজরবা ইপা ইপুশিংগী পুন্সিরোলনা মপুক্নীং য়াম্না চেৎশিংহল্লি। ফিদম্বু লুম্না লৌরম্মী। থাজবদা হিংলিববু শাগত্তুনা, অহিংববু তাইবঙ মপুগা য়াম্না হেন্না নকশিন্নবগুম উজখি। মশাগী শক্তম ভক্তিদা হাপচিল্লি।

ভক্তি কায়বা য়াদে।

মসিনা পুন্সিবু পুল্লিবনি।

পুন্সিবু থুগাইবা য়াব্রা ?

য়েক, শলাই, শাইরুক, লৈনুং-পেন, ঈ মুনবা কন্না থিনবা মতম্নি। মীতৈনা চৎনবীগী ব্রা ঙাক্তবা যাদে। য়েক, শলাই কন্না য়েংই। মাংগী অমসুং তুংগী পুন্সিগা মরী লৈনহন্দুনা য়াম্না কন্না থিংই। ফিভম খুদিং থবক থৌরম তৌবদা মীতৈ লৈবাক্তা অহল লমনগী চাউরবা থৌ অমা লৈহল্লি। থবক খুদিংগী অহন তানরমদবা য়ারমদে। থবক লূম্না তৌগে হায়রবদি অহল লমন তানগদবনি। তানদবা য়াদে।

লুহোংবনি।

পুক্নীং হকচাং অনী লোঙদনা, শাগৈগী, লৈবাক্নী অমদি পুন্সিগী, পুন্সি কয়া শেম্নবা য়ুম্ফম শাগৎলিবনি। মসিনা হকচাংগা হকচাংগগী লোল শেম্লুনি। থম্মোয়গা থম্মোয়গা লৈনবা মরীশিং পরেং লেংশিনলুনি। অনীনা অমতা শেম্লুনবা পান্দম অমৈ খ্বাইদৈ চাউবা থৌরম্নি। ঙসিদি লুহোং লুহোংদবা, মফম খঙদবৈ পাউ কয়া তাদবা নত্তে। নুপা নুপীনি হায়দুনা পংলৈ মরৈনবা কয়া লৈরে। য়েক শলাই কয়া য়েংনদ্রে। চৎনদ্রবা চৎনবী অমগুম শোন্নবতা মঙাইরে। চেন চোংদুনা থবক কোমথোক্লরে। অদুমকপু মিৎ নাখিবা থৌদোক কয়াদি থোক্তবা নত্তে।

শাগৈ শেমগৎপৈ মী মরী মরী লাক্লরি। মৈহোলরোলগী মতৌগুম, অচৌবা থৌ অমগা লোয়ননা, পুক্সি নুংশাংননবা লাইতিনগী থৌরম পাঙথোক্লি। নৌনা খোঙদারক্নদবা পুক্সিশিংবু, তেক্ত কায়দা, অশোই অঙাম থোকহনবীদনবা মীওই কয়াদৈ মঙ্গল লৌহৌনবা থৌরম্নি।

ফিঙৌশেৎপা নুপাশিং চীং লেম্না চঙলক্লে। নুপা ময়ূমগী মীওই কয়া লেঙলক্তুনা নাকথদা ফল্লরে। ঈশৈ হৌবা য়ারে হায়দুনা, ঈশৈ শক্লক্লে। ফিরুক নুংশাং পুবী নুপীদুনা খ্বাই মাঙ থারদুনা লুহোংফম ফাওদুনা ফুনাক লাইরু মপাদা পুরক্লিবা কোক্তোনগী পোৎ চৈ থমদুনা থোরক্লে। লাইনিংথৌগীসু শরুক তল্লি। লুহোংবা ফনা য়াম্না চঙশিল্লক্লে। বর থোরকপা তানফম চপ চারে। বর শেন্নবনা বর পুথোরকই। বরদু মশক ফজে। মবুক তপ্লমগদবা মাক্লি। ফজনা পুথোরক ই। চোপ্তে। তপ্না তপ্না থোরকই। করি করম, থোকখিবনো খঙদে, অহল অমনা হায়রকই, 'করি মওংনো ?'

'কৈদৌরবগে তাদা ?' অহল অমনা মবুক ফাই।

'বর শেন্নবৈ ফিশেৎসি ঐ য়ানীংদে।'

'ফিশেৎসি কৈদৌরবগে ?'

'মসিদি ব্রানোম কৈনোম্বা, হায়জ চৎচবৈ ফিশেৎনি। ঐ য়ানীংদে। ঙসি লুহোংবা নুমিৎ অসিদদি বর হায়বসি নুমিৎ নিংথৌগুম মিকুপ খরসিদা থৌগনগদবনি। মসিদা হায়জ চৎচবৈ মওংদা ঙসি মানা মঙক্তা ইনফি অমা য়াম্বদুনা বর শেন্নবসিদি বরসিদা সম্মান পীবীদ্রে। ঙসিদি নিংথৌ থৌগনগী ফিশেৎতুমক শেৎতুনা শেন্নবীগদবনি।' অহলদুই মিৎয়েংদু করম্না লাক্লি হায়রুনি। য়াম্না ময়েক শেংলবা চৎনরোল অমৈ মিৎয়েংনি। মীয়াম পূম্নমক য়া য়া লাঙলকই। করি মতৌনো ? করি মতৌনো ? অখঙবসু খঙদবসু লাঙনরকই। অহল লমন মীরক তিন্দনা, থৌ পাঙলুবা মীমাঙ ফম্মু তম্নল্লমাক্লে। য়াম্না থাজদনা থৌদোকসি থোক্লরে। থাজদবা থৌদোক কয়া মীওইবৈ মতুংদা কোইইন ইন্নদুনা, চেকশিন্দবা কয়াই মবক্তা লেপ্লি। মীমাঙ পোমাঙ নাইদনা থোরকই। তাকলুবা য়াদে। ইকাইনুংশিনা ইদোম খাংজবা তাই।

য়া য়া ইরাং লাংনৈ হৌই।

ইকাইনবা লোম্ব্রে ভাঙলকই।

মী ময়াম্না শাউনখি।

চৎনবীদা লুপচবা অহনশিংগী মশক, থাজবদা শিবা ঙমজবা ইপারোল ইপুরোলদুই চাদা নাউদানি ঐখোয়। মখোয় ঈ পূম্নমক কৈদৈ লোইনা মাঙগনি। পক্লি শিংলিশিংদা। ঈগী ঈচেল ওইনা ঐখোয়বু শাগৎলকপনি।

পুম্পিরোলশিংদুদে পুংতোপ তোপ্পী হায়রুবা কৈদৌঙে য়ারোই। চেংনা খাজবন্নবা পুম্পিরোলনি। থাজরি। থাজবে লেঙ্গ্রবা পলনি। পলসি পুন্নান লাম্বোকলুবা যাদ্রি। লাম্বোক্লুবা তাববদি তাইঙ্গ্রবা ফল ফংগনি। ফংখি।

ফংখিবে ৱারী লৈ।

লৈবাক্তা শকখঙলবা, শক্লাইরবা অইবা অমৈ ৱারীনি। মপুম্পিদা নীংঙমখিদ্রবা থৌদোক অমৈ পরিংনি। মশামক মেদিকেল পাস তৌরবা, হকচাংগী মরমদা নিংথিনা খঙজবা, অদুবুনে মাবু হেক অপোকপৈ অনাবা লাইওং খঙনা খঙনা মপাদা অনাবৈ ৱা হংলুবা য়াখিদে। লৈবাক নিংথৌনা ইম্বোক্লি। মতমদুই মহারাজনা অথিংবা থম্বৈ মায়য়োক্তা থৌ মচা অমতসু পায়খৎলুবা য়াহনখিদে। শাগৈ ইম্বোক্লবা নুপী অমা লৌরুবৈ জাৎ কুচুই মৈনা ৱাযবি। ধর্ম, অমৈ অসুকপা মমিংনা য়েংলি। লৈবাক থৌপুবনা ইম্বোকপৈ, মপানসু ইম্বোক্লি। মচাই ৱা মনাদা হাপ্তে। অনাবদে হেন্না লুম্বা পোৎলুম্নি। চৎনবীদুনা হকচাংসিবু পুদুনা চৎহনখ্রগদ্রা ?

পাবুংবু অসুম্না অসুম শিহল্লগদ্রা ?

তমজরকপা ইহৈসি ইপাদফাও শিজিন্নবা ফংলবোইদ্রা ? করি কান্নবা ইহৈনো ? অনাবসি ফহন্নবা হোৎননীংই ঙমখে নাইদনা। লৈবাক নিংথৌনা য়াদে হায়দুনা অশিববু নাক্তা কৌশিন্দুনা ৱারী শানগদ্রা ? মদুদি হেনমল্লি। কয়ারক হায়জে। মপানা য়াখিদে। ইমুংনা লৌখিদে। মফি খুদৈ অমা শেৎতুনা, ঙক্তা ফি যেত্তুনা লৈবাক নিংথৌ মখোঙদা তুরবতদা লৌখৎখি। মপা মচাই মরক্তা লৈরম্বা শম্বল নীংখাইখি। মসিনি চৎনবীগী ৱা। চৎনবীবু অহিংবগুম য়োকখৎখিবা মতম অমৈ ৱা। য়াম্না চাউহনখি। মন্ত্রিক্লবা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈহনখিদে। ঙসিদি লৈবাক তিন্দবৈ, অহল লমন মশক খঙলুদবৈ লৈবাক মাংদা চোপচবা, কনানা'মুক খামগনি ? অমা লাকই ঙাঙই। অমা লাকই চৈরে। ফিইন শোইবৈবু অসুক শাথিনা চোপকদ্রা ?

'মসিদি ফিইনগী নত্তে। লোনচৎ খঙদবৈনি।'

'ঙসিদি তুংগী যুম্লেপ চার লিংবৈ ৱানা মাঙদা থম্বীরগা, মদুতদি তৌবীরনু।' খান্নবা থোরকই মী খবসু।

'মদুমরুনি হায়রিসি। তুংগী মীরোন্দা য়েলহৌঙে লোনচৎ য়োক্লনবা, কায়রক্লি পূন্নমক চুমথোকহৌগদবনি। মদুতনা নিয়ম হায়বৈ মগুন খঙগনি।'

মসিনি ৱা লমসিগী। লমসিগী অরুবা ৱাসি মসিনি। য়োং ময়াম্না পান থাখিবৈ ৱাবী মসিনি। অহন্না থাজবা পান ফুক্তোকতুনা লম্বান থাখিবৈ ৱারীদু, ঙসিফাও ইরোযনবি ৱাদু মসিনি। ৱারীসিবু ঐনা করম তমগনি ?

তমগানি পাউ ওইনা। ঐনা তাখি মসি অনৌবা পাউ অমগুম। মদুসু চেবাউ ওইনা লাকখিবনি। চেবাউদু ফংবগা মানা চৎখিবৈ পাউ হংবা ঐ চৎখি। সংসারগী ৱাংমদা চৎখ্রবা মাই, মাই লৈফম অদুই নত্তে। মানা লৈরম্বা মফম, য়ুমদুদনি ঐনা হংখিবা মাইপাউ। নারম্মী। কোক্কী লাইনা অমা, ৱাখল খনফম লৈতাদনা ৱাখল ইচোই চোইদুনা। ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে।

'হান্না নাই হায়রমদ্রা ?'

'কোক খরা খরা ঙাওই হায়রম্মী। মশাদি নাবা মাল্লুদে।'

কোক ঙাওই হায়রগা নাবা মান্দে হায়রিবসি করিনো ? নাবা হায়বসিবু, চৈনা ফুবা, থাংনা য়ানবৈ চৈনাখোল ফাওবা অদুতরা নাবা হায়রিবসি ? মফম খঙদবা মওংদা মীওইববু নাবা য়াদ্রব্রা ? ঐদি মওং অমা ওইনা হায়নীংবনি। নারে। লোইনমক নারে। সমাজ অসিসু নারে।

তৌহৈদবা তৌরে।

তৌহৈদবা কয়া তৌরে।

তৌহৈদবা হায়ববু করিনো ?

তৌহৈদবা !

তৌহৈদবা !

পাৎনি। লম্ফেলসি পাৎ ওইরম্মী। লম্ফেল পাৎ হায়দুনা ঙসিসু খঙনরি। ঐগী মরুপ অদুদি মসি পূম্বা ফজনা খঙবৈ ঐঙোন্দা ৱা কয়া হায়রম্মী। লাই তিনগী ৱারী কয়াসু য়াওখি। তৌবৈদি লাই তিন থাজরম্বা ঐখোয়নি। লাঙ্গোল লাইরেম্বী হরাওবা য়াদে। থোঙারেলগী মবেনপোক্নি। মশুবু করিদা শোয়খিগদগে য়েংশিল্লিবা লাইরেম্বীনি। শিবৈ, অশি অচং লংদাইফমদা লেপ্লি। লাঙ্গোল নিংথৌ পুন্সিবৈ মশাইগোন্দা মাগী খুভম লৈরি। থোঙারেম্বীবু ইরাঙ মখোই কানা হরাও তয়াম করম ফোঙদোক্নুনি ? অশিববু থোঙ হাংগদ্রা ?

নহা ঙাওশিন্নবশিংনা হরাওনবা শীল্লি।

অহলশিংনা মিপাই।

করি থোক্লগাবা ! তপথহন্দে।

পুন্সি কয়া উরক্লবা। থাজবদা শিদোকপা ঙম্বা, ইপা ইপুশিং অদুই ৱা, থৱায় পাল্লবা ৱানি। ৱারী লাইরিক নত্তে। থোঙারেম্বীবু মশক খঙই। কি। লুনা নিংই। নুংশিবসু য়াওরিবনি। শক্তিদুসু ঐখোয়গীদমক্নি। খঙনা খঙনা মাবুদি থাদোক থাদোক্লা, নুংশিবৈ ৱাখলসু অদুম লাকই। থম্মোয়দা তুংশিন্দুনা থম্মী। থম্মোয়গী মরোলবু মমল য়াম্না লৈহনবা মীওইদদি চৎনবী, থাজবা হায়বসি পুন্সিনি। পুন্সিসি থাজবদা শাগৎলিবনি। মদুনি থৱায়। কবি থোকলগবা ?

ব্লাহংসিনা তূম্বা য়াহন্দে। মিহ্নন ইথক থকথলি। পাখৎনা ব্বারী শাই।

'লৈবাকসি করি থোক্লগবা ?'

'অঙাংশিংসিনা তিনখেৎ লাইখেৎপসিদা করিনো মখোয়দা তেকশিন হৃঞ্জিনগদবসি ? ঐখোযগীদি মখোয়সে ঈ মতুম্মি। ফত্তুন্দা থোক্লকপদা য়েংদুনা লৈবা ঙম্লোই। ইচা ইশুশিংসি অব্বা অনা তারবদা ঐখোয়না কবম য়েংদুনা লৈগনি ?'

'মতমসিদদি ঐখোয় মিৎ পাংজনীংদ্রে।'

'হায়রুরে মমিৎতা লাইরিক উরবনি হায়দুনা মফম খঙদবা ব্বা কযা অমা খুল্লক্কনি। মসিদা ঐখোয় কৈদৌনি ?'

'লাইবিক্লা পুন্সি ওহ্লোকপা য়াদে হায়বসি মখোয খঙদে। পুন্সিগী ব্বাহ্লোক কয়াদি ঙসি থোক্লিবা থৌদোক মচা মচাশিংসিদা তাদুনা লৈরি। মখোয় লাইবিক ময়েক অদু লমসিগী ব্বাহ্লোক মচা কয়াসিগী মমি তাহনহৌদবা সিমক খ্বাইদে লানবনি। মখোয়সু খঙমন্দে। ব্বাহৈ অমতৈ খোহ্লোক মান্নদবা ব্বাহ্লোক অনীবু মাই ময়েকশিংদুনা পুথোক্তুনা উৎপা ঙমগদ্রা ? মসি ঙমগদবা মালেমসিদা ময়েক লৈত্রি। নুংগী ব্বাহ্লোকসু মদু মঙাই লৈবাক্কী লৈরিবা ব্বাহ্লোক্কী অকুপ্পা ব্বারোল, ব্বারোলদুদা চঙলুবা মীতনা খঙগনি। ব্বারোলদুবু মীরায়বা কনানা খঙবা ঙমগনি ? পুন্সিদী মীওইবনা নীংলিবা পূন্নমক থোকহনবা য়াদে। থোকহন্নীংদবা কয়াসু অসুম থোকলি। পুন্সিগী অর্থদা মসিসু য়াওনা তিনশিন্নি হায়বসি খঙবদি ফবনি।'

'মদু খঙদবদুননি, মখোয়না লৈবাক্কী নুংলোনশিংসি থুগায়রিবা।'

'নুংলোনশিংসিনা সমাজদা পীবিবা পাউজেলসি মখোয় খঙদে। পাউজেলশিংসি য়াম্নমক অহকপা মফম অমা কল্লি। মসিমক খজিক্তং নুং ফাওনা য়েংলবদি শোয়দনা উগনি।'

শোয়দনা উগনি। মসিগুল্লবা নুংলোনশিংসি শাগৎচবম্বা অহল লমনশিংদুনা, মসিবু থুগায়রকপা উরগা কবি ফাওরমগনি ? ঐগীনি খনবা ইপোৎ মচা অমতং মাঙখিবদা, নীংজিং মাঙজিনবতনা ব্বাখল লৈতাহন্দ্রিবা মীওইবনি। চেৎনা থমজবা পোৎশকশিংসিনা উনা উনা মাঙলকপা তাববদি করি ব্বাখন্নো মীওইবনা খনগদবা ? অদুবু অদুম মাঙহল্লি।

খঙহৌদনা লৈবাক ইকং থোকখি। পাম্বীদা পাল্লিবা ফৌশিং লেপকং লেপকং কংদুনা মহয় মরোং পূম্বা মাঙখি। ফৌ চেঙ অঙকপা ফংনা তাঙখি। নহা অহল মফম খঙদনা শিখি। অহনশিংনা, তৌহৈদেবা তৌকুবৈ মহয় ফংলে খনখি। হেন্না হেন্না মপুকনীংদা কিখি। ব্বাযেন তৌরক্লে থাজে। মীগী মতিংদা লাইনা

মাই মফম থৌরক্লে। রারোম্নী। লৈবাক্কী রায়েন কাতি লৈরল্লবদি মসি শোয়দনা খঙগনি। ঙসিদি কাতিদু পাইখ্রবনিনা করম্না তশেংবদু উৎপদি ঙমগনি ? ওইদবৈ রানা হারক্লবা মওংদুদা মাদি চৎখ্রে। হৌজিক্কী মীরোম্না মদুবু করম খঙগনি। মথং অমুক হল্লক্তনবা অহনশিংনা ইরাৎ থৌনি মফম খঙনা পাংথোকখি।

মীতৈ পাখংদসু, মহাক্কী অদুগুল্লবা, তমথীরবা মীশিদু মাগী শাগৈদা অমুক হল্লক্তনবা চুক শাখি। চুকশারোল থীখি, হে নুমিৎ, থা, কোরৌ, মালেম, শজিক থবা, ওকপুরোই, তাউহুইরেং, পোরৈ মাইকৈ নিপাল, সুমদাই তবাতরুক মক্ত, লৈরিবা লাই, নখোয় পূম্নমক খঙহৌরো; ঐগী ইচানা শিখিবা মীশি মীনা অসি শাগৈ অসিনা পামদ্রে। ইচা অসিবু অমুক হল্লকত্রসনু হায়বা নত্তে। মীশি মীনা মরোঙ অসি অমুক তৌহনবা য়াদ্রে। তৌরক্কনি তৌরকওই হায়বদি ঐনা পায়রিবা মঙাং, লুরাং, খুমন অহুমগী খূৎশু থাং অসিনা ককপদা খঙনসি। অমুক হল্লক্কদবা ওইরবদি অমুক ককপদা তুপ্তবা, অদুগা তুপ্লবদি হল্লকপা য়াদ্রে।

রাহৈসিগা লোয়ননা য়েঙ্গৌ অমা ককখি। তুপহনখি। শাক্ষি থম্নখি। শাগৈগী পীবা মকোক কৌদুনা থৌনিখি। পুন্সিদা পুন্সিনা পীরকপা পাউখোঙ ফোঙবা লোইদ্রিঙৈ নঙগী পুন্সিদি লাইরম্লেন পাংহনখ্রে। খাঙঙ্থক্তা পুন্সি পিথম্নহনখি।

ঐদি নঙ পাল্লি। নঙগী য়াইবী মিরেম্না ঐবু করেম্লরি। পুন্সিদা মঙগী ফজরবা তাইবঙ অমা ফাওহল্লম্বদি নঙনি। ঐ থাজদে নোংদম্বৈ অদুগুল্লবা শাপ অমনা খঙহৌদবা উপদ্রব অমা থোক্তুনা হকচাংদৈ থরায় খাইদোকখিনি হায়বা থাজখিদে। অদুবু খাম্বা য়াদনা মঙগুম থুংলখি। ঐ মদু কৈদৌঙৈ য়াবা ঙম্লোই। মখৈ ফংনা য়ানীংদে।

ঙাইহাক্তা থানদনা ঐখোয় অহুমদি পূনখিবনি। কলেজদা মীনা খঙনৈ। মী অমতগুম খনবা মানবা মতাং ফনা য়াম্না য়াওখি। ঐখোয়সু অমা লাক্তবদা, অমনা অমদা হংনৈ।

'ইনাও, পাখং লাক্ত্রিব্রা ? উদেনা।'

'উদে। ঐসু নঙোন্দা হঙ্গে খল্লল্লিবনি।'

'নঙসু লাকপা কুইদ্রিব্রা ?'

'উম । লাকপদা ঙায়রি।'

'মাদি ঙন্না ঙন্না লাক্কনবনি। কৈদৌরবনো খঙদে।'

'করিনো অমা শোয়দনা থোক্লল্লগনি।'

'কলেজ কাদবা নুমিৎ অমতা য়াওদবনি।'

খরা লোন্দিন্নবা ব্বাৎপা ব্রনা চঙ্লকই। ব্বারী তারে, 'খঙপোৎ নত্তে তরুগা চৎমিন্নরম্বসু।' থাজদনা ব্রনানা ব্বাফমসি হায়রকখি। মাসু পাখংগী মরী অমদী শুরম্মী। মরক মরক্তবুদি মাসু ঐখোয় ইরক্তা য়াওবনি। খঙলম্বসু য়াই। ঐখোয়দি তুমিন লৈখি। পাখংনা কৈদৌঙৈ লাইঙাও থিঙাওদা থবক খক তৌদে। মদুই মথক্তা, মাগী তৌগদবা মথৌ খক নাথৈদুনা খুদক্তা থবক চৎকদবা মী নত্তে। মানা মথৌবু খক তরাইনা খনদে। হান্না য়ানখিবা, ঙাঙনখিবনা অতোপ্পনি। ঐদি ঐনা পান্নক পান্নকপা মওংদা থবক তৌবা মীনি। মরমসিদদি মানা ঐবু মী ওইনা লৌদে। ব্বাখল ওইনা লৌই। ঐনা হায়বা মহাক তাই। মদু ঐ ওইনা নত্তে। ব্বা ওইনা ব্বাখলগী পোথি ওইনা লৌই।

'মাবু তরুগা কৈদৌবৈ চৎমিন্নগনি?' ঐসু হংই।

'ইমুং অমতং শাননবা, হোৎনরিবনিনে।' মাসু থা থা নৎতনা খুন্নকই।

'য়ানরগা কৈদৌনা মফম মতম চাদনা চৎমিন্নগনি।' ঐসু হংই।

'হন্দক্তি মশোং লৈনরিবনি।'

'অশেংব্রনে?'

'মরল পায়বা, লুনা তোংবা পাখং অমগা ফিলম কুমদৌরিব্রা করিনো অমা তৌরি। পাখংবু খরা থয়ায়ননা উদ্রদো? নখোয়দি লুনা তিন্নবনিনা মুন্না খঙলমগনি। খঙদ্রনে?'

'ঐখোয়দি খঙদেনা।'

'তরুসু নখোয়দদি খরদি লোৎলমগনিদা। ঐখোয়দি লোইনা উই। ইমান্নবনিনা খঙবসু খঙহন্নীংই। মবুকচেল চুমদবা নুপীদি তোক্কে হায়রগা তোকপা 'মা, ব্বারক্কে হায়বগা ব্বারকপা 'মা, অনীগী মনুংদা অমা তৌগদবনি।' মানা য়াম্না চুম্বা 'মা হায়রকই। মহাক পাখংবুদি কোইতক কোইতক তৌদুনা, পাখং লৈরিঙৈদদি খক ঐখোয় নাক্তা চঙলক্তে। নৎত্রগদি অদুম লাকই। তশেংনা তরুদু মনুং মপানগী ব্বা অমা মদোম শেমখ্রব্রা? মসিসু মীওইবৈ অতোপ্পা মরমচৎলা? চিংনৈ। চিংনবা অমসুং থাজদবৈ মরক্তা মী ওইবৈ মরী লৈবা য়াব্রা?

'পাখংনসু মাবুদি পান্নমগনি থাজদে।' ইনাওদু শাউনীংবা অমা য়াওরমাম্লে ব্বাসিমক হায়রকই। রনাদি হান্নগুম ইচম চম্না 'নুংশিবা অমসুং পাম্বদি থাজবা থাজদবগা থোইনা মরী লৈনদে। পুক্নীং, থম্মোয়দা পান্নুরগা লোইরে।'

'নুংশিববু পুক্নীংগী ওইবা তারবদি নুংশিবসি শোইদনা, মফম খঙদবা মরমচৎ অমা লৈরমগনি।' হঙ্গদনা ইনাও হন্না মরে তৌরকই।

'অদুদি কৈ ব্বানো?' ইনাওগী মওংদুদা, ব্বাখল অমা খনখিবা তারে খন্দুনা

ঐনা ভনওক ওকথি। মাইব্বাদু শোয়দনা ফরক অমা ফুনরক্কদবা মাল্লি।

'কনানা মীওইবৈ পুক্লীংবু ফাদুনা থম্বা ঙম্বগে ? মাদি মখল মথেল মরক্তা মচু অমা ওইনা হেক হেক লাংলবনি। মথং মথং, মঙল মঙল ঙনবা হায়বসি মাই মরমচৎনি।' পাউখুমসি ঐ থরদি য়ানীংবা ব্বাৎলি। অদুবু মখোয়নী য়াম্নখি (য়ানশিন্নরিব্রা হায়বদি খঙদে)। রনানা য়াখিবা অসিমদি ফৈ। ইনাওসু মরিক চুম্বা অর্থ অমা পীরকপসি ফৈ।

'ঐনা তরুবু চিংনরিবসু মদুনি।' ইনাওনা মাগী মোৎ থাংজিল্লকই। মখোয়নীনা নুংশিবদা পিরিবা ব্বাহ্নসিবু ঐ য়ারগদ্রনে ? মসিদা য়ারবদি, ঐসি মখোয়নীগী ব্বাপাং অমনি। ঐদি লৈররোই। অদুবু ঐ য়েৎলরোই। ইনাওগী মরমচৎ অমা, ঐনা য়েৎলুরবদি শোয়দনা থোরক্লগনি। মসিগী মখুমসিমদি ঐ হাংদোক্লীংদ্রে।

পাখং ঐখোয়নী থেংনখি। মাসু ইনাওগী অশিবা হংবা লাকখিবনি। মঙানি লৈহুন মতুংনি। মাদি কমদৌনা পাউ তারকপনো খঙখিদে। ঐদি থাজদবা চেবাও অদুনা পুরকখিবনি। চৎখ্রবা মানা চৎখ্রবসু হিংহৌরিবা কয়াই খন্দুনা, অব্বাবা ব্বাখল কোক্লনবা, চীঙুগী থৌওংনি খন্না, কন্না লাইরিক তারম্মী। পোকপা শিববু থাদোক থাজিন শান্নবা মাগী কুম্মোদা, ঐগী মীগী নাইবা তাইবঙনা অচান মীরাই নাইবদৈ অব্বাবা অমৈ মথক্তা অব্বাবা মা হাপ্লরিবনি। থব্বায়গী মগুন্দা অব্বা অনাদি চঙখিদে। পোকপা শিবৈ অর্থসু মঙোন্দদি লৈতে। শিরে হায়রিবসি মাগী মথৌ মঙম অমনি। হিংবা ওইনা উরবসু, শিবা ওইনা উরবসু, মঙোন্দদি চপ মান্নে।

পুং য়ৈথি। ঝান খিংখি। মখোল হৌনা চৎনবীগী ওইরবা লাইরিক তাখি। মসিসু মীওইববু মখল অমদা অব্বাবা পীরব্রা ? মতম অমৈ পুক্লীং চাউথোক্লবা, শিববু লম্বী অমা ওইনা তাকপা মওংসি ঙসিদি চৎনবী ওইবৈ, তৌদবা য়াদ্রবা মশক্কুম চঙশিল্লকপদা ঐঙোন্দা খঞ্জান্নবা অমা পোকহনখি। শিবসি লম্বী অমনি। অহিংবৈ তাইবঙদা মাগী চাউরবা মফম অমদি লৈ। মসি লৈরমদ্রবদি ঐখোয়গী ব্বাখল অসি মশক অমা ওক্লমগনি। মফম খঙদবা থবক কয়া মথোং মরম খঙদনা তৌরমগনি। থব্বায়গী খন্দ্রবা মীওইবনা, অকিবা য়াওদনা অচুম অরান হেক লৈতমখৈ তৌনীং তৌনীংবা তৌবা মী কয়া থোরকপা য়াই। মী কয়ানসু মীওইবনা মীওইবৈ য়াইফনবা তৌরম্বা মী কয়াবু শিংথাবৈ মহুৎ হেন্না ফজবা অমদা মিৎফম থমদুনা হান্নৈ থবক্তু মমল য়াওহনখিদবা য়াই। মশক অমদদি অশিবসিসু অহিংবশিংদা, মখল অমৈ অর্থ থোকহল্লিবনি।

ঐখোয় থোরকখি। মী কয়ানা কপ্পহৌই। পাখং ওইনা শিখিবা মাইদমক মী কয়ান ৱানহৌই। 'ইনাও শিখিবসি ঐ য়াম্না নুংঙাইতে।' য়াম্না নীংঙমদনা ঐনা পাখংদা হায়খি। 'মাইদি মহয় য়াম্লবনি।' মাদি ইচম চম্না হায়রকখি। পাউখুমদু ঐ য়াম্না পেনখিদে। মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি।

'কৈদৌরে ?' ঐগী মিৎয়েংদুই অর্থ খঙলবগুম হংলকই।

'শিবগা মহয় য়াঙ্গে হায়বসিবু করি ৱাতানো ?' ঐনা খুমখি।

'মী ময়াম্না অদুক্কী মতিক নুংশিরিমখে, মীরমলেন্দা মানা তৌরম্বা থবক্কী মহয় ফংলবনি। পাউজেল পীববনি। ঙসিদি মহাক অমুক ঐখোয়গী ইরক্তা নঙগী ঐগী নুংঙাইতবনা চিংথবকপা ঙম্লরোই। মাগী মহুৎ শিন্দুনা নঙ ঐগী থম্মোয়দা লৈহৌগদবা মঙাইবে। মসিগী থম্মোয়দা শিলহৌরিবা মশিংসিননি ঙসি মাবু অহিং হিংদ লেপকদবসি।'

মসিবু ঐ থাজসিরা ?

থাজবা ঙমদ্রবসু য়ানীংবা অমদি য়াওরি।

মসি ঐ য়াবা তাই।

ঐ তুমিন লৈখি। অচুম চুমদৈ খল থাঙ্গৎতুনা অপিকপা কোক মচাসিদা চাউরবা চীংজাউ অমা থাঙ্গৎখি। তরং অমদা ঐ লেপ্লি। পাখংনা ঐবু পুরি।

কোক ঙাওবৈ, অরাইবা লাইনানি হায়দুনা লৈথোক্লরগা, মথাই লাইনা ওইরম্মী। পৃথিদা য়াম্না লুনা লৌনরিবা লাইনা মখল অমনি। চাওখৎপা শাবিবা মফমসিদা, মসি লৈনাসি লাইয়েংবা ঙমদ্রি। মপান্দা চত্তুনা লাইয়েংবা তাখি। মশা থবক তৌরবনি। শেন থোক্লিবনি। অয়েংমল পূম্নমক হান্না ইমুংনা পুথোক্লবসু, সরকারনা পূম্নমক হঞ্জিনবা য়ারিবনি। অদুবু পুথোক্লবা উপায় লৈখিদে। পুন্সিদা মদুগুম্লবা শেনফম অদুদি চেনশীল্লকপা নৎতনা, তাল্লুবনা খক ফংলোই। খোঙচৎ কযা চৎপৈ, ৱাখল লৌশিংগী চাংয়েং নত্তে মদুদি। মীকাবৈ শরুক্তা নম্না চঙলবা পোৎচংনি।

মদু ফংখিদে। মদুই মথক্তা মহাক পাখংনি। থৱায়গা থৱায়গা পুনশিন্নবা, অমত্তা ওইবৈ শরুক লৈরম্লবা, উপায় অমদি লৈরম্বা য়াই। য়েঙ্খোক্লবা য়াদ্রবা থৱায়বু অনী থোকপৈ শক্তম য়ৌক্লবদা মৈ থোক্লমগনি। হকচাং চাকখিগদবা মৈ থোরক্লদা, মদুনা ৱাহৌ ওইরগা, থৌ পুম্বৈ হৌফম ওইদুনা, উপায় অমা য়েংলম্বা য়াবনি। থৱাযদুবু যাম্না মমল লৈহক্লমগনি। শিবা চংবৈ চায়েং অমদি পৈশা ফনা চঙলবসু য়েংলম্বা য়াই। অদুবু য়েংখিদ্রে। হৌজিক্কী ৱানা থৱায়বু থমাইখ্রে।

মসিনি তাইবঙপান।

তাইবঙপানগী ব্রাদু মসিনি।
পান থাখিবৈ ব্রাদুনি।
হেন্তাক ।
হেন্তাক ।

অরেঙবা পানগী লেঙবা ফহন্ননবা, মীতৈতগী ওইবা মথেল হেন্তাক থিখি। লেঙলিবা পূন্নমক থেমদুনা, হান্নে ফিভমদা পুরক্লবা তঙাইফদনা হেন্তাক থিগদবনি। হেন্তাক। হেন্তাক, মীতৈ ঐখোয়তগী ওইরবা পোৎ, হেন্তাক থিখি। হেন্তাক ! হেন্তাক ! মীতৈ হেন্তাক।

ঐনা খল্লি, শিখ্রবশিংনা হিংহল্লিবা ঐগী ঝাখলসি করম্বা মতমদা কাউখিগদবা ? ঙসিসু নহৌনা সুম মখোয়শিংদু মরী শমজিন্ননীংলিব্রা ? পুন্সিসি দাকফম কয়াই মশক্কা শেন্নকপা ওইদুনসু, পামদে দাকফমশিংদু অমুক হল্লকপদি। করম্বা পাল্লুগনি ? অহিংবদা, ঙাউজরিবা ঐনা, অশিববুদি করম্বা পাল্লুগনি ? অদুবু তৎতনা সুম খল্লি অশি লমদমগী ঝা। অশি থোঙারেন্দা চঙশিনখ্রবা মী কয়াই ঝা, লেপ্পা লৈতনা ঐগী ঝাখলদা লাক্লি। পুন্সিসিবু মদুদা লোইরব্রা ?

মীতৈ শিখ্রে। ইনাও শিখ্রে। ইথৌ শিখ্রে। ঐগী ওইরবা পুন্সিগী খোঙচত্তা, মখোয়গা পুন্না তিনশিন্নখিবা শরুকশিংদুদি ঙসিসু ঐঙোন্দা মৈচম ওইনা লেপ্তুনা ঙালহল্লরি। মঙালসিনা শন্দোকখিবা মশকশিংদুবু কৈদৌঙৈ মুক কাউরকখিগবা ? কাউবা নত্তে পুন্সিগী মশক্তি, নীংশিংবনি। মীওইবদা মরী শাগৎলিবা খুদীংমক নীংশিংবা ঙাক্তনি। মীওইপোক্কা মীওইপোক্কী মথৌ শংবসু নীংশিংহনবনি। মখোয়না ঐঙোন্দা মফম খঙদ্রবা মঙাল কয়া থম্মোয়দা শিন্নরম্লবা ঙাক্তনি। ঐনসু লৌখি। মখোয়শিংদু ইনৌতা নৌনা ঐ য়েংখিগনি। নৌহনগনি। ইনৌতা নৌবা, শাবী শানৌশিংনা হেন্না নৌথোকহনবা, থা, লমতা থাবু ঐগী পুন্সিদা লোয়নগনি। কুম অমৈ ঝা ওইনা থা খুদিং ঝারী শারগসু, নহাশিংনা লমতা থাগুম থরায় ওইনা লৌনখি। থাবল চোংগনি। খূৎক খূৎক খূৎশম্নদুনা, পুক্নীংগী ঝা কয়া পুক্নীংদা লোমহল্লগসু থম্মোয়দি শেংদোক্লখি।

থাবল চোংবদা হৌজিকসু পুক্নীংগী ঝাদি শেংদোক্লরি। থায়নৈ মওংদুদি নত্তে। মমাংঙৈ মতমগী ঝাদুদি ঝা য়াওখিদে। ফম্মিন্ননিংদুনসু ফম্মিন্নবা ফংখিদে। ফনা পামজরগসু তাঞ্জা লৈখিদে। অহন অমনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী। য়াম্না থাজখিদে। অদুম্না হায়রক্কনি হায়বা ঐ শুকথা থাজখিদে।

ঐগীসু নুংশিবা লৈখি। নুংশিবদি য়াম্না নুংশিখি। করিসু অহেনবা অমতদি লৈখিদে। তুক শুম নুংশিরুবনি। মাগী মনাক্তা পেঞ্জনা ফমজবতনি ঐনা পামজখিবা। মরক মরক্তা তথক্লা য়েংলকপা মিৎয়েংগা মিৎচান্নবনি। মদুনা

থম্মোয়গা থম্মোয়গা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা অহাংবা কয়া কোকহুনগুম লোন 'মা ওইনা মদুনা হায়খি। নুংশিবে, খ্বাইদে নুংশিবে, লোন অমা ওইদুনা ঐঙোন্দা ফাওহল্লি। মানা হায়খি।

কয়াদা নুংশিরমগদবা মতমদুই ব্বা। মতম ঙাইখি। লমতা থা ঙাইদুনা লৈখি, হকচাংদা লৈরিবা ইনিল হকচাংদা চম্না ফাওহন্নবা। নুজাই খুজেং পায়দুনা, হায়নীংবা ব্বাহে লিশিং লিশিং কোকহন্দুনা ঈশৈ খুমগনি। ঐগী মাগী ব্বা নৎত্রবসু পূম্নমক্কী ওইরবা ঈশৈদুদা থম্মোয়গী ব্বাসু য়াওরিবনি।

ঈশৈ শকপনা ঈশৈ শকই — শাবীগী খূত্তা শানৌনা পায়।

থাবল চোংলিবা মীয়াম্না খুম্মী — শাবীগী খূত্তা শানৌনা পায়।

শৈশকপনা মখা তায় — শানৌগী খূওা শাবীনা পায়।

ময়াম থাবল চোংনা চোংনা ঈশৈ হল্লি — শানৌগী খূত্তা শাবীনা পায়।

নুংশিখ্রবা, নুংঙাইখ্রবা থাবলনি। থাবল চোংবৈ নুংঙাইবদি, পুক্নীংগী, থম্মোয়গী লোনশিং তেংথোক্লবনি। অব্বানুংঙাই কাউথোক্তুনা মথংলেনগী পুক্নীং তেংনা তেংথোক্লবনি। কয়াদা নুংঙাইরমগদবা ! হীজিক্কী থাবল চোংবদি, থাবল চোংবা নত্তে। মৈ ঙান্না থান্দুনা, শক ফজবা উৎলগা, তান চানবা চোংবনি। মফম খঙদবা মওংনি। নুংশিবে নত্তে। নুংঙাইবৈনি। ইথক অমদা তাউবনি। ব্বারী শানবনি।

চুম্মী। নুংঙাইবৈনি। পাখঙনা নোংমা হায়রম্মী, 'তরুদি, মাই নুংঙাইনবা মিকুপ খরা ঐঙোন্দা পোখাজবনি। মদুদা ঐনা হকচিন্না লৌরুবা লাল্লি। হকচিন্না লৌরুবৈ ব্বাজবদি হৌনশানি। ঐ ঙসিদি মঙোন্দা শাউদ্রে। শাউনীংঙাই ওইদে। মরক মরক্তা খজিক্তুং ব্বারৌবদি পোকই।'

'শাউদ্রগা ব্বারৌবা য়াব্রা ?'

'মদুনা নাকন অমনি। ঐনা ব্বারৌরিবদি মাগী থম্মোয় তেংথোকপা ঙমদবা অদুইদমক ব্বারৌজবনি। মরক মরক্তা পুক্নীং নুংশিরক্লিবসিসু, থম্মোয়বু মফম খঙদনা, শিজিন্নফম চাদনা শিজিন্নবৈ মরাইবক থিবা থৌদোক থোক্লক্কদ্রা নুংশা থীবীবৈ ব্বানি। মসি নত্তবা ঐঙোন্দা অমতা লৈতে। মাবুদি ঐ তশেংনা নুংশিখিবনি। মসিনা পুক্নীংসু য়াম্না নুংশিখি।

নুংশিনীংঙাইনি।

নুংশিনীংঙাই ওইবা ব্বা কয়া লৈ।

য়াম্না থাজদবা নুমিৎ অমদা রনা লাকখি।

'জগোয় য়েংলুসি।' রনানা থাজদনা হায়রকই। রনাবু জগোয় য়েংবা

হৈব্রা ? মমাঙদা জগোয় য়েংবৈ ব্রা ঐ অমুক্তা খঙখিদ্রি।

'নঙবু মমাংদা জগোয় য়েংখিব্রা ? থাজদনা ঐসু হংখি।'

'য়েংলকপা য়েংলক্তবা, ঙসিদি নুংশিনা য়েংবা লাকউ হায়রকই। য়েংদবা য়াদবনি।' মাগী ৱাহৈসিদা ঐগী পুক্লীং খংচিং চিংশল্লকই। মাগী নুংশি হায়বসিবু কনানো ? মী হায়বসি থাজনীংঙাই লৈতে। মমাঙদা মা অমুক্তা অসিগুম্লবা ৱারী অমা ঐঙোন্দা শাখিদে। মঙোন্দদি হায়দোকত্রবসু নুংশিবু কন্না উননীংলকই। জগোয়গী ৱা ইনৎ নৎতবদা জগোয় খংয়েং য়েংনীংলকখি।

'করি জগোয়নো ?'

'জগোয় মরুপকী মামা হায়বদুনি।'

'মদুদি বেলেড নৎত্রা ?'

'মান্নি । হান্না খঙব্রা ?'

জগোয়সি বেলেডনদি ঐঙোন্দা খরা হেন্না নুংঙাই। ৱারীনা পরিং তিংদুনা, খূৎথেক্লা শাগৎলক্লিবা মরোলশিংদু মপূম ফাবা মশক উৎলকপদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইহল্লি। য়েংনীংহল্লি।

'পুং কয়াদনো ?'

'নুমিদাং পুং মঙা তারমদাইদনি। শোয়দনা চৎশি।'

নিংথমথা চঙলক্লবা মতম্নি। মতমদু ইংলে। ঐঙোন্দা য়াম্না হেন্না য়েংনীংহনখিবদি জগোয়গী ৱা ঙাক নৎতনা নুংশিগী মশক অদুসুনি, মাবু কমদৌরমগদগে ? রনানা খল্লক্লবনিনা চপ চানবুদি য়েংবা নুংঙাইরমগনি। খল্ল খল্লগা হেন্না হেন্না মশক খঙনীংলকই। ফেংদুনা মতম ঙাইখি।

বেলেড অদু য়াম্না ফজে। থোইদোক হেন্দোক্লা থাজবদৈ হেন্না ফজখি। মহাভারতকী য়াম্না মরুওইরবা চবিত্র কুন্তিদা মিৎয়েং থমদুনা ৱারীদু শাগৎলকই। মাগী মচানুপা অহল কর্ণবু, মচা ওইনা য়োকপা ফংজখিদবা, চাউরবা মতুংদা শকখঙনবা, মদুসু মমা মচাই মরীদা, নুংশি ইবিক খিক্লুবৈ মহুৎ অশি পোরম য়াৎখিবা, অৱাবতনা মপুং ওইদুনা শাগৎলকপা ৱাবীনি। পূম্নমক্তু শাগৎনবা হোৎনরকপদা মীতৈগী জগোয়না ৱাবী লীহল্লি। মপুং ওইবা মীগী মশকশিং চিংথোবকই। যাম্না মশক থোক্লা ৱারী পরিংদু উৎখি। জগোয়গা লোইননা শক্লিবা ঈশৈগী সুরদুসু য়াম্না চুশীন্নখি।

মদুই মউত্তু, ঐনা খনবদা জগোয় মরুপকী মিংচৎ শোয়দনা পুরক্লমগনি খল্লি। মতম চানা থাবকখিবা পুংফমদা উৎপা ঙমখিদবদুমদি লমদমসিগী ওইরবা ৱানি। মদুদা মীথুংলেন ওইখিবা মানা থেংলপ লাকখিবদা ঐখোয়না শাউফম থোক্তে। মদুই মথক্তা, মাননি জগোয় মরুপকী চপ চাবা মফম অমা

লম্বোই খোংনাংখোঙদা পীননবা শিনগনি হায়খিবদু। মসিদা নৎতনা অচৌবা শেনফম অমা, লনাইগী ওইবা মওংদা, লোকেন এরিয়া দিভলপমেন্ট ফন্দগী পীগনি হায়না মীয়ামদা থাজহনখি। পাউদুনা ময়াম পূম্নমক নুংঙাইহনখি। লৈবাক্কী মরল ওইরবা পোত্তা লুপশিনবা মী থোরকপসি ঐ নুংঙাই।

জগোয় লোইরকপদা, লাকও নুংশিতোম্বী উনরুরসি হায়দুনা রনা হৌগৎলদুনা ঐঙোন্দা হায়রকই। ইষ্টেজ মথক্তা ঐবু পুখৎখি। ইঙক ঙকই। থাজখিদে। মহাক্না ঙসাইদৈ রনানা নুংশি, নুংশি হায়বা মহাক্তু ? নুংশিতোম্বীবুরা, নুংশি হায়রিবসি ? মাদি পাখংগী মচন্নুপীনি। মাবু করম্না মসিদা জগোঈ শারম্লিবা ? উনখিদবা চহী ৬/৭ সিনা মাবুদি মতমগী চপ চারবা লৈশাবী ওইহল্লে। ময়াম চঙদুনা খুনুং ঈশৈ জগোয় তমহনখিবনি। ঙসিদি কয়াদা মপূম ফানা হৈরল্লবা। মানা ঙসি কুন্তি শাবদু কয়াদা পকচখ্রবা ! কয়াদা ফজখ্রবা ! পুক্নীংদা য়াম্না থাগৎচখিবা মীওইদু মহাক ওইরমবদৈ ঐনা ওষ্টোক্না লানখ্রবা ৱাখল অমা খনখি। ইখন খষ্দনা রনাগা ফাজিন পুনশিন্দুনা তোঙাল্লবা মরমচৎ অমা শাগৎখি।

'দাদা, জগোয় য়েংবা নুংঙাইখিব্রা ?'

'য়াম্না নুংঙাই। ঐদি নঙবু অদুম্না জগোয় হৈ হায়বদি হান্নদি খঙদে। নঙদি য়াম্না হৈরম্মী।'

'য়াম্না হৈরম্লোইদবা মানব্রা ?' নোক্তুনা অমুকসু হংলকই।

'খন্দেদা । জগোয় হৈ হায়বা হান্না খঙদে। ঈশৈ শকই হায়বদি খঙই। জগোয়দা তৌদুনা ঈশৈদু তোক্লব্রা ?' চিংনরপ তৌনা হংখি।

পাখং লৈখিদ্রবা মতুংদা, মখোয়দা কয়া চৎলুদ্রে। মহাক লৈরিঙৈ থৌদোক খুদিংমক চিখদনা পাউ পিনরম্বনি। অমত্তা খাক্তনা য়াওনরম্মী। অমনা অমৈ মরীদা য়াম্না হেন্না ইকাইখুম্নখি। ঙসিদি করিসু খঙনদবগুম তৌরে। য়াম্না লাপথোক্নরে। পূম্নমকসি পুক্সিগী ৱা ওইরম্বনা, পুক্সি চৎখিবদা ৱাসু য়াওখি। ঙসিদি লম্বীসিদা হান্নৈ শক্তম মচা অমা উরুবনা ঐঙোন্দা মফম খঙদবা, ৱা অমা খঙহৌদনা লাকখি। ঙমখৈ অমদা পূন্না লেপমিন্নদুনা অৱা নুংঙাইগী সুরদা ঈথক হৌমিন্নরম্মী। ঙসিদি ঙমখৈদু মফম খঙলকত্রবগুম তৌরি। ঙমখৈদু ঙাকমিন্নরম্বৈ শেমগৎলম্বা কয়াদি মাঙখিবা নত্তে। লৈরি । মখোয় পূম্নমক থৱায়দুনা চৎখিবদা করিসু পুখিদে। লৈরি।

মানা শেমগৎলম্বা কয়াদু লৈহৌরি।

মমান্নবা কয়াদা পাউ চেল্লকই। ইবেম্মবু শেমগৎ শাগৎনীংবৈ পাউ কয়া

লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈশিংনা পাউ চেন্নকখি । "নুপীমচাবু ঈশৈ শকপা য়াগনি। মখোল ফৈ।" "হৌজিক্তা অদুগুম্লবা শৈশক্তা শকপা মী মশীং য়ামদ্রে। য়ারগদি ঈশৈদু মখা তাথনা শকহনবা ফৈ।" "নুপীমচাদু মগুন লৈ। মাগুহন্নীংদে।" "মণিপুরদ ইপা ইপুনা শক্লরম্বা শৈশকসি মাংশিল্লকপগুম তৌরে। মসি কলহৌনবা, তগাইফদনা শৈশকসি য়োকখৎকদবনি।" মশাদা পীথোরকপা মানবা মগুন অমা য়াওরবগুম তারুবা অখণ্ড অহৈশিংনা মশা মশাই মোৎ পীনরকই। শৈশক্তুনা মঙোন্দা য়াম্না চুশিন্নবগুম মীওইশিংদুনা হায়রকপা কয়াদু তারুবগা পুক্লীং চিংশিনখি। হৈদ হৈরেগদবা মাল্লি। ইচম চম্না হায়নবা কয়াগী মথক্তা, লমদুদা হৈথোই শিংথোইগ্রবা কয়ানা হায়রপদৈ হেন্না হেন্না হৈনিংবা ফাওহনখি। ইনোৎ মথং মথং হাপ্লকই। শক্লরিবা মখল মখা কয়াগী মওং য়েংই। শৈশক শৈদা থিখি। কবিনা কবম্বা খোল্লেনো ? করি শৈবান্দা গোশেনা শকই ? লৈনৌনা করম হেকই ? বেদনা কমদৌনা চিংই ? নুংশিরবা শৈহেক কয়ানা ওহ্নোকখিবা ঈশৈ পূন্নমক থম্মোয়দা শৈবানহনখি। অর্থ থোকনা থিবকপদৈ, তৌরিবা থৌ খুদিংমক্কী মশক থোকপা হেল্লকই। খণ্ডলকখি। মসিনি ঈশৈ হায়দু মসিনি।

'তশেংনা নঙবু ঈশৈ শক্লিব্রা ?'

'দাদাই থরায়না ঐগী সুবদা ঈশৈ ওইনা তিনশিল্লম্লবনি। ঐনা মদুবু ইদোম করম্না থাদোক্লগনি ? মদুদি ঐ খক থাদোক্লরোই।

ব্রাহৈদুদা ঐ নীংগুমখিদে। মদুমক অচুম্বনি। ব্রাডাঙদুনা ঐঙোন্দদি ঈশৈদুগী মগুন খংহেন হেনগৎহনখি। হাযখি, 'মদুদা নৎতনা তাইবঙ মপুনসু মদুমক নঙগীনি খন্না খুদোল তম্লক্লবনি। মদুদি নঙনা থাদোক্কে খল্লুবগনু। হেন্না হেন্নদুম মগুন লৈহনগদবনি।'

'লৈহনগনি। পেনখিদ্রবা থরায়সিগী থরাযদুদা খুদোল ওইনা, মতম খুদিংদা মমল থিদনা চেকশিন্না থমগনি। পুক্সিনা, চৎখিবা পুক্সিদুবুদি খক কাউররোই।'

হৌখ্রবা থৌদোক্তু খংনীং নীংশিংলকই। ঙসি যেংলুরিবা জগোয় সিমক্লা থৌদোক্তু নৌহৌনা পুরক্কনি হায়বসিদি ঐহাক অমুক্তা খল্লুদে। পুক্লীংসি ইনৌতা নৌই। হায়ফম তৌফম খঙদে। করিগীদমক অসিগুম্লবা ব্রারীসি চিংথোক্তুনা শান্নরুবনো ?

'দাদা ! নোংমতসু ঐখোয়দা কোয়থোবকউ।

'ঐখোয় শোযদনা লাক্কনি।' চপ মান্ননা রনা ঐখোয়নীমক খুমখি।

'শোয়দনা লাকউকো।' হেন্না লাকহন্নীংবৈ মওংদা মখা তারকই।

'লাকনি। শোয়দনা লাকনি।' হায়দুনা ঐখোয়নী থোরকখি। মতমদু থেঙজিল্লকপগা লোয়ননা, মখোয়সু মখোয়গী মপোৎ মচৈ লোইশিন্দুনা লৈহৌই।

ঐদি ইঙক ঙক্লুরে। থোরকপদা রনা য়েংদুনা হায়রুই।

'কৈদৌবৈ ? কৈদৌবদা ঙক্লুরিবা ?

'নুংশিগী জগোয় য়েংলুসি হায়বদুদা ঐদি নঙগী কনাগুম্বীনা শাগদবা জগোয়গুম খল্লুরে। অদুগদি নুংশিতোম্বী ওইরম্বদুদা ঈঙক ঙক্লুরিবনি। য়াম্না থাজখিদে।

'উরবনিনা হৌজিক্তি থাজরেকো।'

'থাজরে। অদুবু। . . . অদুবু কৈদৌরবা ?'

'ব্রাহং অমদি তত্তনা হংলি। কমদৌনা নুংশিতোম্বীনা নঙোন্দা জগোয়গী ব্রা হায়রক্লিবনো ? মসিমদি ঐ ঙাওরি।'

'ঐখোয় কোম্বোংদা থাজদনা মাগা থেংনখি। মখোয়গীদি লাকপা চৎপৈ লম্বীনি। ঐসু মাবুদি খঙলুদ্রবনি। লম্বীদা দাদা দাদা কৌরকপদুদা কনানো য়েংলুবদদি মহাক ওইরম্মী। নুংশিদ্রা ? জগোয়সু য়াম্না ফজৈ।'

'য়াম্না হোৎনবা কনবা অমৈ মমি মওংদু তারি। হোৎনবা কনবা খুদিংমক মা মানা হোৎনরিবা মশক্তুদা মহয় ফংবা হায়বসি তাইবঙপানগী হৌনশানি।'

'ঐসু অদুম্না খল্লি।'

'মসিদি মশানা তারবা ব্রাফম্নি।'

পাখং নঙ লৈখিদবৈ ইহাঙ হাঙলবা মফমসিদা চাউরবা পুঙ অমা থোন্দুনা লৈরম্লে। মখল মথেলগী য়াম্লবা, কান্নরবা পোৎ কয়া ফুমদুনা লৈবম্মী। হন্দোক্লুবা খুদিং তোঙাল তোঙাল্লবা, খেন্ন খেন্নবা মশিং খঙদবা পোৎশকশিং থোরক্লি। মসিনা অরোইবনি হায়বা হেক য়াদবমখৈ থোবকই। মখা তাথনা সুম থিনীংহল্লি। থিরিবমখৈ লোইবা নাইদে। মরক মরক্তা মফম খঙদনা য়েৎনৈ। মসিবু নঙগী অদুক চমখ্রবা মওংদুদা কমদৌনা থাজগনি ? ইচম চম্বা মানবা মওংদুদা লুখ্রবা ব্রাশিংসি কমদৌনা ফুল্লল্লিবনো ? ঐ ঙসিদি নঙগী ব্রাশিংসি মমুৎ তানা থিদোকপা পাল্লি। থৌদোক্তু বু কৈদৌঙৈ পুন্সিনা য়াবা ঙল্লোই। মীওইবগী, মীওইবৈ শক্তম অমসুং, হকপু ঙাকপা ঙমদ্রবদি অপুনবৈ শক্তম অমা থমদুনা করি কান্নরি ? আইন থমদুনা ব্রায়েল থৌদাবৈ করি অর্থনো ? মীগা মীগাগী মরীবু মমুৎ তানা ঙাকপা ঙমদ্রবদি আইন থল্লুবগী করি কান্নরি ? আইনদি মীশিংগী মরী ঙাক্লননবগীদমক থমগদবনি। মীওইবগী মমলবু ইকাইখুম্নগদবনি। মীওইবনা মীওইববু লাপ্ননবা মওং কৈদৌঙৈ শিল্লোয়দবনি।

খঙ্গুরুরগা য়াম্না নুংঙাইতে।

'রনা ঙসিদি নঙসে ইবেম্মগা য়াম্না নক্লরবগুম খন্দবা ঙমদে।' কদোমদগী লাকপা ব্রাখলনো খঙদে, ব্রাহংসি ঐ মঙোন্দা খংহং হংজিনখি। মা ঐবু মুন্না য়েংলকই।

'মদুবু কমদৌনা হায়রিবনো ?'

'খঙদেদা !'

'মরম অমদি লৈরমগনি।'

'মফম খঙদবা মফমদা লৈনা শাক্তুনসু, মাগী মনমদি মালংবনা শন্দোক্লক্তুনা লোৎপা য়াদবগুম, নুংশিবে মশকসু মফম খঙদনা মীওইবগী থম্মোয়দা পাউজেল পীরে। মশক অমা নৎত্রগা অমদা হেক হেক উহল্লি। ঙসি ঐসু মসি উখিবগুম . . .' ঐগী ব্রাসিদা মহাক ইকাইগুম খজিক্তং নোকখি। করিসু খুল্লকখিদে। তুমিন লৈবা হাযবসিসু পুক্লীংগী চাউরবা অর্থ অমদি য়াওরবনি।

'নঙবু মরী লৈনব্রা —

'নকপদি নক্লে। মরী কৌগদ্রা হায়বদি খঙদে।'

'ঙসাইদি মশক খঙলুদ্রে হায়খিবদাই।'

'ঐগা মাগগী মরক্তা লৈনবা মবীবু মবুংদা করম তমগনি ? নঙনদি খঙদবা য়াই। ইবেম্মনদি নঙবু পোকমিন্নবা মবুংগুম খল্লিবনি। হৌখ্রবসু পুন্সিগী থোকখ্রবা থৌদোকশিংদু কাউবা ঙমদ্রবা মওংদা ঙসিসু লৈই চিংশিন্দুনা থল্লিবনি। মিৎযেংদু খঙলুবা কনানসু মসিবু নাথৈদুনা থম্বা ঙল্লোই। মী ওইরুবা ঐখোয়গী শেংলবা মশক অমনি। মদুতননি মীওইববু তশেংনা মী ওইহল্লিবদি।'

ঐ কাউরুরে। নুংশিবা, মীওইবগী মরী হাযবসি করিসু নত্তে। ব্রাখলগী খোঙচৎ অমনি। খোঙচৎতুদা আশা শাগৎপনি, হিংলিবা হিংলক্কদবা কয়াগী ব্রারীশিং মবোল মরোল শাগত্তুনা। মসিনা হেক শাগৎপা ঙল্লিবমখৈ, মীওইবগী মবীসু মখা অসুম শমথখিগনি। করিগুম্বা মসিনা মচিন থিবা খঙদনা পূনশিনখ্রবদি মরী পূম্বা লোইখ্রগদবনি। মসিদি কৈদৌঙৈদা অমুক পূনশিলহল্লোইদবনি।

ঐগী, মতম অমৈ মরীদু অসুম্না পূনশিনখ্রব্রা ?

মখোয়দা চৎপা খুদিংগী চপ চাবা মবুং অমগুম ঐবু উৎলকখি। য়াম্না কোইদনা নুংশিবে চখৈ চিংখি। কোইদে হাযদুনসু মবুং অমদা থমগদবা মওংদি খক কায়খিদে। লম্বীদা মমান্নবী ময়ামগা লোয়ননা লাংলপ চৎলম্বা যাওই। হেক উখিবগা চেক মোক লাউরকখিদে। মমান্নবশিংগী মমাংদা মীতৈগী শাজংতা হজ্জিনখি। হাযনবদি তাখিবসু যাওই।

'মসিবু মখোয় দাদারনে ?'

'নোংমতসু উদবসিবু, ঐ থাজদে ।'

'মবুং মশক ফজবা লৈবসি চাউথোকপসু য়াওই।' কনানা লক্লবী। অদুম্না লক্লবদা ইবেম্মনা ইকাইজখিবা মওংদু কাউররোই। লুকথখি। অসুম লুকথখি। ঐ খঙখিগনি, তাখিগনি হায়বৈ মওংনি। মওংদুসু ঐখোয়গী ওইবা মরীদা তিনশিনখি। হান্না লৈরম্বা নৎত্রগা লৈরমদবা হায়দুনা থিরুরবদি মরী অমা তোপ্না ফংদবা য়াই। চৎনরিবা মওং মতৌদুবুনি মরী হায়রিবসি। ইধৌনসু হায়খি, 'পাখংদু লাকখিদ্রে। কমদৌখ্রবনো খঙদে।'

'ইধৌ পাখংবু নুংশিব্রা ?'

'নুংশি। নঙগী নমান্নবশিংগী মরক্তা করিনো অমা নুংশিবৈ লৈখোন চেনবদি মহাক্তনি। নহান লাক্লমবদসু ঐগী হিদাকফু মহী শিল্লম্বনি।' ইধৌনা অয়ুক্তা থকপা হিদাক, নুংথিলদা মহি শিন্দোক্তনা অমুক্তা থক্তে। হিদাক য়াওরিবা মহীদু মচু তানা শিন্দোক্লগা, হিদাক হান্দুনা থকই। মদুসু মোরা অমা থাদুনা তোংজে মরী মতোন্দা চুপ্তুনা প্রোক প্রোক চিংগনি। মৈখু কাহন্দুনা ৱা ৱা নুংঙাইবা ৱারী কয়া নুংঙাইনা লিবীগনি। অথুম অহাও পিজগনি। মানা য়াদবা অমতা ইমুংগী মীনা তৌবা ঙল্লোই। অপিকপা অঙাঙনা নিঙাই তৌবনা অতোপ্পনি। ইখ্বোলদা পাল্লিবা হৈ লৈ অমতা লাই কৎত্রিঙৈদা হেক্তুনা চারুবা য়াদে। লাই কৎখ্রবদি লোইরে। মাগী নৎত্রবা মপোৎকুম হন্না অমুক য়েংলক্লরোই।

'ইধৌদি, ইধৌনা হায়বা ইল্লবদি লোইরে।' হায়ঙম তৌঙমদবা মওংদা ঐনা হায়খি। ইধৌনা ঐবুদি য়াম্না লুনা তৌখি। ঙাউজরবসু অচুম্বা চৎপগী মশক অমা য়াওই হায়দুনা খঙনা চান্নবদা ৱারী শাই।

'মদুই নৎতেনে। মঙোন্দা অহল লমনবু মশক মুন্না খঙবৈ লৈখোন অমা লৈ। মীগী মগুন্না মীওইববু ফাবনি।'

মসিমদি ঐ য়ানীংই। মহাক অহল লমনগী মমাংদা মশাবু চেকশিন্না চৎচৈ। ফিজি ফিনা নেৎলুগদ্রা চেকশিল লোইশিল্লি। মী তিনবা মফমদা ভক্তি তৌই। করিগুম্বা মাগা তিন্নরিবা মীওইশিংগী অহল লমন্না থৌ শিল্লম্নবদি চঙশিন্দুনা, থৌবু ওইবৈ মতৌ লৌদুনা অৱা অনা কাওখৈ চেনগনি। ইয়ৌগীদসু মদু মঙাই। অঙাংশিং ঙাক্কনি, 'অঙাঙশা মসি লাইগীনি। নখোয় ঙসিদি মসিদা চংবা য়াদ্রেকো। থৌরম লোইরগা অথুম অহাও ময়াম অমা পীজগনি। ঙসিদি শ্বাইদা লাঙশিল্লরগনু। অঙাঙশিংবু মফম চানা লৈনবা শিনখি। ইধৌনা ৱানা তৌরিবা থবক্তা চঙশিল্লগা হায়রুনি, 'ঐবু পায়জবা য়াগদ্রা ইধৌ ?'

'ইশুনবু তৌবিরবদি ঐদি ইয়াদা য়াই।' ইধৌসু লানগনি। মসিনি ৱা।

ইমুং মনুংগী বাদু মদুনি। ইমুং লানগ্রগা লৈকাইগী, লৈকাই লানগ্রগা লৈবাককী বাদু মদুনি। ফজবা লোনচৎ হায়বসি উরিবদুতা নৎতে। লৌশিন খঙজিন্নীংলিবা, পুক্নীংদা লেংশিল্লক্লিবা অদুনি ফজবা হায়রিবসি।
মাসু মবুং অদুই মচন্নি । চপ চাবা মাগী থম্মোয় লৈ। খল্লমগনি চপ চাবা মবুংগুম ঐবুসু খল্লমগনি। মশক লেপ্লবা অখঙবা সমাজগী মী খুদিংমক্তা খনবা বাখল মঙোন্দা খল্লম্লোই হায়বা য়াদে।

'মাবু জগোয় তমখিব্রা ?'

'গ্রেজুএট লোইরবা মতুংদা তম্বনি।'

'অদুবু ফন্দি হৈ। জগোঈদি তাং নৌরিঙৈ, শরু লিশন্দ্রিঙৈদা তম্বনা থেক্তোক থেকজিন ফজবা হেল্লি। মোন্না মোন্না থেকই। মদুননি খুজেং নৌবা হায়দুনা মীতৈনা হায়নরিবসি।'

জগোয় তম্বা হৌরকপা মতমদদি খরা ইকাইবজাৎনি। মখূৎ লিশিনখিবৈ থেক্তোক থেকচিন য়াদদুনা কন্না হোৎনজদুনা মপা চানা থেকপা ঙমদদুনা বানা তৌবা মওংদুদা, তম্বিন্নরিবা অঙাং ময়ামদুনা নোক্লবগুম, মপান থোক্লা নোকত্রবসু লোন্না লোন্না নোকপদু উরগা খরদি ইকাইখি। অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং খঙদনা থবক তৌনা তৌনা খূৎ থেকপা তমখি। তপ্না তপ্না মওং তারকই। ঈশৈ শকপা হৌরুবদৈ কলাগী লমদা চঙশিল্লকপদা, জগোয়সিসু তমগে য়াওনা তল্লকখিবনি। মচাই মওংদুদা অহনশিংনসু মথরায় য়াওনা হোৎনবী। লাইচিং খুথেক, লাইবৌ, য়ুমশারোল, পামহাই মথং মথং তমখি। মাগী খুৎথেক মওং তাখিদবা মওংদুগা ওবাশিংনা থাজখিদে। অদুম্না হৈরক্কনি খল্লুদে। পরিক্ষা হায়দোকপদা মানা মকোক ওইখি। থিওরিদা মার্ক হেন্নবুদি ফংই হায়ববু, খূৎথেক্তসু করি অমতা তাদনা নম্বর ফংখি। জগোয় খঙদে, ঈশৈ খঙদে, হিরম অয়াম্বদা লাইরিক লাইশু তমলগা তমলকপনা, খরা তম্নীংই হায়দুনা পংতম তম্বদৈ খরা হেন্না, মমুৎ তানা খঙবগুম তৌখি। তম্লঙৈ মনুংদা জে এন্দ দান্স একাদেমীগী গুরুশিংনা য়াম্না লুনা তৌবীখি। মসিদি, মাই ইমুং মনুংনা তম্বীরকপা অহল, লমন মশক খঙনা চৎপৈ পীরকপা মহয়নি, মসিগী বা হায়বদা, লমচৎ শাজৎ, অখাংকনবৈ বা হায়বসিমদি মতম খুদিংদা অসুপ্পক য়াওরগদবনি। মসি লৌথোক্তুনা মীওইবনা মীওইবৈ বারী শাবা য়ারোই।

'নঙ মাবুদি করম্বা মওংদা য়েংলি ?' ঐনা মঙোন্দা য়েংনা য়েংনা নমহং হংজিনখি।

'মানা য়েংলকপা মিথয়েংগী চপ চাবা থৌনা পুথোক্তুনা ঐসু মাবু য়েংগনি।'

বাহৈসি তাবদা মফম খঙদনা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা অমা ফাওখি। মীওইবগী মরী শাগৎপদা শোয়দনা চংলিবা, থাজবা অমসুং তেংবাংনবগী খোঙ্লোক অমা বাহৈসিদা চপ চানা উবা ফংখি। মসিদা ইথৌ অমসুং ইবেম্মগী মবুং পাখংদা পামজখিবা মশকশিংদু চপ চানা য়াওরি। ঐঙোন্দা হেন্না পামহনখি।

থম্মোয় শেংবদা লৈরে। মরী হায়বসি থম্মোয় শেংবদা লৈরে। ঙাইহাক লৈতনা মীওইবনা খৎনৈ হাযরিবসি থম্মোয় শেংনদবৈ ৱারীনি। মী অনীনা পুনবা মরীদা, অমনা থম্মোয় শেংদ্রবা অমদুসু করিনো অমা হেক্তো তৌরককনি। হায়দ্রবসু মসিদি খঙনৈ। অরোৎ অফোঙ, অশিংবা শাজবশিংনা লোৎচরে খনবদি খঙদে। খঙবদি লোইনা খঙনৈ।

শিখ্রে হায়বনা থম্মোয়দৈ থাজবা মুনবদি ঙম্লোই। ঙসিসু ঐঙোন্দা ইনাও অসুম লৈরিবগুম খল্লি। মহাক শিখ্রে খুল্লুবদা, থম্মোয়দা চাউরবা খাংফম খঙদবা চৈনা অমা তত্তনা লাকই। অরাপ্পা মীরম অমদা ওফিসকী থৌ পুদুনা চৎলুবৈ হল্লকপদা পীরকই ফ্রানজ কাফকাগী "ৱেদ্দিং প্রিপবেসনস ইন দ কন্ট্রি এন্দ অদর ষ্টোরিস।" নুংঙাই। ঐঙোন্দা তোঙাল্লবা মশক অমা উহল্লি। অদুদা নৎতনা অনৌবা লাইরিক নুংঙাইবা অমা হেক পারবা ঐঙোন্দা তল্লককনি। 'নুংঙাইবনি। থাজদবা হকথেংনবগী পাউ মানবা কযা ই। মসি মওংশি ঐ কয়া থেংনদ্রি।'

দ্রামা পাবদি ঐ শুকপাম পামখিদবনি। য়েংবদি অদুম য়েংনীংই। কলেজ তম্লিঙৈদা ইম্ফালদা উৎখিবা দ্রামা অয়াম্বা য়েংলকই। নোংমা খঙহৌদনা তম্লকই, 'নঙ অতৈ দ্রামা পাদ্রবসু "এন এনিমি ওফ দ পিপল" দদি পাউ। কনাগুম্বনা "এ পব্লিক এনিমি" হাযনসু হন্দোকপনি। মদুদা য়াম্না নুংশিবা মী অমা যাওবি। মদুতদি পাও।'

'পাগে। ফজব্রা ?'

'পাবগা য়েংউ। ঐনা পংহায় হাযবসু ফত্তে।'

'লাইরিক্তু নঙগী লৈব্রা ?'

'লৈ। হিংবদা মদুনা মশক অমা শোয়দনা তিনশিল্লগনি।'

'হিংবদি লোইনা মান্নগনি। থৱায় যোকপদনি খেন্নগদবদি। মসিদা শাগৎনবিবা মবীদি তোঙান তোঙানবনি।'

মাই ৱাঙাঙসি ঐঙোন্দা য়ানীংবা অমা য়াওখি। মীওইবৈ শক্তম মচা মচাশিংসি শাগৎলকপদা থেংনরিবশিংসি তোঙান তোঙানবা মশকশিংনি। পুক্তি হায়বসিনা পুন্নমক শুপ্পগসু মশকশিংদি অমতা মান্নদে। থৌদোকশিংনা য়োমদুনা শাগৎলকপা মান্নবৈ মশকশিংনি। মাগী ৱাহৈদুনা পাহনখি, ইবশেন। 'লাইফদিবীগী অমৈ য়ুম'দা ভূৎ ওক্করুই। মঙগুম লাকপা মসি কয়া ঐঙোন্দা উহনখি। মীয়ামগী য়েক্লবদু ঐঙোন্দা মথৌ শংবা মী ওইখি। শেন থুন্না খাইবোক তাহল্লবা ৱা অমনা চিংখাইনখিবা মীগী মশকপু চাউথোকহন্নবা খূৎলাই থাদুনা চাউনা চোংথোকহনখি। চং থোক্লবা পুক্লীং ইথিল পীখি।

মী হাৎপৈ থৌদোক চগুংননা থোক্লবা মতমসিদা, মীয়ামগী ৱা ঐখোয় উদবগা চপ মান্নরে। হাৎপৈ পাউসিদি কিহনবৈ ৱানা মমাঙ থারিবনি হায়বসি কনানসু খঙ্গদে। মসিনা মীওইবগী খোঞ্জেল য়ৈশিলহল্লিবনি। তম্বীরি, মীনুংশি য়াওদবা, খোইৱাং খোইশাউনবৈ শক্তম। হৌজিক হৌজিক মসিমক উদ্রবসু, লাকখিনি। শোয়দনা লাকখিনি। মসিগী ময়েক শেংলবা শক্তম অমদি শোয়দনা লাকখিনি। মীওইবগী মশকসি মতমদুদি উররোই। লৈখা তাখ্রগনি। নুংশিববুদি লাপ্পা ইল্লোকখ্রগনি। মসিগী মথক্তা ঙসিদি অচুম্ববু লাপ্পা ইল্লোকপা থৌদোক কয়াসু থোক্তবা নত্তে। মসিবু মপুম ফানা ঐ য়েংহন্নবা হোৎনখি। ময়েক শেংহল্লকই। কাউবা ঙমহন্দে। তৎতনা ইদোম হংজৈ, 'নঙবু করম কাউরসিগে ?'

লৈবাকসিবু য়াম্না নুংশিজখিবনি। লৈবাকসিগীদমক, কলেজ তল্লিঙৈদা, নুংশিবা উত্তুনা কয়ারক হায়খি। অহানবদদি মদু পুম্বা ঐ করিসু খঙখিদে। সিমিত্রি চঙমিন্নবদা খঙলকখি। লান্দা শিখ্রবা লাম্মী কয়াই মোংফমশিংদা থারম্মী, ''হয়েং ঙাল্লোক্কদবা লম্বীগীদমক, ঐখোয়গী থৱায়না ঙসিদি খোঙশাল্লবনি।''

'কয়াদা ফজখ্রবা !' ৱাহৈশিংদু পারগা মহাক্না হায়রকখি।

'থৱায় থাদোকপগী ফজবসু লৈব্রা ?' ঐনা হংখি।

'লৈ। মফম, পোফম ফংলবদি, পোৎশক খুদিংগী ফজবা মখলশিং থোরক্কনি।'

'মদুদি ফজবা যেংবা হৈবা মীদতা ফংবা ফজবা ওইরমগনি।'

'ফজবা খঙবা, ৱাখন খনবা মী খুদিংমক্না মসিগী ফজবসি খঙগনি। অহিংবা ঙাক্তনা ফজবা নত্তে। থৱায় পান্দবা পোৎশকশিংগীসু ফজবা লৈ। বাখলগী ফজববু মাঙদা উখোক্তুনা শিদোকপা ঙল্লবদি অশিবদু মমল লৈখ্রবা মশক্লি। মদুই ফজবদুদি কৈদৌঙৈদা শিংথানীংঙাই লৈরোই। মদুবু ফজরোইদ্রা ?'

'মদুনা নাকল অমনি।'

'নাকল অমদি ওইবা য়াই। মোংফমদা য়েংলগদি, মরুপসু য়েক্লবসু খেন্নবা অমতা লৈরোই। য়েংউ। মসি মোংফম্নি। ঐখোয়গী মতম অমদা অকনবা য়েক্লবশিংনা মফমসিদা য়াতারিবনি। মসি য়েংবদা করি নুংঙাইতনীংঙাই মফম লৈরি ? লৈ শুনা লৈতেংলবা মফমসিদা কয়াদা পুক্নীং ইংনা, নুংশিনীংঙাই ওইবিবনো ? মসিনা নুংঙাইতবা পোকহনবে মহুত্তা পুক্নীং নুংশিহল্লি।

'নঙসি য়াম্না হৈরে। অইবা অমা ওইবদা মতিক চপ চারে। অদুবুনে ঐখোয়না ব্বারী শান্নগদবসি হিংলিঙৈগী ব্বারী শান্নগদবনি।'

'হায়বদি ?'

'নঙনা নঙগী পুক্নি হায়জবা মতমদা নতোমতগী ওইনা তোপ্না থম্নীংগনি। মী অতোপ্পশিংদা হাপচিন্দুনা থম্বা য়ারোই। মসিদি নঙ য়ানীংব্রা ?'

'হায়য়ুনে।'

'পুক্নি অমগা পুক্নি অমগা মান্নদবা মশক লৈবগুম, সমাজ অমগা সমাজ অমগসু মান্নদবা মশক শোয়দনা লৈফম থোকই। ঐখোয়না, ঐখোয়গী ধর্ম কর্মদা শিজিন্নরিবা মশক মওংশিং লম অতৈদা শিজিন্নবগী মশক উদে। মসিনা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগগী মরক্তা খেন্নবা থোকহল্লি। থোকহল্লিবা খেন্নবশিংসি লম অমৈ চৎনবীদা পুনশিনখিবা হায়বসি, লম অমবু মুৎথৎখিবগা চপ মান্নে। মসিনা মপা মপুশিংগী মরল মুনবীখি। মসিমক ঐ য়েংবা ঙমদে। পুন্না চৎমিন্নরবদদি ঐ করিসু হায়দনা তুমিন লৈবা ঙম্মী। মীওইবা ওইরবদি ঐ হায়বসিমদি কৈদৌঙেদা খক থাদোক্লোইদবনি। ঐনা, ঐ মাঙখিবে লম্বী লাক্লবা মতমদুদনি খ্বাইদৈ হেন্নবা তমখিবা লান অমা থোক্কদৌরিবসি। মসি মতম চুপ্পদা ঙাক্কদবনি।'

মানা হায়রিবা মশকসি ঐ য়ানীংই। অদুবু ঐনা হেন্না নুংশিবদি, লমদমসিগী ওইবা মশকশিংবু মীমাঙদা য়াম্না হেন্না ফজখ্রবা মওংদা পুথোরকপা মওংশিংদুনি। অতোনবশিংদা য়াম্না কনবা মশক অমা লৈ। খাংবা কনবা অমসুং লিংজেনগী মফম অমা মখোয়না মমুৎ তানা উৎথোকই হায়বসি মাগী থাজবনি। মসিদা নৎতনা মীওইবগী ফোঙদোক্তবা লৈখোন কয়া মশকশিংদুনা উৎথোক্লি।

'বাবা হয়েংদি ঐখোয়গী টিচর দেনি।'

'অদুদি নঙ নখোয় ওঝা খুরুম্বা চৎকদৌরিব্রা ?'

'খুরুমবদি করিগী ? নত্তে।'

'অদুদি কৈদৌগদৌরিবা ?'

'পৈশা খায়নদুনা, পালন তৌগদৌরিবনি।'

ওঝাবু লুনা নীংগদবনি হায়বা ৱাখলসি ঐ য়ানীংই। মখোয়ননি মতমগী চৎনরিবা ফিভম, অনৌবা জ্ঞানগী তাইবঙদা পুসনবীগদৌরিবসি, মসিদা নৌরিবা থোপশিংগী ৱাখলদা ওঝাশিংবু চপ চানা থাজবা চঙই। ছাত্রশিংনসু তম্বীরিবা মওংদুদা পুকচেল তিংনা লৌশিনবৈ মশক্তু খঙহন্নগদবনি। মসি থাইনঙৈগী তমলকপা পারা "হায়বা ইনবা অরুণি" গী ৱারীদা চপ চানা উখোক্তুনা তম্বীরম্মী। ওঝাগী থৌদা পাংথোক্লনবা হোৎনবদা মহাক মশামক্কা, লৌরিবা ঈশিং থিংবা ঙমদদুনা, হিপচন্দুনা থিংখি। য়াম্না নুংশিহন্নবা মশক অমা অঙাংশিংদা উৎলি। পুকচেল শেংবা অমসুং থৌদাংনা পুম্নিদে মাঙ থাহনখি। ঙসিদি চৎনবীনা, থৌদাং অমসুং লমচৎ অনীমক মথক মখা ওয়্যোকহল্লে।

'পৈশা কয়া কয়া খায়নগদৌরিবনো ?'

'লুপা য়াম্খে য়াম্খে খায়নগদৌরিবনি।'

'মদুনা কৈদৌগদৌরিবা ?'

'জগোয় তৌদুনা পালন তৌগদৌরিবনি।'

'জগোয় শাববু পালন তৌব্রনে ?'

'হৈজবা কলা বিদ্যা ওঝাদা কখোক্লিবনি।'

'মদুদি কনানা হায়রিবা ?'

'ঐখোয়গী সেনিয়র ছাত্রশিংনা হায়।' ৱা অমদি হায়রি। কখোকপা হায়বসিদদি থম্মোয়গী ৱা অমদি য়াওফম থোকই। ফিভমসিদা মসিদি উবা ঙমদে। মতমগী খোঙচৎসিদা, চাননবা মরী অমা শাগত্তুনা ৱাহৈসিমক হায়বিব্রা ? হান্নে নৎতবা অর্থ অমা মরক চন্না হন্নরক্লিবসি করম্বা মরীনি হায়না লৌগনি ?

'পৈশাশিংদুনদি কৈদৌনগদৌরিবা ?'

'ওঝাগী খুদোনপোৎসু য়াম্না লৈগনি। ঈশৈসু তৌগদৌরিবনি।'

খুদোল ! ইনাওনসু ঐঙোন্দা খুদোল তৌরম্মী।

'করিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা লাইহিকশিংসি হেক হেক পীরক্লিবা ?'

'নঙনা ইথোরকপা কয়াদা ঈশ্বরগী খুদোল অমা মতম খুদিংদা য়াওরবগুম উই। মদুমক্লনি নঙনা ইবা ঙম্লিবসিসু। মশাদা করিগুম্বা অমতা য়াওদবা মীনা কৈদৌনুংদা অইবা অমা ওইবা ঙম্লোই।'

'ঐদি পীথোরকপনা ইবনি হায়বসি থাজদে। অইবদি ইরিবা মশানা হোৎনদুনা পীথোকহন্নগদবনি। চুম্মী। ইববুদি তম্লুদে। ইনবগী চৎনবী অমসুং মওং মতৌ অমতনা ঐবু পুনশিনহন্দে। অচম্বা মীচমগা নক্লবা, ইচম চম্বা ৱাখল মচা অমবু

লাক্লবা ঐ ইগনি।'

'মদুদা ফজনা থোক্লিবা মওংদুনি ঐনা ঈশ্বরগী থৌজাল হায়নীংলিবসি।' মাসু হায়রকই।

'মদুনা ঈশ্বর ওইবা তারবদি, মদু ঐ য়ানীংই।'

'নঙবু লাই থাজদবা মীরা ?'

'লাই। করি মরী শাগৎতুনা অমদি ঐগা মাগগী মরক্তা করম্বা মিথয়েং অমা য়েংদুনা মফমসিদা মদুগী মরীদু শমজিল্লিবনো ?'

'অদুবু নঙ লাই থাজব্রা ? থাজদব্রা ?'

'নঙবু ঐগী ইনাক্তা থাবীরক্তুনা, ঐগী অফ নুংঙাইগীদমক তেংবাংহল্লিবা মাবু করিগী থাজরোইদৌরিবনো ? থাজৈ। য়াম্না হেন্না নক্লা থাজৈ।'

'ঐদি মানা থারকপা নত্তে। থওইনা লাকপনি।'

'ঐগীসু ইগে খন্দুনা, ৱাখল কয়া খল্লগা ইখিবনি।'

'মদুসু য়াই। অদুবু ইননবা ৱাখল ফজনা খলহল্লিবা মাবুদি নীংশিংবা তমগদবনি।'

'ঐ ইননবা পায়দুনা শিজিন্নরিবা কলমসিবুদি খক মীরায়দে। মসিদি ঐগী খুৎলাইনি।' ঐগী ৱাহৈদু মহাক য়ানীংবদি মান্দে। তুমিন লৈখি। অর্থ অমদা মাসু ঐসু লৈথোক্লখি। তুমিন লৈনখিবদু অচম্বা মওং নৎখিদে। ঐগী ফনবতা হোৎনরিবা মাগা ঐগা ৱাখল পৈথোক্লরব্রা ? মসিমদি ঐ থাজবা ঙমদে। মসি নৎত্রগসু মশক অমদি হোংলে।

'বাবা ! পৈশা পীরো।'

'কয়ানি হায়বা ?'

'য়াঙ্খেনি। ঙসাইনা হায়খ্রদুবু '

'ওঝাগী নুমিৎ হায়ববু করিনো ?'

'টিচর দেনি। কৈদৌরগে ?'

'করি করি তৌগনি হাযবা ?'

'জগোযসু ঈশৈসু তৌগনি হায়রমক্তদা। ঐসু ঈশৈ অমা শক্কে। শকউবা ?'

'কবি ঈশৈনো নঙনা শক্কদৌরিবসি ?'

'লিরি . . . লিরি . . . ।'

'মদুদি নুপাগী ঈশৈ নৎত্রা ?'

'ঈশৈ ফজবগা লোইরে। শুরদবু নুপাগী নুপীগী খায়গদ্রা ? খায়দে হায।

'কনানা হায়রিবা ?'

'ঐখোয় চেচেশিংনা হায়। নুংঙাইব্রগা লোইরে। নুংঙাইহনগদবনি হায়দুনা হায়।'

কদোমদগী হুল্লকপা মতমগী ৱাখল্লো খঙদে, ঙসি অঙাঙসিদা তাররিবা মশক অসিমক ? হৌজিক্কী মতমদা ফাওরক্লিবা ৱাখলশিংলিবু, ঐখোয়গী লমদমসিগা কয়াম য়াম্না চুশিন্নরবগে হায়বসি মমুৎ তানা খল্লবা চঙলি। অদুগা অমুকসু মতমসিদা চপ চানা হিংলগে খনবা তারবদি ঐ ঐগী সংসার অমমগদি শাগৎপসু তঙাইফদে। হৌজিক্তি মতমগী মায়থোংসু য়েংগদবনি। থাইনঙৈ, শিনফম য়াম্না লৈরমদে। উ শুবা, য়ুম শাবা, ঈশৈ, জগোয় মখল খরখকসিনা মপুং ওইবা শিনফম ওইবম্মী। ঈশৈসু মখল যাম্লমদে। দেব কম্মগী ঈশৈনা মদুদসু মরুওইবা ওইরম্মী। মদুদা অহল লমনশিংনা ঙাওজবদি মহানি। ধোনোগী চলোম, ঈধৌনা তৎতনা শোল্লম্মী। মতমদুগী মীশিংনা মাবু খঙদবা লৈখিদে। হৌজিক্কদি য়াম্না খেন্নে। পৈশা থাবা, ভালো লাউবফাও হেক খেন্নে। পৈশা থাননবা তাল খঙদবা য়াদে। থাবদসু পুং য়ৈবা অদুনে, ঈশৈ শকপনে, ধুহারনে অসিতনা মপুং ওইরম্মী। অতৈদি অদুক ঈশৈ শকচবা হায়বদুনি। মীনা মশক খঙনরমদে। ঈশৈ শকপনসু, শক্লিবা মওংদা ঈশ্বগী থৌগলগুম কয়াৎ খক থুগাইদে।

ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা থন্না লৈরবা মহাসভাদা ইবুংঙো ইবেম্মগী থৌগল কায়বা য়ারমদে। থৱায়দগী হেন্না লুনা লৌনবা অরান খুভম মসিদা য়াওরিবনি। পরম্পরাদগী লৈরক্লবা রস তত্ত্ব কয়াবু স্মরন তৌদুনা তাল মাত্রা কয়া গুরুজনশিংনা লেংশিন্দুনা,শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা প্রেমগা লোয়ননা ভক্তি কত্তুনা কৎখিবা শৈশক্লি। মসিদি ঈশৈ নত্তে। থম্মোয়গী শাখানি।

মসিগীসু মথক্তা রাগ হৌবা মতমদা অকায় অতোই থোক্লবা, হায়বদি "ভঙ্গ" হেক ওইবদা তারিবা ভাবক, কলাকার অমদি কর্মকর্তা অহমদা অমাঙবা ওই। অফবা ওইদে লৌনরিবা কলা মখলনি। অচম্বা নত্তে। হৌজিক্তি ভাবক্লসু ভক্তি তৌদুনা পৈশা থাজন্দুনা নুংঙাইবা ফোঙদোকপদা মওং অমদা মহৌশাগী কয়াৎতু তপ্না তপ্না থুগাইরক্লি। মফম খঙদবা কয়া থোক্লি, লুহোংবদা,শ্রাদ্ধাদা, নাহুৎ নারেংদা, মহৌশাগী অমত্তা ওইরবা কখোকপগী মশক ইউ উরকত্রে। ঙসিদি মসি হৌজিক্কী ৱা ওইরে। হৌজিক্কী ৱা হায়বসি থাইনগী মরুওইরবা পোৎশক পূন্নমক শেমদোক শাদোকপদা ওইরক্লব্রা খঙদে। মসিদি হৌদোং লম্বোইবনা মশাগী মপুক থন্ননবা পেবেত্তা মশানা মশাবু শক্তাকচবগী মশক অদুগা চপ মান্ননা উরি । মতমদূগী মতৌগা চুশিন্নবা ঙমহন্দে।

'নঙনা মীয়াম মমাংদা কমদৌনা শক্কদগে হায়বদু, চপ চানা ঐঙোন্দা উত্তুনা অমুক্তদি শকউ। '

'উম। শক্কে।' ফল্লম্বদগী লেপখৎলজুনা খজিক্তং হন্দোক্লগা জগোয় শাদুনা ঈশৈ শক্কৎলকই। মওংদু মপান লমগী মতম চঙনা ইথক ইরাংদা অয়েংবশিংবু তাউহন্নবা, হকচাংগী শাথেক য়াওরবা জগোয়নি। অঙাঙগী জগোয় নত্তে। ঐনা খল্লম্বদি মীতৈগী জগোয়দা শাদোংদুনা, ইহায় হায়দনা য়াম্না হায়বা মশক অদুমক শাবক্কদ্রা খল্লুবনি। মদু শুকউ উখিদে। ঐনা অঙাঙ ওইরিঙৈ, লাই হরাওবা, কাং, মতমদুগী হরাও কুম্মৈদা শাখিবিশিং অদুগা য়াম্না খেন্নৈ। ঐখোয়গী ইশক শক্তমদা চাওখৎপনা থুংলকঙৈ ঐগী ইমিসি তারক্কদবা মাল্লকত্রে। চিংনবা অসুম অসুম হেল্লকই।

'বাবা ফজব্রা ?' মাগী ঈশৈ জগোয়দু লোইরমাল্লে। উথলিবা মউক্তুগী মগুন খঙনীংনা হংলকখি। ঐ করি খুমগনি।

'ফজৈ ! ফজৈ । অদুবু . . .।' ঋা মখা য়াম্না তানীংখি। তাগে তৌরুরগা তোক্লে। ঙসি হয়েংসিদা ঐনা পামজবা মশক অদুমদি ঐ মঙোন্দা তম্বীদুনা শাহনবসু ঙম্লরোই। মসিনা হান্না পামজরিবা অঙাঙগী মকোক্তা য়াম্না তাইঔন্নবা ফিভম অমা লাকহনখিবা তারে। মসিদি অঙাঙসিনা খঞ্জবা ঋাখলসু নত্তে। ঙসিগী অনৌবা মীবোন্না চাউখৎহল্লিবা মশক অদুমক অঙাঙ অসিনা পামজরুবনি। মাগী মরালদি নত্তে। অঙাঙগী ঋাখলদি তোইনা উরিবা নৎত্রগা ইনশিনবীবা চংই। ঙসিদগী চৈখল মরক্তা অহিং অমনা ফনা থৎখিদুনসু অসিগুম্লবা মশক অসিমদি আশা তৌরুদে।

'ঐসু হৌজিক্তি হৈববনি। তম্বদা য়াম্না ঋাই। ঐখোয় মিসনা তম্বীরিবনি। হৈতবাময়ামদু লোইনা তোকহনখ্রে।'

'ইচাদি হৈরে। যাম্না হৈখ্রে। দাম্প কলেজদা জগোয় তমহনবা তারে।'

'বাবা, শোয়দনা তমহনগদ্রা ?' য়াম্না হরাওজনা হংলকই।

'তমহন্নগনি।' মওংসিদা সুম চৎখিগদবৈ শরুক ইরমগী মশক অমসু খঙজনবা তশেংনা লমসিগী জগোয় তমহনবা ফৈ। পৃথিবীগী জগোয়দা লমসিগীসু মফম অমদি লৈবিবনি। জগোয়সি হৈববদি লমসিতগী ওইবা মশকসু খঙলক্কনি। নুপীনা ইবাং কা হেন্না তৌখিগদবা মান্দে। ইরাংগী মশক অমা উরকপদা ঐ য়ানীংদে।

'ঐ শোয়দনা জগোয় তমগে কো।'

'তম্মু। তম্মু। ঐসু খুমখি।'

'বাবাসি হকচাং খরা নুংঙাইরবা মাল্লি।'

'নুংঙাইরে। ঙসি ঙরাংসি পংনুংদা নুংঙাই।'

'বাবা নুংঙাইবদি টিচর দে যাওসিকো।'

'ঐদি কমদৌনা ?'

'পেরেন্স য়াওবা য়াই।'

'য়াগদ্রানে ?'

'য়াগনি । চৎসি। মীগীসু জগোয় য়াওবা ছাত্রশিংদি মমা নৎত্রগা মপা লোইনা লাক্লগনি। বাবাসু চৎলুসি।'

ঙসিদি অপাম্বা বা ফজনা ফোঙদোকপা হৈরে। মানা মরোল থোকপোই থোক্তবোই তৌরকপা মতমদা য়াম্না নুংশিখিবনি। তুম্বা হৌগত্তুনা তপ্না লাকনি। অপিকপা মখোঙ মচাদুনা চৎপদু তুগদবগুম য়াম্না চিংনখি। তপ্না তপ্না চৎতুনা চাকশঙদা চঙগনি। মমানা চাক থোংলিঙৈ, মবোক্না ইঙ্গাং শেম্বদু মুন্না, য়েংদুনা লৈখি। ইঙ্গাং শেমলিবা মবোক্না মখূৎ হেক লেপ্লকপগা, ফি অমা পুরক্লগা মনগন্দা কোন্দুনা শুপচিনগনি। মতৌদুদা মবোক্না, 'মসি অঙাংসিদি' হায়রগা মনঙ্গন্দা থাঙ্গৎতুনা পোবীগনি। 'ফনদি শিংলে' হায়দুনা মমিৎ মনা শিংনা নোক্কনি। মতৌশিংদু উরগা ঐঙোন্দসু য়াম্না নুংঙাইবা অমদি পোকহনখি। ইমানা শিংঙি হায়বদুদা ইদোম চাওথোকচৈ। ঙসিদি ফনা চাওরে। লৈশাবী মচা ফারক্কদগুম উরে।

'বাবা চৎলুসিকো।'

'ঐবু য়াম্না লাকহন্নীংব্রা ?'

'লাকহন্নীংই। মীগী মমাংদসু নুংঙাইদনা। ঐগী ফজরবা জগোয়দুসু য়েংহন্নীংই। মীগীদি জগোয় তল্লিঙৈদসু লাক্লগা মচাশিং য়াম্না থাগৎলি। ঐগীদি কনানসু থাগৎপিদে। মিসনা মরক মরক্তা থাগৎপদু মঙাই।'

হৌজিক্তি অঙাঙনা লাইরিক তম্বা হায়জবতনি, মমা মপাসু য়াওনা তম্লবনি। অঙাঙ মতোমতা থাদোকত্রে। থাদোক্লুবসু য়াদ্রে । কুপ্না কুপশেন শেন্নদবা য়াদে। লোইনমক শেন্ননৈ। ওক্লক্লিবা পুক্নি মওংসি অঙকপা মশক 'মনি। মহৌশা ঐখোয়না তম্লকপা মতমদুদদি অঙাঙনা অঙাঙগুম লৈ। অহনগী মথৌনা তোঙানবনি। হৌজিক্তা তিনশিল্লক্লিবা অচাওরম কাবগী শক্তম উরমদে। অঙাঙদা মসি মমি অমা তাহন্দুনা, অচাওবম তান্নবগুম উহনবসি কাইনথংদা ফরকপদি খঙদে। ফরক্কদবদি মান্দে। ঙসিনা ঙসি ওইনা চৎহনবৈ মশকসি খরসু মুৎথৎপা ফৈ। মসিদি লাইনা অমগুম খঙহৌদনা শন্দোরক্লি। য়াম্না লৌনগনবগী মশক অমগুম উই।

'বাবা। "টিচর দেদু" নুংঙাইত্রা ? নুংঙাইকো ।'

'নুংঙাই। মদুবু নখোয় ছাত্র ঙাক্তরা মদুদা উৎলিবশিংদুবু ?'

'উম।' মঙক নোল্লগা খুল্লকই। 'সন্দে। সন্দে হায়ববু ঈশৈরনে ? নুমিৎ মমিং নৎত্রা ?'

'চুম্মী। চুম্মী। ইচানা হায়বা চুম্মী। সন্দে হায়বসি নুমিৎ মমিংনি।' অঙাঙ খঙদে, অহল খঙদে, মশাগী ৱাখল লৈজরবদি মশা মশাদা ফাওরকপা তোঙাল্লবা অর্থ অমা অদুম হন্নবা হোৎনরকই। তোখাইবা মখল মখাগী ৱাহম্লোক পী। ঐগী ইচানা ঙসি হায়দোরক্লিবা মওংদু ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইহনখি। লানবা চুম্বনা 'অতোপ্পনি। মতমগী মতুং ইন্না খঙজরক্কনি। মা মানা উরিবা মওংদু চুম্না, ময়েক শেংনা খঙহন্নবা হোৎনবদুনি মীনা লৌশিং লৌশিং হায়দুনা তান্নবিবসি। অঙাঙদগীসু মসি, মশানা হায়দোরক্লিঙৈ খঙদোক্লবা হোৎনগদবনি।

তাইওন্নরবা কয়ানা লৈতেং ওইরবা ঙসি, ঐখোযগী লৈবাক্কি। ঙসিদি ইপা ইপুশিংনা থগ্গীরম্বা লনগৈশিংদগী য়াম্না হোংদোকলে। মতমদুগী মশকশিংদু তুম্লুবগী মিকপ খোল্লকপদা ইঙাও ঙাওদুনা উবা ফংখিদবগুম তৌরে। মসিমতংদি হায়দুনা মতমগী লৈথেৎ থেত্তবা মশক অমতা উখিদ্রে। কল্লি। মতমগী নুংশিৎসি অদুক্কী মতিক কল্লি। মানা থেংবদা মচু হন্দোক্তবা মফম অমতা লৈখিদ্রে। অদুমকপু নীংশিংবা সিমদি মানা পুথখিবা ঙমদ্রে।

ইনাওদি পামখিদবনি। পুন্সিগী চথরিবা মচৎসিদা মীতৈগা ৱাখল য়াম্না মান্নজবা অমা লৈখি। তৌবগীদি ইনাওসু মমৈদা মীতৈ তপখি। মাগী তন্নিবা লাইরিক্তা মমিং থাই ইনাও মীতৈ। ঐনা পীখি, 'শে হৈক্রু চাও।'

'হৌজিকপু হৈক্রু হি তোংখ্রব্রা ?' মানা হায়নীংলিবা ৱাফমসি ঐ খঙই। হৈক্র হি তোংদ্রিঙৈদা মীতৈনা হৈক্রু চানরমদে। হৈক্রু হি তোংলিবা শ্রী শ্রী বিজয়গোবিন্দজীগী থাঙ্গপাৎনি। মতম কুইরগী মমাঙদা থাঙ্গপাৎসি মমিঙ মোইরাংলৈমা কৌরম্মী। হিয়াং তান্নগদবা হি অনীগী তেংমায় লেপ্পা অনী অদু হৈক্র অমগা অমগগী মরক্তা হুপ মানা অমমম হাপ্পুনা, হৈক্রু চাম্মা নিপাল পরেং সিবা অমগা চেঙ ফজরবা চাম্মগা নিপাল সিবা অমগা থাঙ্গপাৎ অসিদা হি তান্নদুনা কনানা থোইবগে য়েংনৈ। মসিনা লৈবাক্কী অফ ফত্তগী খুদম চায়েং খঙনৈ। লৈবাক নিংথৌগীদমক পাখংবদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই কৎলি। হি তান্নবদা হিগৌরোন শকই "হিও হিও, হিও শমদে করেংঙা কুমফিনে ননাইনে কুমফি কোংয়া চাদুনা লাঙ্গা হি হোল্লে। চোথে কুমলং শিবিনা লাঙ্গা হি হোল্লে।" মসি খৃঃ ৯৬৯-৯৮৪ পানখিবা কৈফাবগী মজা ইবুংঙো, ইরেংব (৯৮৪-১০৭৮) না পানবা মতমদগী লম অসিদা হৈক্রু হিদোংবা চৎনবক্লে। মরুওইনা মসি হৌখিবগী মরু ওইবদি লৈবাকসিবু মাঙ তাকহনগে খনবা হুনি নারোৎপু লাঙ্গোল পণ্ডিৎনা মাইথীবা পীখি। মসিদা হুনি নারোৎনা লৈবাক্কী য়াইফনবা হায়দুনা হৈক্রু হিদোংহনখিবনি। মসিনা হিয়াং তান্নবগী কুম্মোতা নৎতনা সনা লৈবাক অসিনা মীমান্নদবৈ, শমান্নবশিংবু লাকচ-খুদুম পান্ন পান্নবা লাইনিংথৌ

পাখংবদা ইরাৎ থৌনিবনি।

'হৈক্রু হিদোংদ্রবদি হৈক্রু চাবা য়াদ্রব্রা ?' ঐসু হঙ্গে হায়দুনা হংখি। মতমদুদা হৈক্রু হিদোংবসি করিনোসু খঙখিদে। অসিগুম্লবা অমা পালন তৌইসু খঙদে। হৈক্রু হিদোংবগী মমিংদি তাখি।

'য়াদে।' মীতৈসু ইনাওসু চপ মান্ননা হায়রকই।

'মী ময়াম্না চানরিবসিদি।' ঐসু খুমখি।

'মীনা চানৈ হায়দুনা পোৎচৈবু পংচা চানরবদি, মীসু মী হাৎনৈ হায়দুনা পংহাৎ হাৎনরগদ্রা ? অফবা থবকশিংদি মীনা তৌনবা তৌনদবা থিদনা পংতৌ মতৌনবা য়াই। লৈবাক্কী অফবা পুরক্কনি। ফত্তে হায়দুনা, ইপা ইপুশিংনা তম্বীরম্বা থবক কয়াদি ঐখোয়না মিকুপ অমখক নুংঙাইনবা ওইনা থুগাইবোইদবনি। মদুনা চৎনবীদু মুৎথৎননবা লম্বী তারক্কনি। নোংমা নিনিদং হৈক্রু চাদবদা নঙ করি তৌগনি। হৌজিক থব্রাল লোইরক্কদৌবনি। লাংবনগী তরামথোইনি পানবদা হৈক্রু হিদোংগদবনি। মতম অমদা মসি লৈবাক্কী যাম্না চাউববা কুম্মৈ ওইরল্লিবনি। নঙগী নওংদুদি ইপা ইপুনবু তৌরম্লবদি হায়দুনা শীংনবা মাঙ্লি। শিংনগে খল্লবদি য়েক্লবগা নৎত্রগা ফত্তে থনবশিংতগা শীংনগদবনি।'

'নঙগী ব্রাসিদি য়াম্না লুই।' ঐদি খুমখি।

'লুবনি। চৎনবী অমগী নুংশিরবা মশকপু থুগাইবা হায়বসি অরাইবা থবক্রা '? অরুবনি।'

'মসিবু মদুমক থুগাইরব্রা ?' য়ানীংদবগুম ঐসু হংখি।

'নঙনদি মদুবু থুগাইদে হায়না লৌব্রা ?'

ঐ মাগী ব্রাহংদু জ্ঞান তাখিদে। তৌবগীদি চৎনবী হায়বসি চৎনবী ওইনা ঙাক্কদবনি। মসিনা মথং মথং, মরী মরী নাইনা মতৌ তম্নবদুনি। অনৌবা অমা মরক্তু দা হেক য়ানশিনবদা হান্নে মওংদু থৈদোক্পা ওইরগদবনি। মমাংগী অহল লমনগী লিক্লমদা মসিনা মতুং ইল্লি। মদুসু মহৈ ফংননবা খন্দুনা ইনবদি নত্তে। কান্নবদা পান্দফম ওইবা ঙসিগী পুক্সি খোঙচৎসিদা, পান্দমফমসি লৈতবা কয়া উপথু উপথু তুরল্লি। শান্নবদা, চৎনলোনচৎতা মীবৈবাক্কা শম্নবশিং মশা মউ ফননবা গুলি চারবগুম শাহৌ ফগাৎলক্লি। মশা মরেঙ ফঙ্লকই। মরীক চুম্লক্লি। হৌদোংগী তপ্না চৎপা মচৎসু তম্নফম ওইবি। শক ফজনবা শেল্লিবা কাংবুশিংদা মচল ওইনা লাক্তুনা চৎপা তল্লি। মসি মহৌশাগী মশক্তা ফনা কায়বগসু, মমলনা মসিদা থব্রায় ওইবি। মীওইবদা হৌজিক পুক্লীং চিংশিল্লিবসি ফজবনা নত্তে। মহৌশাগী মশক্তসু লৈতে। মীরৈবাক্কী পোৎশেমশিং শিজিন্নদুনা, মমল পীরক্লবা মখোয়গী পোখোকশিংনা মীওইববু অসুম ফজহল্লি, মশক ওম্লোকপা ঙম্মী তারক্লদুনা,

মখোয়দা পেলহন্নবা পোৎশকশিং শিজিন্নবদুনি। মসিনা মমল লেপহল্লি। মী পুন্নমক্কা পান্নবগুম উখল্লি। অশিকপা মশাগী মশক্তা তাংজরিবা কয়া তম্না তম্না শিথরক্লি। মীনা হাৎলুবা লৈত্রগসু মথন্তা লেপকং লেপকং কংলক্লি।

ঐগী তুমিন লৈবা মওংদুদা ইনাওনা মখা তারকই, 'খুগাইবা হায়বসি, মসিদদি মচেৎ মচেৎ পুথোকপদু নত্তে। তম্না তম্না মশক মাঙহল্লিবশিংদুনি।'

'য়াম্না হায়রুনু। মীগী পামজবদা য়েংলুবা ওইনা থোক্কনি।' মীতৈসু পাংশিল্ল কই। মওংদুদা ঐ হৈক্রু চাগদবসু তন্নক্রে। হুনদোক্কদবসু ইকাইগুম তৌদুনা তিঙ্ক মাইঙক্লনা চপ লেপ্লুনা লৈখি। ঐগী ইতৌদু পাখংনা খঙলমাল্লে, 'ফরে। নঙনা ঐঙোন্দা হৈক্রুসি পীরবনিনা, ঐ, ঐখোয়গী শজিদা মচিঙ্গাক ওইনা পীজরন্নবা পুখ্রগে' হায়দুনা হৈক্রুসিংদু হাপচিনখি।

'নখোয়গীবু শজি লৈব্রনে ?' য়াম্না থাজদবগী মওংদা ইনাওনা বাহংসিমক হংলকই। পাখং নোকপদং নোকই। হৌনা পাউখুম পীখিদে। মহাক্তি চখোক্লমদাইদা শজি উবা দাউ য়াদে হায়দুনা, লোয়বদি লাইরদুনা, উবদং উবদা য়াম্না শাউবনি। মসিগী মথক্তা লম্নকী শা উচেক মগুন লৈহনগদবনি। পৃথিবীসি মখোয়গীসু হক চাউনা লৈ। মসিদা নৎতনা, মহৌশাগী খুৎশেমদা, পীথোক পীশিনগী চাউরবা মতেং পাংই হায়দুনা, ফাবী পুনবীবদা য়াম্না শাউবনি। মানা শজি লোই হায়রকপদা, ইনাওগী বাহংসিনা ঐঙোন্দা য়াম্না খঙহনখি। অদুবু, মদু ওইদুনসু ঐগী য়াওরিবা হৈক্রুশিংদুদি মঙোন্দা লোইনমক পীথোকখি। মফম খণ্ডদবা লমসিগী বা কয়া থম্মোয়দা য়ুম্ফম থোনগৎখি। ঐসি ঐগী ওইরবসু সমাজগী শরুক খরা পুশিনবগুম উখি।

'নঙগী অইৎবদসু লমসিগী বা অমতা ওইরবসু য়াওহল্লু।' ইনাওনা নোংমা ঐঙোন্দা হায়খি।

'লমসিগী বা ভাত্তনি ঐনা ইরিবা খুদিংমক।' ঐসু খুমখি।

'লোইনমকী বা নৎতবা, মশাগী ওইজরবা মশক্তুদং ইবীয়ু হায়বনি।' মহাক্কা ইত্তপ তম্না খুম্নকখি।

'ঐদি অপুনবদা থাজবা মীনি। মীওইবশিংনা আম্ম হায়রিবসি অমনীগী বা নত্তে।'

'নঙ পুম্নমকসি অমতগুম উই ঐনা হংখি।'

'উম।'

'চুম্মী। উগদবনি। লৈ পরেংগুম লৈহনগদবনি। অদুম ওইনমক পরেংশিংদুদা, লৈনাশিংগী, লৈশক কয়াগী ফজবদুবুদি খক মাঙহল্লোইদবনি। পরেংশিংদু, লৈশকশিংগী মশকশিংদুনা ফজহল্লিবনি হায়বসি কাউথোকপদি

ফন্তে। নঙগী অমতা হায়বদুদা মদুমদি অসুম লেঙদনা লৈহল্লিবা নত্রা ?'

'হায়বদি ?'

'পঙ্গুংফম খুদিংমক ইশানা ইতোমতগী ওইবা পামজৈ হায়দুনসু ইতোমতগী ওইরুবদি য়ারোই। অপূনবগী অসুম্মক ওইরগদবনি। মসি ওইদুনসু, মশা মশাগী ওইবা মগুনবুদি অপূনবদুনা খক মাঙহনবা তৌদে। ঈশৈ শকমিন্নবদা, শান্নমিন্নবদা, হিরম খুদিংদা মী খুদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা মশক উৎথোক্লিবনি। মসিমক্তনি লমসিগীসু মশাগী মশক্লা মলেমদা তোঙান্না লৈরিবা। নঙনসু মসিবুদি তঙাইফদনা ফাগদবনি।' মাগী ৱাহৈসি ঐগী থোপ্তা কন্না য়েখি। হন্না খঙ্গনীংই। তরংদা উংখি। ইনাওনা মসি উখিব্রা ? ঐ খঙখিদে। হিংহৌরিবা ঐঙোন্দা শিগ্রবা মাগী ৱাদি কাউবা ঙমদ তুংদুনা লৈরি।

পুম্নিবোলগী শরুক কযা মতমগী লাঙ্গেংদা মাযথীখ্রে। হাৎখ্রে। নত্তে। হান্ননা শিবল্লবনি। শিবল্লবদুননি মখোযগী শাহৌসু ঙম্না থুপখিবা। মসিদি অশিবশিংগী মবমচৎনি। হিংবা হাযবসিদি অপাম্বা ফোঙদোকপনি । হৌখিবশিংগী মবমচৎ ঙাকপা নত্তে। হৌখ্রবশিংদি হৌখ্রবনি। অশিবনা অশিবনি। অহিংবশিংনা ঙাকহৌবা শক্তমদা মখোযশিংগী কবি মুর্ত্তি ডাকহৌবগী তঙাইফদবা লৈবিবগে ? মখোয চৎখ্রবনি। মদুমক্তদা মীওইবনা চৎখ্রবশিংবু পুমথা থাদোকউ হাযবদি যাখিদে।

ইথৌসু লীখি, মাগী পুম্নিদা থেংনহৌবা বাবী কযা, যাম্না নুংশিনা লীখি। নহা ওইবিঙৈ, মপাঙ্গল কল্লিঙৈগী রাবীনি। থবক মফম টিপাইমুক্তা তাখি। ঙসিদি লমদমসিদা চীং, পাৎ, তুবেলশিংসি ইশম শন্নবা যাদবগুম তৌই। মতমদুদদি অমত্তা ওইখি। অমগা অমগা ইম্নোক্লদে। পীথোক পীশিন তৌনবম্মী। পুম্নি কযাদা মশক থোক্লা ফজহল্লম্মী। অমনা অমদা আশা তৌরুবদা নীংহন্নবগী বাখল পোক্লমদে। লম অমদগী অমদা চৎপদা নুংঙাইবম্মী। হৌজিক্কুম বসসু ফজনা চেন্দে। মরুওইনা টিপাইমুক চৎপা তাববদি চুবাচান্দপুব ফাওবদং গাডী তোংদুনা, অতৈ অবেম্বা যৌদবা লমশিং অদুমদি খোঙনা চৎপা তাই। অতোপ্পা নাকল, শিলচবদগী চৎপা তাববসু ববাক তুবেন্দা হি তোংদুনা চৎকদবনি। মসিননি মতমদুদা চীং পাৎ তুবেলবু যাম্না হেন্না শন্নহনখিবদি। চীংদগী পোৎ পুবকপদা তঙাইফদনা তুবেলদা পুদুনা চৎনবম্মী। মতমদুগী পোৎ, চফু, উযান, নোংমগী শিজিন্নবা পোৎ কযা তুবেলদা লোইনমক পুনবা ঙাক্তনি। মবমদুনা তুবেলসু মীওইবদা কা হেন্না কান্নবা পীবম্মী। হিদেনশিংগী বাহম্লোক পুম্নিগী রাহম্লোক্তা চাউনা চঙশিল্লম্মী। ঙসিদি তুবেলশিংসি ঈশিং লৈ খনবা নত্তনা সহবদদি অর্থ লৈতে। ইম্ফাল তুবেল মতৎ মতৎ তৎপদা কবিসু মিপাইনীংঙাই লৈতে। হিদেনগী মরুওইবা পুক্নীংদা ইশন্দে।

অঙাং ওইবিঙৈ, তুবেলদা কযাবক ইবোইবকই। লৈঙোইনা ভুম তাদুনা

থানরকই। তুরেল মপান্দা ঈশিং হৈদুনা পরিং শেন্নগা নাহ্নবী কয়া শান্নরকই। ইমা পাবুংনা তুরেলদা ইরুজবসি কয়া য়াদে। চৎহন্দনবা হোৎনৈ। তুরেলগী ঈরৈদা ইরাক্লগদ্রা কি। নুপী অমসু ইকুই কুইদ্রিঙৈদা শিখিবগী মাইক পান্দুনা লাওর লাওরদুনা চৎখি। কিনখি। লম্বীগী মতাই মতাইদা লেপ্পম্বা অহনশিং মমিত্তা ইরা চেন্দুনা য়েংখি। লোন্না লোন্না কপ্পখি। ঐখোয়সু য়াম্না কিখি। ফনা কি হায়দুনসু ইমান্নবা মরি মঙাবু পুনখ্রবদি অমা হেক্তা তৌই। তুরেলদা লোন্না লোন্না চৎখি। কিনা কিনা অদুম কুমখি। কুমখ্রগা অকিবা পূম্বা মাঙখি। ইরোইখি।

মপা চুম্না লানবা তান্নখি। মফমদুগী তুরেলদু ঙসিগুম মতৎ মতৎ তৎকনবা মওংসি নত্তে। শাফু কল্লি। ঈরৈ য়াওনা চেন্থৈ। নোংজু নুংশা মতম চাবা, মহৌশাগী খল মহৌশানা ফারিঙৈগী মর্তম্নি। মতমদুগী তুরেন্দু তুরেল হায়বদা পকচৈ। শিজিন্নবা য়াদ্রবা পোৎ চৈ, ফত্ত হাওথি হন্দোক্লদে। তুরেলদগী ঈশিং চানরিঙৈগী মতম্নি। ইরুজবদা য়াম্না নুংঙাই। হকচাং শেন্দ শেংগদবা মাল্লি। ঙসিগী তুরেলসি থাজনীংঙাই লৈতে। ইরুজবদা ফুরি থুঙ্গদবা মাল্লি। লাইথুং শন্দোরক্কদ্রা খল্লি। মতমদুগী মওংদুগা য়াম্না খেন্নরে।

লমজেন তান্নখি। নুপা খূৎলোই লোইগাদবনি। নুপী খুৎলোইদি য়াদে। ইরোইদুনা লমজেন তান্নবদা লেপথোক্লখি। মহৌশানা তাইবঙ শেন্নকপদা শেন্নক্লবনি নুপা নুপী। মসিগী ৱাহ্নসু মীনা হক্লদ্রগসু মহৌশানা হন্দোক্লি। নুপানা নুপানি। নুপীনা নুপীনি। মহৌশাদা চীংনা চীংনি। তুরেন্না তুরেন্নি। চীংগা তুরেলগা লৈমিন্নবগী ফজবদি মহৌশাদা শৈথারি। মসিগী ফজবদা, ফজনা উশিনবা ঙমদ্রবা মীদুদি তাইবঙগী ফজবা কৈদৌঙৈ অমুক খঙলরোইদবা মীনি। ফজহনগদবনি। অনীমক তূনা য়েংদুনা। অমনা অমবুসু খক নমথহল্লোইদবনি। পুন্না খমব্রাংননা লৈমিন্নরবতদা অমনা অমগী মগুন হাপকৎলক্কনি। অশেংবা মশক শেংনা থোকহনগদবদি মদুতদনি।

অহেন হেন্দ মরৈ তৌনৈ। শাউনদুনা লৈঙোই খুবাম খুবাম লৌখত্তুনা থানৈ। লৈখোম্না পুময়োম য়োম্মী। উনশা মচেৎ অমতা উদে। 'নঙ নশাসিদি লৈখোম ঙাক্তা ঙাইরে। লৈখোম চাবা হিংচাবদু মঙাইরে।'

'লৈখোম চাবা হিংচাববু নঙ উজরব্রা ?'

'উবদি উদ্রি। অদুবু অদুম মাল্লি।'

'উদনা মানবা য়াব্রা ?'

'মাল্লি হাযবসি, অশেংবদুনি হায়বা নত্তে। ওইরমগদবা ফিভম অমা লাকশিন্দুনা হায়বনি। মাল্লি হায়বদা কবিসু কায়দে।'

‘অদুদি ঐসু লৈখোম চাবা হিংচাবা নথত্রে।’

‘নথতেনা। নওদি মীনিনা।’ মতমদুগী মরৈদু য়াম্না চম্বা মরৈনি। তুরেলদুসু, হৌরক্লিবা, হৌখ্রবা অমসুং হৌজিক হৌজিকী মরী কয়া পুনশিনখিবা তুরেলনি। অদুবু হৌজিকী তুরেলদি কদায় ? ছন্দোকফম লৈত্রবা কয়াগী কান্নদ্রবা পোৎথি পোৎচাক ছন্দোকফম ওইবসিনা মসিগী কান্নবনি হায়না শৈথাগদ্রা ? কান্নফম ইখঙ খঙদবগুম তৌই।

ইথৌনা চৎখিবা টিপাইমুক খোঙচৎ অদু অরাইবা নথখিদে। শিংহাত্তা গাড়ী থাদুনা খুন মথং মথং ফাওদুনা চৎখি। অহিং কয়া শকখঙনদবা খুন্দা লেকখি। অহিং তরাগী খোঙচৎনি। চীংদা হৈনখ্রবা মশাগী মরৈকাইগুম চৎপনা অমনি। অকা অকুম চৎপদি লৈতেম মান্নবা মফমদা চৎপগা মান্নখিদে। নোংফাদোক চৎপা মীনা মদুদা করম মঙম শাল্লুগনি ? পোত্থা পোত্থা চৎপা তাবনি। পুন্সিগী খোঙচৎতদি নোংমতা পোত্থাবা লৈত্রগসু, মীওইবদি মশাগী মথৌদগী লৈথোকপবু মমিং ফজবা অমা থোনজিন্দুনা পোত্থাবনি হায়। মী পূম্নমক যানৈ। পুন্সিগী মশক ওইনা অসুম্নক লৌনৈ।

অহিং কয়া লেক্লুনবা পোৎ চৈ পুরিবনি। চীংগী শাহৌ খঙদবা, অকুৎ অতোং মরক্তা ইশাগী ইপোৎ পূবা ঙমখিদে। মতেং পাংহনখি চীংমী মঙা নেক্তুনা। ঐখোয়গী মপোৎ হোলহল্লি।

‘ইথৌ ! নখোয় য়াম্না পাংদব্রা ?’

‘করিগী পাংদনি। ঐখোয় মতমদুগী থৌনা লৈখ্রবা, পুলিস ঙাক্তনি।’

‘অদুগা মীঙোন্দা করিগী পোৎ পুহল্লিবা ?’

‘অদুক য়াম্বা পোত্তুবুদি ঐখোয় ইথন্তা কমদৌনা পুবা ঙমগনি ?’

‘য়াম্না য়ামব্রা ?’

‘য়াম্মী। ঐখোয় তরাহুমদোইগী পোত্তু থম্বদা কা অমা পীক থল্লিবনি। য়াম্না য়ামখ্রবা পোৎনি।’

‘অদুদি য়াম্মী হে। মখোয়দি মদু লোইনা পুবা ঙমব্রা’

‘চীংগী মীদি, পোৎ পুথোক পুশিন অসুম্নক হৈনৈ। মশিন ওইনা নুমিৎ খুদিংগী তৌরবা থবক্নি।’ ইথৌগী ব্বাদু ঐ য়ানীংই। পাত্তা লৈবা মীনা, ঈশিংগী থবক হি তোংবা হৈনৈ। লৈরুবা মফমগী মতুংইন্না মীওইবদা হৈনবা মশক তোঙাল্লি। মসিদি মহৌশানা পীরক্লবা তোঙাল্লবা খুদোল অমনি।

লৈরল্লিবা চীংগী মওং মতৌ, পুন্সি মরেন্দু য়াম্না চম্বা মওংনি। কৈথেলসু মপুং ইফা ফাদবগুম তৌই। খুন অমা অনীগী ব্বা নত্তে। লাল্লকখিবা খুন, মোংকেন, কাংকাপ, তাইয়াং, হুনশিপ, শেনবোং, অসিনচিংবা পূম্নমক লোইনা

ইচম চম্মী। ময়ামশিং অসিদা শেনবোংদংদি কৈথেল লৈরম্মী। সরকারগী পোষ্ট ওফিস হাংই। মফমদু, লম অমগা লম অমগগী শন্নফম ওইনা তৌই। তাবদি মারশিংনো মপুং ওইনা তাই। লমসিগী ওইবা লোন কয়া ঙাঙনদে। বেঙ্গোলি, কিটা কোরি ওই, করি ওই নম্মা ঙাংনৈ। হিন্দিসু কয়া খঙদবগুম তৌই। ইরমদা অদুগুম্লবা, পুন্সিগী মশক অমা লৈমিন্না লৈমিন্নবা লৈরম্বদা ঙক্তবা ঙমদে। অহানবা থেংনবগী পুন্সিদা ইঙক ঙকহনখি। নুমিৎ তরেৎথনিগী লাপ্নবা লম্বীদুনা মদু পুন্নমক ওইহল্লিব্রা পুক্নীংদা কন্না চিংনখি। লম্বী তেল্লন্নবা, থৌদোক ঋাথোক পুন্নমক্তা অপুনবা মশক অমা করিগুম্বা লৈরম্বা তারবদি, মান্নদবৈ মশক অদুমদি মাঙখিগদ্রা হায়বসি ঐগী থাজবনি। তশেংনা মদুমদি উরম্লরোইদবনি। শকফম খুদিংদা ঐগী মাগী শক্তম মফম খঙদনা য়েৎশিন্নরমগনি। অমত্তা ওইবা মান্না মীপুম খুদিংদা উথোক্লমগনি। ঙসিদি শাহৌ মান্নদ্রবা, অকুৎপা মফম থিদুনা ঈশিংনা চেন্থখিবগুম, চেন্থরিবা তুরেলগী ইচেলগা তিন্নবা, বরাক্কী লৈহাওদা হৌদুনা শিলচরদা নম্মা চাক্তারি। মসিদি মীনা নত্তে । লমনা নত্তে। খুদোংচাবা চাকতাফম্মা তাংহনখিবনি। পুন্সিবু পুন্সিগী মশক্না মমায় খজিক্তং লৈহনখিবনি।

কুম অমদি চেঙ ফংনখিদে। খুন অপুনবদা চেঙ থিবদা লৈ কৌবা হায়নখিদে। লৈতে। লৈতে। অসিতনি। খুন পুম্বা তশেংনা চেঙ অমতা লৈত্রব্রা? করিগুম্বা লৈরমদবা তারবদি খুঞ্জাশিংসি করি চাদুনা হিংগনি? কোইথি থিখি । লৈতে ফনা হায়দুনসু থাজখিদে। কাইনথংদা হায়দোরকখি। খুন অপুনবদা শুপ্লদগী চেং তিন অষ্টমতক লৈ । মদুনা চাউখ্রবা খুন অদুদা কৈদৌনগনি? মতমদু ইং কয়ানো কাউখ্রে। থৌদোক অদুবুদি কাউবা ঙমদ্রি।

মাউতাম! *

মাউতাম!

মাউতাম!

ঋাহৈসি মফমদুদা য়াম্না কিখ্রবা, শিংনবা ঙমজদবা, অঋাবগী সুর য়াওরবা ঋাহৈ অমনি। মহৌশাদা হায়জ চৎচা তৌবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। নতম্পাক্তা চাউজবনি। পুন্সিবুসু য়োকম্নীরিবনি। ঐখোয়না ঐগী পুন্সিনি হায়দুনসু করিসু তৌবা ঙম্বা নচ্চদে। কনবীয়ু। উবীয়ু। অসিগুম্লবা থৌদোক থোকহনবীগনু। থৌনিখি। হায়জবা নৎতনা উপায় লৈখিদে।

মহৌশানা মতমদু য়াম্না নুংশিরবা মতম্নি। ফৌনা শারেপ ফাদুনা কাবক কাবক মুল্লকলবা, লফোই শারক্লবা মতমদনি। মহৌশানা মীওইববু তমথিনা ওৎখিবা মতমদু, মতমদুদনি। ফৌ চরোং খুদিংমক লবুক্তা কেন কেন্দুনা মাঙখি।

* উচিনা লৌ ইখ্বোল পুন্নমক মাং তাকহনবৈ মওংবু মাউতাম কৌই।

মাঙখিবা নত্তে মাঙহনবনি। মসি লবুক অমতগী ৱা নত্তে। লোইনমক্কীনি। অমতা চিখদনা মাঙলিবনি। ৱা খুদিংমক লেপকং লেপকং কংই। হৌরিবা পাম্বী মানখিদে। অশিবা ওইনা লেপখি। ফৌ পাম্বীনা মখোক্কা, চরোঙগা তোখাই তোখাই তাখি। লৌ লোকপা অমতা য়াখিদে। লৌরোক পম্বা য়ৌরক্লগানি হৱাওবা পূম্নমক কপ্পনা মহুৎ শিনখি। তাইবঙদা অদুক তমথিনা উচিনা, মাং তাকহনবা উখিদ্রি। উচিগী ময়াসে অসুক তমথি হায়বা চহিদুদা খঙখি। ফৌ অমতা লোকহৌদদুনা খুনদুদা চহীদুগী চাননবা সুপ্নতগী তিন অহুমথক লৈখি। ইম্ফালদৈ চাক্তারিবা ইথৌনা য়াম্না ৱাখি হায়। শিবা তারিব্রা ? চাক চাদদুনা শিবা তারিব্রা ? চাদবা য়াদদুনা কোইথি থিখি। ফংখিদে। চেঙ লৈরিবসি খুন অপুনবদুদা সুপ্নতগী য়ুম অমত্তনি। কমদৌনা চহীদু লেনগনি ?

অদুক ঙকপা থেংনখিদে। তৌরিবা মওংদু শাথীনা ঙকখি। মদু য়ৌরবা, চাননবা লৈত্রবা মতমদুদা মী অমতা ৱায় হায়খিদে। ফের হাইদনা খাংবগুম উই। অঙকপনি। মীশিংদু কমদৌনা লৈনখিবনো খঙদে। কবিনি হায়দুনা মদুবু লৌগনি ? লৈবাক মীয়াম লৈ। মতেং পাংলক্কবা ৱা হায়কদে। হিংলিবদুনা পূম্নমক পূল্লোই লোইরবগুম খন্দুনা লৈখি। মওংদুদা, অহানবা থুংখিবা নুমিত্তু নীংশিংহল্লি। য়াম্না চুশিন্নখি। ইথৌখোয় উবগা হায়রকই। ‘খুনসিদদি করিগী পুলিস লাক্লিবা ?’

‘পুলিস অমতা মফমসিদদি কান্নদব্রা ?’

‘কান্নদে। মফমসিদি ইচম চম্বা পুন্সিনি।’

‘থৌদোক অমতসু থোক্লুরোইদ্রা ?’

‘থোক্লোই। কমদৌনা থোক্কনি ? লৈরিবসি ঐখোয় ঙাক্তা লৈমিন্নবনি। ঐখোয়বু, ঐখোয়গা লৈমিন্নবদা খৎনগদ্রা ?’ বাহৈশিংদু থাজখিদে। অদুবু অদুম ইনোক্তা নোক্তুনা নুংশিননা লৈমিন্নৈ। মখোয়না হায়গুম খৎনবা চৈনবা অমতা থোকখিদে। ইনুংতা নুংঙাইনা লৈখি।

‘নখোয় চেঙ ফংদ্রবদি কমদৌনি ?’

‘ফংদবদি ফংদবনি। ফংদববু কৈদৌগদ্রা ?’

‘করি চাগনি ? চেঙ য়াওদনা হিংবা ঙমগদ্রা ?

‘চাননবা পোৎপু চেঙদ্রা ? যাম্না লৈ। লৈগনি। হিংলিবসি চেঙ চাননবা পোকপা নৎতেনে।’ ইবাই লাইনা খুমদোবকই। পাউখুমসি মী অমা অনীগী ৱা নত্তে। খুন পূম্বা চিনখুম মান্নৈ। থাইনা মীতৈনা হায়নবম্মী, ইনানা য়াৎপা খয়াক্তসু চিন্দল্লি। লাইনা য়াৎপা খযাৎপু লেম্না মাঙগদ্রা ? মতম্না পূম্নমক ওলহনখিবনি। থৌদোক লৈতবা লমদুদা লাম্মৈ থাখি। অউ অউবা মৈ চাকখি।

হিংথৎ হিংথৎ থৎখিবগী পাউনা লৈবাক শরা শনখি। মতমগী অওনবদা হান্নৈ পূক্নিদু নীংশিংদুনা মায়কৈ ওনবা ঙমখিদে। চঙশিনবা তাই। চাওখৎপনা নুংশিনরবা পুক্নিগী মশকপু মথক মখা পুমওন ওন্থোকখি। থৱায়বু মফম খঙহন্দে। ঙসি চাওখৎলকপৈ অথসি নুংশিনবদা ওন্থোক্লবদি মরিং মরাংলবা পোৎশক অমনি।

মেসেজ থাখি। চেঙ ফংনদ্রে। চাননবা চেঙ লৈত্রে। য়ারিমখৈ থুনা চেঙ থাবীরকউ। খুন অপূনবা চরা হেন্দুনা শিনবা তারে। ঐখোয় পুলিসশিংসু চেঙ ৱানবা ফংদ্রে। য়াম্না থুনা পাউ পীরকই। চেঙ থাখ্রবনি। হিদা লাক্লগনি। বরাক তুরেন্দা পুখ্রবনি। হিদা চেঙ পুথখ্রে তাবদা নুংঙাই। খুন্দা চেঙ থুনা ফংলগনি খনখি। য়ৌবদি য়ৌরকত্রি। চাদবদি য়াদবনিনা চেঙ ৱানবা চংখি।

'চেঙ খরা পীয়ু। চাননবা চেঙ অমতা লৈত্রে।'

'করম্না পীগনি। চেঙদি তিন অহুমসিতনি। খুন অপূম্বা চেঙ অমতা লৈনদ্রবনি।'

'ঐখোয়গী চেঙসু লাক্লনি। লৈগে হায়বদা পীনীংদ্রবসু, ঐখোয়গী চেং য়ৌরক্লগা শিংগে, নোংমা নিনীতা মঙাইরে, ৱাগে হায়না ৱারবদা, মদুদৈদি শোয়দনা লাক্লগনি। হিদা থারক্লবনি।'

'শোয়দনা শিংগদ্রা ?'

'শিংগনি।' য়ানবা অমগী মখাদা চেঙ পীরকখি। ঙসি হয়েং শোয়দনা চেঙ পুরক্লগদবনি। থাজদনা, থুনা চেঙ থুংলখি। খুন পূম্বা চেঙ লৈনদ্রবদুদা চেঙ লাকপদা কনানসু হরাওখিদে। "চেঙ লৌররো" পাউ চেনবদা, খুন পূম্বা চেঙ অমতা লৌবা লাকখিদে। খুন পূম্বগী চেনবা চেঙনি। পুলিস ষ্টেসন্দা চেঙ থমফম লৈখিদে। কদায়দা চেঙ থমগনি ? মখা য়াম্না শাখি।

ইঙক ঙকখি। ঐখোয় তরাহুমদোই, পুলিস ষ্টেসন হাংবা চৎলিবনি। মফমদুদা ৱানা, নুমিৎ কয়ানি খোঙনা চৎলুরগা, ষ্টেসনদি লাইরদনা, পুরিবা পোৎ চৈশিংদু থম্ফম ফাওবা লৈরমদে। ৱাখ্রবা মরক্তুদা, লৈননবা লৈফম লৈতদুনা, অমনা অমদসু তাইনবা য়াদদুনা তিঙক তিঙক য়েংনদুনা লৈখি। য়াম্না শাউনীংই। মী কয়া লৈনদবা কোম্না বগান অমদি লৈ। মপুসু লৈতে। হৈ লোকপা লোইখিদুনা হাঙলি। কা অহাঙবা অনীনি। অনীদু উবদগী পুরক্লিবা পোৎ চৈশিংদু পুশিন্দুনা থমজিল্লে। মপু তাক্তুনা কৌরুই। করিসু ইহায় হায়দনা অদুম য়াই। মরৈ তৌরক্দ্রা খল্লুবা ৱাখলদু ইকাইরকই। ঐখোয় পূন্নমক পূন্না লৈবা চনগদবা মান্দবা মফমদুদা, য়ামখ্রবা পোৎ চৈশিংদুগা, ঐ ঐনা হৈজবা মওংদা

শেম শাদুনা চন্নবা শুজিনখি। ঋানা ফমুং শেন্মী। মথক্তা পোৎ-চৈ থম্নবা শগাইশাই। মফম খঙদনা পংশেমদা শেন্মী। মরক মরক্তা মফমদু পিকমন্দুনা শ্বর ফুনবগুম তোই। পুম্নমক খাঙদুনা মতম লেননবা হোৎনখি। হিংদবা য়াদবনিনা হিংখি।

জেনরেল ডাইরিদা ই। মসি পুলিসকীদি খ্বাইদগী মরুওইবনি। থৌদোক ঋাথোক অঋাৎ অপা মচা খাইনা খাইনা ইদুনা, মফমদুদা তারিবা পুলিস ওফিসার অদুনা চয়োন খুদিংগী জেনরেল হেদ কাটরদা ডাইরিগী রিপোর্ট থাগদবনি। মসিদা থৌদোক ঋাথোক্তি লৈত্রবনিনা ইদ্রবসু, ষ্টেসন লৈতবগী অঋাবা পুম্বা তমদুনা ইখি। তন্না লাকই। পৈশা কাইরগনি। ষ্টেসন শাননবা পৈশা থুনা পীরকলগনি। কাইথোক্লে। মদুদা লুপা চহুম কাইরদুনা থারকখি। য়াম্না নুংঙাইখি। খুঞ্জাশিংনা মতেং পাংদুনা, ঋানা মখোঙ ওইদুনা ইনা কুপ্তুনা ঐখোয়গী পুলিস ষ্টেসনদু শাখি। রিপোর্টতু থাবদা ফন্না ঋারবসু, মদুদদি নুংঙাইরে।

তশেংনা রিপোর্টতু থাবদা ফন্না য়াম্না ঋাখি। খঙন চান্নবা কনাসু লৈতবা, মফমদুদা, কমদৌনা চৎলগা, করি তৌরুগদগে খঙখিদে। থাফমসু সেনভোরদনি। টিপাইমুক্তগী সেনভোরফাও খোঙনা চত্তুনা রিপোর্টতু থারুগদৌরিবনি। য়াম্না থুনা চৎতুনসু, নোংমদি শোয়দনা চঙগদৌরিবনি। হনগৎ হন্দাদা নুমিৎ নিনী চৎতবা য়ারোই। চৎলগা কনাগীদা থুংগনি ? অহিংনা কনাগীদা লেক্লকদবা ? চমম্নে। খনবমখৈ খল্লগা নিংথৌগী মনাক্তা চৎতুনা হংখি, 'কদায়দা পোষ্ট ওফিস লৈ ?' হংলুবদুদি ফৈ। খঙননবা মরী মরী তাক্লকই। ফন্না তাক্কুনসু মফমদি অমতা খঙদে। লমদুদা ঐ মীনৌনি। করম্না খঙগনি ? নুমিৎ তরানিগী মমাঙদা নোংমতংদি ফাওরকখি। মফমদুদা খোঙগুল মচা অমতংসু থিবদি ফংলরোই। মানা তাকপমখৈ তাক্লগা ঐনা 'ঐ খঙদ্রে।' হায়খি।

'নঙতি য়াম্না খঙগন্দে।'

'খঙননবা মী অমদি পীয়ু।'

'অদুতি . . . ?'

'লৈররোইদ্রা ?'

'লৈববুদি করিগী লৈতনি ?'

'লৈরগদি ঐগা পুন্না চৎমিন্নবা শিনবীয়ু।' তকশিনবা মওংদুদা তুমিন লৈখি। অহিংদু নিংথৌগী শঙ্গাইদা লেকখি। নোংঙানবদা, মানা মী অমা পীবীদুনা থবক মনা অমত্তা চিথদনা তৌখি। থবক লোইরদুনা চৎলমদাইদা লুপা তরা চৎপী অমা পুথোকতুনা পীরুই। মহাক তঙক তঙক য়েংদুনা লৈখি।

মদুদা পুলিসপু কি তুক্কচবগী মশক অদুদি উখিদে।

'লৌরো কৈদৌরে ? নঙগা থবক চৎমিন্নবগী নুংঙাইদুনা অচাপোৎ চাননবা পীবনি।'

'লুপা তরাগী অচাপোত্তি কনানা চাবা ঙমগনি ?' মাসু খুন্নকই।

'ঙসি, নোংমসিদা লোইনা চাদ্রসু য়াই। হয়েংসু, হংচিংসু চাবদা কৈদৌগে ?' ৱাদুদা মহাক মথৱায় তানা নোক্লগা পৈশাদু তপ্না লৌখি। মওংদু য়াম্না নুংশি। কাউররোই।

চেঙদি লাক্লবসু অসুম লৈরে। খুনগী মীশিংনা চেঙ অমতা লৌদ্রিবসি করিগীনো ? চাননবা চেঙসু ময়ুম ময়ুমদা লৈতে হায়। অদুগা চেঙ লৈরে হায়রগসু লৌরদে। নোংজু নোংশা মরকসিদা খুনগী য়াওনা লাক্লিবা চেঙশিংসি কুইনা থম্বসু য়ারোই। লোইনা মাঙবা তারিব্রা ? চেঙ অমতা খুনসিদা লৈনদ্রবনিনা, হেক থুংলবগা চেঙশিংসি লৌখিদুনা কোন্নরোইদ্রা খল্লুবনি। মসিগী তাইওল্লবা মতৌসিদি মঙদসু মঙলুদে। মফমসিদা চেঙশিংসি লৈবা তারবদি পুম্মাং মাঙলগনি। পাউ চেনখি চেঙ লৌরুলাও। য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা, চাননবা চেঙ লৈতে হায়রগা, চেঙ লৌরদ্রবদি কৈদৌরে ? ৱাহংসিদা, 'ঐখোয়গী পৈশা অমতা লৈতে। লৌ, ইঙ্খোল পূম্নমক পুম্মাঙ মাঙখ্রবনি। কদায়দগী পৈশানা চেঙ লৌগদ্রা ?' পাউখুমসি খুন্নকই।

'তশেংনা পৈশা অমদা লৈত্রব্রা ?'

'হৌজিক্তি মহে মরোং মাঙ হনখিবতা মঙাইরি। লৌ-শিং লোক্কদবা মতমসু নত্তে। কমদৌনা পৈশা লৈগনি ?'

'পৈশাদি করম্বা মতমদা লৈগনি অদুদি ?'

'মথংগী লৌরোক পহ্বাদা লৈগনি।'

'হৌজিক হৌজিক লৌরোক পহ্বা নৎত্রা ?'

'হনদক্তি মাউতাম থোক্লে। কদায়দৈ পৈশা লৈগনি ?'

'মথং চহীদদি পৈশা শোয়দনা পীগদ্রা ?'

'মীগী মপোৎ লৌথোক্লগা করম্না পৈশা পীদনা তোক্কনি ?' চেঙশিংদু মপান্দা থল্লগসু পৈশা ফংদনা, পুম্মাঙ মাঙলগনি। খুঞ্জাশিংনা চাজরগা মাঙবসু মাঙবা অক্মানি। মীওইবদা পীজ পিথক তৌদুনা মাঙখিবনদি খরা ফৈ খন্দুনা চেঙশিংদু মী খুদিংগী মমিং মথা ইশিন্দুনা মা মানা পামজবা চাংদা পীখি। হরাও হরাও, য়াম্না চম্না লৌখি। ওল্লকপা চহীদা থৌনরুবা তৌদনা, মা মানা লৌখিবা পোৎশিংগী চপ চাবা পৈশা পীরকই। অদুম্না হরাও হরাও পৈশাশিংদু পীরকখি।

য়াম্মা চম্বা পুন্সিগী মশক অমা উখি হায়দবা ঙমদে। ওঙ্গোক্লা নুংশিখি। নুংশিবনা অদুক থুনা পুক্নীংদা চংশিল্লকখিবা মমাঙদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি।

থবক্তগী পোখারবা ইথৌনি। থোকখিবা থৌদোকশিংদু ব্রাখল চোইদনা নীংশিং নীংশিং ঐঙোন্দা লিখি। তারুবদা য়াম্মা নুংঙাই। তানীংদুনতা লৈখি। পুন্সিদা অদুম্মা থোক্লমগনি হায়বা থাজদে। লাই নীংদুনতা লৈবা ইথৌনা অদুগুম্লবা থৌদোকশিং হকথেংনরমগনি হায়বা মশক উরগদি থাজবা ঙম্লোই। থৌদোকশিংদুগা খেন্নববা থৌদোক কয়া হৌজিক্তি মথং মথং থোক্লকপদগী মমিং উশিন্দুনা খাংখি। চমখ্রবা পুন্সি অমদা লুপশিনজদুনা লৈরুরগা লূৎ পাৎকী চয়েৎনবা পুন্সি অমদা, অহল ওইরকপগী ঈখেং পূম্নমক ফমথখ্রবা, ইংনা লৈনীংলবা মতমসিদা হিংলবদি মশানা মমিং উইশিন্দুনা খাংবা তাবনি। অহানবদদি, পুলিস ওইরকপগী পাপ কয়া তৌরুদুনা লাইনীংলকপা মানখি। ব্রারীদু খঙলুরগা শক্তমসু হন্দোরকই। অদুমকপু ভক্তিদা পুন্নুপ লুপশিনবদি মানখিদে। হংলুই 'ইথৌ লাইনীংলিবসি কৈদৌনবনো ?'

'ঐখোয়বু শেম্বী শাবীরিবা মঙোন্দ চঙজববু অদুগীনি অদাগীনি হাযবগী মওং লৈগদ্রা ?'

'মীনদ্দি পাপ তৌবতনা লাই নীংই হায়নৈ।'

'ঐনা পহ্লাদকী ব্রারী লীবীবদা অদুম্মা তৌখিব্রা ?'

'মদুদি ব্রারীনি।'

'নঙনা হায়রিবা মীনা হায়নৈ হায়বদুসু ব্রারীনি। অমনা, পাপ তৌরুরবা মীনা পাপ থাদোক্লবদি সংসারসিদা অফবা পুরক্লবগী লম্বী অমদি ওইগদৌরিবনি।'

'অদুবু পাপ্তি তৌরম্মী হায়বা তাবনি।'

'পাপ তৌরম্বা কয়ানা মুক্তি ফংবসি নঙ য়ানীংদব্রা ?'

হৌজিক্তি পুলিসশিংসি মপোক অনীগী পুন্সিগুম অয়াম্বা মতমদা পুন্সি লেল্লি। পাখংনা শিখিবা মীশিদা মী মফম খঙনা শিহল্লম্বসু কনানা খঙবা ! লমসিদা মদুনা অহৌবা, অরোইবা ওইবগী ব্রা ওইরোই। মদুদা য়াওরুবা মীশিং পাপ পুরম্লোই হায়নীংঙাই লৈতে। পাপ্পু খঙনা খঙনা লংজরগা, পাপ্পিদুবু খঙনা খঙনা মঙোন্দা চঙজববনি, নুংঙাইরে খন্দুনা কোকপিখিবা তারবদি, কোকপিরিবা মহাক্লা পাপশিংদুগী প্রায়শ্চিত্ত ফংফম থোকই। মদুমক তৌদ্রবদি সংসারসি পাপ্তনা পীক থল্লগনি। পাপ্পু তৌরবদি কৈদৌঙৈদা কোকপিরোইদবনি। দন্দি অমা নৎত্রগা অমদি পীগদবনি।

'পুক্লীং ৱারকপগী মশক্তা মীওইবগী মশক, শক্তম হোংহল্লবসু পাপকীদমক্তদি প্রায়শ্চিত্তি ফংফম থোকই,' ইধৌনা খুল্লকখি।

'মফমদু য়াম্না নুংঙাইরমগনি।' ঐনা অমুক্কসু হংখি।

'নুংঙাই।'

'পাপ তৌদবা মফমদদি অদুম নুংঙাইগনি।'

'পাপ সুক্তৌ তৌদবদি নত্তে।'

'পাপ তৌবদি তৌখিব্রা ?'

'টিপাইমুকতদি তৌখিদে। অদুবু মফমদুদগী মাইল তরেৎমুক চৎলগা লৈবা পারবুংদদি থোকখি।'

'পারবুংদদি করি থোকখ্রিবা ?'

মেসেজ লাকখি, "পুলিস অমা নোংমৈনা পাক্লে। মফমদুদা লৈবা ফোর্স খরা, য়াম্না থুনা নোনেদা লাকউ।" মতমদুদা লৈবা পুলিস পার্সনেলসি সুপ্পতগী অহুমতনি। মসিদা হলবিল্ডার অমা, এল সি (লিটরেট কসতেবল) অমসুং কসতেবল অমা অহুমসিদং লৈখি। অতৈদি থবক চৎখিবা য়াওরি। ময়ূমদা ছুতি চৎখিবসু য়াওরি। অহুমসিদা পুলিস অমসি ষ্টেসনসি থাদোকপা য়াদবনিনা লৈহৌবা তাবনি। হলবিল্ডার অদুসু কমান্দ তৌননবা চৎপা তারি। মশাদা অরুম্বা নোংমৈ "রাইফল" অমমম য়াল্লি। মদু পুদনা চৎপা য়াদে। ইংলে। মতমদু নিংথমথানি। নিংথমথাদদি টিপাইমুকসি ইংবগী চাং খরা হৈ্ছে। টিপাই তুরেলগী ঈশিং ইমাই হুষ্ণখিদুনা ইংবগী চাংসু তপ্না তপ্না হুন্থরকই।

অঙম্বা চীং কয়া লান্দুনা চৎকনি খনবদা নোনেদা কনাসু চৎনীংদে। অমুকসু, ষ্টেসন অদুদা ইথন ইথন্তা লৈহৌগনি খনবদা তনবগুম তৌই। কসতেবল অদুনা খনবমখৈ খল্লগা ষ্টেসনদু মহাক শঙহৌরগে হায়দুনা শঙহৌরে। তঙাইফদবা খোঙফমদা হলবিল্ডারদুগা লোয়ননা চৎখি। মাইল তরুক মুক চৎলগা, পারবুং য়ৌগদবা মাইল অমমুক ৱাৎলিঙৈদা হলবিল্ডার অদু, 'য়াম্না ৱারে। মখা তাথনা চৎপা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে' হায়দুনা কয়ারক হায়রল্লগা, ৱাহ্দুনা দোম তুরকই। মতৎ মতৎ ওইবা খোঙ্হোক্তা, 'ঈশিং। ঈশিং ! ঈশিং থক্কে।' হায়রকই। উগী উ ঙাক্তা ঙাইরবা, নাপীনা শুক্লা হৌরবা মরক্তা কদায়দগী ঈশিংনো ? ঈশিং থিরুগদবসি খনবদা জ্ঞান তাদে। জ্ঞান তাদে হায়দুনা লৈথোকপা য়াগদবা মতমসু নত্তে। হন্না য়েংবদসু মী অমতা উদে। ঈশিং ফংবগী লিক্রুমসি কদায়দা থিরুগদবনো ? মফম খঙদনা থিবা চৎখি। কোইচৎ চৎলি। কদায় য়ৌরবনো খঙদে। মী খরা ৱারী শান্নবগুম তৌবা খোঞ্জেল অমদি তারক্লে। হন্না য়েংলুবদদি মী খরা শিং য়ান্দুনা লৈরম্মী। মশীং থীরুবদা মখোয় অহুন্নি।

'তুই ! তুই ! (ঈশিং ! ঈশিং) ।' মখোয়দা হংলুই।

'উমলৌ ! উমলৌ । (লৈতে! লৈতে) ।' মখোয়না খুন্নকই।

'কদায়দা চংগ্ৰবা, তুম্বা য়াওরিবদুদি ?'

'লোইনা থক্তোকখ্রে।'

'মসিদা লৈরিবা তুম্বাসি তশেংনা য়াওদ্রব্রা ?' ঐগী মতৌদু মখোয় মওং অমা ওইনা লৌরমগনি। হলবিল্ডারদু তুদুনা, জ্ঞান তাদ্রবনিনা, মাগী নোংমৈসু পুরকখি। নাকল অনীদা নোংমৈ অমমম য়াল্লিবনি। ঈশিং লৌবা লাক্লিবদুগী মতৌদু ঙসাইদগী ইঙক ঙক্লা য়েংলিবনি।

'মসিদি ঈশিং য়াওদ্রে। অহাংবা তুম্বানি।'

'অহাংবা ওইরবসু তুম্বাদু পীবকউ।' থাজদবা মতৌদুদা অশেংবদু খঙলসনু মতাগুম তুম্বাদু পীরকই। তশেংনা ঈশিং মবিক অমতা য়াওরমদ্রে। ঈশিং লৌবা লাক্লিবা ঐঙোন্দা পাত্রা অমতা যাওদবনিনা তুম্বাদুদি পুদুনা লাকখি। ঈশিং ফংননবা কোইনা কোইচং চংলি। কদায় য়ৌনা চংলবনো খঙদে, ঈশিং চেঙ্খিবগী লিক্রম অমদি লৈরম্মী। অদুমকপু ঈশিংদি চেঙ্গরমদ্রে। নিংথম থাগী মতম ওইবনিনা মতমদু ফনা য়াম্মা লৈথরকপগুম উবক্লে। তৌফম খঙদনা ঈশিং লেপখ্রবা ঈচেল মফমদুদা চৈ মতেক অমা থিদুনা কোম অমা শেল্লুবদদি কোমদু ঈশিং খজিক খজিক ফাওগংলকই। ফাওগংলক্লিবা ঈশিংদুমক উনা অমনা কোন্দুনা তপ্না তপ্না লৌখংপদা, খজিক খজিক্তগী তুম্বদু থল্লকই। ঈশিংসু ফনা লুই। তুম্বাদু থল্লপ তৌনা ঈশিং শোক্লগা হোলবিল্ডারগী মনাক্তা লাক্লনবা চীং মথক্তা কাখংলকই। ঈশিং ফংলবনিনা, হৌজিক্তদা ব্রানথরিবা মহাক করম তৌরমগনি ? পুক্লীংদা নুংশুক নুংজানখি ।

চীংগী পুম্সিদা থেংনরিবা পুম্সিগী মশকসি অঙকপনি। ঐখোয়না নুংতি নুমিৎ খুদিংগী থেংনবিবা মশকসি মখোয়গা পুমওন ওন্নে। ব্রাহে মান্নবা মওংদা পুম্সিসি পুম্সিনি হায়নরগসু, খেন্নবগী খেন্নবা ঙাক্তনি। পুম্সিগী হৌরকপা শাহৌ মান্নদে। হিংবগী মওংদা অমনা অমবু মশক উনদবগী মশক্লি। অহিংগা নুংথিলগা খেন্নবমুক খেন্নে। চীংদসু অমুক, চীং অমদগী চীং অমা লানখিবদা খেন্নবসি উবা ফংই। ধর্ম চপ মান্নরবনি, মান্নরমগদবা মওং মাল্লবসু খেন্নবদি অঙকপা ফংনা খেন্নে। মখোয় মখোয়না হিংলিবা মওংদুদা করিগুম্বা লুপশিন্দুনা য়েংলবদি খেন্নবসি ময়েক শেংনা উগনি।

ফনা থিরসু হজুরদি থিবা ফংদ্রে। ঐবু ঙসাই কদোমদা লাকখিবগে ? ঈশিং ফংননবা হোৎনবদা, চীং কয়া অমা কাখি। কয়া অমা কুমখি। কদোম কদোম চংখিবগে হায়বদি খঙহৌদ্রে। কদোমদা থিসিগে থন্না লেপ্লিঙৈদা, ইনাক্তা অহ

অহ হায়বা খোঞ্জেল অমা তারকখি। খোঞ্জেন্দু তান্নদুনা য়েংলুবদদি হুজুর য়াম্না ৱানা নাহেৱগুম করিগুম তৌদুনা লৈরমখি।

'হুজুর, ঈশিং পুরক্নে।' ঐনা হন্না হন্না হায়রবসু মহাক তাদ্রে। মহাক্কী খোঙ্খোক্তুদি ঐ অদুম তারি। কমদৌনা ঐগী খোঞ্জেল তাহনসিগে খঙদদুনা মমায়দা ঈশিং চাইশিনখি। মদুতদা খজিক্তং মমায় মমিং পাঙলকই।

'হুজুর, ঈশিং লৈরে।' হন্দক অমুক হায়রুবদদি, মখোলদি থোক্তনা ঈশিং ইল্লক্নবা ইঙ্গিৎ তৌরকই। খুজোক শাদুনা ঈশিং থক্লনবা থৌরাং তৌরকই। ঈশিং তপ্পা তপ্পা হৈরুই। হৈরিবমখৈ লেপ্তুনা থকখি। ফনা চাউবা তুম্বানি। ঈশিংসু পিক থন্না পুরকপনি। খাঙঙৈ য়ৌনিংচিৎ ঈশিংদু থকখি। অদুক থৌরাংনা কনাগুম্বা অমতনা ঈশিং থকপা পুন্সিদা অমুক্তা উখিদে। ঈশিং থকপা হেক লোইবগা অমুক নাপী মথক্তা হান্নগুম জ্ঞান য়াওদনা তুম্বা মওংদুদা তুমথরকই।

'হুজুর। অদুম তৌরবদি য়াররোই। নুমিৎসি য়াম্না লৈথরক্লবনি। নুমিৎ তাখ্রবদি ঐখোয় মফমসিদা করি থোক্কনি হায়বা খঙদে। মসি চীংথক ওইবতা নৎতনা জঙ্গলনি। করি করম্বা শা উচেক লৈরমগনি খঙদে। খুন য়ৌননবা উপায় অমা তৌদুনা চৎহৌগদবনি।' ৱাহৈদুদা মহাক হৌগৎননবা কন্না হোৎনরকই। য়াম্না ৱাবগী মওং উবদুদা চৈশু অমদি শেম্বীখি। তপ্পা তপ্পা চৎহল্লি। তপ্পা তপ্পা চৎলিঙৈ, মতম্না ঐখোয়বু তাললকখি। খংমম মমথরকই খন্দবা ঙমহন্দে। কৈদৌনি ? তূম্মনবা ৱাখল তৌবসু য়াখিরোই। য়ূম অমতং উরবদি, পুক্লীংদা কন্না খনখি। ৱা কন্না হায়বসু য়াদে। হুজুর মশা ইশোন শোল্লি। ৱানা ৱানা পঙ্খুং খঙদ পঙ্খুং তম্না, নাহে নাহে চৎলিবনি। অউবা য়ূমদুদা ইয়ূম শারগে। লম চৎলগা ৱাখল পীকথবা য়াদে। য়ূমদা লৈরকপা মওংদগী হেন্না চাউথোক্লা লৈগদবনি। মদুতদা লম চৎলিবা মীশিংনা মী ওইগনি। ফংলিবা লৈরিবা মওংদু ইপেন্দা পেঙ্খোক্কদবনি। মসি চপ চারবা মফমনি খন্না পুক্লীং চাউথোকপা তঙাইফদে। মসি খন্দুনা চৎখি। খুনগী অহানবা য়ূম উবদা হরাওনা চংখি। য়াম্না নুংশিবা মওংদা ৱারী শাবা হৌদুনা, ৱারী শান্নদুনা অহিংদুমা হৌননবা হোৎনৈ। লুপা অনী পীদুনা য়ূম্বুদা য়েন লৈহনখি। মতমদু য়েনদি মখাইগুম্বা পীবনি। অদুবু অনী পীবদা হরাওনা তৌরকই। শুপ শেমদুনা হুজুর পিথক্লগা, খরনা ময়াম চাখি। য়ূম্বুদু থোংবা থাকপদি হৈ।

য়াম্না খেন্নবা অমদি লৈরম্মী। চীংগী পুন্সিদা নহা অহলগী পুন্সিসি য়াম্না খেন্নবগুম উখি মতমদু। অনৌবা মীরোন্না অনৌবা ধর্মদা পুক্লীং লুপ্পগুম তৌই। অহল লমন্না মখোয়গী হান্না লৈজরম্লবা ধর্মদা কন্না পুনখি। অনীদু খাইবুং খাইবুং লৈবগুম উই। মসিবু কয়াম কুইনা সমাজসিদা ধর্মগী মিহুন হন্দুনা

মীওইবনা মশাগী জ্ঞান তুমখুন হুন্দ্রিঙৈ লৈবগুম লৈবা য়াখিগনি ? নোংমা মশাগী মশক ফাওরক্কনি। মীওইবগী মশক খংশেং শেংলকখিগনি। মতমদুদা চীংলমসে করি থোক্লগদবা ? নুংশা থী।

উচেক খোংলক্লে। কোবৌহন্নবমক খোরকত্রবসু মঙালদি খজিক খজিক উরক্লে। ঙন্না হৌগত্তনা চৎকদবা থবক চৎখি। নোংমৈনা পাল্লবা মহাক মথবাক মপাদা ঈ ইতে তৈরদুনা, নাহে নাহে লৈরম্মী। ঈদি কয়াম থোকখিবা খঙদে। চেষ্টরিবা দাকফমদু উরগদি য়াম্না থোক্লমগদবা মাল্লি। ইম্ফালদা লাইয়েংবা পুনবা খন্নে। ইম্ফালদা পুথোক্তুনা চৎলবদি য়াম্না শাংনা চৎপা তাগনি। কমদৌনা পুগনি ? মশাদি তিংথোকপা য়াদ্রি। কমদৌসিগে খন্নরিঙৈদা, দোলাই অমা শাদুনা পুরকখি। মদু খোই মহুম মাল্লি। মনুংদা মী অমা চপ চানা, নুংঙাইনা পোম্বাবগী মওংদা ফম্বা য়াই। মী অনীনা, অনাবদু ময়ায়দা ফমহল্লগা পুখি। হি তোংদুনা শিলচরদা কাদুনা, দেকোতা তোংলগা ইম্ফালদা লাইয়েংখি। মতমদুদা দেকোতা তোংবগী মমল মী অমদা লুপা ২৫/২৫ লৌখি।

ঙসিসু ইথৌনা লীরম্বা ৱারীসি কাউবা ঙমহন্দে। ধর্মনা পুক্লীং লুপলিঙৈ মীওইবগী লৌশিং লৈহনবগী ৱা লৈতে। থম্মোয়দা থাজবতা ওইনা তৌরম্মী। অফাওবা মী কয়া লাই থাজখিদবগী মপুক্তি লোমহন্নখিবা য়াওরি। ঙসিদি পূম্নমক মাঙখ্রে। লাই থাজবসু, থাজদবসু হিংবা য়ারবা মতমসিদা চীংগী পুক্তিশিংসু হান্নে মওংদা অসুম লৈরমখিগদ্রা ? মখোয়দা মীওইবগী হক, মশক মুন্না খঙলম্লগদ্রা ? কোরৌনা মফম মতম নাইদনা মশাগী মথৌ তৌদুনা মঙাল শন্দোকপগুম, শন্দোক্লসনু মীওইবগী মঙাল। লাকশনু মীওইবগী হক, ঐখোয় খুদিংমক মীনি।

চেঙহি উতি লুরম্বা তোকখ্রে। মতম্বা অইং অশা ওলহল্লকপদা জাতিগী অইং অশাসু ওখাক শাথীনা ওলহল্লে। কোক ইং ইং লাউহল্লম্বা মতমদুগী মওংদু চেংহি উতি মাঙখিবগা লোয়ননা মাঙখ্রগদ্রা চিংনৈ। মতমসি য়াম্না নুংশি। মানা মমায় লৈশিল্লকপদনি ঐগী ইচানুপীনা লৈশাবী মচা ফারক্লিবসি। অঙাঙ ওইরিঙৈ, চৎপা হৈগৎলকপা মতমদু য়াম্না নুংশিখিবনি।

অঙাঙনি। অঙাঙ ওইনা অসুম শান্নদুনা লৈ। য়ুমদা মী অমতং লাকপা উবদা, ঙম্বোই ঙমদবোই মোরা অমা পুথোক্লগা থোরক্কনি। ফিদা থারনি। থাবা হেক লোইবগা নোক্কনি। ময়া অম অনীদুগা, ঐঙোন্দা য়াম্না নুংশিথোকখি। মওংদুদা হায়খি, 'ইচাদি য়াম্না হৈরে।' মাসু মরোল থোকপোই থোক্তবোই, 'ঐ রেকো'। খুমগনি।

'হৈরে। য়াম্না হৈরে। কনানা তম্বী ?' করি খুল্লকপগে খন্না হংখি।

'দুম হৈ।'

'মসিদি . . .।' মওংদুদা মপানা অঙাঙদু য়াম্না নুংশিনা লৌখত্তুনা চুপ্পী। মাসু ময়া অনীসু অমুক্ক উৎতুনা ইচম চম্না নোক্কনি। অঙাঙনা নোকপদি অর্থ য়াওদনা হরাওনা নোকপা ঙাক্তনি। য়াম্না চন্নবা মওংদুনা মী খুদিংদা য়েংনীংহল্লি। মমা মপা অনীগী মরক লেপ্তুনা ব্রা থৎপদা নুংঙাইবদি অপিকপা অঙাঙগী কুম্মোদনি। অমনা অমদা হায়নিংবা ব্রা মশাদদি হায়দনা তাহনবসু মচাদা হায়বা ব্রাদনি। মমা মপা অনীগী লংদাইফম ওইহন্দুনা য়াম্না নুংঙাইহল্লি। মসিননি অব্রাৎপা অমতা লৈত্রবসু অঙাঙ লৈতবা ইমুংদি কৈদৌঙৈ নুংঙাইনা লৈতে হায়রিবসি।

'মামাদু চা লোল্লব্রা হংঙু।'

'মামা। মামা চা।'

'নঙ বাবাগীসু পুরক্লগে হায়য়ু। বাবানা চৎথোকত্রিঙৈদা নঙগী হোরেল চাননবসু হায়হৌ।' ব্রাসিবু অঙাঙনা খঙগদবা ব্রারা ? হায়রক্লিবা মঙোন্দা

খঙদ্রবসু, ব়াসিদি অর্থ লৈতবা নত্তে। শিজিন্নবা মফম লৈবি। অর্থ হায়বসি শিজিন্নফম চাবা ব়াবুনি।

'মামাদা পৈশা থনন্নবনি হাযয়ু।'

মসি পূম্বা নোংমা নোংমগী অণ্ডনবসিনা। ঙসিদি অঙাংগুম লৈববোই। ওলহল্লি। লৈ অমগী শাৎলকপদা মহু হাপকদবা মতম ওইবক্লবনি। মী অমগী পুন্সিদা মথৌ শঙগদবা মতম লাক্লে। মতমসি উনা উনা মাঙখি। উনা উনা মাঙবা ঙম্বদি মতমদনি। 'বাবা ঐনা হাযবদু লৈবক্লব্রা ?'

'নঙনা হায়বা হায়ববু কবিনো ?'

'ফোন । ফোন খঙলব্রা ? বাবা নঙ সুম খঙজিন্নদে।'

'নঙগী ফোন অমা লৈখিবা কুইদ্রিবদাইনে।'

'যাদবদুবু। মদুদি শান্নবনি।'

খজিক চাউখৎলকপদা, ফোনদু পীবদা মহাক যাম্না হবাওখিবনি। মমান্নবীশিংদা উৎ উৎতুনা শান্নখি। যাম্না পেঞ্জববা মওংদা তৌখি।

'তো ! ঐখোয বাবানা লৈবক্লিবা ঐগী ফোন।'

'কদায কদায। অমুক্তা যেংগে' অমসু অমসু মেত্তুনা যান্না শান্নমিন্নখি। মখোল থোক্লকই, "ঐবু কৌবিবদু কনানো ?" অশেংবগা চপ মান্নে। কবিসু খেন্নদে। মতমগী অহোংবা মবক্তা শান্নবা শান্নপোৎ মখল মখল থোবকই। অশেংবগী নমুনা তমদুনা ইবাং লৈহল্লি। অনৌবা পোৎশকশিংদা অঙাঙশিংবু মিকানবা শিল্লি। কান্নবা কান্নদবা অঙাঙশিং নুংঙাইনবা লৈনৈ। মান্নবা পোৎশিংনা কৈথেলদা ব়াই চাই। অশেংবা মান্নবা শাবা পোৎশিংদু, অশেংবনি হাযজিন্দুনা যোল্লি। শাজিন্নবশিংনা অশেংবা ওই। লমসিদা লোইনমক অশেংবা ঙাক্তনি। অচুম্বা মশক অমতা খঙহন্দে।

'নঙবু কনাদা ফোন তৌগদবা লৈবগে ?' অঙাঙ মানবু কনাদা ফোন তৌগনি ? ব়াহংসিদা তুমিন লৈখি। অঙাংনবু অদুম্না হাযবক্কনি হাযবা ঐসু থাজদে। ঐনসু মাগী ফোন অশেংবা লৈবীযু হাযবদু থাজরুদে।

অশেংনা থাজদে।

পাউ যাওবকখি। খববদা মযেক শেংনা পাউ যাওবকই।

নুংশিগী শক্তম যাওনা খববদা পাউ যাওবকই। মীবৈবাক্তা জগোয উৎলুবগী শাথেক অমা পুথোক্তুনা, পাউদু মথক কানা ইবি। যাম্না থাগৎলি। জগোযগী ব়াদুনা মরুওইবা পাউগুম ইরি, ওষ্ট্রেলিযা, স্বিজবলেন্ডদা মণিপুবগী জগোয উৎলুবগী মরমদা ইবি।

ভারতকী জগোয়শিংগী মনুংদা মণিপুরগী জগোয়না তোপ তোপ্পা অতাংবা মশক অমনি। লমদমসি পৃথিবীদা থোইদোক হেন্দোক্লা জগোয় অমসুং শগোল কাংজৈগীদমক মমিং চৎলিবা মফম্নি। তাংনা ফংবা, শা শঙাই য়েংগে হায়বদি মণিপুরদা তঙাইফদনা চৎপা তাবনি। উৎলিবা বেলে "শঙাই" দা নলিনি, নুংশিতোম্বী নচিংবগী হৈশিংলবা জগোয়গী খুথেক উরুবদা, শোয়দনা খনগনি, পিক্রুবা লমদুদা মমল য়াম্লবা পোৎ কয়া মফম খঙদনা ফুম্নি। য়েংবগী পেনবা নাইদে।

ৱাফমসি হন্দক নৌনা মীরৈবাক্তা উৎলুবা, সঙাই ওফ দি মণিপুর হায়না মিংথোনবা বেলেদুবু য়েংখিবা ক্রিতিকশিংনা ইরকপনি। মসিদা ক্লাসিকেল অমসুং মোর্ডন অনীগী শৈবুন্না শেম্লবা মোর্ডন থিএটর অমগী মশক উরি। অসিগুম্লবা থিএটর অসিবু য়েংলুরগা শক্লাইরবা ক্রিতিকশিংনা, মশা মশাগী অপেনবা ফোঙদোক্লি। য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবা ঈশৈগী সুরদা, অনৌবা জগোয়গী খুৎথেক্লা উৎখিবা মওংসিনা, অয়েংবা খুদিংমকপু অতোপ্পা সংসার অমদা হুমদুনা পুরি। কল্লবা নোংলৈনি। মসিদগী ইশাবু লৈথোক্তুনা লৈহৌবা ঙমজদে। ইশানা ইশাবু কাউথোকচৈ। অদুক ফজগনি হায়বা কনানসু হান্না শাজিনবা ঙমগনি থাজদে। নুংশিতোম্বীগী থোৎলবা সুরনা য়েংলিবা পূম্নমক শুমজিনখি। নাউশুম ঈশৈ শক্লবগুম, থম্মোয় খুদিংগী তারদা খৎলৈ। ইংথবা ঙমহনখিদে।

নুংশিতোম্বীগী জগোয় ঈশৈনা পূম্নমক ঙাউহনখি। জগোয় লোইরগা থোরকপদা, লৈরল্লিবা মীওই কয়ানা মখনাও পায়দুনা য়েংখি। তপ্লি তাপ্লি মেৎলকই। নাপ্লি। ওইখ্রিবা মওংদু ওইবা য়াগদ্রা হায়বগী মওংনি। মখূৎ থাঙ্গৎতুনা চুপখি। ইরমদমগী চৎনবী ৱাংমদা, ৱাংলবা কলাকারগী মশক্লা চৎনবীবু পুমকাও কাওহনখি। থাগৎপগী লোইবা নাইখিদে। জগোয় লোইরকপদা মিনিৎ তরা হেন্না খুবাক খুউনরকই। মঙগুম্লবা মশক্লি।

ইচন নুংশিতোম্বী ঙসিদি লৈবাক্কী চাউথোক্লফম ওইরক্লে। খবরদু উরুবদা হান্না ফাওখিবা ৱাখলগী মথক্তা কাউরুরবা ৱারীশিংনা ৱাখলগী মথক্তা ননশিল্লকই। হৌজিক হৌজিক ঐগী মরুপ্তুনা লৈরম্বা থোক্লবদি কয়াদা পেঞ্জরগদবা ? নোংদম্বা মানা . . . । নত্তে। নত্তে। লম অমগী শাহৌদা লাই ফত্তবা হৌগৎলক্তুনা থৌদোক অদু থোকখিবনি। মতিক চাদ্রবা সাসন অমনা, অচম্বা মীওইবগী মমল য়াওহনখিদবনি। থৱায়বু চিংনবনা য়োকচবা ঙমহনখিদে। মমল পীনবগী মওংদা চৎথরকখি। মমল হুন্নবা য়াবা পোত্তা মমল হুন্নববু হরাওনবনি। মমল হুন্নবা য়াদ্রবা পোত্তা মমল হুনববু মীওইবগী ৱারা ? মদুবু কনানা য়ানীংগনি ?

'নঙবু কনাদা ফোন তৌগে হায়রিবনো ?' হঞ্জিন্না হংলুবদদি মাসু পাউখুম পীরকই, 'ইমান্নবা ময়াম্মগা ৱারী শান্নগদৌরিবনি।'

'মখোয়বু মোবাইল ফোন পায়নব্রা ?'

'পায়নৈ। মেৎ মেত্তুনা শান্নে।'

মীতৈ লৈবাক। নঙগী সংসারসি অঙকপা তাইবঙনি। অকে অমৌগী পোৎ অমদা নহা অহল, কান্নবা কান্নদবা থিদনা ইজ্জৎকী ৱা ওইনা পংতাও তাওদুনা লৈ। শিজিন্নফমগী ৱা লৈতে। ঐনা ইনখৎলকপা মতমদদি পৃথিবীদা খ্বাইদগী তমথিরবা নিশা অমসু, অকনবা মতমগী য়ক লাউরবা অকে অনৌনি খন্দুনা চানখি। মতমদুদা চানখিবা নিশাদুনা ঙসি মফম খঙদনা মী লিশিং লিশিং হাৎলরে। কনা অমনা তমথীরবা লাইনানা নাদুনা লৈরি। লাইনাদুসু মফম খঙদনা শন্দোরক্লি।

'মসিদি পৈশা পায়বা মীতনা চাবা ঙম্বা নিশানি। পৈশা পায়দবা মীনা চাবা ঙম্লোই। মমল য়াম্না তাঙই।' ইমাঙ্গা উৎখি। করিনো পাউদব মানবা পোৎ অমা লংবারদা হাপ্তুনা থম্মি। মখাদা মৈখেৎ খেত্তুনা মৈ থ্বাই। উতোং মচা অমা ময়াদা চুপ্তুনা কন্না চিংখি। মদু পুম্নিদা অহানবা উবনি। য়াম্না নোক্লীংই।

'মমল য়াম্না তাঙব্রা ?'

'তাঙঙি । লংবারসিদা হাপ্লিবসি লুপা য়াম্থোগীনি।'

'অদুক তাঙবদুদি কৈদৌনা চারিবা ?' ঐনা হংখি।

'নুংঙাইবা থিরিবনি। মীওইবদি নুংঙাইবা থিগদবনি। হিংলিবসি নুংঙাইবা থিনবনি। পোক্রম্নগা করিসু নুংঙাইহৌদনা শিখিবা থোক্রবদি, পোক্রম্বগী করি কান্নরি ? মদুগীসু মথক্তা মসি চারবদি পৈশা পায়রে হায়দুনা অউবশিংনা খনগনি। নুপী নহানা য়াম্না পাম্নে।'

'তশেংনা হেক পাম্নব্রা ?' থাজদনা হংখি।

'পাম্মী । থাজদ্রগা ইতুং ইন্নকউ শোযদনা খঙগনি। শেন খরা খরা পায়খৎচরক্লিবা কয়াসু চাবা হৌরক্রবনি।'

মরী মরী চাখৎনরকখি। মমল য়াম্বা পোৎনি। চাদ্রবদি লৈবা ঙমদবা প্রোক প্রোক চাকপা নিশানি। মমা মপাদগী লৌবা পৈশানা চাবা কোন্নরক্তে। তুমিন তুমিন ইমুংগী মান চাং য়োন্দুনা চানবা হৌরকই। মশা থক থক নিক্তুনা অচেংবা তাঞ্জাদা লৈকাইগী পোৎ চৈ হুরাক্লকই। অহানবদি পোৎ চৈ কনানা হুরাক্লিবনো খঙলমদ্রবসু খঙনরকই। ফরমখ্রবা, পৈশা পায়বনা পোৎ হুরাক্লকপদা করি মতৌনো খন্নখি। কুইদে। নিশাননি, ইখঙ খঙনৈ। নিশাদু চারম্বা কয়া লৈকাইনা অউ অউ ফুগাৎলকই। মরু কোকথোকপিখি। চারুবা কয়ানা লোন্না

লোল্লা চানখি। ফোঙদোক্নরকখিদে। কন্না লোৎখি। লোৎনা লোৎনা হুরানবদা, অঙাংগী সনা থৎলকই। সনা থৎপদা খঙনরক্কনি কিরদুনা অঙাং হাৎখি। মতৌ তম্বগী অকেবা লমচৎনা লান্দারক্লবদা লমসি কাং খোং চাইখি। মফম খঙখিদে।

অঙাঙনা করিগী মোবাইল ? করি অহেনবা থবক্কী অপিকপা অঙাঙদা মতমগী পোৎনি হায়দুনা পায়হনগদৌরিবনো ? কয়া য়াম্না ৱাখল খল্লদুনা মদুবু মখোয়না শিজিন্নগনি ? অফবা, অচুম্বনা, চৈঙাক ওইদুনা খঙহনগদবা মতমসিদা, মফম খঙদনা কোইথা থাবা মানবা পোৎচৈশিং পায়হনবা ঐ য়ানীংদে। য়ানীংনবা ৱাখল খনবা ঙমদে। অঙাঙদি নুংশিবনা ৱায়েনদুনা তুংগী পোফম শেমগদবনি। হৌখিবা মীরোন্দা অঙাঙশিংনা খজিক শোয়বদা চেকশিন ৱা হায়রম্লিবসি মসিননি। ঙসিদি চেকশিনগদবা মতমসিদা, অমসু অমসু কোইথা থাদুনা থল্লব্রা ?

'অদুক কুইনা স্কুলদা, ছুতিদা ৱারী শান্নরমক্তদা অমুকসু পেন্দ্রিদুবু লাইরিক তমদনা ৱারীদং শাদুনা সুম লৈরগে হায়রিব্রা ?'

'নত্তে কৈসু।'

'অদুগা করিগী পেন্দদুনা ৱারী শানগে হায়রিবা ?'

'ঐখোয় বাবাসিদি।'

'লাইরিক তম্বা লোইরগা লৈরসি।'

'পাম্বনা হৌজিক পাল্লগা।'

'মদুদি পাম্বনা য়াদে। শিজিন্নফম লৈরবা মতমদতা নিয়ম চুম্না শিজিন্নগদবনি।' ঐগী ৱাহৈদুদা তুমিন লৈখি। মোবাইল পায়দুনা লম্বেলদা, লম্বী ময়াইদা গাড়ী থৌনা থৌনা ৱারী শানদুনা ইকুই কুইদ্রিঙৈদা লৈরম্বা ঐ কয়া উরে। মসিতা নৎতনা খুদোংথিবা থৌদোক থোকখিদবসু নত্তে। ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইখিদে। তৌবৈদি নুংঙাইতবনা হারবা লৈবাক্লি। গাড়ী অচৌবনা মীরক্তা খোংবা য়াদবা মখোল কন্না কন্না খোংই। লমদমসিগী আইনদি ফুরিংথাও মনুংদা য়াওবা পোৎকী মখা পোল্লি। য়াবা লৈতে। য়াদবা লৈব্রে।

ঐগী ৱাদুদা মাগী অপাম্বদু ফংলরোই খঙলমাল্লে। মহাক তুমিন লৈখ্রে। ঐসু তুমিন লৈখি। হকচাং শোনবসিদা পুক্নীংসু ইহন হম্লে। অঙাঙসি মশানা অপাম্বসু কয়া ফোঙদোকনদবনি। করিনো ৱাখল অমদা তশেংনা মোবাইল অদুমদি পাল্লমলগনি।

নুংশিসু অপাম্বা কয়া ফোঙদোক্কন্দবনি। নোংমা মখোয়দা চৎলুই। মী ফমফমনি হায়দুনা থারিবা কাদুদা থেৎলম্মী, ইংলিসকী মেম অমা। য়াম্না ফজনা ফ্রেম

চল্লি। মীরৈবাক্কী পোৎ মাল্লি। অহানবদদি মেল্লি হায়বা খঙলুদে। মীতৈগী খুকেনি। লম লমগী নুপীশিংনা তোপ তোপ্পা মশাগী খুকে অমমম লৈজে। মীরৈবাক্তসু মেম্মা মীতৈ নুপীগুম কেনবা জাৎলা ? ঐনা মুম্না য়েংলুবদুদা ইবেম্মনা, 'দাদা কৈদৌরে ? কনা মাল্লি ?' হংলকখি।

'খঙদে। মীতৈ খুকেদা কেরবসু মীতৈদি মান্দে।'

'মীতৈদি নত্তে। ওষ্ট্রেলিয়াদগীনি।

'ঐসু মদুগুম্লবা অমদি মাল্লি। মফমসিদি মণিপুর মাল্লি।'

'মানি। কাংপোকপীদনি।'

'মণিপুরদসু লাক্লম্লব্রা ?'

'লাক্লম্লে। অমুক্তা নৎতনা অনী অহুম্মক লাক্লম্মী।'

'মাদি কৈদৌবা লাক্লিবা ?'

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা, মণিপুর অসিসু লানবুং মচা অমা ওইখি। বৃতিসকা, জপানগা, লাপ্নখ্রবা লম অনীগী চায়নবুংনি। মণিপুরগী ঈতিহাসতা চায়নবুং ওইখিবগী ৱারী মমিৎনা উহৌবা অহলশিংনা লীরম্মী। মসিদা লান্নী কয়া শিখি। শিখ্রবশিংগী নিংশিং খুদম কয়া লৈরি। লমসিগী খ্বাইদৈ হেন্না নুংঙাইরবা ফাইরেনগী ১৭ নি পানবা নুমিৎ অমদা, জোহ্ন রেদনা পুন্সি চেংজেন লোইখিবদু। শাবী শানৌগী পুক্লীং মথুম মরাং হৌনথা, থাসিদনি ওষ্ট্রেলি মচাদুনা খম্নুং থোঙারেনগী মফমদা য়াইবী মীরেন চংখিবদু। মপাবুংগী হকচাংনা অরোইবা য়াইহিপ তানখিবা মংলেন অসিদা লৈ-শু কৎননবা মরক মরক্তা মাগী মচানুপীনা লমদমসিদা খোঙদারৈ। য়েংলখি। লৈ চবুন অমা কৎখি। অশি লমদমদগী য়াইবী মিরেন্না কুমথরক্কুনা অহিংবা থৱায়গা, শিখ্রবৈ থৱায়গা, অনীনা উনরবগুম পুক্লীং চেৎনা মৈ চম্লম্মী। নমু পোং ওইবা তাইবঙ মীওইবগা, তাইবঙ ৱাংমা লানখ্রবা অশিবগা তোৎন তিন্নদুনা লৈমিন্নবদি য়াদবনা, পামদ পামদনা অমগা অমগা শেৎন খাইনদুনা লেনবা তাখি। অদুবু থৱায়না থৱায়দা পাউমেন্নরম্মী। নীংঙ মহৌদবগী পাউ তমজখি। অকনবা থম্মোয়গী লিচিংনি। চহী য়াম্খৈ চঙনা নীংজরবা মতুংদা থুংলকপা পঙ্গুংনি। মপাগী মংলেনবু কয়াদা ৱানা থিরক্লিবা।

চুম্না ৱানতা থিবা নত্তে। মশীং থিঙমদ্রবা মাইল কয়াগী খোঙচৎনি। মমিং মথা পুদুনা স্মৃত্রিদা চঙলুই। য়েংঙি। মিংলেনসি য়াওব্রা ? নুংগী প্লেৎ মথক্তা থারিবশিংদু অমমমতা পায়। হিংননবা মথৌ তৌবদা, হিংহল্লিবা থবক্কুগীদমক মপুন্সি কখোকখি। মাগী থৌদাং পাংখিবা য়াইবীরেনদুদি মতম কুইনা নীংশিংহৌরগনি। মুৎপা নাইদনা সিমিত্রিগী নুংপাক মথক্তা ইরগনি।

ইরম্মী, "জোহ্ন রেড, একসপারইজ ওন সভেন্তিন, নাইন্তিন ফোর্টিসভেন" ময়েকশিংসিদি মৈনা ঈশিংনা কৈদৌঙে শোকপা ঙম্লরোই। মুৎঙ মদনা লৈরগনি। ময়েকশিংসিনা মুৎঙ মদনা লৈরিমখৈ মাগী নক্লরুবা কয়ানসু কৈদৌঙে কাউবা ঙম্লরোই।

পুন্সিগী শক্তম মচা মচাশিংদা তারিবা শক্তমশিংসিনা মীওইবগী কয়াৎনুংদা অচৌবা পুকৈ অমা ওইদুনা লৈরি। পুকৈশিংসি হেক হাংলকপা মতমদা তাক্লকনি, মা মশাগী ওইরকখিবা শক্তম, হিংলকপগী মওং মতৌ, ময়েক শেংনা তাক্লকনি। শক্তমশিংসিবু তরাই তরাইনা লৌরুবদি লানগনি।

'অঙাঙনা হায়বা ইন্দুনা, কেথোকহন্নবা অদুগুম্লবা পোত্তু পীবীরুনু।' মমানা মচানুপী চৎখ্রবা মতুংদা ৱাহৈসি হায়রকই, 'হৌজিক মোবাইল শিজিন্নদুনা, ইনখৎলক্লিবা নহাশিংনা অরেম্বদা পূং কয়া ৱারী শানদুনা লৈথোকই হায়নৈ। মখোয়না, মখোয়গী ৱারীদা মথৌ কাউথোকই। মফম খঙদনা মতম মাঙহল্লি। ঙাউরবগুম তৌই।'

'য়াম্না কুইনা কুইনা মতম মাঙহল্লি হায়ব্রা ?'

'অঙকপা ফংনা মাঙহল্লি হায়নৈ।'

'অদুক কুইবদুবু করি ৱারীনো'

'ইনখৎলকপগী ৱারীবু কনানা খঙগনি। লৈ অমা শাৎপগীসু, ফজবা উচেক অমা পাইবগীসু ৱারীদি মশীং খঙদনা শাবা য়াই।'

'মদুদি করিগী ?'

'নুংশিনরিবনি'

'নুংশিবসি ৱারী য়াম্না লৈব্রা ?'

'মদুদি নহা ওহ্নোক্লগা য়েংলবদি খঙগনি অমুক্তং ওহ্নোকপীয়ু।'

'হকচাং ঙমদবসিদা নহাগা ওনবা ঙমদ্রে ।'

মীওইবনা নুংঙাইবা, নুংঙাইবা হায়রিবসি হকচাংগী ফিভমদা য়াম্না তাংই। মচি ওইবা, অহাওবা অমা চাবা য়াদ্রবা হকচাংদা করি নুংঙাইবা অমা লৈগনি ? হিংবা হায়বসিদি মথেল লুকোই কযানা কোইশিল্লবা ইশু শুরবা মচলশিংনি। হৌজিক্কী হিংবগী মথেল শুবদি লায়রদনা, চন্না হিংবগী হক মচা অমতসু লৈতবগা চপ মান্নে। হিংবদি হিংলি। পুন্সিদা থৱায়গী মশক থোকহন্দুনা মমল লৈনা হিংবসু ঙম্মদ্রে। হিংদবসু ঙমদ্রে । মশাগী চাউফম থোকপা মশক মতৌ য়াওদনা হিংলি হায়দুনা অদুক হিংলিবসিতমক মঙায়রে। হৌগৎলক্লিবা পুন্সিনা করম থোক্লগবা খঙদে। অনৌবা পুন্সিশিংসি অহিংবা পাম্বীগী মতৌগুম মশা মরেং ফন্দোক্লকদবা ঙাক্তনি।

'তশেংনা, য়াম্না কুইনা কুইনা ৱারী শানৈ হায়ব্রা ?'

'মদুতা নংতনা কেফেদা চংদুনা জাৎ জাৎ, কম্পুটর মনাক্তা ফমদুনা জৎ জাৎ তৌই হায়নৈ।'

'কম্পুটর মনাক্তবু করি তৌগদৌরিবনো কম্পুটরদি মীসু নত্তনা।'

'কম্পুটর মনাক্তা ফম্লগা, শক শক উনবগী কেমেরা হাপ্তুনা মফি শেম্নবগী মশক য়াম্না উৎশিন্নৈ হায়নবনি। ইচা চাউশিল্লকপসিদি কোক্তু ম ঙাউই। অনৌবা মঙালগী খুৎলাইনা জাৎ জাৎ চঙলকপসিদা।'

'ঐখোয়দি মদু য়াওরক্কেকো।'

'ঐখোয়গী মতমদদি লৈসু লৈতনা কদায়দগী য়াওরুনি ?'

'সিমিত্রিদি চঙলকইদা।'

'অদুনা সুম ৱারী শারুবনিদা।'

'মদুসু মতমদুদা হায়নবদি হায়নখি।'

মতম মতমগী হায়বদুনি। সিমিত্রিদা ফমদুনা ৱারী শাখি। খজিক্তং শাউনা ৱারী তৌরুবদা, নাপী মতোন থক্তুনা লৈখি। ৱা অমতা খুমখিদে। খঙ্গরুবদা য়াম্না নোকনীংঈ। মতমগী মতুংইন্না মখল মথেল থোরকখি। কেবিন হাংলকই। হাপ্তা চেফোঙদা কেবিনগী লুদবা লীচৎ কয়া ইরকখি। মতমগী লমচৎ শাজৎশিং তাক উরুরগা অহল লমনশিংনা মমিৎ মনা উইশিন্দুনা খাংখি।

হোংখি। ওনখি। নুংশি নুংওনগী ফাকৎলক্লিবা ৱারী কযাদা অকনবা মতমগী নুংশিৎ শিৎচনখি। ইথৌগী মতমদা নুংশিনবদি লোন্না য়েংনবনি। থম্মোয় থম্মোযদা মফম খঙদ হুকচবনি। ৱা অমতং ফোঙদোকপনা নুংশিবা পূম্বা শুপ্পনি। অদুসু ইকাইখ্রবা, ইকাইবনা মমায় মমিৎ ঙাঙশং ঙাঙশিন্দুনা খোঙ্গোক থোকহনবনি। তাইবঙপানগী লোনচৎনা নুংশিবসু, ঙসিদি মশক হোংদোক্রে। নুংশিবনা লৈরক কোনশাংদা চেঙ্গোরক্রে।

'মদুবু হৌজিক ইম্ফালদা চৎনরব্রা ?'

'হৌজিক্তি অনৌ অনৌবা বুধিগী মচাক মথুমশিং লোইনা ফংলবনিনা ইযাদা যাবে। থাইনা ফিল্মদা তৌরম্বা পূম্বা তাইবঙদা ওঙ্গোবক্লবা মতম্নি। যাদবা লৈত্রে।'

'হৌজিকসি যাম্না চাওখৎলবজাৎ ওইরে।'

'চাওখৎলে। চাওখৎপগী পোৎ চৈশিংদি চাওখৎলবা মীওইবতনা শিজিন্নবা পোৎশিংনি। চাওখৎত্রিবা মীওইশিংনা শিজিন্নরবদি শেরান তুরানবা য়াম্না থোক্কদবা ঙাক্তনি।'

মানি। হৌজিক হায়বগী অথসি য়াম্না লুশিল্লক্রে। মখল অমা ওইনা

থোরক্লবনি। ঙাওনরিবা ৱা পূম্নমক হৌজিক্কী ৱানি। য়াদবা লৈতে। হিংহনবনা পুন্সিগী মথৌনি। পুন্সি অমগীদমক পুন্সি অমসু মাঙহনবা চৎনরকত্রে। দন্দিগীদমক থৱায়বু মমল লৈহন্দনা, হাৎপা তুপ্পগী ৱা থৈরক্লে। চাওখৎপগী লাংদা পুন্সি কয়া থুহন্দুনা মাঙহনগদবা মতমদু ঙসিদি নাহোকহল্লগদবনি। অদুবু চাওখৎপনদি হৌজিক্তা লান্দারকপগুম তৌরি লমসিদদি।

অঙাওঙ খুদিংমক চাউরবা পান্দম অমগী মখাদা য়োক্লকখিবা ঙাক্তনি। চাউর চাউরগা মা মাগী ওইফম থোকপা কয়া ওইরকপদা পান্দমফমশিংদু মথং মথং কায়নখি। অঙাওঙ খরতনি, পান্দমফম অদু য়ৌখিবদি। অয়াম্বনা হৌখিবা মঙ ওইদুনা মিকপ থোরকপদা লমুক্লবা ঙাক্তনি।

‘ইবেম্মা নঙদি পৃথিবীগী করম্বা মফম্না খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইরকপগে ?’

‘নুংঙাইরকপদি লোইনা নুংঙাইরকই। অদু ওষ্ট্রেলিয়াদা চৎপদি হেন্না নুংঙাইখি।’

‘মদুদা করি অহেনবা অমা থেংনরকপগে ?’

‘অহেনবগী ৱা নত্তে। রিনা রীদ ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্বগুম তৌই। করিগীনো খঙদে।’

ঐনা ওষ্ট্রেলিয়াদা থুংবা কুইদ্রিঙৈ, নুপী অমনা ঐবু থিরকখি। য়াম্না থাজদে। মীরমদুদা করম্না থাজরুনি। মপোক অসিগী অহানবা ওইনা খোঙদারুবনি লমদুদা।

‘আর য়ু নুংশিতোম্বী ?’ থোক্লুবদা থাজদনা হংলকই।

‘য়া। বট . . .।’

‘আই, রিনা রীদ। ঐ নঙবু ঙাইদুনা লৈরল্লিবনি।’

‘ঐদি সিদা কমদৌনা লাক্কনি খঙলিবা।’

‘মীরৈবাক্তা থৌরম উৎলুবগী পাউ য়াওনা, লমসিদসু নঙগী মমিং থেৎলিবনি। মথং চহীদা ঐসু মণিপুরদা লাক্কে খল্লি।’

‘লমদুদা কৈদৌগদবা লৈবগে ?’

‘ঐগী ইপাদু মফমদুদা পুন্সি লোমখিবনি।’

‘লমদুদদি করম্না ?’

‘সিফাইনি। সিফাইগী পুন্সিবু তম্বা ঙমব্রা ? লৈরুবা লম খুদিং মরৈবাক ওইবা তাই। য়েকনবগী অহেনবা খুৎলাই ঙাকথোকপা তাবনি। অনীশুবা লাঞ্জাওদা বৃতিসকী লাম্নী ওইনা, মরৈবাক ঙাকখি। লানবুংদুদা মহাক্কী অরোইবা শিষ্থা পাংথোকখিবনি।’

ৱারীদু নুংঙাইখিদে। ঐগী ইরমদা থৌদোক খরনা মরী শেমদুনা নকশিন্নখি।

মসিননি ঐনা ওস্ট্রেলিয়ানা হেন্না নকশিন্নবা হায়রিবসি। নক্লবসু নক্লখি।

'নঙগী ফ্রেম চল্লিবা ফোটোসিসু মাগীনি . . . ?'

' উম মানি। নথত্রগদি কলচরগা মরী লৈননা চৎলুবা খুদিংমক ইমান মাম্নে। কলাকারশিংবু য়াম্না ইকাইখুম্নে।'

'ঐখোয়গীসিগা . . . ?'

'য়াম্না খেন্নে। মীওইবগী মশাদা য়াওরিবা হৈশিংববু ইকাইখুম্নবা লৈতবা, মতৌ তম্বগী হাকলেংবা লৈতবা মফমদদি, মসিগী ৱা অসি য়াওদে। মসিদি মীওইবগী মমল অসুম অসুম কৌখৎলকনি।' মাগী ৱাঙাঙদু পেনখিদ্রবা ৱা অমনা মরু ওইরগা ঙাঙলকপগুম তৌখি। করম্নদি পেনগনি ? শাগৈগী থাউমৈ, মৈচমগুম য়াওবা মবুংগী মৈচাক অদুমদি লৈরি। মৈচাক্তু মুৎলরোই। পুম্নিগী ফিভমদা ঙাহোরকপা নথত্রগা মুৎশিল্লকপনা অতোপ্পনি। মশক অদুমদি অসুম্মক ঙাইদুনা লৈনীংই।

'মখোয় মণিপুরদি শকখঙ হৌরব্রা '

'মদুমদি খঙদে। পেনবদি য়াম্না পেলহৌই। পেনাবুসু য়াম্না খোইদাবগুম তৌই। শগোল শামৈগী মখোলদা, চৈজিংগী শরিক মখোন্না তান থাহনবা মওংদু য়াম্না কুপ্পা য়েংখি। ঐখোয়গী ত্রেডিসন্নেল থেএটর উৎপা লোইরগা, পেনাগী ডেমোনষ্ট্রেসন অমুক তৌখি। ঐঙোন্দসু জগোয়গী খুৎথেক্কা য়াম্না থেকহল্লকই। মখোয় মশানা থেকপগী ইকোই কোইবদু য়েংজবদা পেন্দ্রব্রা খঙদে। ঐগী খুৎজেংনা থেক্লিবা মওংদু খুৎশা মতোন মতোন্দু পায়দুনা তপ্পা তপ্পা থেকহনখি। য়াম্না কুপ্পা য়েংখি।

'মখোয়দি য়াম্না পাম্মুরজাৎ ওইরম্রগনি।'

'পাম্বসু পাম্বনি। মীগী হোৎনজমনসু খঙবীবা মাম্লি। মীদি মহৌশানা চপ মান্নবনি।'

মহৌশানা মীওইবা হায়বা জীবসি চপ মান্নে। খেন্নবা লৈতে। হোৎনজমনগী অমদি খঙলু উরুব্বনা মীওইবগী মশক্তা তোপ তোপ্পা মশক পুখোরকপনি। ঐখোয়গী মৈহৌরোলদা য়াওরি ঐখোয়গী তোঙাল্লবা মশক। জগোয়, ঈশৈগী শৈফমদনা তিল্লরিবা ঐখোয়গী নাৎনি। মীশিংনা থিনরী মা মাগী হৌরকফম। ঐগী শকফম য়াওরবা যন্ত্রনি, অরিবা যন্ত্র পেনা হায়বসি। মৈহৌরোলগী ৱাদা পেনাবু গুরু লৈমরেনগী মশক্লি হায়নৈ। লৈশেম্বগী মশক তাকপা শরুক থরসু লৈ। মসিননি পেনানা ঙসিসু হিংলিবা। লাই হরাওবনা হেক হরাওনরিমখৈ, যন্ত্রসি মরুওইবা মফম অমা কন্দুনা লেঙদনা লৈরগনি।

'পেনা দেমোন্সত্রেসন্দি করিগী ?'

'মখোয়না তৌবীয়ু হায়দুনা তৌবনি।'

মীতৈনা য়েলহৌঙৈগী চৎনবী উৎপদা মসি শোয়দনা চঙবা যন্ত্র মখল অমনি হায়বদুদা হেন্না খঙনীংবগুম তৌই। হৌজিক্তি, লমসিদা যন্ত্রসিগী মরুওইবা মওং খরদি হুন্থরকপগুম তৌরি। মসি লাইহরাওবদা বেগু পার্টি চঙশিল্লকপদগী, জগোঈ, ঈশৈদা অহোংবা খরা লাকখিবা মশক অসিনা ওইরম্বা য়াই।

পুন্নমকসি ইবেম্মা য়াম্না কুপথনা খঙবগুম তৌই। মসি মাগী মথৱায় য়াওজবা মশক অসিগী চপ চারবা খুদম্নি। মাগা ৱারী শারুরগা, ইচানুপীনা করম থোক্লগাদবা খনখি। মতমগী য়াওনসিদা, ঐখোয়না হিংলকখিবা মওং অদুদা অসুম ফাদুনা থম্বা য়ারোই। মশানা মশক অমদি অসুম অসুম হোংলকপা তাবনি। মহৌশাগী মশক্তা অসুম লৈরবসু অর্থ থোক্লোই। কাখু অমদা অসুম নমশিন্দুনা থম্বগা চপ মান্নগনি। নমশিন্দুনা থম্বা পুন্সিবু পুন্সি কৌগদ্রা ? মসি ঐ য়ানীংদে। হৌজিক্কী মতমগী চপ চারবা পুন্সি অমদা হিঙ্গে হায়রবদি মতমগী মশকসিদা লেপ্লগা চপ চাবা মশক অমা থোকহনগদবনি। মতমদুতদা পুন্সিসু পুন্সি ওইরক্কনি।

হকচাং ঙমদবসিদা ৱাখলসি মওল মওল খলহল্লি, থেংনরিবা থেংনখিবা থৌদোকশিংনা ৱাখলসি ইরাক লাকথুরবগুম উই। হিংবদি হিংলিবা মওংসিদা অসুম হিংবা তাই। পাম্বা পামদবা হায়দুনা খন্দোক খঞ্জিন য়াদে। অঙাঙ ওইরিঙৈগী থৌদোক ৱাথোকশিংনা মাংদা অসুম করেল্লরি। অহল ওইশিল্লকপগী থৌনা মাঙদা চিংলি। অনীসি চিংন চিংননা পুন্সিনা খুমাং সুম চাওশিনখি।

'চাক্তু চাই চাইদুনা চাগনু, ইবেম্মা।'

'সিবু কৈদা চাইবগে ?'

'নঙনা ফমদুনা চারিবা চৌক্রিন্দুদা লোইনা তারিবদুনি চাইবা হায়রিবসি,' ঐনা তাকখি।

'মসিদি নাহুখিবনি।'

'মদুবু নাহুহনগনু হায়বনি।'

মতমদুদদি চৌক্রিদা ফমদে। চৌক্রিদা ফমদুনা মীতৈনা চাক চারমদে । চৌক্রি শিজিন্নদুনা চাক চানবা কুইদ্রি। পাবুংনা, ইথৌনা চাক চাবা মতমদা ফান অপাকপা অমা থাদুনা চানরম্মী। চৌক্রি শিজিন্নবসু কুইদ্রি। শিজিন্নরবসু য়াম্না তাংখি। মোরা থাদুনা ফম্নরম্মী। য়ুমদা অষ্টর তৌবগী চৎনবী লৈতে। খোঙ্গ্রাই ফজনা চন্দুনা ফান্দা ফমদুনা চাই। পুখম অরংবা কোন অমদা চাক থিগনি। খুজাই অচৌবা অমদা ঈশিং পিক থন্না হাপ্তুনা, চাক চাবগী ঈশিং থক্কনি। করিগুম্বা ইথৌগা পুন্না চাক চামিন্নদুনা ঈশিং থক্রবদি, খুজাইদা ঈশিং থকপা হৈতদুনা লৈবাক্তা তঙ্খাই অমদি শোয়দনা হৈদোকই। খুজাইদা ঈশিং থকপা, ঐ শুকহৈ হৈনখিদে। পাবুংসু খুজাইদা থক্তে। চাইশেন অচৌবা অমদা ঈশিং য়াম্না হাপ্লগা থকই। লূম্বনা থাঙ্গৎপা ৱাবতনি। চাইশেন্দা ঈশিং থকপদি অদুম হৈনখি।

ইথৌনা চাক চাবিঙৈদা অবোক্তি মমিৎ মনা চোইথোক্তনা শঙই। হুম্মাই হুম্বোই হুমদবোই তৌদুনা হযিং তাহোকই। মসি অমুক অনীবক্কী ৱা নত্তে।

ইথৌনা চাক হেক চারিমখৈ লেপ্তুনা তৌই। অবাৎ অপা হুংই। ইথৌদু জাৎ খরা থি। থবক খুদিংমক মশানা তৌজরবদি নুংঙাইজে। মীনা তৌবা থবক্তা কয়া পেনজদে। অয়াম্বা মতমদা মানা পাম্বা মওংদু তাক্তুনা লৈ। মমৌ নুপীনা চাক থোংবদসু, লাপ্না তাক্কনি, 'ইবাইদু চেঙ চংগনিকো।' মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলগা হায়গনি।

'য়া . . .।' মমৌনা খজিক্তং হায়বা হৌরকপদা নংহৌররোই মতাগুম ঙাংশিনগনি, 'য়াগনি নত্তেকো ইবেম্মা। চেঙ চংগনি। খজিক্তং কুইনা শৌহন্নুকো। ঐ হেক্তা . . .।'

'অহল্লুংদা চাকখুম চঙবীরুনু। মীসু চাক নুংতিগী থোংলিবনি। অমুক তাকশিন্দ্রবসু মুন্নবা মদোম থোংজনি। তাকশিল্লবদি মীসু থোংফম লাকফম অমতা খঙলরোই। তপ্পা তৌজগনি।' ইবেন্না অনীমক শমজিনগনি।

'নঙসু নমৌনা তৌরিবসি হৈরেগদ্রা অমুক্তা য়েংলুলাওদনা।' ইথৌসু খুম্মী।

'হোই। হোই। য়েংলগে।' ইবেন্না তপ্না খুম্মী, 'অসুক হৈবা ইমৌনা তৌববু শোইবা হৌনব্রদো। য়েংদ্রবসু য়ারসিবু' হায়না হায়না খাবৈ লৌদুনা ওৎকনি। মদুতদা ইথৌনা নে তারবগুম তুমিন লৈ। থাজবা মীদতা ইথৌনা থাজৈ। অনৌবা মীশিংনা ফনা হৈদুনসু মওং অমদা তাকপিবগী মশক্কুম য়েংশিনগনি। হৈতে হায়বা নত্তে। শোয়হন্নীংদবগী মশক অমা মতম খুদিংদা য়াওরি। মপুন্সিদা মানা থাজখিবা মীশিংগী মশক্তমক লৌদুনা মাগী পুন্সিগী লীলা য়াওহল্লি। নাক য়েক খজিক্তা হাইদোক্তে। থায়নৈ অহলবু লোয়নবা ৱাই হায়নরিবসি মদুননি। মখোয়গী থবক্তা শমজিন্না তৌগে হায়রবদি থাজহনবা চঙই। তঙাইফদনা থাজহনবা তাই।

মসি থবক খুদিংমক্কীনি। ফৈজোম শুরবসু মদু মঙাই।

'ঙৌরোইকো। ঙৌরোইকো। হান্না ফজনা ঙৌনা উতি লাক্তুনা শুরগা, চমাংদা নিম থাদুনা চনাং থাগদবনি। নৎত্রবদি শোয়গনি।' কন্না তাকই। মতমদু ফি শুননবা উতি ফজনা লৌগনি। শাপোন শিজিন্নদে। শিজিন্নবা মাংই হায়দুনা ইহ্রৌক্লে। উতিদা ফি লাক্কনি। ফি ফজনা শুগে হায়রবদি ফজনা উতি লৌহৌদবা য়াদে। মীতৈদা উতি হায়ববদি লৌইরবনি উতি থোংবদা, লফু উতি লৌদুনা থোংবা চৎনরম্মী। ফিশুবগীসু লফু মকা, থৱাইথরাক অমুক মৈ থাদুনা উতি লৌনরম্মী। সোদাবাইগপ থাক্তুনা উতি থোংনরমদে। মীতৈনা থুম খরিদা থাজৈ। কবো থুম, মপান্দগী পুরকপা থুমসি মীতৈনা থাজবা ঙম্লমদে। লাই মমাংদা চঙলুবা য়ারোই। মৈনিং কুম্বদা মীরৈবাক্কী থুম খক পীজনদে। মীতৈ ঙা য়াইদুনা, মীতৈ থুম নমদুনা চানৈ। মদু নৎতবা মখল অমতা পীজনদে। থিংই।

মীয়ামা য়েংনৈ। মূনা মূনা য়েংদুনা নোক্লখি। সাইকন্দা মাগী মাগী নুপী পুদুনা চৎপা চৎনেরমদে। মীমাঙদা ফজদবা মশক্লি খন্নরম্মী। ইঙৌরোক মহাদেব খূরুম্বা চৎপদা, নুপীনা মাগী মবুংঙোগী মতুং ইন্নদুনা থোরক্লগা, মী কনা উররোই খনবা মফমদা সাইকন মনিং নগুনা লোন্না লোন্না চৎনরম্মী। মদুসু মীয়াম্না নোক্লরিবনি। ময়ূমক্তগী তৌবসু নৎতবা, মী তাদ্রবা লমদুদা তৌজরুবদু উকরগা লোন্না নোক্লরল্লিবনি। নুপা নুপী য়াম্না লাপ্নহন্নম্মী। মশা মশানসু খঙনৈ। মসি লেমদে। ইকাইনৈ। অরেম্বা থবক্তমক খন্নরম্মী। ইথৌগী ৱারীনা হৌজিক্কী থাক য়ৌনা কাখৎলক্তে। মতম অমগী থাক অমদা অসুম উংদুনা লৈ। ঙসি সমাজগী মরক্তা মীগী শাগৈসি তপ্না তপ্না লোৎখিবগুম তৌবি। লাই খূরুম্বা চৎলুরগা হন্নকপদসু লাপ্তক্লা মতুং তফি তফি ইন্নক্তুনা, তোঙান তোঙান হন্ন ক্লবিবনি। মওং অমনি। সমাজবু, লৈবাকপু য়াম্না হেন্না ইকাই খুম্নরম্মী। মনেম মকুদা য়ুমগী অপোকপা মমা মপাগী মশক্লুম নীংনরম্মী।

ঙসিদি সমাজ মাঙখ্রে। মীগী মনিঙদা ফন্নরে। নুংশিববা পুন্সিগী মশক্তা থোল্লন্বা ফজখ্রবা সমাজগী মফি ইকোক কোক্লা থোরক্লে। লমগী, চৎনবীগী, নুংশিববা মনমশিং মীশা মনম্না শিন থুংনা শন্দোকখ্রে। ইপা ইপুগী শক্তমদা জাৎ তারবা কয়াশিংনা মতমগী চুনরবা শকলোন ওইররি। মসিরা অহোংবগী লেপত্রবা ঈচেল ? মালেমদা য়াওরিবা তাইবঙগী খোঙচত্তু অসিরা ? মসিদি অহোংবা হায়বা য়ারোই। মতুং ইন্নবগী মশক্লি। মতুং ইনববু তরাম্না ওক্লিবা লমদম্না করি নুমিৎতা চাওখৎলক্কদবা ?

'বাবা ইমাসু চাক চাইনা চাইনা চাইকো।'

'উম ! চাক চাবা হৈতে।'

'অঙাঙদৌনা তৌই।'

'নঙদি অঙাঙদৌনা তৌদ্রা ?'

'ঐদি অঙাঙনি।'

'অঙাঙনি। অঙাঙনি হায়বা। উম !' অঙাঙদা মতম অমগী ফোঙলক্কদবা তাইবঙ অমা লোত্তুনা লৈরিবনি। মসিনা মতমদুগী পঙ্গুং অমমুক ওইরুগনি। চেকশিনগদবসি অঙাঙনি। পুন্সিগী ওইরবা মচুশিং মশাদা তপ্না তপ্না লংলক্লিবনি। সমাজগী মশক তপ্না তপ্না লৈরক্কনি। ঙসিতনি খূৎ পুবিবা মানবা। কুপ্না য়েংশিনবা হৌগদবদি মখোযনি।

'অঙাঙ ওইরিঙৈদনি মমুৎ তানা তমহৌগদবদি।'

'মথংদদি কৈমতা তাহন্নবোই।'

'নঙবু মদু হৌগদ্রা ?'

'তম্বদা অঙাঙনা অহনদগী হেন্না হৌগদবনি হায়দুনা, ঐখোয় ওঝানা হায়।'

'অঙাঙনবুদি হেন্না হৌগল্লি। ইচাদি হেন্নসু হৈনেগনবনি।'

'বাবা অদুদি ঐ হৈনিকো।'

'হৈতদি ! য়াম্না হৌগনি।'

অঙাঙ অমতগী ৱা নত্তে। তম্বদা অঙাঙনা থুনা হৌগনবা হেল্লি। তম্বীবগী মওং য়াম্না কুপ্না য়েংগদবনি। খঙনীংবা, হৈনীংবা হায়বসি অঙাঙ শিংদা মশাগী লোয়নরক্লবা শাহৌনি। হংনীংবা, পামজশিংসি তপ্না তপ্না মাঙহল্লবদি মথং মীরোল অমবুসু মাঙহল্লবনি। অঙম্বা পাম্বৈনা মসিবু হৈহনবদি য়াই। মমু য়েথেক্তুনা মাঙহনবদি তৌরোইদবনি।

'ঐ জগোয়সু হৈনিকো।' কদোমদগী ৱাখলসি লাক্লিবনো খঙদে। খংহায় হায়রকই। 'হৈদুনা শারুরবদুদি । হৌগনি। হৌগনি।'

'নেনে নুংশিদু ঐখোয় স্কুলদা জগোয় শাখি। মাদি জগোয় য়াম্না হৈ। মঙোন্দা তমসিরা ?'

'মাদি করম্বা কান্দা লাকইবা ?'

'গুরু অমগী মপোক নুমিত্তা, জগোয় হৈবা মী ময়াম স্কুলদা কৌদুনা জগোয় শাহনখি। মণিপুরি দান্স, নেনে নুংশিতোম্বীনা শাই। ওঝা ময়ামসু লাক্লিবা ভি আই পি ময়ামসু মমিৎ কুপ্তুনা য়েংই। য়াম্না ফজে।'

'নঙনা টিচর দেদা শাবদুগা কনানা হেনগে ?'

'ঐনা শাবদুদি ঐ উসু উদনা। মাগীদি ফজে।'

'মীনবু ফজে হায়নব্রা ?'

'য়াম্না ফজে হায়নখি।'

ফজবদি লোৎপা য়াদে। হেক্তা ফোঙলকই। ফজবনা কৈদৌঙেদা মী অমতদা উংদুনা লৈতে। মীয়ামগী ওইরবা মওংদা তপ্না তপ্না মথি ফোঙলকই। মসিমক ফজবগী মগুননি। ফজবদি মশাদা য়াওজরবসু মশাগী নত্তে।

হৌজিক্তি ফজবগী মশক থাবদা অহোংবা খরদি লাকপগুম ময়াম্না হায়নবদা তায়। থায়নদি মনাতোন নম্বা মমায় কোইদানবা হায়নরম্মী। হৌজিক্তি, মমায় শাংতক তৌবা, মনাতোন তুম্বা হায়নরক্লে। ইচম চম্বা, লুবা নানবদা য়ুম্ফম থোল্লম্বা সমাজগী মশক্তা কেবা মৌবনা শিল্লক্লে। খুৎশাবগী খুৎহৈবনা নাচোম চিন্দুনা ফজবা লাংবগী মহুৎ, চাদিং তৌদুনা মচু, মকে শেম্বদা হেন্না মশক থোকহল্লে। মকে শেম্নবা স্কুল লিংনরে।

লৈকাইদা, স্কুলদা মী মশীং য়াম্লমদে। নুপীগী শম পুনবা হৈবা মী মশীং

য়াম্লমদে। লৈ থেংফম খঙবা মী খরতনি। লৈকাই অমদা মী খরতনা লৈতেং শেম্বীরম্মী। লোইন্নমক হৈনদে। থবক তৌবদা চঙখোম্না তৌরম্মী। ৱাদবু লৈ থেংপা হায়বনি। ইচম চম্বা মওং নত্তে। মীওইবগী থম্মোয়দা লৈশি লৈথোনগী ৱা অমা মতিং লৈনা তাহনগদৌরিবনি। লৈথেত্তু উরগা থম্মোয়দা, পুক্নীংদা চূদুনা লৈহনগদৌরিবনি। লৈগী ফজবনা, শম্লাংগী ফজবদা মগুন হাপহনগদৌরিবনি। অচম্বা শম্বুন নত্তে। লৈথেৎ নত্তে। কিশিদা কিশি তাহনগদৌরিবনি।

শম্বুল মাওগ্রে। হৌজিক্তা কনানসু ফজববা শম্বুল শেমদুনা শরক লমজাওদা চৎনরিবগে ? শম মকক্ মকক্ মরকসিদা করম্না শম্বুল শেমগনি ? অসিমক্তদা লাউরি ঐখোয় মাওগ্রে। ঐখোয়বু কলহৌসি। খোংদাইগী মতম লোইখ্রবসু, খোঙগ্রাওগী মতম্না জোন জোন চৎলবসু, লোথখিবা মাদি লোথখ্রে। চনুরাশিংগী ৱারীনা নৌনা অমুক লিংহনখিসি খুন্নাই অসিগী ৱা। লম অমগী ফিভম মমুৎ তানা খঙগে হায়রবদি লম অদুগী চনুরাশিংগী মশক য়েংগদবনি। অদুবু ঐখোয়দি কদায় ? ঐখোয়দবু ঐ মশক করম্না তাক্কদগে ? ঐবু মমুৎ তানা খঙগে হায়বদি, য়ুমথংনবগী মশক মুন্না খঙগদবনি। নুপীসু শকখঙলে। ঐদি কদায় ? ঙসিগী লংদাইফমসিদা ঐগী ফিভম খঙদে। ফিভমসিগী ৱা অমতা হায়দ্রবদি, ঐগী শক থোরক্কনি হায়বা ঐ য়ানীংদে।

নোংমা, বসতা . . . । যাম্না শাংনা তোংখি । মখোযনী ৱারী শানবা তাই ।
'নঙগী শমতৈসি কদায়দা তৈ ?'

'থাঙ্গাল বাজারদনি। ফজদ্রব্রা ?'

'ফজে। মদুই পালরদু হৈমাঙ্গে।'

'হে। পিশুম ফোইবকাসি মওং অমনি।'

'নশমসু খবদি ককথৎপ্রা ?'

'খিত্তংদনি। নঙদি কমদৌনা খঙলিবা ?'

' নঙগী নশমসিদি শাংলবসু অদুম ফজবনি।'

'শাংলগা হোৎনবা ঙমদেদা।'

'অদুবুদি য়াম্না ৱাবনি।'

'ককথৎলিসি ফজদ্রব্রা ?'

'ফজবদি অদুম ফজে।'

'নঙনা থাবিবা লিপষ্টিক মচুসি খরদি ৱাউবা মাল্লি।'

'হৌজিক্তি অরাওবা চৎনরক্লবনি। হকচাং মচুশু অদুম থানরে। নঙগীদি

করি মচুনো ?'

'থারিসিনি ।'

'মদুসু অদুম য়াই। অদুবু ঐদি খজিক্তং হেন্না ৱাউবা পাম্মী। শমসিসু ঐদি ৱাউনা তৈরিবনি।' মখোয় মশেন য়ানৈ। ফজৈ হায়নৈ। অঙাঙ ওইরিঙৈদা ইমান্নবা অমা, মশক ঙাংলি ঙাংলি শান্নবা থোরকপদা "চুজাক মশম মাল্লি। চুজাক মশম মাল্লি" হায়দুনা লক্লখি। মখুরা অমনা, "চুজাক মশম নত্তে। গোল্ডন হয়ারনি" হায়না খুন্মী।

"চুজাক মশম্বু, গোল্ডন হয়ার ?" ঐখোয়না নোকখি। মীতৈনা পান্নরমদে অঙাঙবা শম। মুশুক মুবা পাম্মী। অমুবৈ মথক্তা অমমুক লৈত্রবা মশুং মুবা পান্নরম্মী। "মাগী মশমসি মুখ্রেদা। শাংখ্রেদা। করি থাউ তৈরিজাৎনো ?" হংনরম্মী। ৱাহংসিদা ফজবগী লিপুন্না পুনশিন্দুনা থল্লম্মী। হৌজিক্তি অদুনি, অদানি হায়বা ঙম্মদ্রবা মওংনি।

ইচানুপীদু মশম খোই। মশক ফজরবসু মশম খোইবগী 'তোরো' হায়দুনা লক্লরম্মী। মরু তর তর খোইবা মোইরাংগী ৱারীদা য়াওবা তোরো হায়না লক্লরম্মী। খৎনবা হেক হৌবগা লক্লবী, লুখোইবী। তুরুখোই। মেগী। মখল মখাই মওংদা লক্লে। য়াম্না শাউই। শাউননবা অঙাঙ অতৈনসু কলক পেন্না পেন্না ঙাঙই। শাউহল্লি। নুপাদদি কয়াবু লক্লনদে। নুপীদদি য়াম্না লক্লবী।

নুপী শমখোইবীদা, শমখোইবী হায়বসি অদুম শাউনৈ। লুমাংদা তাবা অখোইবসু ককথৎনৈ। লুমাংগী শম অখোইবা উরগা নুংঙাইজবা নুপাদি লৈতবা নত্তে। ঐসু ফজব্রা খল্লি। অখোইবা ককথত্তুনা খোইদবা শাবা ঐ য়ানীংদে।

'নঙবু লুমাগী নশম অখোইবদু, অদুম থম্মু ফজৈ।'

'ই ইস ! সিবু কৈদা ফজরিবা ?'

'ফজববু ফজৈ হায়বনি। কৈদা ফজৈ হংলবদি করম খুমগনি ?'

'ফজবদু হায়গদবনি।'

'হাইথরকপদু ফজৈ।'

'ফজরিনি।'

'ফজৈ হায়রিসিনি।'

'অতৈ, অতৈদি খঙদে। মীগী অথীবা মওংদা ফজৈ হায়বদি ঐ য়ানীংদে।' যন্না ফজৈ হায়দুনসু মশানা য়াখিদে। মশক লেপথোকখ্রবা ফজবনি। অখোইবা মশম ককথত্তুনা মনিংদা হুন্দোকই। এনখাদা লংথোকই। নুপানা শাউই। ককথৎখিবা মশম অখোইবদু খুন্দুনা মনাতোন শুমাংদা গোম্না নপশিন্দুনা মকোই শেন্মী। মওং তানা নপ্তুনা ফ্রে ফ্রে হাইহল্লি।

'ফজদ্রা ?'

'অচ্চা তুকচৈ।'

'নঙনা ককথৎলিবা অখোইবা নশমদু খুন্দুনা, ফজগদবা মওং অমা শেম্লিবনি। য়েংউনে। ঐনা কোই চোম্বসি ফজদ্রা ?'

'অদুম্নগা তৌজ লাকচনু।'

'ঐদি মসি হাপ্তুনা ঙসাইদগী কোইরুব্বসে। লৈকাইনা ফজখ্রে হায়নহৌই। মকোইবু হাপ্পা ফনা হৈরিনে হায়রকপদগী অমুক হেন্না ফজনবা হাইহনবগসু য়াহন্নবনি। নঙ হুন্দোরকপদু পাম্মুদুনা খুল্লগা ফজনবা শেম্মিবনি হায়বদুদদি, ময়ামদু করি খনবনো খঙদে নোকখিবনা, নোকখিবনা ইমুংগা পোখাইগদবগুম তৌখি।'

'নঙসিদি তঞ্জখ্রে। তৌদ তৌবমগনি।'

' তৌরুদুনবু তৌই হায়বনি। তৌরুদনবু তৌই কমদৌনা হায়গনি ?'

'ঐদি ! ঐদি তঞ্জখ্রে নঙসিদি।'

'কৈদৌরগে অদুবু ?'

'ইকাইজখ্রে। মীয়াম মমাংদা নঙনা হেক পাউথোকপগা চপ মান্নে। শিজনীংলেদা শৈত্যা।'

'ঐনা তৌরগা নঙদি কৈদৌনা ইকাইগদৌরিবা ? মসিদা হাপখ্রবদি নঙগী লুমাংদা তাবা শমদু নৎত্রবনি। ঐগী ওইরবনি লীলা যাওবনা হাপ্পা কোইগা চপ মান্নরবনি। মসিদবু করি ইকাইফম লৈবগে ?'

'ঐ মপান থোকপা ঙমগনি থাজদে।'

'মসিবু কৈদৌববগে ?'

'মথোং হুক্তবা মীনবু করিসু খন্দবনি ?'

'লুমাংগী শম ককথৎপদি মথোং হুকপ্রা ?'

'মদুবু ককথৎলি হায়বা কনানা খঙগনি।'

'দাকফম লৈবা শমকক্তা ককই খঙদ্রবদি, পৃথিবীসিদা শমকক অমতা ককই খঙনববোই।'

মমাংঙৈদদি শমসি, নুপীনা ককনীংই হাযদুনা ককপা কযা তৌনবমদে। যুম পাল্লগদি নুপানা যাদ্রবদি ককপসু ককনবমদে। শম শাংববু নুপী ফজবী থাবগী শৈথাফম ওইরম্মী। ঙসিদি মফম মবাঙ খঙদবগুম তৌবি।

'ওঝাশিংনা জগোয শাবা অফবনি হায। ঐখোয নেনেসিবু যাম্না হৈব্রা ?'

'হৈদুনবু হৈ হাযনবিবনি ?'

'মশকসু যাম্না ফজে।'

'শক্তদি ইচানা হেনগনি।'

'বাবা। অশেংনা হেনব্রা?'

'হেল্লি। য়াম্মা হেল্লি।'

খঙহৌদনা মতম্মা খংইন ইনখি। চাউখিবা খঙহৌদে। অসুক থুনা চাউরম্বসি ঐ ঙকই। নুংতিগী উরিবা মানা কদোমদগী অসুম্মা অসুক লোন্না চাউরল্লিবনো?' হৌজিক্তি মশানা মশাগী অপাম পামদসু খনবা হৈরে।

'বাবাদি ঈশৈ তমহনগনি হায়রগা সুকতম তমহন্দে। ঙসিদি নুমিৎ অমা হায়গদবনি।'

'হৌজিক্তি পরিক্ষা ময়া য়ৌরক্লে। পরিক্ষা লোইরগা তম্লো।'

'ইহ! অদুদি য়াম্মা ৱাৎলি।'

'অঙাঙ ওইরিঙৈদদি অহল লমন্না হায়বা ইনগদবনি। মসিমক তম্বগী খ্বাইদে চাউবা পরানি। মসিগী পারাসি হান্না ফারগা অতৈদি মতমগী মতুং ইন্না তপ্না তপ্না ফারক্কনি।

মহাক তুমিন লৈখি। তম্বনি হায়দুনসু অঙাঙনা পাল্লিমখৈ তমহনবসু য়াবা ঙমদে। হোই। থম্মোয়দা মাগীসু মফম অমদি লৈ। মশাবু ৱাখল খনবা তম্বীবগী শৈহৌ ওইরমগনি। মদুনা মরম ওইরগা লৈনরিবা মরীবুদি ঙাক্লনবা হোৎনগদবনি। ঙাকপসু ঙাকশিনগদবনি।

'হন্দক মরক নঙ লাইরিক কয়া পাদ্রে।'

'পায় কৈসু।'

'ঐদি উদেনা।'

'বাবাদি য়াম্মা কোয়রে অদুননি।'

'ঐনা কদায়দা কোইরিবা?'

'থেংনা থেংনা হল্লক্লিবদুদি?'

'থবক লৈদুনা তৌরিনি।'

'বাবাদি থবক্তা হায়।'

'অহল ওইরবদি থবক য়ামখৎলকপনি।'

'বাবাবু অহল ওইরক্লব্রা?'

'ওইরক্লবনি।' তশেংনা অহল ওইরক্লে। মতমগী অওনবা মরকসিদা ঐনা চাউরকখিবা সমাজ অদুসু অহল ওইশিনখ্রে। মশক য়েংবা য়াদ্রে। অনৌবা লাংওন অমগী মঙ মঙনরি নহা অহল খায়দনা। মখ্বাং কোল্লক্লবা মতমসিদা, অনৌবা মপোক্তা পুরক্কদবা অনৌবা মায়থোংদু য়েংনবা ঙাইনরি। কয়াম কুইরগা অনৌবা অঙাঙ ওইনা মমিৎ মমায় পাংলক্কদবা? অহলশিংসি হিদাক থাদুনা পিজদ্রবদি, মসিমদি য়াম্মা থুনা উরক্লগনি।

শিশ্রবশিংনা ঐঙোন্দা অসুম হঞ্জিল হঞ্জিল খলহল্লি। মখোয়শিংদুবু অমুক হল্লকখিগদ্রা ? থরায় হায়বসি শিরুনবা পাক্লকপা ওইবা তাববদি, মাগী মফমসি মীওইবদা করিনি হায়দুনা লৌগনি ? ঐগী মরুপশিং, পাবুং, ইথৌ মখোয় লোইনা তাইবঙ থাদোকখ্রে। মখোয়শিংসি থবাযগী উনফম অমদা পুন্না ব্বাবী শানবমগদ্রা ? মখোয কদায়দা লৈরমগনি ? অশিববু লাং থাক্তুনা কোনশিল্লিবা, লাঙ্গোল লাইরেম্বীনা, শিগদবা থবায়সি ফাদুনা থম্মী। মাগী মনাক্তা মিকুপ অমতং ওইরবসু পল্লমগদবনি। মাগী থোংঙাক মখাদা চংলমদবা য়াদে হায়দুনা হাযনবগুম, মখোয়বু থোঙাক লাইরেম্বীদা চংলমগদ্রা ? অশিবা হায়বসি ঐঙোন্দা, য়াম্না চাউনা করেল্লববা মঙনি। তমথীশ্রবা মঙ অমনি। থাজবা অমতা হেক পোক্তনা মঙখিবা, মঙ পবেংগী মরক্তা, ঐগী থাজশ্রবা মী কযা মফম খঙদনা লোৎখি।

'নোংমদি শোয়দনা ঐখোয় শিগনি।'

'মতমদুদা ঐখোয়সি তিন্নরম্মী হায়বা খঙনখিগদ্রা ?'

'তিন্নবম্বগী মমিদি মতম খুদিংদা অসুম তাদুনা লৈবগনি।'

'ঐনা হায়বদি শিশ্রবা, চৎখিবা থবায় মিরেলশিংদুদা ঐখোযনা তিন্নখিবগী মশকশিং তারমগদ্রা হায়বনি।'

'ঐখোয়বু অশিবগী ব্বারীসি নত্তবা, অতোপ্পা ব্বারী অমা শানবা যাদ্রব্রা ? কান্নশ্রবা ব্বা মযাম অমা লৈনা লৈনা, কবিসু কান্দ্রবা ব্বারীসি লৌখত্তুনা কবিগীদমক শানরিবনো ?' ঐনা হায়খি।

'পুম্নিদা মসিদগী হেন্না মরুওইবা হিরমদু করিনো ?'

'ওইবা য়াই, শাবী শানৌগী চীংদোন্দা কাদুনা, পুম্নিবু হেন্না ব্বাংখৎহনবা।' লাঙ্গোল চীংগী খ্বাইদগী ব্বাংবা চীংদোনগী মমিং শাবী শানৌ চীংদোন কৌই। চীংদোন অসিদনি লৈম তরুক্না নোংমদোন তন্না কাখিবদু। হাওকু পাখংশিংনা লমফেন পাংকী শোয চাদুনা, ঙা ফাঙৈ, পুম্নিগী কোবৌনা মঙান শামখি।

মণ্ডাল য়াওদ্রবা কৌরৌনা নুমিদাং ওইহনখি।

নীংশিংলকই। কুমগী নোংজু লাকপা খুদিংগী নীংশিংদুনা লৈরগনি। নুংশি পন্দোম লোমখ্রবা থায়নঙৈগী ৱারীনি। হৱি নোংনাং খোংলকপা, ইঙা থা খুদিংদা মমা মচা কৌনবগী ৱারী অসিবু থম্মোয়দা অসুম করিগী ঙংলরিবনো ? ঙাংনখি "অচৌ পিশক খায়দ্রবা, কলক য়েংথি লৈত্রবা, কোরৌ নোংমদোন পাখঙ য়োইরেনবগী মশাইগোন্দা নুংশি ৱাইথুংনরুসি" হায়নদুনা থানখিবা ৱাংলেন খরা শোয়দুনা লম য়ৌরবা নুংশিবগী মশক অমা উৎখি।

লোৎলি ঙসিসু থম্মোয় থম্মোয়দা ৱারী অসিনা। হঞ্জিনখিদে নুংথিল মমৈ ওইরক্লবা, মমল্লক্লবা মতুংদা, লমলেন অদুদা লোৎখি লুৱাং চনুশিং। কয়াম কুইনা লোৎকনি ? থিগে হায়না থিরক্লবদা ফংদবা লৈখিগদ্রা ? ঙসিসু লৈরি লম্লেনদু, লুৱাং চনু তরুক্লা লোত্তুনা লৈরম্মী হায়দুনা খঙনরি লৈমরোক। লাঙ্গোল চীংগী মশাইগোল ঙাম্বোইরি, মতমদুগী চনুরা তরুক্কী পুক্সি মিরেল য়াওরবা লম্লেন অমগী ৱা, ৱা অদুনা ৱারী ওইনরি। মথং মথং, মরী মরী পুরদুনা শুথাং মথাং শম্নহৌরগনি, শাবী শানৌগী ৱা।

য়ুমগী অহল লমন, মবুং মৌপ্পানা চৈ, ময়ুম মোংবা মরানয়াইদা লৈফম খঙহনখিদে। খোইদৌ থিংখি। পাৎকী শোই মনাক্তা মশানৌশিংগা থানরম্বা পুংফম ঙাইনা ঙাইনা থোরকখি। শানৌ ওইবশিং মখোয়না হায়নখিবা পুংফম চানা মরাক্তুবদা লুৱাং চনু অরুকনা শাবী শানৌ চীংদোন তম্না চত্তুনা নোংমদোন য়োইরেনবগী মশাইগোন তম্না চৎখি। ৱার লমশাংদা লৈম য়াংদৌ তাবীনা লৈখাম মওং মান্না হৱি লম্বী নোংনাং মচা ওইনা ফংজখি। পুকমেন, পাউমেন্নখি। হয়েং কুমগী নোং লাক্লগা পারি নঙনা পলেম নমাবু নারোন্নুংদগী কৌরকউ মপারিদা পাউমেল্লম্মী। ঙসিসু কুম খুদিংগী কায়দনা ইঙা থানা লাকপদা হৱি নোংনাং খোংলক্লি। মমা মচা থানখিবে য়াৱা কুম খুদিংগী ঙাক্লরি। খোংজোমনুবী তরুক্লা মশেক মঙান মাঙলকঙৈ কৌরি মপারি ওইবা মহাক্লা পলেম ওইবী মহাকপু। মতম কৌবী লাইরেনবীনা থদৎপা ঙমদে মমা মচাই মরী। থম্মোয় লকালক্তা চেৎনা কিনখিবা কিশিনি তাইবঙ নমু ওইরিবা ঐখোয়গুম, মতমগী ইরোন্নুং কাউথোক্তে মশাগী মরীশিং।

'শাবী শানৌগী চীংদোন্না, অশিবদগী হেন্না ৱাংগদ্রা ?'

'লাঙ্গোল চীঙ্গোলদদি শাবী শানৌ চীংদোন্না আ কোক্লেন্নি। মদুতা নত্তুনা শাবী শানৌগী ৱারী শারিঙৈদবু কনাই অশিবগী ৱা নীংশিংলুগনি !'

'নঙগী ৱাসিদি . . . ।'

'অতাবদং ওইবা ৱাখল পুথোকপা য়াওদবা মীদি অদুম্না হায়বা তাবনি।

'করি ৱানো ? মদুদি ঐ জ্ঞান তাদে।'

'করিগুম্বা নঙনা ঐখোয় ময়াম্বু লুম্না লৌবা তারবদি নঙসু ঐখোয় পুম্বগী ৱাদা য়াওশিনগদবনি। তুম্মিন লৈশিল্লবদি ঐখোয় পুম্বা অমনা অমবু খঙনবগী চাং হঙ্করক্কনি। মতেং পাংনীংলক্রোই। মসিনি ৱা হায়ববু।'

'ঐবু করি ৱা হায়য়ু হায়বগে ?'

'ইপাঙ পঙশিন্নবনা অপঙ ওইগদবা নত্তে। ঐখোয়সু খঙঙি মীতৈগী ৱা। মী খুদিংমক্কী পুন্সি অমমম লৈরিবনি। পুন্সি খুদিংমক হিংবগী তোঙাল তোঙাল্লবা হক থেংনবগী ৱা শোয়দনা লৈগনি। হিংবা হায়বসিদি থৌদোক ৱাথোক্তা য়ুমফম ওইরিবনি।'

'অদুবু, থৌদোক ৱাথোক লৈ হাযদুনসু, শানরিবা ৱারীগী তান মেন, য়েংদনা, চানবা চানদবা থিদনা ৱারীনি হাযদুনা হেক্তা শাগদ্রা ? মদুদি অঙাওবা তাগদবা ৱাফম্নি।'

'ৱা ঙাঙবা হেক হৌরকপগা ঐখোয়দা লৌশিং কয়াদা হাপ্লিবা ? মদুমক্কনি ঐখোয়না নঙগী ৱা তানীংলিবনি।'

'নখোয়দি ঐঙোন্দা মরৈ তৌগদবগী ঙাইরিবা ওইবে।'

'উম ! মরৈনি।'

'মদুদি কৈগী।'

'পুন্সি হায়বসিদি হিংনবা হোৎনবদা মফম খঙদবা মরৈ অদুম তৌবগদবনি। মসিদগী নাহোকপা ওইথোক্তে।'

পুন্সি হায়বসি অঙকপা মখলগী মরৈনি। কযারক হন্না পুন্সিশিংনা মবে তৌনৈ। মরৈশিংদুনা হাইখি। হুমখি। মীরমলেন্দগী লাইরমলেন ফাওবা মবে তৌনবা পাম্মী। অশি থোঙাবেন্দসু ঐহাক মরৈ তৌবা পাম্মী। কনাগী মীচঙনো মহাকপু ? থৱায়গীবা ? হকচাংগীরা ? করিগী মানা থৱাযবু অসুক পান্না লৌরিবা ? অঙাঙশিংনা অপাম অপাম্বা শান্নপোৎ খন খন্দুনা শান্নবগুম নঙনসু থৱায়বু পামজবা শান্নপোৎনি খন্দুনা শান্নরিব্রা ? নঙনা নঙগী শান্নপোৎতু লৌথোকখিবা মতমদা ওইহৌবিবা ঐখোযগী ফিভমদি নহাক খক খন্থদব্রা ? মসিনা শাগৎলম্বা থোং কয়া পুমথৎ থৎখিদুনা, লম্বী কয়া মাঙহল্লি। লৈবাক্কী সমাজগী পোথোক কয়াদা অহোংবা লেপ্পাইদনা লৈহল্লি।

কুইরবগী মমাঙ, নহান নোং, থোঙাক লাইরেম্বা নোংমদোন য়োইহেনবগী মশাইগোন্দগী কুমথবকখি লুৱাং লৈবাক অসিদা, লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী ৱাথোক্তা অচৌবা থৌ পুবদুনা, তাইবঙ মালেমথকসিদা। মাগী থৌগল লাংগন মরক্তা

মবেঙ্গৌসু য়াওরকখি। তাইবঙ ৱায়েন্না লোইরক, মরমদমদা হুন্নমদাই মবেঙ্গৌনা, লাঙ্গোল চীংগী নাপোমদা, মহৌশাগী ফজবা য়েংদুনা খুভম শেমহৌই। থোঙাক লাইরেম্বীগী শক্তম লৌ, নমু পোং ওইবা তাইবঙ মীওইবনা, মশাবী ফিশেৎনরিবা তাইবঙ হকচাং থাদোক্লম, নোংমদোন থোঙারেনগী মদাইমা কারমদাই থোঙারেনবী মশাইগোন্দা থৌগংলবা কয়াই ঈশিং থক্লম্মী। লমশাং লাকপৈ পোত্থারম্মী। থাজনরম্মী তাইবঙ মপোক্লা মাগী লমলেন অশুকপা, খিন্দুনা লৈরিবা, লাইজ ইথৌ কোক্লবা, অৱাৎ অপা নাইদনা লাইজ ঈশিং হাপ্লিবা মালেম লৈতংনা শারবা, খরুং খমৱাং অনীমক, য়াম্বরি লাইজ ইকোৎননবা, পামেল উগী উতিংকোৎ খমৱাং থম্বা খরুংদা, উফৈ অমা হাপ্তুনা, উরা অমনা নপ্তুনা, থক্লরনি লাইজ ঈশিং ইকোৎনদুনা লাইরেম্বী মাগী মসাইগোন। লাক্লমৱা ঐগী মরী মতাশিং, ইশারুপশিং ? করি পাউমেন্নরম্মী ? পুন্সি অমা হিংলম্বগী করম্বা লৌশিং ফংদুনা করি পাউমেন্নরম্বগে ? পুন্সিনা তমজখিবা অনৌবা পাউশিংদি শোয়দনা তম্লমগনি। অদুগুম্লবা পাউদুবু করি পাউ ওইরিগদবা ?

থৱায়শিংদুবু হম হম চোংলমগদ্রা ? শিখ্রবা হকচাংশিং অসিবু মশাগীনি খনবা ঙমদ্রবা, থাদোক্লগে খন্না চৎলিবা থৱায়শিং অদুনা মশাগী মকু অসিবুদি নুংশিরম্লোইদ্রা ? নৌনা হকচাংদৈ থোক্লবা মখোয়না হান্নে শিম্বাদৈ তোঙান্না খংহোং হোংবা শিম্বা অমা পায়রুবৈ হৈনেরমগদ্রা অনৌবা শিম্বাদু ? মীরম্লেন্দা শূরম্বা শিম্বাগা নৌনা তম্বা শিম্বাদুগা শন্নহুন্নমগদ্রা মরী অমনা ? শিঙমদনা শিখ্রবা য়াইবীরেনশিংদুনা মাঙদ চৎসি চৎঙমদ, তুংদ হনসি হনঙমদা নীংজিং মাংজিংনদুনা, ৱাখলগী ইরৈ তুবৎ লানবা ঙমদ্রবদা করি উপায় শিজিন্নরমগনি পম্বুং তম্না চৎনবা ?

করিগীনো ঙসিসিনা, অশিববু অদুক য়ানীংলমখিদ্রবা ঐনা অশিবশিংতগী ৱারী নীংশিংলিবা ? থৱায়গা অঙম তান্নগে খল্লিবা ঐনা, থৱায়বু চৎখিগদবনি হায়বগী, করিগী ৱাখল খল্লক্লি ? ঐগীসু মতম নক্লক্লৱা ?

'পুন্সিসি কৈদৌনবা লাক্লিবনো ?' কদোমদগীনো খঙহৌদনা নোংমা মীতৈনা হৌদোরকখি।

'হিংননবনি।' য়াম্না মরৌ লৈরবা, থাজবা মাঙহনবৈ পাউখুম অমা ইনাওনা পীরকই। ঐখোয় মতৌদুদা মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি। থবক তৌবদা মপুক্লীং লুপশিনবা, তহা তহাদবা মীতৈদা অদুম্না পাউখুম পীবা ঙমগনি কনানসু থাজদে। থাজদবা হায়বসিসু তাইবঙদা থোক্লনবা থৌদোক ওইনা শেম্লম্লবনি।

'পুন্সিবু হিংননবা ? করিগীদমক মীওইবনা হিংলিবা খুদিংমকপুদি মী ওইনা উবীদ্রিবদি ?'

'মদুদি মীগী ৱানি। পুন্সিগী ৱা নত্তে।'

'মীগা পুন্সিগদি খেন্নব্রা ?'

'খেন্নে।'

'করিদা খেন্নরিবা ?'

'পুন্সিদি জিব খুদিংমক্কী লৈ। নিয়ম চুন্না হিংনৈ। থৱায়বু য়াওরবদি লোইনমক অহিংবা ওাক্তনি ।'

নঙগী ৱাদুসু য়াই। অদুবু ঐখোয় অঙাঙ ওইরিঙৈদগী শিখিবা কয়াগী ৱারী তারকই। কয়া অমা পারকই। অশিবগী ৱাবী ওাক্তনা ঐখোয়বু কোইশিল্লি। লোইনমক শিগদৌরিবা পুন্সিবু অহিংবগীনি হায়বা কমদৌনা যাগনি ? শিননবনি হাযবদি য়ারোইদ্রা ?'

'শিখিবা মী খুদিংগী ৱারী খুদিংমক, হিংলম্বগী ৱারী ওাক্তনি। হিংলিবশিং থাবগদি শিখিবা মী শাদগীসু হিংলম্বা কয়াগী মশিংনা মতম খুদিংদা হেন্দুনা লৈখিগনি। মসিমক্কনি পুন্সি হায়বসি হিংননবনি হায়রিবসিমক।'

'অদুবু হিংননবা ওইরগদি করিগী শিরি ? থবক অমগী অফ ফত্ত লেপ্পা হায়বসি পোলোইদুনা পূন্নমক্কী মগুন লেপ্পরিবনি। কনাগী থবকপু লোইশিন্দ্রিঙৈদা মগুন লেপ্পুবা য়াগনি। পোলোই হায়বসি, থবক অমগী খ্বাইদগী লুবা পোফমদুনি। পোফমদু য়েংলগা থবক্কুগী মমলসু লেপ্পা তাবনি। হিংববু পোলোইদা য়েংদুনা নৈনবা তারগদি নঙগী ৱাখলসি, ঐ চুমগনি থাজদে। হিংবগী পোলোইদি শিবনি।'

'নঙগী ৱাসিদি।'

'মসি ৱা নত্তে। থেংনরিবা মওংসি ঐখোয় খঙ্গদবনি।'

ঙসি থেংররিবা মওংশিংসিনি ঐখোয়গী পুন্সি। অর্থ পূন্নমক মসিদা হুনগদবনি। মসি নৎতবা পুন্সি অমা ঐখোয়না অমুক কমদৌনা শাগৎকনি ? শাগৎকে হায়বা তারবদি হৌখিবা, লাক্লিবা, লাকদবা কয়াবু ৱাখলগী খন্দা থাঙ্গৎতুনা য়েংগদবা মঙায়। মদুসু হিংলিবা মওংসিদা হিংলিবশিংগীদমক য়েংবা হায়বদুনি। পৃথিবীগী মী অমত্তনা মতমগী মায়খোংদা থেংনরিবা অহোংবা অসিমদি খক ফাদুনা থম্বা ঙম্লোই। মসিনা পুনশিনখিবা মশক অসিমদি মতম খুদিংদা মমল লৈহনহৌগদবনি। মদুতদা হিংলিবশিংসি অর্থ থোক্কনি। অর্থ থোক্লা শিখিগনি। ঐখোয়না ফন্না হোৎনদুনা থৱায়না তোংলল্লিবা শাদোংসিমদি থৱায়না থাদোক্কনু হায়রুবা য়াররোই। থাদোকখিগদবা লৈরে। থাদোক্লমদাই মতমদুদসু কনাসু খঙ হৌরোই। থাজদ থাজদনা অসুম লৈহৌগনি। হায়নগনি মতমদুদা, শিবে। থৱায় য়াওদ্রে। খঙনা খঙনা চৎখ্রবা মাগী থৱায়দু অমুক থিরুরবসু ফংলরোই।

থরায়বু চৎখিগনি খল্লিবা ঐগীসু খাম্বা ঙমদা ঙমদনা থরায়সি চৎখিগদৌরিবনি। ঐসিবু কনানো ? অসুম্না করিগী খল্লিবনো ? ঐসিনা ঐ ওইরিবসি কনা কনাগী মফমদনো ? পৃথিবীগী মী পুম্নমক্তা ঐনা কৈদৌঙৈ ঐ ওইবা ঙম্লোই। কনাসু নৎতবা মীশিংদদি ঐসি করিসু নত্তে। ঐনা ঐ ওইরুগাদবসি, ঐগা নক্নবা, ঐগী ইচাসিং, ঐগী নুপী, ঐবু লূম্না লৌবীরিবা মীশিংদুতনি। ঐগী তোয়না উনদুনা ৱারী ৱাতাই শারিবা মখোযশিংদফৌ খঙদে, মখোযনা ঐসিবু কদায়ৱাইদা থল্লিবা ? ঐনা মখোয়গী মনাক্তা লৈরিঙৈগা, লৈত্রবা মতুংদা কবি খেন্নবা থল্লমগনি ’? মখোয় খুদিংমক থেংনবদা তোঙান তোঙাল্লবা মখল অমমমগী নুংঙাইবা ফাওরিবসিসু মখোযদা ফাওরমগদ্রা ? খঙদে। ঐগী মরুপশিংনা চৎখিবগী অহাঙবা থম্মোয মচেৎ অসিমদি ঙসিফাওবা ঐঙোন্দা কনানসু মেনশিল্লদ্রি। ইমা ! থোঙারেম্বী নফমদা মখোয়শিংদু চঙজবমৱা ? খৌগংলবা কয়াগী খৌরাংবা কোক্নবা নঙগী খরুংদা ঈশিং কল্লরৱা ? কয়াম কুইনা লৈরম্মী ’? নঙদি শোয়দনা খঙলমগনি। ঐনা থাজৈ। থোঙাবেন্না মবমদম নোংমদোন কোরৌদা চৎলমদাই, লাইনিংথৌ নোংমদোন য়োইরেনবনা, মী লাই অনীমক্কী অশি থোং হাংবা অচং থোং থিংবগী থৌ পুম্বা নফমদা শিন্নরমদুনা লাঙ্গোল চীংদা লৈহনখি হায়নৈ। নঙনদি মাবু শোয়দনা খঙলমগনি।

ঐসি ৱাখল জাৎ জাৎ য়াম্না খল্লে। খম্নুং কিকোয় নুংঙনবীনা তাইবঙ পুম্নিবু কলক্তুনা, হিংজরিবা কয়াবু অশি লমদমদা চিংলমদাই, পলেম নত্ত পলেম শা, পষ্টৌ নত্ত পষ্টৌ শা, চানদবা তাওজিং হৈরোঙনা অথুম অপেৎ হৈরোঙ শা, থেমদুনা নৌদুনা পিজনবা হোৎনদুনা থরায় মিবেল পুননবা হোৎনবগুম, ইফমদসু হোৎনরৱা ? অদুবু হায়নবদাই, মতমদুদা ইবেষ্টৌ নঙনা তাইবঙ পোকপগী থোঙ হাংবী। পুম্নি চেঙজেল লোইরমদ্রবা পুম্নি কয়াগী থরায়মি ফাদুনা থম্বী। লাংফম অতেনবা কনাগী অমাইবা অমাইবী অহৈবনা মীকৌরোন শুনা কৌরবদি ইবেষ্টৌনা থরায়সি থাদোকপী। থরায় খুদিং ইবেষ্টৌগী নাক য়ৌরক্লমদবা লৈতে। য়ৌরক্লমৱা নহান নোং মীতৈ মাগী থরায়মি ? খাঙডুথক্তা পুম্নি পিখল্লখিবা মীতৈ মাগী থরায়দু পায়খিৱা ইবেষ্টৌ নঙনা ’? হকচাংগী ইনিল য়ৌনা শাবমগনি পাখং মাই থরায়দু। হিংথৎ থৎখিবনি হকচাং পোলাংগী ইনিল হষ্ণুদ্রিঙৈ। থরাযদু করম ইংগনি ? ইমা থরায়দু লাক্লমৱা ? নচাই থরায়দু কমদৌখি ?

সিদা, ঙসিসিদা ঐগী ৱাখলসি পুবা ঙমলকত্রে। হকচাং পূম্বা শদৌ থোংঙি। খল্লক্লিবা ৱাখল খুদিং নুংঙাইবা অমতা য়াওদে। ঐবু খলহৈদবা ঙাক্তা খল্লৱা ?

‘কৈদৌরে ’? করি চিন্তানো ?’ মমা লাক্তুনা ৱাহংসি খংহং হংলকই। ঐ খুমলুদ্রে।

'মৌই বাবাবু কৈদৌরবগে ?' অমুক তনহং হংলকই।
হন্নদক্তি খুমদবা য়াদ্রে, 'কৈসু তৌদেদা।'
'হকচাং ইনুং নুংঙাইতবা মাল্লি। অনাবা হেঞ্জিল্লক্রব্রা ?'
'করিসু হেঞ্জিন্দে। হান্নে হান্না হামু হামুনি।'
'শক্কসি ইমু মুশিনবগুম তৌই।'

পুন্সিগী মশকসি অসুম্না অসুম হোংখি। হিংলিবসি ব্রা কয়া মমুৎ তানা খঙনীংলকই। করিগী নুমিত্তুদা ইনাওবু মকোই ককহনখি। মদুদা ঐখোয়না অর্থ অমা হনখি। মানদি থম্মোয়গী ব্রা অমা হায়খি। ঐখোয়না য়াখিদে। থম্মোয়গী ব্রাসি, মীওইবগী ব্রাদগী তোপকদ্রা ?

কালেন ছুতি কারকপদা, ইনাও মকোই মরাং ইশাং শাংলদুনা লাকখি। থা অনীমুক উনরুদ্রবা অদুখক্লা অদু য়ৌনা হোংলম্বদু থাজখিদে। ইঙক ঙকই। মশম মনা শিৎ শিৎ নান্না কক্কনবা মানা তৌরক্লিবসি করিনো ? য়াম্না হৈনখিদে।

'ইনাও নঙনা নকোইগা নশমগা খাক্কুনা তৌরিবসিবু করিগীনো ? ঐখোযদি ইঙক ঙকই।' মীতৈনা হংখি।

'ঐখোয মখাথংবগী অঙাঙদু লৈতবগী থব্রায় য়াম্না নুংঙাইতে। অঙাঙদু মখোযনা যোকচবতনি। ঐঙোন্দা ওইনদুনতা মতম অযাম্বদা লৈ। অব্রাবা ফোঙদোকপা ওইনা হন্দক চহীসিদদি কক্লগুমসিরা খন্দুনা কোইসি খাক্লিবনি।'

'নখোয থোইব্রা ?' ঐদি ইচম চম্না হংলুই। নুংঙাইখিদে।

'মানি। মশা নুংঙাইতবা মাল্লি। মীবৈবাক্তা লাইয়েংবা পুগনি হাযদুনা প্লেন টিকেৎ কক্কুনা ইয়ারপোত্তা পুরুরবনি। পুরমদাইদসু ইকন কনবনি। অদুগদি প্লেন কাখৎলমদাইদা শ্বর হোনবা নুংঙাইতে হায়দুনা হোসপিতালদা পুখি। অদুগা করিসু খঙহৌদে। মসিদবু কনানা নুংঙাইগনি ?'

'মপুন্সি তেল্লকপননি খন্দোক্লো।' ঐনা থেমজিনখি।

'নঙনা কোই খাক্লিবসি মদুগী অব্রাবা ফোঙদোক্লিবনি, সি নৎত্রা ?' মীতৈনা হংলকই।

'মদুদি খঙদে।' ইনাওদু করি খল্লুববনো খঙদে লৈখোকখ্রে।

মীতৈদি মখা তাবকই, 'মী ময়াম্না তৌনে হায়দুনা তৌবদি খঙদে। মদুমক্তি ঐ পামজদে। নুংঙাইতববু মপান্দা উখোক্কুনা মীয়াম মমাংদা চাউথোকহনগদবা নত্তে। মসিগীসু মথক্তা নঙনা অদুম তৌরগা, অঙাঙদুবু হেক পোকচবা মমা মপানা করি খনগনি ? অঙাঙদু লৈখিদবগী অব্রাবা মৈচাকতু খজিক্তং ইংনবা হোৎনরিঙৈদা, নঙগী নতৌদুনা মৈচম ওইদুনা ইংথবা ঙম্মরোই। নঙনা

নুংঙাইত্রিবা অদুদি খজিত্তনি। ঈ মরীগী নুংংলোন য়াওবা নত্তে। মদুগী মথক্তা হকথেংনরিবা মমা মপানি। মখোয়দা ব্বারিবা কয়াদু পুকচেল চাউথোক্লা হোৎনগদবা মতমসিদা, নঙনা তৌরিবা মশক অদুদি তৌহন্নীংদে।'

'মসিবু . . . ?'

'ফরবসু ফৎত্রবসু নঙ বিঃ এঃ পাস তৌগদৌরবনি। ব্বাখল খন্থদনা মীনা তৌনৈ হায়দুনা পংতৌ তৌগদবা নত্তে।'

'ঐদি নঙগী ব্বাসি . . . ?'

'নৎতে। নঙনা তৌরিবা মতৌ অদুদি মীমাঙদা শক্তম মচা অমতং উৎপতনি। মদুনা সমাজদা নৎত্রগা কনাদা করি কান্নবা পীরিবগে? হেমলেটকী মতৌ তল্লিবনি হায়বদুরা? মদুসু মদুগদি মান্নদে।'

'অদুদি করিদা খেন্নরিবা?' ঐনা হংখি।

'হেমলেটকীদি, চাউরবা শীংনবা অমা য়াওরি। চিংনরিবা মীশক অমা থিরদুনা মশাগী ওইরিবা ফিভমগা য়াম্না চাউরবা মরী অমা শাগৎলি। অরানবা তৌরুরিবশিংদুনা ফিভমদু খঙলুরগা থকৎচরিবনি। নঙগীসিদদি অদুগুম্লবা নরমচৎ করম্বা অমা নশাদা য়াওরিবগে?'

মীতৈগী ব্বা ঐখোয় ককপা ঙমখিদে। ব্বা অদুনা হৌখিবগী অব্বাবা কয়াবু লাম্থোক্তুনা লাক্লগা হৌজিক্কী ব্বানা মরু ওইহনখি। থম্মোয়গী ব্বাদি থম্মোয়দা অসুম ফাদুনা থমগদব্রা? ব্বাফমসিসু ময়েক শেংহনখিদে। অদুবু ইনাওগী মকোইদি ককখি। জ্ঞান্না থম্মোয়বু নমশিনহনখি।

ঐসু হৌজিক্কী ঐ ওইগদবনি। মতম্না মীওইববু নমশিন্দুনা থমহনগদবা নত্তে। মীওইবদি মতমদা তাউদুনা, অতাওবা হিগুম থৌদুনা শান্নগদবনি। ফিভমসিদা ঐবু হিমায় চুম্বা ঙমখিগদ্রা? ঐদুম মানা পুখ্রব্রা খঙদে। মী পূম্নমক মতম্বু শিজিন্নদুনা শান্নরম্লবসু, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মতম্না পুখিগদবা ঙাক্তনি।

'অওইনি, হকচাং য়াম্না নুংঙাইত্রব্রা?' মমানা হেন্না চিংননা হংলকই।

'করিসু অহেনবা, নুংঙাইতবা লৈতে হাযরেদনা।'

'ডাক্তর অফবা অমা ফজনা য়েংহন্দ্রবদি ফররোই।'

'কনাগী ডাক্তরনো? লমসিগী ডাক্তর শুরবা নৎত্রা? ফররোই য়াওনা ফৎত্রবা ঐগী হকচাংনি। মখা তানা য়েংলুরবসু ফরক্কনি হায়বা ঐ থাজদ্রে।'

'ঐদি হকচাংবু মীরাইবা পামজদে।'

'ঐনা ঐগী হকচাংবুদি করম্না মিরাইরুগনি। মাগী শাদোংসিনি ঙসি ঐনা ঐনি হায়রিবসি।'

'অদুগা ডাক্তর অমতং য়েংথোকসি হায়বদি করিগী য়াদ্রি ?'

'য়েংলিমখৈসু শুক্‌ফ ফবা লৈত্রবসিদা, ফরক্কনি থাজদ্রে।'

'চান্নবা হিদাক চারুদদুনা তৌরিবনি। লৈবাক অসুক চাউরিববু, অখঙ অহৈ লৈরমখিগনি।'

'কনাই অখঙ অহৈনো ? নিয়ম লানখ্রবা লৈবাক অমৈ ব্রাহ্মোক্তা অচুম্বগা শকখঙনগে থিরুবদা ফংগদবা খক লৈতে। মদুবু থিখিগে খল্লুবা তারবদি ইশাগী ইপুন্সিবুসু মাইথীনবগী লম্বীদা খোঙ থাংবা হৌরবনি। মসিদা হৌজিক্তি ঐ কন্না থাজরে।'

'থাজবগা পুন্সিগদি কৈদৌঙৈদা ওহোক্লনবা শিল্লোইদবনি। পুন্সিদি থাজবদা ঙাক শাগৎকদবা নত্তে। হকথেংনদুনা চাংযেং মখল মখা কয়া অমসু তৌথোক্কদবনি। চাংযেংশিংদুগী মহয় শোয়দনা চাগনি।'

'ঐসু হোৎনগনি।'

'হোৎনমিন্নখিসি। হকচাংদুসু ফজনা য়েংথোকখিসি।'

'ঐগী হকচাংসিনা, পুন্সিবু মখা তাথনা হেক পুরিমখৈ, ঐ হোৎনখিগনি ঐগীদমক। হিংহনখিগনি ঐ, ঐ ওইনা।'

'থৌনাদা শাগত্তুনা ঐখোযবুসু থৌনাগী মী ওইহনবীয়ু।'

'চুম্মী। পুন্সিসি তঙাইফদনা থৌনা চঙই।'

থৌনা ফরবা লাল্লোই মানা মফম খঙহনখিদ্রবদা কদায়দগী থৌনানা মতিং ফুদোকপা ঙমগনি ? ঐঙোন্দা মায়থিবদি লৈতে। মায়থিখিবা খুদিংমক, পুন্সিগী থোঙ্গাল অমমম হাংদুনা, থৌনা অমমম শকখঙনখিবা ঙাক্তনি। পুন্সিগী লমজং মথং মথং শেমলকপনি। অদুমকপু ওইফম থোক্তবা পুন্সিগী মশক থেংনবদদি ঐনা, মদুবু পুন্সিগী লমজং অমনি হায়না খনবদি ঙমদে।

'কপ্লব্রা ?'

'খঙদে। ঐ যাম্না নুংঙাইতে।'

'শিবা হায়বসি অনাবগী মশক্লা শন্দোকপা লাছেং নত্তে। হিংলকলিবা, থব্রায় পাল্লুবগী মশক অমনি। মসিগীদমক্তি মীওইবনা নুংঙাইতবা তৌরোইদবনি। খোঙচৎ অমগী পচ্ছুং তাল্লিবনি হায়না খনগদবনি।'

'তাইবঙদা পোক্লুরবা মীওইবনবু মদু ঙমগদ্রা ?'

'মীনা ঙম্নদবা থবকপু ইরাই লাইনা তৌরিবা মহাক অদুবুনি, পোকপগী থৌ পাংবা হায়রিবসি। পুন্সিদি থৌ পাঙ্গদবনি।'

'অদুমকপু যাম্না নুংঙাইখিদে। ঙন্না শিমল্লি।'

মদুদি তমখ্রবনি। লাইবক্লনি ইমা।' ইনাও মমাদদি ঐসু হাযখি। পুন্সিগী বা ওইনা থেমখি। ঐঙোন্দা ফাওহনখিবা ইথিল পূন্নমক হাঞ্জিন্দুনা, সংসাবগী লোনচৎ ওইনা বাবী শাখি। মদুনসু হিংবগী লোনচৎ ওইহনখি। মসিমক, চপ মান্ননা মীতৈদা হাযবা ঙমখিদে। তাইবঙগী শেংলবা থৌদোক ওইন্দনসু, তাইবঙগী তোঙাল্লবা লমচৎ অমগুম ঐঙোন্দা তোপ্পা লাকখি। মদুনা শন্নহন্ বিগা হৌজিক ওইবিবা ইচল নুংশিতোম্বীগী পুন্সিদুবু ? নৎতে। মবুং অদু লৈবক্ননা হেন্না মশক থোক্লমগনি। মসি হাযবা ঙমদ্রগসু কন্না থাজে।

নুংশিদদি হাযখিবনি ? নোংমা শোযদনা লাক্কনি। মকপ মপিজাশিংগী মবীদু শিখিবদুনা লোইহনখিগদবা নত্তে। মসিমক খনখি। ৬ সিসু মবীদু শমথবি। অদুগসু নোংমতা কোযকদে। হৌজিক্তা অমুক্ক হেন্না কে াযবা ঙম্লবোই। খম্নুং কিকোয নুংওনবীনা ইনাক্তা শংলববগুম খন্দবা ঙমহন্দে। অশি হৈবাংদুবু ঐঙোন্দা পিজবক্লগদ্রা ? ঐ জ্ঞান মাংদ্রি। মদুমক্তি যনা পিজবক্লবসু চাখিবোই। মী লাই পূন্নমক ব্রাযেনবা ঙম্বা তম্বা অমা লৈবমদুনা হৌজিক মতমগী অচুম চুমদ বাযেনবা তাববদি লৈবাকসিগী ফিভমসিমদি শুকওই ওইবোই। ঙসিদি মীগী ব্রাযেনদি শুকপেন পেনদবগুম তৌবি। লাইগী বাযেলনা লৈমন চল্লবা লৈগুম তাবি।

ঐসু ঐগী ব্রা ঙাকপা ঙমখিদ্রে।
কবম্বা মতমদা ঐগী হকচাংসি খিং খাং লাউবকখিগনি ?
ঐবু পুন্সিগীদমক কবি থৌ পাংথোক্লল্লবগে ?
থবক অবাবা অমতসু ঐ তৌদ্রি।
ঐগী ইচানুপীসি কবম তৌহৌগনি ?

মীতৈগী ব্রাসি ঐঙোন্দা পুমতোপ তোপখ্রসনু। নুংশিসু মাঙখ্রসনু। ইথৌসু থুপখ্রসনু অনৌবা যুগ অমগী লম যৌববা তাইবঙ অমদা লৈকনবা ঐ বাখল খল্লগে। লমগী চৎনবীগী ব্রাযেনগী বা পূন্নমক পাথোকখ্রবা লাইজশিংনি। পাম্মুই খঙনা খঙনা হৌজিক্কী পাত্রদা হাপ্পা চন্দ্রবনি। মশানা পাথোকখিবা তাবনি। অদুবু অবোইবা নকশিল্লকপনবা খঙদে, হকচাংগী মিহুন নিংথিনা খঙবা মাইবা অমতংদি ঐ পাল্লি। মীত্রৈবাক্কী কবম্বা মাইবদনো ঐগী মিহুন যেংহন্দুনা হকচাংগী ফিভম তান্নগদবসি।



ঐগী মরুপশিংনা চৎখিবগী অহাঙবা থম্মোয় মচেৎ অসিমদি ঙসিফাওবা ঐঙোন্দা কনানসু মেনশিল্লদ্রি। ইমা ! থোঙারেম্বী নফমদা মথোয়শিংদু চঙজরমব্রা ? খৌগংলবা কয়াগী খৌরাংবা কোক্লনবা নঙগী খরুংদা ঈশিং কল্লরব্রা ? কয়াম কুইনা লৈরম্মী ..... য়ৌরক্লমব্রা নহান নোং মীতৈ মাগী থৱায়মি ? খাঙ্‌থক্তা পুন্সি পিশম্লুখিবা মীতৈ মাগী থৱায়দু পায়খিব্রা ইবেন্থৌ নঙনা ? হকচাংগী ইনিল য়ৌনা শারমগনি পাখং মাই থৱায়দু। হিংথৎ থংখিবনি হকচাং পোলাংগী ইনিল হন্থদ্রিঙৈ। থৱায়দু করম ইংগনি ? ইমা থৱায়দু লাক্লমব্রা ? নচাই থৱায়দু কমদৌখি ?




অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং

১। য়ুমুবীগী থাউমৈ (ৱারীশিং) ১৯৯১
২। বিন্দুদুগী ৱারী (ৱারীশিং) ১৯৯৭
৩। লমদমসিদা চীংনুংসিদা (শেরেং) ১৯৯৯
অইবা মঙাংগী পুনা কোঙবিরম
৪। তাইবঙ মমিশিং (শেরেং) ২০০০
৫। মমি অমসু (ৱারীশিং) ২০০৫